| ৱারী মতাং | অধ্যায় | লামায় |
|---|---|---|
| ১৬। শ্রীকৃষ্ণগী ওইথ-বগী মহাদেব পুথোকপা | ২ | ৩৮ |
| ১৭। ঈশিংদা হুন্থখবা মতুমদগী মহাবিড়াট পোকপা | ৩ | ৪০ |
| ১৮। পৃথিবী ময়োন ৭ স্বর্গ ময়োন ৭ শেম্বা | ৩ | ৪২ |
| ১৯। মহাবিড়াটকি তুখোঙ খুদিংদা ব্রহ্মাণ্ড ময়ামলৈবা | ৩ | ৪৩ |
| ২০। শ্রীকৃষ্ণনা মহাবিড়াট্টা মহামন্ত্র তাকপা | ৩ | ৪৪ |
| ২১। বিরাট পুরুষগী চাননবা অচারম পীবা | ৪ | ৪৫ |
| ২২। শ্রীকৃষ্ণনা বিরাট্টা বর মথন মথন পীবা রাধবু নঙ্গি মমানী হায়রুনা তাকপা | ৩ | ৪৭ |
| ২৩। শ্রীকৃষ্ণনা ব্রহ্মা মহাদেবদা বিরাটকি খোয়দো থম্বালদগী পোকলুরো, শিব নংনা ব্রহ্মাগী নাইবক্তগী পোকলুরো তাকপা | ৩ | ৪৯ |
| ২৪। নারদনা প্রকৃতিগী পূজা বিধি হংবা | ৪ | ৫১ |
| ২৫। নারায়ণ ঋষিনা প্রকৃতি সরস্বতী পূজাহায়বা | ৪ | ৫২ |
| ২৬। সরস্বতীগী ধ্যান, মূলমন্ত্র তাকপা | ৪ | ৫৮ |
| ২৭। সরস্বতীগী কবচ তাকপা স্তোত্রম্ | ৫ | ৬২,৬৭ |
| ২৮। গঙ্গাগী শাপ্তগী সরস্বতীন তীর্থ ওইখিবা গঙ্গা অমসুং লক্ষ্মীনু তীর্থ ওইখিবগী মরমদা মখোয় মথং মথং শাপ তৌনবা | ৬ | ৭৬।৬৯ |
| ২৯। নারায়ণনা মখোয় ৩ দা অধুম্না য়ারম হায়বা | ৬ | ৮০ |
| ৩০। লক্ষ্মীদা ধর্ম্মধ্বজ নিংথৌগী মচানুপী ওইনা তুলসী কৌহনা পোকপা অমসুং তুলসী পাম্বী উ, ওইনা পোকপা পদ্মাবতী তীর্থ ওইখিবা। | ৬ | ৮০ |
| ৩১। গঙ্গাগী অংশনা ভাগিরথী কৌবা তীর্থ অমসুং গঙ্গা তীর্থ কৌহনা মরোম ৩ নাম্বীবা সরস্বতীনা সরস্বতী তীর্থ কৌহনা অংশ অমনা ব্রহ্মাগী চায়বী ওইখিবা, লক্ষ্মীবুনা ঐগী ঈনাক্তা লৈসনু তাকপা | ৬ | ৮১ |

| | ৱারী মতাং | অধ্যায় | লামায় |
|---|---|---|---|
| ৩২। | নারায়ননা মুপীশিঙ্গ অক কত্তবা লমচং তাকপা | ৬ | ৮২ |
| ৩৩। | গঙ্গা, লক্ষ্মী, সরস্বতী ৩মা নারায়নদা হারকবা | ৬ | ৮৬।৮৭ |
| ৩৪। | তীর্থশিং অদুদা মুপ্লগা পাপ মথম কয়া কোকপা | | |
| | নারায়ননা তীর্থদা লৈহৌব পাপ কোক্রবা তাকপা | ৬ | ৯০।৯১ |
| ৩৫। | দেবী ৩মা স্বর্গদগী তুরেম ওইনা চেন্থরকপা | ৭ | ৯৪ |
| ৩৬। | ভারত মথোয়না লৈগদবা মতম তাকপা | ৭ | ৯৫ |
| ৩৭। | বেদ, পুরান, সাংখ্য, শ্রাদ্ধ, তর্পন, বৈষ্ণব | ৭ | ৯৬ |
| | ধর্ম্ম, কর্ম্ম পুম্ব বৈকুণ্ঠগী চংখিবা, কলিগী | ৭ | ৯৬ |
| | প্রাভাব লোংম লোংকপী হেনগংলকপা | ৭ | ৯৭ |
| ৩৮। | বর্ন ৪গী মী পুম্বমক মুপীগু লমচং শাজং | „ | |
| | ব্যবহার নাইদবা, লোইনা পাপী ওাক্তা | „ | |
| | ওইরকপা ঐগী মীগী নাইরক্তবা কলিগী প্রভাব | ৭ | ১০১ |
| ৩৯। | ভগবানগী অংশনা কল্কী অবতার তৌবা, অহিং | | |
| | অছুমদা ম্লেচ্ছ লোইসিন্না, মহাপ্রলয় তৌবা; | ৭ | ১০৩ |
| ৪০। | সত্য যুগ হোৌবা, ধর্ম্মনা মপুং ফারকপা | ৭ | ১০৪ |
| ৪১। | তিথী, থাবাল, ঋতু, চহি, প্রহর, দণ্ডমচিংবা | ৭ | ১০৪ |
| ৪২। | মীগী চহি লাইগী চহি, যুগ মথম, ব্রহ্মাগী পুন্সি | „ | |
| ৪৩। | ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বরমচিংবা লাইপুখ্রা মুনি, | „ | |
| | ঋষি, প্রকৃতি দেবী ফাওনা শ্রীকৃষ্ণদা থুপখিবা। | „ | |
| | শ্রীকৃষ্ণগী মীংকুপ অমদা ব্রহ্মাগী পুন্সি লোইবা | ৭ | ১০৬ |
| ৪৪। | প্রকৃতি প্রলয়দা লৈহৌদবা পোংশক। | ৭ | ১০৭ |
| | সংসার অমুক হন্না শেম্বা, | ৭ | ১০৭ |
| | লাইয়াম্ন শ্রীকৃষ্ণবু তপ তৌবা। | ৭ | ১০৮ |
| ৪৫। | লাই মুপী দুর্গা, সরস্বতী, লক্ষ্মী, সাবিত্রী, শিব, | | |
| | ব্রহ্মা, বিষ্ণু, ধর্ম্মমচিংবসিনা কৃষ্ণবু নীংবা | ৭ | ১১১ |
| ৪৬। | প্রাকৃত প্রলয় ওইরগা পৃথিবীসা কদ য়দ থুপখিবা | | |
| | অমুক কমদৌব থোরকপগে হংবা মতাং | ৮ | ১১৩ |

| পালী মতাং | অধ্যায় | লামায় |
|---|---|---|


| | অধ্যায় | লামায় |
|---|---|---|
| ৪৭। পৃথিবীনা অমুক মোরুপগী মারী মথন মথন | ৮ | ১১৬৫ |
| ৪৮। বরাহদেবনা রসাতলদগী পৃথিবী পুথংলা মায় ভগবানগী, চায়রী ওইদুনা, মঙ্গলগ্রহপোকপা | ৮ | ১১৭৮ |
| ৪৯। পৃথিবু পূজাতৌগদবগী মতম মথক্ত থব মাদন পোৎলম থম্বা হায়রি | ৮ | ১১৯ |
| ৫০। পৃথিবীনা অসিগুম্বা পোৎলমসিং অসি ঐগী ঊবক্তা থমহন্নাগনু হায়জব, ভগবানা থম্বাদি কালসূত্র কৌব নরক তামগু শাপ তৌব মতাং | ৮ | ১২০ |
| ৫১। পৃথিবীগী মন্ত্র, ধ্যান | ৮ | ১২১ |
| ৫২। পৃথিবী স্তোত্র, পূজাগী মতম | ৮ | ১২২ |
| ৫৩। নৈবাক দান তৌবগী পুণ্য অমুক লৌসিন্ন হবগী পাপ মথক্ত থবগী পাপ তাকপা | ৯ | ১২৫ |
| ৫৪। পৃথিবীগী মথক্ত থবগী পাপ, নরক, লায়থুং | ৯ | ১২৭ |
| ৫৫। পৃথিবী মসিং মরাম থোনথিবা মতাং | ৯ | ১২৯ |
| ৫৬। গঙ্গার পৃথিবীদা কুমথরকপ হংবা | ১০ | ১৩০ |
| ৫৭। সগরগী মচা লীশীং হপ্প পোকপ মতাং | ১০ | ১৩১ |
| ৫৮। সগরগী বংশ লোথরকপ ভগীরথ পোকপা | ১০ | ১৩২ |
| ৫৯। ভগীরথনা, চড়ি লক্ষ অসমা কৃষ্ণ নীংদুনা কৃষ্ণ ক বা গঙ্গা পুথরকপ ওয় ফংবা | ১০ | ১৩৩ |
| ৬০। কৃষ্ণনা গঙ্গাগী মতীক মগুণ লীথরকপা | ১০ | ১৩৪ |
| ৬১। শ্রীকৃষ্ণনা গঙ্গাদা বৈষ্ণবাক মশক মগুণ নীদুনা মহোন্দ নৈবৌবা পাপ কোক্লবা তাকপা | ১০ | ১৩৭ |
| ৬২। কৃষ্ণমন্ত্র দিক্ষা তৌরব বৈষ্ণবশিংদি মচৎ মতৌ মথোয়ন জগৎপুথ লেংহন মহিমা তাকপা | ১০ | ১৩৯ |
| ৬৩। গঙ্গানা হায়জে কয় কুইনা পৃথিবীদা লৈরবগা নহাক্তী চরণ কংলগদসে হংজবা, কৃষ্ণনা মতম তাকপা | ১০ | ১৪১ |

| ৱারী মতাং | | অধ্যায় | লামায় |
|---|---|---|---|
| ৬৪ । | হরিনাম সংকির্ত্তন তৌব মকমদা চংতুনা নাম তাঙ পাপ কোকনি হরি সংকির্ত্তনগী মগুণ নীবা | ১০ | ২৪৩ |
| ৬৫ । | নৈবেদ্যগী মগুণ হরিনাম শোয়গী মগুন নীবা | ১০ | ১৪৬ |
| ৬৬ । | গঙ্গা পুজা তৌব তাকপা থৌনম্ব হায়রি | ১০ | ১৪৭ |
| ৬৭ । | নারায়ণনা গঙ্গাগী স্তোত্র তাকপ মতাং | ১০ | ১৫০ |
| ৬৮ । | গঙ্গাদেবীনা পোক্লকপগী মথৎ তাকপ | ১০ | ১৫৫ |
| ৬৯ । | সরস্বতীনা বীনা যন্ত্র খোংতুনা ঈশৈশকপা লাইয়াম্বা পেল্লহুনা সনামণি রত্ন মরাম থাবা | ১০ | ১৫৬ |
| ৭০ । | শিবনা অমুক কৃষ্ণগী লীনা ঈশৈ ওইনা শকপদা শ্রীরাধা কৃষ্ণ ২মক ঈশিং ওইক অমিচেনখিবা | ১০ | ১৫৭ |
| ৭১ । | রাধাকৃষ্ণ লৈত্রবদ লাইথাম্বা স্তুতিতৌবা শ্রীকৃষ্ণনা আকাশবনি লাওথরকপা মতাং | ১০ | ১৬১ |
| ৭২ । | গঙ্গাগী মূর্ত্তি ফজব লীথরকপা মতাং | ১০ | ১৬৩ |
| ৭৩ । | গঙ্গান শ্রীকৃষ্ণবু উবদা প্রেমগী বাথন থম্বা | ১১. | ১৬৪ |
| ৭৪ । | খুংথক্তা রাধা লাক্তুনা কৃষ্ণদা গঙ্গাবু কন্নালো হংবা, শ্রীকৃষ্ণগী লমচৎ ফজদবা মরাম হায়থরকপা | ১১ | ১৬৮ |
| ৭৫ । | বিরজাসখীগা কৃষ্ণগা তিন্নবদ সমুদ্র ৭ পোকপা | ১১ | ১৭০ |
| ৭৬ । | শ্রীকৃষ্ণগী গুণ মরামহু বিষ্ণুনাচংবশিংদা থর থর পীখোকখিবা রাধাবু ঈকায়রদগী | ১১. | ১৭৩ |
| ৭৭ । | রাধানা গঙ্গাথাবু শাপ তৌগদবাকো থওহুনা ঈশিংশিং মনুংদা লোৎখিবা. রাধান ঈশিং পূম্নমক থকচিনগে তৌবা গঙ্গান থওনহুনা ঈশিং পূম্নমক চিংশিন্নুনা কৃষ্ণগী চরন্দা হায়জরগা চংকখিবা । | ১১ | ১৭৫ |
| ৭৮ । | ব্রহ্মা বিষ্ণু শিবনচিংব মরাম লাক্তুনা শ্রীকৃষ্ণদা ঈশিং পীবিয়ু হায়জবা, | ১১ | ১৭৬ |

# শ্রীশ্রীব্রহ্মবৈবর্ত্তপুরাণম্

## প্রকৃতিখণ্ড প্রথমোঽধ্যায় ।

—:(০):—

( প্রকৃতি খণ্ডগী অহাম্বদ প্রকৃতি চরিতসূত্র কৌব অধ্যায় অম )

ওঁনারায়ণং নমস্কৃত্য নরঞ্চৈব নরোত্তমম্ ।
দেবীং সরস্বতীঞ্চৈব ততো জয় মুদীরয়েৎ ॥

নারদউবাচ ।

গনেশ জননী দুর্গা রাধা লক্ষ্মী : সরস্বতী । সাবিত্রী চ সৃষ্টিবিধৌ প্রকৃতিঃ পঞ্চধা স্মৃতা ॥১ আবির্ভূব সা কেন কাবা সা জ্ঞানিনাংবরা । কিংবা তল্লক্ষণং সা চ বভূব পঞ্চধা কথম্ ॥২ সর্ব্বাসাং চরিতং পূজাবিধানং গুণ মীপ্সিতম্ । অবতার : কৃত : কস্যাস্তস্যাং ব্যাখ্যাতু মর্হসি ॥ ●

---

ওঁ হায়ব শব্দগী অর্থদ ( মঙ্গল পীব হায়বনী ) নারায়ণবু অমস্নুং মী তথোইব নরবুস্নু খুরুমজহুম । দেবীবু সরস্বতীবুস্নু লেপমক মতুংদ মঙ্গল পীনব প্রকৃতিখণ্ডবু ইজরকে ॥

নারদন হাঙজখি

সংসার সেম্বগী থবক্ত গনেশবু পোকপী দুর্গা, রাধা, লক্ষ্মী , সরস্বতী অমস্নুং সাবিত্রী মঙাসীবু প্রকৃতিনী হায়নৈ ॥ জ্ঞানলৈবীশিংদগী অথোইবী অস্নুবী প্রকৃতিন পোকাপ্রবসী করিননো । মথোয়শীগী লক্ষ্মকরিনো ? অদুগ করিমরমগীদমকস্নু মশক মঙা পোকপ্রিবনো ২॥ মথোয় পুম্নমক-শীগী চরিত ; পূজাগী বিধি ; মগুণ অমস্নুং মথোয়গী অপাম্ব থবক্ত করিনো অমস্নুং করিমরম্ব মথোয়ন অবতার তৌরিবনো ? মশী পুম্নমকসী ঐঙোন্দা সন্দোক্ল হায়বিয়ু ৩॥

### নারায়ণ উবাচ

প্রকৃতের্লক্ষণং বৎস কো বা বক্তুং ক্ষমো ভবেৎ। কিঞ্চিত্তথা বক্ষ্যামি যথাশ্রুতং ধর্ম্ম বক্ত্রতঃ॥৪ প্রকৃষ্ট বাচকঃ প্রশ্চ কৃতিশ্চ সৃষ্টি বাচকঃ। সৃষ্টৌ প্রকৃষ্টা যা দেবী প্রকৃতিঃ সা প্রকীর্ত্তিতং॥৫ গুণে প্রকৃষ্টে সত্ত্বে চ প্রশব্দো বর্ত্ততেশ্রুতৌ মধ্যমে রজসি কৃশ্চ তি শব্দ স্তমসি স্মৃতঃ॥৬

ত্রিগুনাত্ম স্বরূপা যা সর্ব্ব শক্তি সমন্বিতা। প্রধানং সৃষ্টি করণে প্রকৃতি স্তেন কথ্যতে॥৭ প্রথমে বর্ত্ততে প্রশ্চ কৃতিশ্চ সৃষ্টি বাচকঃ। সৃষ্টেরাদ্য চ যা দেবী প্রকৃতি সা প্রকীর্ত্তিতা ॥৮ যোগেনাত্মা সৃষ্টি বিধৌ দ্বিধা রূপোবভূব সঃ। পুমাংশ্চ দক্ষিনার্দ্ধাঙ্গং বামাঙ্গং প্রকৃতি স্মৃতা ॥৯ সাচ ব্রহ্ম স্বরূপা চ মায়া নিত্যা সনাতনী। যথাত্মা চ যথা শক্তি র্যথাগ্নৌ দাহিকা স্মৃতা ॥১০। অতএব হি যোগীন্দ্রঃ স্ত্রীপুংভেদং ন

---

### নারায়ন হায়খি।

হে বৎস-নারদ ! প্রকৃতি-দেবীশিংশীগী লক্ষণবু করান সন্দোক্না হায়ব ঙমগদগে। অদুমকপূ শিবগী মচান্দগী থরদং ঐন তাখি মতু হায়গে তারো ৪॥ প্র-শব্দগী অর্থদি "প্রকৃষ্টার্থ" অথোইব হায়বনী, অমসুং কৃতিগী অর্থম "সৃষ্টি" সেম্ব হায়বনী সংসারসেম্বদ থোইদোক্না নীংথন সেমই হায়দুন অদুবী দেবীসিং অদুবু প্রকৃতি হায়ব মমিং অশী কৌরিবনী ৫॥ বেদদ হায়রি প্রকৃষ্ট অথোইব অমসুং সত্বগুণনী। মরাম থংব কৃশব্দন রজগুণনী, অরোইব তি শব্দন তমগুণনী হায়ন থংনৈ ৬॥

সত্ব, রজ, তম কৌবী গুণ অহুমগী মশক ওইবী মহাকতুদি শক্তিপুমমক্ল তিবীনি। সংসার শেম্বগী অথোইবীনি মহাক্তী মরম অদুন মাবু প্রকৃতি কৌরিবনী ৭॥ প্রশব্দগী অর্থ প্রথম অহাম্বদ অমসুং কৃতি শব্দগী অর্থন শেমই মরম অদুন মান সৃষ্টিগী অহাম্বদপোকখি হায়বদগী অদুবী দেবী মহাকপূ প্রকৃতি কৌরিবনী ৮॥ অহাম্ব নীপা ওইব পরমাত্মাগী যোগশক্তিন মাগী হকচাংদু অনীথোকখি সংসার সেম্ব-নবীদমক। য়েথংব হকচাংন নীপাগী মুর্ত্তি ওই অমসুং ওই থ'ব হকচাং তংথায়ন প্রকৃতি মুপীগী মূর্ত্তি ওইখি ৯॥ অদুগুম্বী প্রকৃতিদো ব্রহ্মাগী মশক ওইবী অমসুং মায়াগী মশক ওইবী অরেম্বী অমসুং সনাতনী (কুইরবীনি)। অদুবী মাগী শক্তিন মৈগী চাক্রবগী শক্তিগুম্ব প্রকৃতি পুরুষ অমিন চান্দুন লৈ ॥১০॥

মন্যতে। সর্ব্বংব্রহ্ম ময়ং ব্রহ্মন পশ্যৎপশ্যতি নারদ ॥১১ স্বেচ্ছাময় স্যেচ্ছয়া চ শ্রীকৃষ্ণস্য সিসৃক্ষয়া। সাবির্ভূব সহসা মূল প্রকৃতি রীশ্বরী ॥ ১২ তদ. জ্ঞয়া পঞ্চবিধা সৃষ্টি কর্ম্মনি ভেদতঃ। অথ ভক্তা নুরোধাদ্বা ভক্তা নুগ্রহ বিগ্রহা ॥ ১৩ গনেশ মাতা দুর্গা যা শিবরূপা শিবপ্রিয়া। নারায়ণী বিষ্ণুমায়া পূর্ণব্রহ্ম স্বরূপিনী ॥১৪ ব্রহ্মাদি দেবৈ মুনিভির্মনুভিঃ পূজিতা সদা। সর্ব্বাধিষ্ঠাতৃদেবী সা ব্রহ্মস্বরূপা সনাতনী ॥১৫ ধর্ম্ম সত্য পুণ্য কীর্ত্তি যশো মঙ্গলদায়িনী। সুখ মোক্ষ হর্ষদাত্রী শোকার্ত্তি দুঃখনাশিনী। ১৬ শরনাগত দীনার্ত্ত পরিত্রান পরায়না। তেজঃ স্বরূপা পরমা তদধিষ্ঠাতৃ দেবতা। ১৭ সর্ব্বশক্তি স্বরূপা চ শক্তিরীশস্য সন্ততম্। সিদ্ধে শ্বরী সিদ্ধরূপা সিদ্ধিদা সিদ্ধিদে শ্বরী ।১৮ বুদ্ধি নিদ্রা ক্ষুৎপিপাসা চ্ছায়া তন্দ্রা স্মৃতিঃ। জ্যোতিঃ ক্ষান্তিশ্চ কান্তিশ্চ শান্তি র্ভ্রান্তিশ্চ চেতনা ॥১৯

---

হে নারদ। মরম অতুন যোগীন্দ্রাসংন লেপ্পমক নুপী নীপাগী তোঙাম্বনী হায়ন নীংনদে। হে ব্রহ্মন। যোগিসিংন জগৎপুম্বমকপা ব্রহ্মগী মশক ওইন অতৎপ নৈতন উই ॥১১॥ নিত্যগী ইচ্ছাগী মশক ওইব শ্রীকৃষ্ণগী সেম্বদ মাগী ইচ্ছান খুত্তম চন্দুনা লৈবি অতম্বী মূল প্রতি ঈশ্বরীন খুৎথক্ত ফোংদোকখি ॥ ১২॥ মাগী য়াথং মতু-ইন্ন মনাই ভক্তন খুত্তম চনব অমসুং ভক্তবু চাম্বীবগী মশক ওইবী, সৃষ্টি কর্ম্মগী মখল মথন্দ মশক মঙা থোককখিবনী ॥১৩॥ দুর্গা মহাক্ত শিবগী মশক ওইবী, শিবগী চাম্বনীনি। নারায়ণী ওইবী, বিষ্ণুমায়া ওইবী পূর্ণব্রহ্মগী মশক ওইবীনি ॥ ১৪॥ ব্রহ্মাদি চিব [illegible], মুনিশিংন মতম পুম্বদ পূজাতৌনৈ। পুম্নমক্কি [illegible] ওইবী দেবী মাহাক্তি ব্রহ্মগী মশক ওইবী সনাতনীনি ॥ ১৫॥

মহাক্ত ধর্ম্মসত্য, পুন্য কীর্ত্তি যশ, মঙ্গলন চিংবপীনবীনি। নুংঙাই-বপীব, মোক্ষ. পীব [illegible] পীব, অবাব মংহনবী, মহাক্তী ॥ ১৬ ॥ অৱাব তরবসিংন চাক্তরক্তপদ ভাকপিবদ মমাং ওনসিনবীনি। নঙা-নগী মশক ওইবী অথ [illegible] অতুগী মবেম লাইরেম্বীনি ॥ ১৭॥ শক্তি পুম্বগী মশক ওইবী, ঈশ্বরগী সদোক্রুপ শক্তিগী মশক ওইবীনি। সিদ্ধগী মবেম ওইবী সিদ্ধগী মশক ওইবী। সিদ্ধি পীব, সিদ্ধগী ঈশ্ব-রীনি॥১৮॥ মহাক্তী বুদ্ধি [illegible] নিদ্রা ওইবী ক্ষুৎপিপাসা, ছায়া, তন্দ্রা, দয়া, স্মৃতি, ক্ষান্তিসু কান্তিসু শান্তিসু ভ্রান্তিসু চেতন্য মহাক্ত ॥১৯॥

পুষ্টিঃ তুষ্টিস্তথা লক্ষ্মীর্বৃত্তির্মাতা তথৈব চ। সর্ব্বশক্তি স্বরূপা সা কৃষ্ণস্য পরমাত্মনঃ ২০ উক্তং শ্রুতৌশ্রু তগুণ শ্চাতি স্বল্পো যথাগমম্। গুণোঽস্ত্যনন্তোঽনন্তায়া অপরাশ্চ নিশাময় শুদ্ধ সত্ত্ব স্বরূপা যা পদ্মা চ পরমাত্মনঃ। সর্ব্বসম্পৎস্বরূপা সা তদধিষ্ঠাতৃ দেবতা ॥২২ কান্তা দান্তাতি শান্তা চ সুশীলা সর্ব্বমঙ্গলা। লোভমোহ কামরোষ্ঠা হঙ্কার পরি বর্জ্জিতা।২৩ ভক্তা নুরক্তা পত্যশ্চ সর্ব্বাস্ত্যা চ পতিব্রতা। প্রানতুল্যা ভগবতঃ প্রেম পাত্রী প্রিয়ম্বদা॥ ২৪ সর্ব্বশস্যা ত্মিকা সর্ব্বজীবনো পায় রূপিনী। মহালক্ষ্মীশ্চ বৈকুণ্ঠে পতিসেবাবতী সদা ॥২৫ স্বর্গেচ

দুর্গামহাক্তি তুষ্ঠি কৌবী মহাক্নী, পুষ্টিষু, লক্ষ্মীস্থ, বৃত্তি অমন্তুং জগৎকি মমানী। দেবী মহাক্ল পরমাত্মা শ্রীকৃষ্ণগী শক্তি পুস্বগী মশক ওইস্বীনি ॥২০॥ মক্ত হায়গ্রব গুণ পুম্নমক অসীন তিম্বীনি হায়ন বেদদ হায়রি। মাগী মশক্তি মপাম্নাইদে মগুণস্থ লোইন হায়ব ওস্বনতে, অতোপ্পী অমগী অত্তুক হায়র তারো ॥২১॥

পরমাত্ম শ্রীকৃগী লক্ষ্মী কৌবী দেবীদি অশেংব সত্বগুণগী মশক্লি। অয়াস্ব সম্পত্তি পুস্বগী মশক ওইগী অমস্তুং অত্তুস্ব সম্পত্তিত্তুগী মবেম দেবতানী ॥২২॥ মাগী মাগী মশকস্থ পুক্লীং ছন ফজবীনি, মপূক্লীংস্থ লাক-সিম্বীনি, মতম পুস্বদ পুক্লীং ঈংবীনি, লমচৎ য়াম্ন ফজবী অমস্তুং মরম পুস্বদ মঙ্গল পীনবীনি। লৌনীং চানীংব, স্তুমহৎপ, অপাস্ব, অশাওব অমস্তুং মাপন নৈতবীনি ॥২৩॥ মনাই ভক্তবু চাম্বী, অমস্তুং মপূরোয়-বনীংবী থ্বাম্নদগী অহাস্বীনি। ভগবানগী প্রানগ মানবী, প্রেমগী পাত্রীনি অমস্তুং য়াভাং খোন্দা য়াম্ন মুংশিবিনি ॥২৪॥ কৌনচিংব মহৈ মরোং পুস্বগী মশক্লী, জীব পুস্বগী উপায় ওইবীবগী মশক্লী॥ বৈকুণ্ঠদ মহালক্ষ্মী কৌই অমস্তুং মতম পুস্বদ মপুরোয়বগী সেবাদ তোবীনি ॥২৫॥ স্বর্গদস্থ স্বর্গলক্ষ্মী কৌই, নিংথৌ পুস্বদস্থ রাজ লক্ষ্মী কৌই। য়ুমপাস্বসিংদস্থ গৃহলক্ষ্মী কৌই, অমদি পৃথিবীদ য়ুমপ বসিংদস্থ অত্তুম্ন লৈ ॥২৬॥ থরাম পাম্ব পুস্বদস্থ পোৎ পুম্নমক্তস্থ মান পুক্লিং ছন ফজহল্লি। পুন্য তৌব

স্বর্গে লক্ষ্মীশ্চ রাজলক্ষ্মীশ্চ রাজসু। গৃহেচ গৃহলক্ষ্মীশ্চ মর্ত্ত্যানাং গৃহিনাং তথা ॥২৬
সর্ব্বপ্রানিষু দ্রব্যেষু শোভারূপা মনোহরা। প্রীতিরূপা পুণ্যবতাং প্রভারূপা
নৃপেষু চ ॥ ২৭ বানিজ্যরূপা বানিজ্যাং পাপিনাং কলহাঙ্কুরা। দয়াময়ী ভক্ত
মাতা ভক্তানুগ্রহ কারিণী ॥ ২৮ চপলে চপলা ভক্ত সম্পদো রক্ষণায় চ।
জগজ্জীবন্মৃতং সর্ব্বং যয়াদেব্যা বিনা মুনে ॥ ২৯ শক্তির্দ্বিতীয়া কথিতা বেদোক্তা
সর্ব্বসম্মতা। সর্ব্বপূজ্যা চান্যাং মত্তো নিশাময় ॥ ৩০ বাগ্ধিবিদ্যা জ্ঞানাধিদেবতা
পরমাত্মন: সর্ব্ববিদ্যা স্বরূপাযা সা চ দেবী সরস্বতী ॥৩১ সুবুদ্ধিং কবিতা মেধা
প্রতিভা স্মৃতিদা সতাম্। নানাপ্রকার সিদ্ধান্ত ভেদার্থ কল্পনাপ্রদা ॥ ৩২
ব্যাখ্যা বোধ স্বরূপা চ সর্ব্ব সন্দেহ ভঞ্জিনী। বিচার কারিণী গ্রন্থকারিনী শক্তি
রূপিনী ॥ ৩৩ সর্ব্বসঙ্গীত সন্ধান তাল কারণ রূপিনী। বিষয় জ্ঞান বাগরূপ

---

মীনা পুক্লিং মুংঙাইহল্লি, অমসুং নিংথৌশিংদ মঙানবী মশক ওইবী ॥২৭॥ কল্লোম্বসিংগী মফমদ কল্লোম্বগী মশক ওইদুন লৈ, পাপি-সিংগী মফমদ খংনচৈনবাগী মশক ওইবীনি, ভক্তপী মমানী, ভক্তবু চানবীহৈবীনি ॥১৮॥ তথক তথকপ মীদ অথকপী ওই, অমসুং ভক্তগী মফমদ ঙাকপিবনি। লক্ষ্মী মহাক নত্তবদি জগৎকি জীব পুম্বসী অসিবগ মাহৈ ॥১৯॥ শক্তি দেবীগী অনীশুব বেদদ হায়রব পুম্নমক্ক পূজা তৌনব পুম্নমক্ক খুরুম্নব লক্ষ্মীগী মগুণ খরদং হায়রবসিনি অমসং অতোপ্পী অমগী অমুক হাংহ্রেগে তাবো ॥৩০॥

পরমাত্মা শ্রীকৃষ্ণগী মাথং বুদ্ধি বিদ্যা, জ্ঞান পুম্বগী মবেম দেবতা ওইবী অমসুং বিদ্যা পুম্বগী মশক ওইবী দেবী মহাক্কবু সরস্বতী কৌ-বীনি ॥৩১॥ অথোইব কবি ওইহন্ব, বুদ্ধি ফহন্ব, কাওগন্দবা, মঙান চাওহন্ব, অমসুং মীশিংবু শক্তি পীনবীনি। সিদ্ধান্ত কয়া তোঙান অর্থ মরাম পুথোক্কপ ঙমহন্বীনি ॥৩২॥

অক্কব কবিশিংগী মশক ওইবী অমসুং বুদ্ধি য়াম্ন কব, ফাগব, কাওদ্রগব, মঙান চাওব অমসুং মীশিংবু শক্তি পীনবীনি। মহাক্কী মথক্ক মথক্কসি সিদ্ধান্তগী তোঙান অর্থ মরাম পুথোকপা ঙমহনবী ॥৩৩ মহাক্কী

প্রতিবিম্বেষু জীবিনাম ॥৩৪ ব্যাখ্যা মুদ্রা করা শান্তা বীনা পুস্তক ধারিনী। শুদ্ধ সত্ত্ব স্বরূপা যা সুশীলা শ্রীহরি প্রিয়া ॥৩৫ হিম চন্দন কুন্দেন্দু কুমুদা ম্ভোজ সন্নিভা। জপন্তি পরমাত্মানং শ্রীকৃষ্ণং রত্ন মালয়া ॥৩৬ তপঃ স্বরূপা তপসাং ফলদাত্রী তপস্বিনী। সিদ্ধবিদ্যা স্বরূপা চ সর্ব্বসিদ্ধি প্রদা সদা ॥৩৭ দেবী তৃতীয়া গদিতা শ্রীযুক্তা জগদম্বিকা। যথাগমং যথাকিঞ্চি দপরাং সন্নিবোধ মে ॥৩৮ মাতা চতুর্ণাং বেদাঙ্গানাঞ্চ সন্দসাম সন্ধ্যা বন্দন মন্ত্রানাং তন্ত্রানাঞ্চ বিচক্ষনা ॥৩৯ দ্বিজাতি

ব্যাখাগী মশক ওইবী, অখণ্ডবগী মশক ওইবী, চিংনব পুন্নমক্কি কক-থৎনব ওইবী, বিচার তৌবী, মখস. মখা লাইরিক পূন্নমক্কি চঙনফম ওইবী অমসুং শক্তিগী মশক ওইবীনি ॥৩৪

মহাক্তী ঈশৈ পুন্নমক্তী থোককম্নী অমসুং ভাল পূন্নমক্কি কারনগী মশক ওইবীনি। জগৎ সংসারদ লৈব জীবশিংগী বিষয়, জ্ঞান, অমসুং মথাথংগী মশক ওইবীনি ॥৩৪ মহাক্তী মখুৎত ব্যাখ্য মুদ্রা; মাগী বীনাযন্ত্র অমসুং লাইরীক পাংবীনি। মাংমা ঈংবী স্বভাবন ওইবী, অশেংব সত্বগুণগী মশক ওইবী, লমচৎ ফজবীনি হরিগী চান্নবী পত্নীনি ॥৩৫

অঙৌব চন্দন থোম্বী, কুন্দো পরেং থোন্বী থঙ্গাল অঙৌব, থরো অঙৌব, থাগী মঙালগুম্বীনি মনি রত্নগী মালাদ পরমাত্মা ওইব শ্রীকৃষ্ণগী নাম্বু শোল্লিবীনি ॥৩৬ লাইনীংবীনি, তপকি মশক ওইবী, তপ তৌবশিংগী মহৈ পীবীনি সিদ্ধবিদ্যাগী মশক ওইবী অমসুং মতম পুম্বদা সিদ্ধি পুন্নমক পীনবীনি ॥৩৭ শ্রীমতিম্বী জগৎ কিমমা ওইবী অহুম শুবী দেবীগী চরিত হায়বগীনী ॥

আগমদ হায়ব অতোপ্পী দেবী অমগী থরদং ঐ অমুক হাইগে তাও ॥৩৮ বেদ মরিবু পোকপী মমা অমসুং ছন্দন.চংব বেদাঙ্গ-শিংগীসু মমা ওইবী, সন্ধ্যাবন্দনাগী মন্ত্রখিবীকপু অমসুং পণ্ডিত-শিংন পোম্নবনী ॥৩৯ ব্রাহ্মণ জাতিশিংগী মশক ওইবী অমসুং

জ্যোতিরূপা চ অপরূপা তপস্বিনী। ব্রাহ্মতেজময়ী শক্তি স্তদধিষ্ঠাতৃ দেবতা ॥৪০ যৎপাদরজসা পূতং জগৎ সর্ব্বঞ্চ নারদ। দেবী চতুর্থী কথিতা পঞ্চমীং বর্ণয়ামিতে ॥ ৪১ প্রেম প্রাণাধিদেবী যা পঞ্চপ্রাণ স্বরূপীণী। প্রাণাধিক প্রিয়তমা সর্ব্বাস্থা সুন্দরী বরা ॥৪২ সর্ব্বসৌভাগ্য যুক্তা চ মানিনী গৌরবান্বিতা। বামার্দ্ধাঙ্গ স্বরূপ চ গুনেন তেজসা ময়া ॥৪৩ পরা বরা সর্ব্বব্রতা পরমাত্মা সনাতনী। পরমা নন্দ রূপাচ ধন্যা চ পুজিতা ॥৪৪ রাসক্রীড়াধিদেবী চ কৃষ্ণস্য পরমা ত্মনঃ। রাসমণ্ডল সম্ভূতা রাসমণ্ডল মণ্ডিতা ॥৪৫ রাসেশ্বরী সুরসিকা রাস বাস বিলাসিনী। গোলোকবাসিনী দেবী গোপীবেশ বিধায়িকা ॥৪৬ পরমাহ্লাদ রূপা চ

---

নাম শোয়গী মশক ওইবী লাইনীংবীনি। ব্রহ্মতেজগী মশক ওইবী শক্তিগী অধিষ্ঠাতৃদেবতা ওইবীনি ॥৪০ হে নারদ মাগী খুবাগী উফুল্লা অমসুং জগৎ পুম্বু শেংইবনী। দেবী মরি শুবীগী হায়রবশীনি নঙ্গি দমক মঙাশুবী প্রকৃতিগী অমুক হায়গে জারো ॥৪১

শ্রীকৃষ্ণগী পঞ্চপ্রাণগী মশক ওইবী, প্রানগী অধিদেবতা ওইবী, মহাক্কুদী প্রেমগী মশক ওইবীনি। পুম্নমকপু হান্বী, ফজবদ মপা নৈতবী, কৃষ্ণগী শরাবদগী হেন্বী অমসুং মুংশিথোইবীনি ॥৪২ মরাইবক য়াম্ন ফবন তিম্বী নাপন চাওবী ওইনচাওবী, অমসুং পুম্নমক্ক মর্য্যাদা তৌবীনি। শ্রীকৃষ্ণগী ওইথংব হকচাং তংখায়গী মশক ওইবী অমসুং গুণদসু মতীক মঙান্দসু কৃষ্ণগ মানবীনি ॥৪৩ খাঁন্দগী অথোইবী, ব্রত পুম্নমক কৌবী, পরমাত্মাগীসু অহান্বী কুইরবীনি। অথোইব নুংঙাইবগী মশক ওইবী, মিংচং চাওবী, হাংজ্র চংজফম ওইবী, অমসুং পুজাতোনফম ওইবীনি ॥৪৪

পরমাত্মা ওইব শ্রীকৃষ্ণগী অমসুং রাসক্রীড়াগী মাবম্ম ওইবীনি। শ্রীরাস মণ্ডলদ লীংথনা পোকখিবী অমসুং রাস মণ্ডলগী ফজ্জাব নৈতেং ওইবীনি ॥৪৫॥ রাসগী ঈশ্বরী ওইবী, রস কম্ম খঙবী, রাসদ নৈবব মতীক চাবী অমসুং রাসদ নৈবীনি। গোলোকতা থবদ নৈবী, গোপীগী কিজেৎ শেৎপী অথোইবী দেবীনি ॥৪৬ এথইদেক তেংদোক্ক পুক্কীং

সন্তোষ হর্ষরূপিণী। নির্গুণা চ নির্লিপ্তা আত্মরূপিণী ॥৪৭ নিরীহা নিরহঙ্কারা ভক্তানুগ্রহ কারিণী। বেদানুসারধ্যানেন বিজ্ঞাতা সা বিচক্ষণৈঃ ॥৪৮ দৃষ্টি দৃষ্টান সর্ব্বেশৈঃ সুরেন্দ্রৈ মুনি পুঙ্গবৈঃ। বহ্নিশুদ্ধাংশুকাধানা রত্না লঙ্কার ভূষিতা ॥৪৯ কোটিচন্দ্র প্রভামুষ্ট শ্রীযুক্ত ভক্তবিগ্রহা। শ্রীকৃষ্ণভক্তদাস্যৈক দাত্রী চ সর্ব্বসম্পদাম ॥৫০ অবতারে চ বারাহে বৃক ভানুসুতা চ যা। যৎপাদপদ্ম সংস্পর্শ পবিত্রা চ বসুন্ধরা ॥৫১ ব্রহ্মাদিভি রদৃষ্টা যা সর্ব্বদৃষ্টা চ ভারতে। স্ত্রীরত্ন সারসম্ভূতা কৃষ্ণবক্ষঃ স্থল স্থিতা ॥৫২ তথা ঘনে নবঘনে লোলা সৌদামিনী মুনে। ষষ্টিং

---

উব ফংগুমদবী মহাকপু অমসুং ভারত ভূমিদদী পুম্নমক উব ফংখি মুপীদক্কী অথোইবী রত্ন ওইন পোকপী, শ্রীকৃষ্ণগী থবাক্ত লৈবীনি ॥৫২

হে মুনি নারদ।

মাহুদী অমৌব নোংগী মরক্ত লেংগ্রবী নোংথাঙন লৈবগুম্ম নীংথিজথী। ব্রহ্মা মহাক্ত মমাংদগী চহী কীশিং হুমফু চুপ্ন য়াম্ম যান তপ তৌখি। মাগী চরণ থম্বালগী খুজীন থম্বাংবু উজরগা অমসুং মাগী আত্মা শেংনবগীদমক নীংখিবনী ॥৪৩ ফোংদোক্ত উব ফংবদি হায়রুম্ম হয়াওগদ্বী, অমসুং অপেন্ন হয়াও তহাম্বী মশক ওইবীনি। মায়াগী গুণ পক্তগী, মশক মওং নাইদবী, অয়গ শোক্তরুব লৈত্ররী অমসুং আত্মাগী মশক ওইবীনি ॥৪ অবু পামুব নীংউব লৈত্রবী, নাপ য়াওদ্রবী, মনাই ভক্তবু থৌজাম্বীনদবগী হোংনবীনি। অথওব পণ্ডিত সাধুবৈষ্ণবশিংন বেদন হায়ব মতুংইন্ন ধ্যান তৌদুন নীংবীনি ॥৪৮ লাই অথোইবশিংন মুনি অথোইবশিংন উগে য়েংবদ উঙমদবী সত্ত্ব গুণগী মশক ওইবী ঈশ্বরীনি। মৈ ফজন তকপোক্রব ফিন লেতেংবী সনা মণি রত্নগী অলঙ্কারন লৈতেংবীনি ॥৪৯

থা; কোটি অমগী হেন্ন ভাম্বী, শ্রীলক্ষ্মীগী সম্পত্তিন তিন্বী, ভক্তিগী মশক ওইবীনি। শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ভক্ত ওইব পীনবী অমসুং সম্পত্তি পুম্নমপু পীনবী ন ॥৫০ মহাক্ত বরাহ কল্পগী মমুংদ অথোইব অমসুং বৃষভানুগী মচা ওইনা পোকপীনি। মহাক্কী মখোঙ থম্বালগ শোক্তজবদগী অমসুং পৃথিবীন অশেংব ওইরিবনী ॥৫১ ব্রহ্মান চিংবন

বর্ষ সহস্রাণি প্রহৃষ্টং ব্রহ্মণা পুরা ॥৫৩ তৎপাদ পদ্ম নখরদৃষ্টয়ে চাত্মশুদ্ধয়ে। নচ দৃষ্টঞ্চ স্বপ্নেঽপি প্রত্যক্ষস্যাপি কাকথা ॥৫৪ তেনৈব তপসা দৃষ্টা ভুবি বৃন্দাবনে বনে। কথিতা পঞ্চমী দেবী সা রাধা প্রকীর্ত্তিতা ॥৫৫ অংশরূপা কলারূপা কলাংশাংশ সমুদ্ভবাঃ। প্রকৃতে প্রতিবিশ্বেষু দেব্যশ্চ সর্ব্বযোষীতঃ ॥৫৬ পরিপূর্ণতমাঃ পঞ্চবিধা দেব্যঃ প্রকীর্ত্তিতাঃ। যা যা প্রধানাংশরূপা বর্ণয়ামি নিশাময় ॥৫৭ প্রধানাংশ স্বরূপা চ গঙ্গা ভুবন পাবনী। বিষ্ণুবিগ্রহ সম্ভূতা দ্রবরূপা সনাতনী ॥৫৮

---

অমসুং মমড মক্তদগী ডব ফংখদে॥ ব্রহ্মাণ অতুম নীংজখিব অদুন মরম ওইদুন পৃথিবীগী বৃন্দাবনগী বন্দা লেপ্পমক উব ফংখি। অশীগুম্বী মঙাশুবী দেবী শ্রীমতি রাধা কৌবীগী মতিক মগুণবু হায়রবশীনি ॥৫৪

মখোয় মঙাশীগী অংশগী মশক্ক ওইবী, কলাগী মশক্ক ওইবী, অমসুং কলাগী কলান ওইখিবী, অংশগী অংশন ওইখিবী, সংসার পুম্নমক্ত লৈরিবী নুপী পুম্নমকশী অমসুং প্রকৃতি দেবীগী অংশন ওইখিব মক্কনী নারদ ॥৫৪ মপুং ফাবী অখোইবীদি মথক্ত হায়খ্রিব দেবী মঙা অশীনি হাইনৈ। অদুগুম অদুগুম্বী অখোইবী অংশগী মশক ওইবী মখোয়শিংদু ঐ হায়রগে তারো নারদ ॥৫৬

মরোম অদুম্বু লাম্বীব গঙ্গা হায়রন কৌবীশী অমসুং অখোইব অংশগী মশক ওইবীনি। বিষ্ণুগী মশামক্ক ওইখিবী; মহীগী মশক ওইবী অমসুং মতম মপুম কুইরবীনি। পাপিশিংগী পাপ পুম্নমকপু চাকখেক্লনব অচাকপ মৈগী মতোগুম্বীনি। মাবু উজ্জ্বল, শোকচব, ম্লান তৌজবদ, থকপদ অম্লান খুডম পীরবনী ॥৫৮

---

পাপিপাপো পদাহায় জ্বলদিন্ধন রূপিণী। দর্শস্পর্শ স্নানপানৈ র্নির্ব্বাণ পদ দায়িণী ॥৫৯
গোলোক স্থান প্রস্থান-সুসোপান স্বরূপিণী। পবিত্ররূপা তীর্থানাং সরিতাঞ্চ পরাবরা ।৬০
শম্ভুমৌলি জটা মেরু-মুক্তা পঙিক্ত স্বরূপিণী। তপঃ সম্পাদণীসদ্যো ভারতে চ তপস্বিনাম॥৬১
শঙ্খ পদ্ম ক্ষীরনিভা শুদ্ধসত্ত্ব স্বরূপিণী। নির্ম্মলা নিরহঙ্কারা সাধ্বী নারায়ণ প্রিয়া। ৬২
প্রধানাংশ স্বরূপাচ তুলসী বিষ্ণুকামিণী। বিষ্ণু ভুষণ রূপা চ বিষ্ণু পাদ স্থিতা সতী। ৬৩
তপসঙ্কল্প পূজানি সদ্যঃ সম্পাদণী মুনে। সারভুতা চ পুষ্পানাং পবিত্রা পুন্যদা সদা ॥৬৪
দর্শন স্পর্শনাভ্যাঞ্চ সদ্যো নির্ব্বাণ দায়িণী। কলৌকলুষ শুষ্কেধ্ম-দাহনায়াগ্নি রূপিণী ॥৬৫
যৎপাদ পদ্ম সংস্পর্শাৎ সদ্যঃ পুতা বসুন্ধরা। যৎস্পর্শ দর্শং বাঞ্ছন্তি তীর্থানি চাত্মশুর্দ্ধয়ে ॥৬৬

---

পাপিশিংগী পাপ পূম্নমবপু চাকথেক্লনব অচাকপ মৈগী মতৌগুম্বীনি। মাবু উজবা, শোকচব, স্নান তৌজবদ, থকপদ অরান খুবম পীনবনী। ৫৮ মহাক্ল গোলোক ধামদ কানবগী চক্ষীদ অথোইব লমজিংবীবগী মশক্লী। মহাক্ল তীর্থ পূম্নমক্তগী থোইদোক্ল শেংলবীনি অমসুং তুরেন পুম্নমক্তগী অথোইবীনি ৫৯

শম্ভু — মহাদেবগী কোকথক্কী জটাদ লৈবী, সনচীংদগী মুক্তা ময়াম্ন চেন্থরকপগুম্বী মওংনি। গঙ্গা মহাক্ল ভারত অসিদা তপস্বি ময়ামগী তপস্যা তৌনব মফম কয়া লৈহনখি ॥৬০ মহাক্কি মচুদি মোইবুংগী মচু, থম্বাল অচৌ-বগী মচু অমসুং সঙ্গোম অনৌব মচুগুম্বী য়াম্ন লুবী অমসুং অশেংব সত্ত্বগুণগী মশক ওইবীনি ॥৬১ মহাক্কি মক্তবীনি, নাপন য়াওদ্রবীনি সাধ্বী সতীনি অমসুং শ্রি নারায়ণগী চান্নথোইবীনি ॥ অসীগুম্বী প্রকৃতিশীগী অংশনা তুলসী কৌবী অথোইবীদু ওইখি অমসুং নারায়ণগী পত্নী ওইখি ॥৬১

হে মুনে! সতী তুলসী কৌবী অসীদি শ্রীহরিগী চরণ থম্বালগী লৈতেংগী মশক ওইদুনা অতৎপ লৈতন লেঙদন লৈরিবনী। তুলসীবু সঙ্কল্প তৌদুনা পূজা, ধ্যান, তপচিংব তৌরবদি থুংথক্ত সম্পাতি ফংই ॥৬৩ তুলসীদি লৈ পুম্ননক্তগী মান অথোইবীনি, অরেপ্প অশেংবীনি অমসুং মতম পূম্বদ পুন্য পীনবীনি। মহাকপু উজবদা মান মীদুবু অরান খুবম পীরিবনী ॥৬২ মান কলিগী মতমদ পাপকি মশক ওইব অধর্ম্মবু অকংব শীংবু চাকথেক্লব মগী মতৌগুম্বীনী। মহাক্কি মখোঙ থম্বালগ শোক্লজবদগী পৃথিবীন অতৎপ লৈতনা শেংইবনি ॥৬৫ তীর্থ পুম্নমক্ল মশাদ পাপচেব শেংনবগীদমক মহাকপু শোকনীংব অমসুং উননীংবত খন্দুন লৈরিবনী। অসীগুম্বী দেবীশী নক্তনদি সংসার অসীদ কর্ম্ম তৌবা পুম্নমক্ত মহে লৈতে ॥৬৬

যয়াবিনা চ বিশ্বেষু সর্ব্বং কর্ম্মাতিনিস্ফলম। মোক্ষদা যা মুমুক্ষুনাং কামিনাং সর্ব্ব কামদা ॥৬৭
কল্পবৃক্ষ স্বরূপা চ ভারতে বিশ্বরূপিণী। ত্রানায় ভারতীনাঞ্চ প্রজানাং পরদেবতা ॥৬৮
প্রধানাংশ স্বরূপা চ মনসা কশ্যপাত্মজা। শঙ্কর প্রিয়া শিষ্যাচ মহাজ্ঞান বিশারদা ।৬৯।
নাগেশ্বরস্যা নন্তস্য ভগিণী নাগ পুজীতা। নাগেশ্বরী নাগমাতা সুন্দরী নাগবাহিণী ॥৭০
নাগেন্দ্র গণ যুক্তা সা নাগ ভুষণ ভুষিতা। নাগেন্দ্র বন্দিতা সিদ্ধযোগিণী নাগ বাসিনী ॥৭১
বিষ্ণু ভক্তা বিষ্ণুরূপা বিষ্ণু পূজা পরায়ণা। তপঃ স্বরূপা তপসাং ফলদাত্রী তপস্বিনী ।।৭২
দিব্যং ত্রিলক্ষ বর্ষঞ্চ তপস্তপ্তং যয়াহরেঃ। তপস্বিনীষু পূজ্যা চ তপস্বিষু চ ভারতে ॥৭৩
সর্পমন্ত্রাধিদেবী চ জ্বলন্তী ব্রহ্মতেজসা। ব্রহ্মস্বরূপা পরমা ব্রহ্মভাবন তৎপরা ।। ৭৪

---

অশীগুম্বী মহাক্ন অরান্নফংনীংবশিংগী ওরানব পীনৈ, সমপৎ পান্নশিংগী মফমদ অপান্নপুম্ন পীনবীনি ।। মহাক্ন ভারত অশিদ কল্প বৃক্ষগী মশক্নী অমসুং জগৎকি মশক ওইবীনি ।। ৬৭ অশীগুম্বী তুলসী অশীন ভারত্ত লৈব প্রজাশিঙ্গী লানবিনব অমত্ত ওইবী অথোইবী দেবতাগী মশক্নী ।। হে নারদ! তুলসীগী মতীক মগুন হায়রবশীনি মতুংদ মনসাদেবীগী অমুক হায়গে তারো ।।৬৮
কশ্যপকি মচানুপী মনমা কৌবীসু প্রকৃতিগী অথোইব অংশগী মশক্নী মহাক অশী শঙ্করগী য়াম্ন নুংশিবা শিষ্যনী, অমসুং জ্ঞানয়াম্নলৈবী সতীনি ।।৬৯
মহাক্নী নাগেশ্বর (লিনগী মপু) অনন্তগী মচন্নী অমসুং লিন পুম্নমক্ন পূজা তৌবীনি ! মহাক্নী মতম পুম্নদ মশক মতৌ য়াম্না ফজৈ. লিন্দ শাদোং, বাহল ওইবীনি ।।৬৯ মান লিন পুম্নগী ঈশ্বরী—মবেমনী, অমসুং লিলগী মমাগুম্বীনি। মহাক্নী লিলগী মশককুম্ন ফিবোল অলঙ্কার শাক্ন লৈতেংই ।।৭০
মাবু লিল অথোইব শিংন থৌগল্লি; যোগদ সিদ্ধ য়াম্ন ওইবানি অমসুং লিল অথোইবশিংন খুরমনৈ, লিল পুম্নমক্নি মরক্ত মাগী লৈফম্নী ।৭১
মহাক্নী অবেপ্প বিষ্ণুগুম্বানি, অতৎপ লৈভন বিষ্ণু ভক্তিদ পুক্নীংচঙবীনি অমসুং বিষ্ণু পূজাদ মমায় ওনশীম্বীনি। মহাক্নী তপকি মশক ওইবীনি অমসুং তপতৌবশিংগী মহৈ পীনবা অমসুং মহাক মশামক তপস্বিনী ।।৭২
মহাক্ন লাইগী চহীদ, চহী লীশীং অহুম হরিবু তপস্যা তৌখিবদগী ভারত অসিদ মাবু তপতৌব শিংন পূজা তৌনখিবীনি ।।৭৩ মহাক্নী লিলগী মন্ত্র হৈবশিংগী মবেম ঈশ্বরীনি অমসুং ব্রহ্মতেজন মতম পুম্নদ পুমডান ডানবীনি ।। মহাক্নী পরব্রহ্মগী মশক ওইবীনি অমসুং পরব্রহ্মবু নীংবদ অতৎপলৈতন পুক্নীং চঙবীনি ।।৭৪

জরৎকারুমুনেঃ পত্নী কৃষ্ণশম্ভু প্রতিব্রতা। আস্তীকস্য মুনের্মাতা প্রবরস্য তপস্বিনাম ॥৭৫
প্রধানাংশ স্বরূপা যা দেবসেনা চ নারদ। মাতৃকাসু পূজ্যতমা সা চ ষষ্ঠী প্রকীর্ত্তিতা ॥৭৬
শিশূনাং প্রতিবিশ্বেষু প্রতিপালন কারিণী। তপস্বিনী বিষ্ণু ভক্তা কার্ত্তিকেয়স্য কামিনী ॥৭৭
ষষ্ঠাংশরূপা প্রকৃতেস্তেন ষষ্ঠি প্রকীর্ত্তিতা। পুত্রপৌত্র প্রদাত্রী চ ধাত্রী চ জগতাং সদা ॥৭৮
সুন্দরী যুবতী রম্যা সততং ভর্ত্তুরন্তিকে। স্থানে শিশূনাং পরমা বৃদ্ধরূপা চ যোগিণী ॥৭৯
পূজা দ্বাদশ মাসেষু যস্যাঃ ষষ্ঠ্যাস্তু সন্ততম্। পূজা চ সূতিকা গারেহপরা ষষ্ঠদিনে শিশো॥৮০
একবিংশতিমে চৈবা পূজা কল্যান হৈতুকী। শশ্বন্নিযমিতা চৈষা নিত্যা কাম্যা পত্যঃ পরা॥৮
মাতৃরূপা দয়ারূপা শশ্বদ্রক্ষণ কারিণী। জলে স্থলেচান্তরীক্ষে শিশূনাং স্বপ্নগোচর ॥৮২

মাদি—হরিহরবু নীংবী, মপুরোয়বনু লুনচৌবী, জরৎকারু মুনিগীনুপীনি অমসুং লাইনীংকব আস্তিক মুনিগীদি মমানী ॥৭৫

হে নারদ! দেবসেনা কৌবী দেবাস্থ প্রকৃতিগী অথোইব অংশন ওইবীগী মশক্নী। মহাক্তি মাতৃকা পূম্নমক্কগী থোইদোক্না পূজা তৌনবা ষষ্ঠদেবী হায়ন কৌবী মহাক্নী ॥৭৬ ষষ্ঠীদেবী মহাক্তা জগৎপূম্নগী অঙাংশিংবু য়োকপি ঙাক-পিদুনা লৈবী মহাক্নী; বিষ্ণু ভক্তি য়াম্ন লৈবী লাইনীংবী অমসুং কার্ত্তিকেয়গী পত্নীনি। মহাক অশী প্রকৃতিগী ষষ্ঠাংশ (তরুকসুব অংশ) গী মশক্নী মরম অদুন মাগী মমিং ষষ্ঠীদেবী হায়ন কৌনৈ ।৭৮ মহাক্ন মচা মশুনচিংবপীনৈ; মরম অদুন জগৎ সংসাবদ মাবু দাত্রী (ধাত্রী) হায়ব নিং অসী ফাওখি। মহাক্তি য়াম্ন ফজবী নুপীনি, মতম পূম্বদ মপুরোয়বগী মনাক্ত লৈবানি অমসুং অঙাংশিংগী মনাক্তন য়াম্ন অহল ওইবীগী মশক ওঈ অমসুং লাইনীংবিগী শক্নী ।৭৯

থা তরানীথোই শুরগ অঙাংন পোকপনুমৗৎতগী সুমাৎ তরুক্নী শুবদ চাবোকশঙদ পূজা কৎলী অমসুং নুমৗৎ কুনগ মাথোইনিগী নুমৗৎতশু মচাগী য়াইফনবগী মরমদ অদুগুম্বী ষষ্ঠাদেবীবু পূজাতৌগনি ॥৮০ মশিদি নিত্য ষষ্ঠীগী নিয়ম ঙাকপদসু অশিন ওই, হায়রিব অশীনত্তব অতোপ্প ষষ্ঠী পূজাদি অপাম্ব পোৎ ফংনীংব মীন তৌগদব ওই ॥৮১ মহাক্ন অঙাংশিংগী মমডদসু থৌ-জানগী মশক ওই অমসুং মনাগী মশক ওইদুন ঈশিংদ কংফান্দ অমসুং অথুপ্প মফম্ন চিংব পূম্নমক্ত অঙাংশিংবু ঙাক্তুনলে ॥ ৮২

প্রধানাংশ স্বরূপা যা দেবী মঙ্গলচণ্ডিকা প্রকৃতে র্মুখসম্ভুতা সর্বমঙ্গলদা সদা।৮৩
সৃষ্টৌ সম্বন্ধরূপা চ সংহারে কোপরূপিণী। তেন মঙ্গলচণ্ডীসা পণ্ডিতৈশ্চ পরিকীর্ত্তিতা ॥৮৪
প্রতিমঙ্গল বারেষু প্রতিবিশ্বেষু পূজিতা। পঞ্চোপচারৈ ভর্ক্ত্যাচ যোষিদ্ভিঃ পরিপূজীতা ॥৮৫
পুত্রপৌত্র ধনৈশ্বর্য্য যশোমঙ্গলদায়িণী। শোক সন্তাপ পাপার্ত্তি-দুঃখদারিদ্র্য নাশিণী ॥৮৬
পরিতুষ্টা সর্ব্ববাঞ্ছা প্রদাত্রী সর্ব্বযোষিতাম্। রুষ্টা ক্ষণেন স হর্ত্তুং শক্তা বিশ্বং মহেশ্বরী ॥৮৭
প্রধানাংশ স্বরূপাচ কালী কমল লোচনা। দুর্গা ললাট সম্ভুভা রনে শুম্ভনিশুম্ভয়া ॥৮৮
দুর্গার্দ্ধাংশ স্বরূপাচ গুনেন তেজসা সমা। কোটি সূর্য্যপ্রভামুষ্ট পুষ্ট জাজ্বলতিগ্রহা ॥৮৯
প্রধানং সর্ব্বশক্তীনাং বরা বলবতী পরা। সর্ব্বসিদ্ধি প্রদা দেবী পরমা সিদ্ধ যোগিনি ॥৯০

মঙ্গল চণ্ডিকা কৌবী প্রকৃতিগী অথোইব অংশগী মশক ওইবীনি অমসুং মহাক্কি মচীনমক্ক হায়খিব মমিং অমনী। মহাক্ক মতম পুম্বদ মঙ্গল পীনবিনি মহাক্ক সংসার সেম্বগী থবক্ত মঙ্গল পীনবগী মশকনী অমসুং প্রলয়গী মতমদন অশাওবগী মশক ওইবীনি ॥৮৩ মরম অদুন পণ্ডিতশিংন মহাকপু মঙ্গলচণ্ডিকা হায়ন মমিং শোগ্নি ॥ প্রতি মঙ্গলবারে (লৈপাকপোকপা খুদীংগী) জগৎ পুম্বদ মাহাক্কী পূজাকংনৈ। মুপীশিংন পোংলম মঙান মাবু পূজা কৎনৈ ॥৮৪ মহাক্ক মচা; মশু, ঐ স্বর্য্য, মিংচৎনচিংব পীনৈ অমসুং পুক্নীংচাকপ অরা-মুংশিনংবা, পাপ, অনা অয়েক অমসুং লায়রবগী অরাব পুম্নমক মাঙহল্লী ॥৮৫ মহাক্ক পেম্বিদুন মুপীশিংদ অপাম্ব বিষয় পুম্নমক পীনবিবনী ॥ অথোইবী মহেশ্বরী দেবীন শাওখ্রবদী; মতম থরগী মমুংদ জগৎ পুম্নমকপু ঈরায় লায়ন মাঙহম্ব ঙমই ॥ ৮৬

মীৎ থম্বাল মাম্বী কালীসু প্রকৃতিগী অথোইব অংশগী মশরী মহাক্ক শুম্ভ নিশুম্ভগী যুদ্ধ (লানফমদ) দুর্গাদেবীগী লাইবক্কগী পোকপী ওইখি। ৮৭ মহাক্কী দুর্গাদেবীগী হকচাং তংখায়গী মশক ওইবীনি গুনদসু মঙান্দসু মথোর অনী মানবীনি ॥৮৮ মহাক্কি হকচাংগী মঙান্দী মুমীৎ কোটি অমগী মঙাল গুম অতৎপ লৈতন ঙাগ্নী। মহাক্কী শক্তি পুম্বদগী অথোইবীনি, মতম পুম্বদ পাঙ্গল কনবীনি ॥৮৯ মহাক্ক সিদ্ধি পুম্ব পীনৈ, অমসুং সিদ্ধি যোগিনী অথোইবীনি মহাক্কী কৃষ্ণ ভক্তিদ মমায় ওনসিনবীনি, অমসুং মতীক, মঙান মগুনদসু মথোনাদসু কৃষ্ণগ মানবীনি ॥৯০

কৃষ্ণ ভক্তা কৃষ্ণতুল্যা তেজা বিক্র মৈগুনৈঃ। কৃষ্ণ ভাব নয়া শশ্বৎ কৃষ্ণবর্ণা সনাতনী ॥৯১
সংহর্ত্তুং সর্ব্বব্রহ্মাণ্ডং শক্ত্যা নিঃ শ্বাস মাত্রতঃ। রনং দৈতৈঃ সমং তস্যাঃ ক্রীড়য়া লোকরক্ষয়া।
ধর্ম্মার্থ কাম মোক্ষাং শ্চ দাতুং শক্তা চ পূজিতা। ব্রহ্মাদিভিঃ স্তূয়মানা মুনিভি র্মনুভি র্নরৈঃ ॥৯২
প্রধনাংশ স্বরূপা চ প্রকৃতেশ্চ বসুন্ধরা। আধার ভূতা সর্ব্বেষাং সর্ব্বশস্য প্রসূতিকা ॥৯৩
রত্নাকরা রত্নগর্ভা সর্ব্বরত্ন করাশ্রয়া। প্রজাদিভিঃ প্রজেশৈশ্চ পূজিতা বন্দিতা সদা ॥৯৪
সর্ব্বো পজীব্যরূপা চ সবর্বসম্পদ্বিধারিণী। যয়া বিনা জগৎ সর্ব্বং নিরাধারং চরা চরম ॥৯৫
প্রকৃতেশ্চ কলা যা যাস্তা নিবোধ মুণীশ্বর। যস্য তস্য চ যাঃ পত্ন্যস্তাঃ সর্ব্বা বর্ণয়ামিতে ॥৯৬
স্বাহাদেবী বহ্নিপত্নী ত্রিষু লোকেযু পূজিতা। যয়াবিনা হবির্দাতুং নগ্রহীতুং সুরাঃ ক্ষমাঃ ॥৯৭

---

মহাক্কী কুইরবীনি অতৎপ লৈতন কৃষ্ণগী চরণনীংবগী ভাবত পুন্নীং থুদুম চম্বী কুচুম্ন কৃষ্ণ বর্ণ ওইবীনি।।৯১

কালী কৌবী মহাক্কী মাগী স্বর অমূক্তং কামথোকপদ ব্রহ্মাণ্ড পূম্নমকপু মাঙহন্ব ঈরায়নায়না ঙম্বীনি। জগৎ অশী ডাক্লনবগী মরমদ হিংচাবশিংঙ্গ লোয়নন থেংনব লাল ফমদ মাগীদি শান্নবগ মানৈ। ৯২ মহাকপু পূজা তৌব-মীদদি ধর্ম্ম, অর্থ, কাম, মোক্ষ অশীগুম্ব বর্গ মরি পীব ঙম্বীনি। ব্রহ্মাণ চিংব লাই ময়াম্ন, মুনিশিংন, মনুশিংন অমসুং মী পূম্নমক্ক মহাশক্তি মহাকপু অতৎপ লৈত্তন স্তুতি তৌদুন লৈরিবনী ॥৯৩

পৃথিবীশু প্রকৃতিগী অথোইবী অংশ অমনী, মহাক্ক জগংশীগী তুঙনফম ওইবী, অমসুং মহে মরোং পূম্নমকপু পোকপীনি। মহাক্কী মণিরত্ন পূম্নমক্কি তুঙফম, থোক্লফমনী; মরম অদুন সনা; রুপা, মণি, রত্নগী গর্ভনী অমসুং অয়াম্ব থনী পূম্বগী লৈফমনী ।৯৪ প্রজা পূম্বন অমসুং নিংথৌশিংন মহাকপু অতৎপলৈতন পূজাতৌই অমসুং থুরমনৈ। মহাক্ক পূম্নমক্কি অথোইব জীবিকাগী মশক্কী অমসুং সম্পত্তি পূম্নমক্কি থোকফম ওইবীনি। মহাক নত্রবদি জগৎ পূম্নমক অচৎপ চৎতব পূম্ব তুঙফম লৈতবনী ॥৯৫

হে মুনি অথোইব। অদুগুম্বী প্রকৃতিগী কলা ওইবী অমসুং অদুম অদুম্ব লাই শিংগী মুপী ( মতু ) মখোয়শিংগী মরম হায়গে নং তারো। স্বাহা কৌবী দেবীশী বহ্নিগী মুপীনি,—মহাকপু মরোল অহুম পূজা তৌনৈ ॥৯৬ মহাক্কি মমিং য়াওদন মৈদ ঘী কৎপদ লাইশিংন চাব ফংদে অমসুং মাগী মমিং য়াওন মৈদ হুন তৌরগা লাইশিংন চাব ফংই ।৯৭

দক্ষিনা যজ্ঞ পত্নী চ দীক্ষা সর্ব্বত্র পূজীতা। যয়াবিনা চ বিশ্বেযু সর্ব্বং কর্ম্মচ নিস্ফলম ॥৯৮
স্বধা পিতৃনাং পত্নী চ মুনিভি র্মনুভি র্নরৈঃ। পূজিতা পিতৃদানঞ্চ নিস্ফলঞ্চ যয়াবিনা ॥৯৯
স্বস্তিদেবী বায়ুপত্নী প্রতিবিশ্বেযু পূজিতা। আদানঞ্চ প্রদানঞ্চ নিস্ফলঞ্চ যয়াবিনা ॥১০০
পুষ্টির্গনপতেঃ পত্নী পূজিতা জগতীতলে। যয়াবিনা পরিক্ষীণাঃ পুমাংসো যোষিতোঽপিচ॥
অনন্ত পত্নী তুষ্টীশ্চ পূজিতা বন্দিতা সদা। যয়াবিনা ন সন্তুষ্টঃ সর্ব্বলোকশ্চ সর্ব্বতঃ ॥১০২
ঈশান পত্নী সম্পত্তিঃ পূজিতা চ সুরৈর্নরৈ। সর্ব্বেলোকা দরিদ্রাশ্চ বিশ্বেযু চ যয়াবিনা ॥১০৩
ধৃতিঃ কপিল পত্নী চ সর্ব্বৈঃ সর্ব্বত্র পূজিতা। সর্ব্বেলোকা অধৈর্য্যাশ্চ জগৎসুচ যয়াবিনা ॥১০৪
যমপত্নী ক্ষমা সাধ্বী সুশীলা সর্ব্ব পূজিতা। সমুম্মত্তাশ্চ রুষ্টাশ্চ সর্ব্বেলোকা যয়াবিনা ॥১০৫

---

হে নারদ ! দক্ষিনা কৌবী দেবীন যজ্ঞগী মুপীনি,—মহাকপুমু মফম পুম্বদ পুজা তৌবীনি। মহাক নত্তনদি মরোন অহুমদা ধর্ম্ম কর্ম্ম পুম্নমক্ত মহৈ লৈতে দক্ষিনা য়াওদ্রবদি অরেম্ব ওই॥৯৮

স্বধাদেবীদি পিতৃশিংগী মুপীনি,—মচোন্দ মুনিশিংন. মী পুম্বন অমসুং মনু পুম্নমক্ত অতৎপ লৈতন পুজা তৌনৈ, অমসুং মহাক নত্রবদি পিতৃসিংগী মফমদ দান তৌবদ মহৈ লৈতে অরেম্ব ওই, মান কৎলিবদু স্বধা হাযদ্রবদি—পিতৃশিংন লৌদ্রে॥৯৯

স্বস্তিদেবীদি—বায়ুদেব ( মুংশীৎকী মুপীনি,—মহাকপুমু মরোন অহুন্ন পুজাতৌনৈ। অদুগুম্বী দেবীদুনন্দি—কৎপদ অমসুং লৌবনচিংব পুম্বদ স্বস্তি হায়দ্রবদি মহৈ লৈতে॥১০০

পুষ্টীদেবীন গনেশগী মুপীনি,—মহাকপু জগৎকিমপুংদ মতম পুম্বদ পু। তৌনৈ। মহাক নত্রবদি মুপী নীপা পুম্নমক্কি মতম পুম্বদ ময়েংতাব ময়াঙ কংব ওইদুন মাঙই॥১০১

তুষ্টীদেবীন অনন্ত ভগবানগী মুপীনি, - লোক পুম্বদ দেবীশী নত্রবদি- বিযয় পুম্বদ অপেম্ব লৈতে, পুম্নমক্ত পুজাতৌনৈ খুরমনৈ। ১০২

সম্পত্তি কৌবী দেবীদি-ঈশানগী পত্নীনি, মী লাই পুম্নমক্ত পুজা তৌনবীনি মহাক নত্তন জগৎ পুম্ব অশীদলৈরিব মী, লাই পুম্নমকশা লায়রবগী অরাব ভোগ চাই॥১০৩

ধৃতি দেবীদি কপিলগী মুপীনি, মাবু মফম পুম্বদ পুজাতৌনৈ, মাচোন্দ চঙজদ্রবদি তপথব ঈংথব মরৈদ্রে॥১০৪ মী পুরুমক্ত পুজাতৌনবী; লমচৎ ফজবী সতী ওইবী ক্ষমাদেবীদি যমগী লোয়নবীনি, মচোন্দ চঙজদ্রবদি মী পুম্ব অঙাওব অমসুং অশাওব ওই॥১০৫

ক্রীড়াধিষ্টাতৃ দেবী সা কামপত্নী রতিঃ সতী। কেলিকৌতুক হীনাশ্চ সর্ব্বেলোকা যয়াবিনা ॥১০৬
সত্যপত্নী সতী সূক্তি-পূজিতা জগতাং প্রিয়া। যয়াবিনা ভবেল্লোকো বন্ধুতারহিত;সদা ॥১০৭
মোহপত্নী দয়াসাধবী পূজিতা চ জগৎপ্রিয়া। সর্ব্বে লোকাশ্চ সর্ব্বত্র নিষ্ঠুরাশ্চ যয়াবিনা ॥১০৮
পুণ্যপত্নী প্রতিষ্ঠা সা পুণ্যরূপা চ পূজিতা। যয়াবিনা জগৎসর্ব্বং জীবন্মৃত পরং মুনে ॥১০৯
সুকর্ম্ম পত্নী কীর্ত্তিশ্চ ধন্যা মান্যাচ পুজিতা। যয়াবিনা জগৎ সর্ব্বং যশোহীনং মৃতং যথা। ১১০
ক্রিয়া উদ্যোগ পত্নী চ পূজিতা সর্ব্বসঙ্গতা। যয়াবিনা জগৎ সর্ব্বমুচ্ছন্ন মিব নারদ।।১১১
অধর্ম্ম পত্নী মিথ্যা সা সর্ব্বধূর্ত্তৈ চ পুজিতা। যয়াবিনা জগৎ সর্ব্বমুচ্ছন্ন মিব নারদ।।১১২
সত্যে অদর্শনা যাচ ত্রেতায়াং সূক্ষ্ম রূপিণী। আৰ্দ্ধাবয়বরূপা চ দ্বাপরে সংবৃতা হি যা ॥১১৩

কাম ক্রীড়া শানবগী অধিষ্টাত্রী দেবী ওইবী সতী অথোইবীরতিদি কাম দেবগী মুপীনি। মহাক্কি থৌজাঙনদি মরোল অহুমদ লৈরিব মী পুম্বগী কামগী শানবদ মুংডাইব হরাও তয়াম্ব লৈতে ॥১০৬

উক্তি দেবীদি সত্যগী মুপীনি, জগৎন মুংশিব অনমুং জগৎন পূজাতৌনবী সতী অথোইবীনি, মহাক্কী বাবহার য়াওব্রবদ জগৎ পুম্বশী মরূপ মপাং চান্নব প্রেম অমত লৈরোই। ১০৭

দয়াদেবীন মোহগী মুপীনি, জগৎকিচান্নবী,পুম্নমক্ক পূজাতৌবীনি, সাধ্বী সতীনি, মহাক্কী থৌজান লৈত্রবদি জগৎকি থম্মায় পান্বা পুম্বগী থবক্ক প্রকৃতি দেবীন ফত্তব অমাংব ওইংম্মী ॥১০৮

প্রতিষ্টা দেবীদি পুণ্যগী মুপীনি, মহাক্কী অরেম্মী পুন্যগী মশক ওইবীনি, জগৎন পূজা তৌবীনি। হে মুনি অথোইব। মাঙোন্দ চংজব্রবদি জগৎ পুম্বশী হিংন শিরব ওইরবনি ॥১০৯

কীর্ত্তী দেবীন সুকর্ম্মগী ভার্য্যানি, মহাক নত্তনদি জগৎ পুম্বশিদ মী পুম্নমক্কি মিংচংলৈতে অফাওব ওইদে অমসুং অশিবগী মতোগুম্নওই ॥১১০

ক্রিয়া কৌবী দেবীদি উদযোগ গী মুপীনি, মফম পুম্বদ ডান্দুনলৈবী অমসুং পুম্নমক্ক পূজা তৌনবিনি। হে নারদ। মহাকপু ব্যবহার তৌদ্রবদি সংসার পুম্বশী পুম্নাও মাংব ওইনি ॥১১২

ধুর্ত্ত কৌবীদি—অধর্ম্মগী লোয়নবিনি, মী-স্বী, হুরান্থগি দেবতানি মাবু শাগৈ পানবশিংন পুজা তৌনবীনি, মহাক্কি প্রভাব লৈত্রবদি সংসার মথন মথন সেমইবশী উংওইন মাঙ্গনি ॥১১৩

কলৌ মহাপ্রগলভা চ সর্ব্বত্র ব্যাপিকারণাৎ। কপটেন সমং ভ্রাতা ভ্রমতোব গৃহে গৃহে ॥
শান্তির্লজ্জা চ ভার্য্যেদ্বে শুশীলে হস্ত চ পূজিতে। যাভ্যাংবিনা জগৎ সর্ব্ব মুন্মত্তমিব নারদ
জ্ঞানস্য তিস্রোভার্য্যাশ্চ বুদ্ধি মেধা স্মৃতি স্তথা। যাভির্বিনা জগৎ সর্ব্বং মূঢ়ং মৃত সমং সদা ॥ ১১৬
মূর্ত্তিশ্চ ধর্ম্ম পত্নী সা কান্তি রূপামনোহরা। পরমা আ চ বিশ্বৌঘা নিরাধারা যয়াবিনা ॥১১৭
সর্ব্বত্র সোভা রূপাচ লক্ষ্মী মূর্ত্তি মতী সতী। শ্রীরূপা মূর্ত্তিরূপা চ মান্যা ধন্যা চ পূজিতা ॥১১৮
কালাগ্নি রুদ্র পত্নী চ নিদ্রা সা সিদ্ধ যোগিণী। সর্ব্বলোকা সমাচ্ছন্না মায়া যোগেন রাত্রিযু
কালস্য তিস্রো ভার্য্যাশ্চ সন্ধ্যা রাত্রি দিনানি চ। যাভির্বিনা বিধাত্রা চ সংখ্যা কর্ত্তুং ন শক্যতে ॥ ১২০
ক্ষুৎপিপাসে লোভভার্য্যে ধন্যে মান্যে চ পূজিতে। যাভ্যাং ব্যাপ্তং জগৎক্ষোভমুক্তং চিন্তিত মেবচ ॥ ১২১

---

মহাক্কী সত্য যুগতদি মাবু উব ফংলোই, ত্রেতা যুগত অকুপ্প মশক ওইনি, মহাক দ্বাপর যুক্তদি মশা তংখায় অমগী বয়য ওইগনি অদুম ওইনমক অথুপ্প কিজেংত লোম্নলেনি॥ ১৪ কলি কৌব যুক্তদি মফম পুম্বদ শীনব থুংন অত্তৎপ লৈতনা প্রগলভতা (ঈকাইবলৈতবী) স্বভাবত লৌনমগী মশক ওইদুন, মপুরোয়ব অধর্ম্মগ লোয়নন য়ুম খুদীংদ চৎতুন লৈগনি ॥১১৫

শান্তি অমসুং লজ্জা কৌবী অনিদি সুশীল গী মুপীনি, মখোয়দি জগৎন পুজা তৌনবনি, নারদ! মখোয়শী লৈত্রবদি জগৎ পুম্বশী অঙাওবগী মতৌ ওইগনি ।.১১৬

জ্ঞান দেবতাগী সহধর্ম্মিণী অহুম থকনীমমিংদি—বুদ্ধি মেধা অমসুং স্মৃতি মখোয় অহুম অসিদ চঙজখ্রবদি জগৎ পুম্বশী অপংবগী মশক ওইদুন অশিব" গুমই ॥১১৭

ধর্ম্ম কৌব লাইগী লোয়নবীদি—মুর্ত্তি দেবীনি মহাক্কী পূক্নীং হুম্বব মঙাম্ন- ত্তিবী শক ফজবী, মাঙোন্দ চঙজদ্রবদি-জগৎ পুম্বশীগী চঙজফম লৈত্তে ॥১১৭ মহাক মফম পুম্বদ নীংথিজবীগী মশক ওইবী, লক্ষ্মীগী মশক ওইবী অমসুং মুর্ত্তী মতীনি পুম্নমক্ত শ্রীনতিনবী মুর্ত্তীগী মশক ওইদুন অমসুং জগৎত্ত অতাঙবী মান মর্য্যাদা তৌবী অমসুং পূজা তৌনবীনি ॥১১৮

কালাগ্নি রুদ্র দেবগী সহধর্ম্মীণীদি সিদ্ধ যোগীনী অথোইবী নিদ্রা দেবীনী মহাক্কি মায়াগী খুদুমদা অহিংগী মতমদা মী পুম্নমক অরাবগী মশক ওইদুন তুম ডুননৈ ॥১১৯

কালগী মুপী অহুম্নী; সন্ধ্যা, রাত্রি দিন কৌবী অহুমশীনি, ব্রহ্মাণ মখোয় অহুম শীবু ব্যবহার তৌত্রবদি চহি মশীং থিব ঙমদে ॥১২০

লোভগী মুপী অনীনি—ক্ষুধা, পিপাসা কৌবী অনীশীনি, মখোয়নীগী প্রভাবন জগৎশী শীনবথুংন অতৎপ লৈতন অরাম থৌরাংবতবু নীংতুনলৈনৈ ॥

প্রভা চ দাহিকা চৈব দ্বে ভার্য্যে তেজস স্তথা।
যাভ্যাং বিনাজগৎ স্রষ্টুং বিধাতা চ ন ঈশ্বরঃ॥১২২
কালকন্যে মৃত্যুজরে প্রজ্বরস্য প্রিয়ে প্রিয়ে।
যাভ্যাং জগৎ সমুচ্ছন্নং বিধাত্রা নির্ম্মিতে বিধৌ ১২৩
নিদ্রাকন্যা চ তন্দ্রা সা প্রীতিরন্যা সুখপ্রিয়ে।
যাভ্যাং ব্যাপ্তং জগৎ সর্ব্বং বিধিপুত্র বিধের্বিধৌ।।১২৪
বৈরাগ্যস্য চ দ্বে ভার্য্যে শ্রদ্ধা ভক্তিশ্চ পূজিতে।
যাভ্যাং শশ্বজ্জগৎ সর্ব্বং জীবন্মুক্তমিদং মুনে॥১২৫
অদিতির্দেব-মাতা চ সুরভী চ গবাং প্রসূঃ।
দিতিশ্চ দৈত্য-জননী কদ্রুশ্চ বিনতা দনুঃ।।১২৬
উপযুক্তাঃ সৃষ্টিবিধৌ এতাশ্চ প্রকৃতেঃ কলাঃ।
কলাশ্চান্যাঃ সন্তি বহ্ব্য স্তাসু কাশ্চিন্নিবোধ মে।।১২৭

---

তেজগী মুপী অনীলৈ প্রভা অমসুং দাহিকা কৌবীনি; মখোয় অনীদ চঙজদ্রবদি—ব্রহ্মাণ সংসার সেম্ব ঙমদে।।১২২

কালগী কন্যাদি জরা অমসুং মৃত্যু অনীশী প্রজ্বরগী চানথোইবী মুপীনি। মখোয়গী প্রভাবতী ব্রহ্মাণ সেম্ব জগৎশীবু প্রলয় তৌহল্লী।।১২৩

নিদ্রাগী মচানুপীদি - প্রীতিগ তন্দ্রাগ অনীনি সুখগী সহধর্ম্মীণী ওইবীনি হে ব্রহ্মাগী মচা। মখেয়শীন বিধিন সেম্ব জগৎ পুম্বশীদ শীন্বখুংন চৎতুনলৈ।।

বৈরাগ্যগী মুপীদি—হে মুনি। জগৎন পূজাতৌনবী শ্রদ্ধা অমসুং ভক্তি কৌবী অনীনি। মখোয়নীগী কৃপাদগী জগৎপূম্ব অতৎপ লৈতন, হিংলিঙৈদগী অরানব কংবগুম্ন ওইহল্লী।১২৫

হে নারদ। লাঈগী মমা অদিতি, শা ষনবু পোকপী সুরভী, দৈত্যগী মমা দিতি, লিনগী মমা কদ্রু উচেক্কি মমা বিনতা অমসুং দানবকিমমা দনু মখোয় অশী প্রকৃতিগী কলা মক্কনী অমসুং সংসার সেম্বগী মরমদ মতীক মতীকচাবী মক্কনী।।১২৬ মখেয়োশিংশী নত্তবী অতোপ অতোপ্পী প্রকৃতিগী কলা য়াম্ন লৈরি মখোয় অশী নত্তবী কলা য়াম্না লৈরিব মখোরশিংদু হায়গে তারো।।১২৭

রোহিণী চন্দ্রপত্নী চ সংজ্ঞা সূর্য্যস্য কামিনী।
শতরূপা মনো র্ভার্য্যা শচীন্দ্রস্য চ গেহিনী ॥১২৮
তারা বৃহস্পতে র্ভার্য্যা বশিষ্ঠস্যা প্যরুন্ধতী।
অহল্যা গৌতমস্ত্রী সাপ্য নসূয়াত্রি কামিনী ॥ ১২৯
দেবহূতিঃ কর্দ্দমস্য প্রসূতি র্দক্ষ কামিনী।
পিতৃণাং মানসী কন্যা মেনকা সাম্বিকা প্রসূঃ ॥১৩০
লোপামুদ্রা তথা হূতিঃ কুবের কামিনী তথা।
বরুণানী বরুণস্ত্রী বলের্বিন্ধ্যাবলীতি চ ॥১৩১
কুন্তী চ দময়ন্তী চ যশোদা দৈবকী সতী।
গান্ধারী দ্রৌপদী শৈব্যা সাবিত্রী সত্যবানন্ প্রিয়া ॥১৩২
বৃকভানু প্রিয়া সাধ্বী রাধামাতা কলাবতী।
মঞ্জুদরী চ কৌশল্যা সুভদ্রা কৈটভী তথা ॥১৩৩

---

চন্দ্রগী মুপীদি রোহিণী দেবীনি, সূর্য্যগী মুপীন সংজ্ঞাকৌবীনি, শতরুপা মনুপী মুপীনি, শচীদেবীন ইন্দ্রগী ভার্য্যানী ॥১২৮ তারান বৃহস্পতিগী মুপীনি, অরুন্ধতীন বশিষ্টগী মুপীনি অহল্যান গৌতমগী মুপীনি অনসূয়া মহাকপু অত্রিগী মুপীনি ॥১২৯

দেবহূতিন কর্দ্দমগী মতুনি, প্রসূতিন দক্ষগী মুপীনি, মহাক্ক সতীবু পোকপীনি পিতৃসিঙ্গি পুক্লীংদগী পোকপী মেনকা মহাক্তী অম্বিকান পোকপনী ॥১৩০ লোপামুদ্রা, অমদি আহূতী, কূবেরগী মুপী, বরুণগী মুপী, বরুনানী বলিগী বিন্ধ্যাবলীনি ॥ ১৩১

কুন্তী দনয়ন্তী, যশোদা, দেবকীসতী, গান্ধারী, দ্রৌপদী, শৈব্যা সত্যবানগী মুপী সাবিত্রীনি ॥১৩২ বৃষভানুগী মুপীদি-রাধাবু পোকপী কলাবতী সতীনি মঞ্জুদরী, কৌশল্যা সুভদ্র কৈটভী ॥১৩৩

রেবতী সত্যভামা চ কালিন্দী লক্ষনা তথা।
জাম্ববতী নাগ্নজিতী মিত্রবিন্দা তথা পরা ॥১৩৪
লক্ষ্মণা রুক্মিণী সীতা স্বয়ং লক্ষ্মী প্রকীর্ত্তিতা।
কলা যোজন গন্ধা চ ব্যাস মাতা মহাসতী ॥১৩৫
বাণপুত্রী তথোষা চ চিত্রলেখা চ তৎসখী।
প্রভাবতী ভানুমতী তথা মায়াবতী সতী ॥১৩৬
রেনুকা চ ভৃগোর্মাতা হলিমাতা চ রোহিনী।
একানংশা চ দুর্গা সা শ্রীকৃষ্ণ ভগিনী সতী ॥১৩৭
বহ্ব্যঃ সন্তি কলাশ্চৈবং প্রকৃতেরেব ভারতে।
যা যাশচ গ্রামদেব্যস্তাঃ সর্ব্বাশ্চ প্রকৃতেঃকলাঃ ॥১৩৮
কলাংশাংশ সমুদ্ভূতাঃ প্রতিবিশ্বেষ্ যোষিতঃ।
যোষিতা মপমানেন প্রকৃতেশ্চ পরাভবঃ ॥১৩৯

---

রেবতী; সত্যভামা কালিন্দী, লক্ষণা, জাম্ববতী, নাগ্নজিতী, মিত্রবিন্দা, লক্ষ্মণা, রুক্মিণী, সীতা, মখোয় অশী স্বয়ং লক্ষ্মীনী ॥১৩৪

ব্যাসদেবগী মমা মহাসতী যোজন গন্ধানি; বাণগী মচা মুপী উষা, মাগী সখী চিত্ররেখা, প্রভাবতী, ॥১৩৫ মায়াবতী ভানুমতী, ভৃগুগীমমা, রেনুকা, বলরামগী মমা রোহিণী, শ্রীকৃষ্ণগী মচন মুপী দুর্গা, ॥১৩৬

অশীগুম্বী মশকশী ভাবত্তা প্রকৃতিগী কলা য়াম্না লৈ অমসুং থুঙ্গং লৈকায় কয়াদ গ্রাম্যদেবতা (লৈকায়গী লাইরেম্বী) পূম্নমক প্রকৃতিগী কলা অংশন ওইবীনি ॥১৩৭ জগৎ সংসার অসিদা লৈরিবা নুপী পূম্নমকশী প্রকৃতিগী কলাংশগী অংশদগী পোকপীনি, মরম অদুনা নুপী পুম্নমক্তা মাইথিবা পীরু-রবদি প্রকৃতি ময়াবু মায়থীবা পীব ওই ॥১৩৮ কনাগুম্বা মীশিংনা মপুরোইবগা মচাগা লৈবী সতী ওইবী ব্রাহ্মণীদ ফ্রিরোন অলঙ্কারন মরম ওইদুনা পূজা তৌই, মদুদ প্রকৃতিমকপু পূজা তৌব ওই ॥১৩৯

ব্রাহ্মণী পূজিতা যেন পতি পুত্রবতীসতী।
প্রকৃতিঃ পূজিতা তেন বস্ত্রা লঙ্কার চন্দনৈঃ ॥১৪০
কুমারী চাষ্টবর্ষীয়া বস্ত্রালঙ্কার চন্দনৈঃ।
পূজিতা যেন বিপ্রস্য প্রকৃতিস্তেন পূজিতা ॥১৪১
সর্ব্বাঃ প্রকৃতি সম্ভূতা উত্তমাধম মধ্যমাঃ।
সত্ত্বাংশাশ্চোত্তমা জ্ঞেয়াঃ সুশীলাশ্চ পতিব্রতাঃ ॥১৪২
মধ্যমা রজসশ্চাংশাস্তা শ্চ ভোগ্যাঃ প্রকীর্ত্তিতাঃ।
সুখসম্ভোগ বত্যশ্চ স্বকার্য্য তৎপরা সদা ॥১৪৩
অধমা স্তমস শ্চাংশা অজ্ঞাত কুলসম্ভবাঃ।
দুর্ম্মুখাঃকুলটা ধূর্ত্তাঃ স্বতন্ত্রাঃ কলহ প্রিয়াঃ ॥১৪৪
পৃথিব্যাং কুলটা যাশ্চ স্বর্গে চাপ্সরসাং গণাঃ।
প্রকৃতে স্তমসশ্চাংশাঃ পুংশ্চল্য পরিকীর্ত্তিতাঃ ॥১৪৫

---

মতম্ অদুদা কনাগুম্ব মীনা চহী নীপান শুব বয়স ওইবী ব্রাহ্মণী কুমারীদা ফিরোন অলঙ্কারন মরন ওইদুম পূজাতোরব'দ—অদুগুম্ব পূজাদু প্রকৃতিন ফংই ॥১৪০ অহেন্ব ওইবী ময়ায় ওইবী অতোনব ওইবী নুপী মখল পুন্নকশী প্রকৃতিদগী পোকখিবী; মখোয়শিংদুগী মমুংদগী প্রকৃতিগী সত্বাংশদগী পোংকখিবী য়াওরি মখোয়দুদি অথোইবী লমচৎফজবী, অমদি— পতিব্রতা ধর্ম্মদ মপূক্নীংচঙবীনি ॥ ১৪১ প্রকৃতিগী রজগুণগী শরুক হেন্ন পোকপীদুন ময়ায়নী অমসুং মখোযদুদি চাগন থক্কনবীনি হায়নৈ।১৪২ মখোয়দুদিমতম পুম্বদ সুংঙাইব সম্ভোগ য়ান্ন পাম্বীনি অমসুং মশাগী অপাম্ব অদুত মথৌ ওইন হোৎনবীনি ॥১৪৩

অতোনবী নুপীদি—প্রকৃতিগী তমগুণগী শরুক হেনবী ওইন পোকপনি, মখোয়দুদি অতোনব শাগৈদ পোকপী, মচীলসু থীবী লমহেনবী, লৌনম তৌবী হুরানবীনি মতম পুম্বদ মনীং নখা তৌবী, পুন্নমক্ত থৎনব পাম্বী ওই ।১৪৪

পৃথিবীদ লমহেনবীশিং অমসুং স্বর্গদন অপ্সরা পুম্ব মখোয়শী প্রকৃতিগী তমগুনগী শরুক পোকপী অমসুং বেশ্যানী হায়নৈ ॥১৪৫

এবং নিগদিতং সর্ব্বং প্রকৃতেঃ পরি কীর্ত্তিতাঃ।
তাঃ সর্ব্বাঃ পূজিতাঃ পৃথ্যাং পুন্যক্ষেত্রে চ ভারতে ॥১৪৬॥
পূজিতা সুরথেনাদৌ দুর্গা দুর্গতি নাশিণী।
দ্বিতীয়ে রামচন্দ্রেণ রাবণস্য বধার্থিনা ॥১৪৭
তৎপশ্চা জ্জগতাং মাতা ত্রিষু লোকেষু পূজিতা
জাতাদৌ দক্ষ পত্ন্যাঞ্চ নিহন্তুং দৈত্যদানবান্ ॥১৪৮
ততো দেহং পরিত্যজ্য যজ্ঞে ভর্ত্তুশ্চ নিন্দয়া।
যজ্ঞে হিমবতঃ পত্ন্যাং লেভে পশুপতিং পতিম ॥৪৯
গনেশশ্চ স্বয়ং কৃষ্ণঃ স্কন্দো বিষ্ণু কলোদ্ভবঃ।
বভূবতুস্তৌ তনয়ৌ পশ্চাত্তস্যাশ্চ নারদ ॥১৫০
লক্ষ্মী মঙ্গল ভূপেন প্রথমে পরি পূজিতা।
ত্রিষু লোকেষু তৎপশ্চাদ্ দেবতা মুনি মানবৈঃ ॥১৫১

---

প্রকৃতিগী মরমদা কয়া মরুম হায়নখিব পূম্নমক হায়রবশীনি, মখোয় পূম্ব অশীন পৃথিবীদ অথোইবনি-পুন্যক্ষেত্র ওইরব ভারত ভূমিদ পূজাতৌনৈ ॥ ১৪৬ খূদোঙ থীব মাঙহনবী - দুর্গাবু অহান্বদ সুরথ নিংথৌন পূজাতৌখি । অনী-শুবদ রাবণ হাৎনবগী দমক শ্রীরামচন্দ্রন পূজাতৌখি ॥১৪৭ মখোয়দুগী মতুং-দগীদি—জগৎ মাতাবু মরোন অহুম পূজাতৌনখি ॥১৪৮

দেবী মহাক্ক অহান্বদ দৈত্য দানবশিংবু মাঙহন্নবগীদমক দক্ষ পত্নীগী গর্ভদ পোকখি। অদুগী তুংদ মপাগী যজ্ঞদ মপুরোয়ববু নিন্দা তৌবদু তাব দগী দেহ থাদোকখিদুন হিমালয়গী মুপীগী গর্ভদ অমুক পোক্লুন পশুপতি —মহাদেবদ মপুরোয়ব অমুক ওইব ফংখি ॥১৪৯

হে নারদ! অদুগী মতুংদা দুর্গাদেবীগী গর্ভদা শ্রীকৃষ্ণমক্কি মশক ওইব গনেশগ অমসুং বিষ্ণুগী কলাদগী কার্ত্তীকেয়গ অশীগুম্না মচা অনীশী পোকখি ॥ ১৫১ অহানবদ মঙ্গল কৌব নিংথৌন লক্ষ্মীগ গনেশগ অনীবু পূজাতৌখি, অদুগী মতুংদ মরোন অহুমদা লাইশিংন অমসুং মী পূম্নমক্ক মখোনীবু পূজা-তৌখি ॥১৫১

সাবিত্রী চাপি প্রথমে ভক্ত্যা চ পরি পূজিতা।
তৎপশ্চাৎ ত্রিষু লোকেষু দেবতা মুনি মানবৈঃ। ১৫২
আদৌ সরস্বতী দেবী ব্রহ্মণা পরি পূজিতা।
তৎপশ্চাৎ ত্রিষু লোকেষু দেবতা মুনি মানবৈঃ ॥১৫৩
প্রথমে পুজিতা রাধা গোলোকে রাসমণ্ডলে।
পৌর্ণমাস্যাং কার্ত্তিকস্য কৃষ্ণেন পরমাত্মনা। ১৫৪
গোপিকা ভিশ্চ গোপৈশ্চ বালিকা ভিশ্চ বালকৈঃ।
গবাংগনৈঃ সুরগণৈস্তৎ পশ্চাম্মায়য়া হবেঃ ॥১৫৫
তদা ব্রহ্মাদিভি র্দেবৈ মুনিভি র্মনুভি স্তথা।
পুষ্প ধুপাদিভি র্ভক্ত্যা পুজিতা বন্দিতা সদা ॥১৫৬
পৃথিব্যাং প্রথমে দেবী সুযজ্ঞেন চ পুজিতা।
শঙ্করেণোপদিষ্টেন পুন্যক্ষেত্রে চ ভারতে ॥১৫৭

---

ভক্তিনসাবিত্রীবু অহানবদ পূজাকংখি, মতুংদ মুনিশিংন লাইয়াম্ন অমসুং মীপুম্বন সাবিত্রীগী পূজা তৌনখি ॥১৫২ ব্রহ্মামক্ল অহানবদ সরস্বতী দেবীবু পূজা কংখি, মতুংদ মরোন অহুমদা মী. লাই পুম্বন সরস্বতীবু পূজাতৌনখি ॥১৫৩

শ্রীকৃষ্ণমক্ল অহানবদ, রাসমণ্ডলদ. কার্ত্তীক্কি পূর্ণিমা মুমীৎত শ্রীরাধাবু পূজাকংখি; ॥১৫৪ অদুগী মতুংদ গোপ ময়াম্ন. গোপী পূম্বন. অঙাং মুপী, নীপা পূম্বন যন ময়াম্ন, লাইশিংন পূজাতৌখি। ১৫৫ বিষ্ণু মায়ন, ব্রহ্মান চিংব লাই ময়াম্ন মুনি অমসুং মীপূম্বন লৈচন্দন ধুপ দ্বী প্নচিং বনা ভক্তিন মাঙওইনদুন রাধবু পূজা বন্দনা তৌনখি ।১৫৬

ভারত কৌব পুন্যক্ষেত্র ওইব পৃথিবীগী মমুংদ শঙ্কর ভগবান্ন তাকপিদুনা সুষজ্ঞ কৌব নিংথৌন মহাশক্তি দেবীবু অহানবদ নিয়ম চুম্ন পূজাকংখি।১৫৭ মতুংদ পরমাত্মাগী য়াথং মতুং ইন্না মরোল অহুমদা লৈ, চন্দন, ধুপ, থাওমৈন চিংবন ভক্তিতৌন, মুনিশিংন, অমসুং মী লাই পূম্বন পূজা কংনখি ॥১৫৮

হে নারদ মুনি! ভারত্তা অদুম অদুম্বী প্রকৃতিগী কলাদগী পোকখিবী মথোয়শিংদুবু পূজাতৌনখি অমসুং গ্রাম দেবতা ওইবীশিংদুবু লৈকায় খুঙ্গংন পুজা তৌনখি ॥১৫৯

ত্রিষু লোকেষু তৎপশ্চাদা জ্ঞয়া পরমা স্থনঃ।
পুষ্প যুপাদির্ভি ভক্ত্যা পূজিতা মুনিভি ঃ সুরৈ ঃ ॥১৫৮
কলা যা যাঃ সমুদ্ভূতাঃ পূজিতা স্তাশ্চ ভারতে।
পূজিতা গ্রামদৈবত্যো গ্রামে চ নগরে মুনে। ১৫৯
এবং তে কথিতং সর্ব্বং প্রকৃতে শ্চরিতং শুভম !
যথা গমং লক্ষণঞ্চ কিং ভূয়ঃ শ্রোতুমিচ্ছসি ॥১৬০
ইতি শ্রীব্রহ্ম বৈবর্ত্তে মহাপুরাণে প্রকৃতি খণ্ডে
নারাণে নারদ সংরদ সংবাদে প্রকৃতি চরিত
সুত্রং নাম প্রথমো হধ্যায় ॥১

---

অশীগুম্বী প্রকৃতিগী অম্বব মঙ্গল পীনবী চরিত্রবু আগম্ম হায়ব অমস্তুং লক্ষণগী মতুংইন্না হায়থ্রবশীনি। হৌজীক অমুক হম্ম করি তানীংলি হায়য়ু ॥১৬০

ইতি শ্রীব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরান্দ প্রকৃত্তি খণ্ডদ
প্রকৃত্তিগী অংশকলা তাকপ অধ্যায় অহানব লোইরে।

# শ্রীব্রহ্ম বৈবর্ত্ত মহাপুরাণ প্রকৃতি খণ্ড

## নারয়ন নারদ সংবাদদা প্রকৃতিশিংন

## পোক্লকপ মখোয়গী পূজাস্তোত্র

## কবচ মন্দ্রহায়ব অধ্যায়

## অনী শুবা।।

নারদউবাচ।

সমাসেন শ্রুতং সর্ব্বং দেবীনাং চরিতং বিভো।
বিবোধনায় বোধস্য ব্যাসেন বক্তু মর্হসি।১
সৃষ্টীরাস্য সৃষ্টি বিধৌ কথ মাবির্ব্বভূবহ।
কথংবা পঞ্চধা ভূতা বদ বেদবিদাং বর।।
ভূতা যা যাশ্চ কলয়া তয়া তৃগুণয়াভবে।
ব্যাসেন তাসাং চরিতং শ্রোতু মিচ্ছামি সাম্প্রতম ॥৩
তাসাং জন্মানু কথনং ধ্যানং পূজাবিধিং পরম্।
স্তোত্রং কবচ মৈশ্বর্য্যং শৌর্য্যং বর্ণয় মঙ্গলম্ ॥৪

---

নারদন হায়জৈঃ—হে বিভো! দেবী পুম্বগী চরিতবু শপচিন্ন হায়-বিদুনা তাজখরে, খণ্ডদব জ্ঞান ওইবন খণ্ডব উমেজদরে ঐগী খণ্ডনব সন্দোক্ল অমুক হায়বিয়ু।১

হে দেব অখণ্ডব অথোইব! সংসার সেম্বগী থবক্ত সৃষ্টীগী অহান্বদ অশীগুম্বী প্রকৃতি অশীন মতৌকরম তৌন পোকখিবগে? করি মরমগীদমকস্থ মশক মঙাথোকন খাইদোকখ্রিবনো।২ অশীগুম্বী গুণ অহুম তিন্বী প্রকৃতিগী মনুংদগী করম করম্বন কলানো কনান আবিভূতা-ইশ্বরদগী হেক্ত থোরকপীনো, হৌজীক মখোয়শীগী মচৎ মতৌবু সন্দোক্ল তাজনীংই ॥৩

পুম্নমক্তি অহান্বদ মখোয়শীগী পোকপগী মরম হায়বিয়ু মতুংদ মখোয়গী ধ্যান, পূজাগীবিধি, স্তোত্র, কবচ মঙ্গলপীনব মতীক মগুণ, অমসুং ঐশ্বর্য্যবু হায়বিয়ু।৪

শ্রীনারায়ণ উবাচ।

নিত্যাত্মা চ নভো নিত্যং কালো নিত্যো দিশো যথা।
বিশ্বেষাং গোলকং নিত্যং নিত্যো গোলোক এবচ ॥৫
তদেক দেশো বৈকুণ্ঠো লম্ব ভাগঃ স নিত্যকঃ।
তথৈব প্রকৃতি র্নীত্যা ব্রহ্মলীনা সনাতনী ॥৬
যথাগ্নৌ দাহি কা চন্দ্রে পদ্মে শোভা প্রভারবৌ।
শশ্বদ্ যুক্তা নভিন্না সা তথ প্রকৃতি রাত্মনি ॥ ৭
বিনা স্বর্ণং স্বর্ণকারঃ কুণ্ডলং কর্ত্তু মক্ষমঃ
বিনা মৃদা কুলালোহি ঘটং কর্ত্তুং ন হীশ্বরঃ ॥৮
নহি ক্ষমং তথা ব্রহ্ম সৃষ্টিং স্রষ্টুং তয়াবিনা।
সর্ব্ব শক্তি স্বরূপা সা তয়া চ শক্তিমান্ সদা ॥৯
ঐশ্বর্য্য বচনঃ শক্ চ তিঃ পরাক্রম বাচকঃ।
তৎস্বরূপা তয়োর্দাসী যঃ সা শক্তিঃ প্রকীর্ত্তিতা ॥১০

---

নারায়ণন হায়রকই।

তাওনারদ! পরমাত্মা আকাশ, কাল, মায়গৈ, অমসুং গোলোক, বৈকুণ্ঠ ধাম মখোয় অশী অরেপ্পনী ॥৫ পরব্রহ্মগী শানফম ওংবী, সনাতনী ওইবী প্রকৃতি অদুমকসু অরেপ্পীনি ॥৬ মৈদ চাক্লব অশ বগী শক্তি লৈবগুম, থাগী মঙাল্ল অহীংদ থরোগী ফজহনবগুম, মঙান লৈব মুমীৎন থম্বাগগী ফজহনবগুম্ন প্রকৃতিগ লোয়নন পরমাত্মাগ মিৎকুপ অম ফাওব থাদোক্লদে ॥৭ প্রমান্দী— সনাসাবন সনা য়াওদ কুণ্ডল মায়িন শাবঙমদে, চফূশাবন লৈবাক য়াওদ চফূশাব ঙমদে, মতৌ অদুগুম্ন পরমাত্মা ঈশ্বরসু প্রকৃতি য়াওদন সংসার সেম লেপ্পমক ঙমদে ॥৮

শক্তি পূম্নমক্কি মশক ওইবী মহাক মক্তন জীব পূম্নমক্ত অথোইব শক্তি মতম পূম্বদপীনৈ ॥৯ শক হায়ব শব্দগী অর্থদি ঐশ্বর্য্য হায়বনী 'ত-হায়ব শব্দগী অর্থনা প্রতাপ পাঙন চাওবা হায়বনী অদুগী মশক ওইবী পাঙন অমসুং ঐশ্বর্য্যগী মশক ওইবী মহাকপু শক্তি কৌরিবনী ॥১০

সমৃদ্ধি বুদ্ধি সম্পত্তি যশসাং প্রাপ্তনো ভগঃ।
তেন শক্তি র্ভগবতী ভগরূপা চ সা সদা ॥১১
তয়া যুক্তঃ সদাত্মা চ ভগবাং স্তেন কথ্যতে।
স চ স্বেচ্ছাময়ঃ কৃষ্ণঃ সাকারশ্চ নিরা কৃতিঃ ॥১২
তেজোরূপং নিরাকারং ধ্যায়ন্তে যোগিনো সদা।
বদন্তি তে পরং ব্রহ্ম পরমাত্মান মীশ্বরম্ ॥১৩
অদৃষ্টং সর্ব্ব দ্রষ্টারং সর্ব্বজ্ঞং সর্ব্ব কারণম্।
সর্ব্বদং সর্ব্বরূপান্ত মরূপং সবব পোষকম্ ॥১৪
বৈষ্ণবাস্তং ন মন্যন্তে তদ্ভক্তাঃ সূক্ষ্মদর্শিনঃ।
বদন্তীতি কস্য তেজস্তে চ তেজস্বিনং বিনা। ১৫
তেজো মণ্ডল মধ্যস্থং ব্রহ্মতেজাস্বনং পরম্।
স্বেচ্ছা ময়ং সবর্বরূপং সবর্বকারণ কারণম্ ॥১৬

---

ভগবতীগী অর্থদি—ভগ হায়ব শব্দগী অর্থদি— সমৃদ্ধি বুদ্ধি সম্পত্তি যশসাং (চাওখংলব, বুদ্ধি সম-স্পত্তি, মিংচং) হায়বনী, বতীগী অর্থদি পেন-বী হৈব, মরম অদুন ভগগী মশক ওইবী মহাকপু মতম পুম্বদ শক্তি ভগবতী হায়ন কৌরীবনি। ১১

ভগবতী মহাক তিনবদগী পরমাত্মাবুস্ব ভগবান হায়ন কৌরিবনি, অদুগুম মাগী ইচ্ছাগী মশক ওইব কৃষ্ণন মশক নাইব অমসুং মশক লৈতব ওইব ডমলিবনি ॥১২ মশক নাইদব, মঙানগী মশক ওইবনী হায়ন যোগীশিংন মতম পুম্বদ নীংনৈ। মখোয়ন কৃষ্ণবু পরংব্রহ্মণী, পবমাত্মানী, ঈশ্বরনী, ॥১৩ মশক উদবনী, পুম্নমকপু থংবনী, পুম্নমক্কি কারন্নী, পুম্নমক্কি মশক ওইব মশক লৈতব অমসুং পুম্নমকপু য়োকপিবনী হায়ন যোগীশিংন হায়নৈ ॥১৪

শ্রীকৃষ্ণগী মনাই ভক্তশিংনদি— অশেংবমুর্ত্তিবু উব ফংই যোগীশিংগী মঙান্দুবুদি মীংননে মঙান লৈব পুম্বদগী অখোইব মহাক্নী" অতোপ্প কনাগী মঙানদগী ওইরকদগে ॥১৫ মরম অদুনা মাগী মঙান মকোয়ন্থগী মনুংদ লৈব ব্রহ্মণ মঙান অখোইবনী, মাগী ইচছাগী মশক ওইব, পুম্নমক্কি মশক ওইব পুম্নমক্কি কারনগী কারন ওইবনী ॥১৬ খায়দগী খোইদোক ফোংদোক্লগ কজরব য়াম্ন পুক্নীং ফনবগী মশক ওইব, চহী তরাভরুকগুব বয়স ওইবনী ॥

সুন্দরং সুবয়ং বিভ্রতং সুমনোহরম্।
কিশোর বয়সং শান্তং সর্বকান্তং পরাৎ পরম্ ॥১৭
নবীননীরদাভাসং ধামৈক শ্যাম সুন্দরম্।
শরন্মধ্যাহ্ন পদ্মস্থ শোভামোচন লোচনম্ ॥১৮
মুক্তা সার বিনিন্দৈক দন্ত পংক্তি মনোহরম্।
ময়ূর পুচ্ছ চূড়ঞ্চ মালতী মাল্য মণ্ডিতম্ ॥১৯
সুনসং সস্মিতং শশ্বদ্ভক্তানুগ্রহ কারকম্।
জ্বলদগ্নিবিশুদ্ধৈক পীতংশুক সুশোভিতম্ ॥২০
দ্বিভুজং মুরলীহস্তং রত্নভূষণ ভূষিতম্।
সর্বাধারং সর্বেশং সর্বশক্তি যুতং বিভুম্ ॥২১
সর্বৈশ্বর্যপ্রদং সর্বং স্বতন্ত্রং সর্বমঙ্গলম্।
পরিপূর্ণতমং সিদ্ধং সিদ্ধেশং সিদ্ধি কারণম্ ॥২২

---

অয়ীঙব মূর্ত্তি ওইব, পুম্নমক্কি চাম্নব খ্বায়দগী অথোইব রূপী ॥১৭

অনৌব নোংচৌরকপ মচুগুম্ব মঙাম্ন নীংথিজব, মূৈ সংরানব কুচুন পুক্নীং চুন ফজব, রাসদ মথন্দন ঙাম্বনী শরৎকি। সুমীৎ সুংব মতম্দ থাংপ প্রম্বান লৈকাগুম্ব মীৎ থম্বাম্ন ওইবনী ॥১৮। মুক্তা পয়েংন ঈকায়ন ওইব যাগী পয়েংন পুক্নীং চনফজব, কোকনক্ত যাহোং, মতুগী চুড়ান লৈত্তংব, মাচুদস্নু মানঙীগী পরেংন ঙেকোয়ন ঙেৎপন শে ফীনক ছক্সবনী ॥১৯। ফজরব নাত্তোম পুক্নীং চুরব, মোমোন- নোকপ মাম্নথোংন মনাই ভক্তশু-চানবী- গদবগী য়েংবীব, মৈনফজন তক থোক্লব মনা ফীগে থোনবন অনৌব নোংগী মরক চুমথাং-থনাগুম্ব, নীংথিজবনী ॥২০ পাখোম অনিপানব, খুৎ থম্বালদ মুরলী পায়ব, মনা মনিনু রত্নগী ভূষন অলঙ্কার মফম চান হুকচাংগা লৈতেংবনী ॥২১

বিভু ওইব পুম্নমক্কি তুংনকক ওইব, পুম্নমক্কি মপু ওইব, শক্তি পুম্নমক্কতিন্ন, অয়াব ঐশ্বর্য্য পুম্নমক পীনব, পুম্নমক্ক মনীং তৌব, মঙ্গল পুম্নমক পীনব, পুম্নমক মপুং ফারবা সিদ্ধি ওইব, সিদ্ধিগী কারন ওইব মহাক্নী ॥২২

ধ্যায়ন্তে বৈষ্ণবাঃ সশ্বদেবং রূপং সনাতনম্ ।
জন্মমৃত্যু জরাব্যাধি শোকভীতি হরং পরম ।।২৩
ব্রহ্মণো বয়সা যস্ত নিমেষ উপচর্য্যতে ।
স চাত্মা পরংব্রহ্ম কৃষ্ণইত্য ভিধীয়তে ।।২৪
কৃষি তৃদ্ ভক্তিবচনা ণশ্চ তদ্দাস্ত বাচকঃ ।
ভক্তিদাস্ত প্রদাতা যঃ স কৃষ্ণঃ পরিকীর্ত্তিতঃ ।।২৫
কৃষিশ্চ সর্ব্ববচনো ণকারো বীজবাচকঃ ।
সবর্ববীজং পরং ব্রহ্ম কৃষ্ণ ইত্য ভিধীয়তে ।।২৬
অসংখ্য ব্রহ্মণাং পাতে কালে হ ভীতেঽপি নারদ ।
যদ্ গুণানাং নাস্তি নাশস্তং সমানো গুণে নচ ।।২৭
স কৃষ্ণঃ সবর্ব সৃষ্ট্যাদৌ সিসৃক্ষুরেক এবচ ।
সৃষ্ট্যুন্মুখ স্তদংশেন কালেন প্রেরিতো প্রভুঃ ।।২৮

---

মতম কুইরবা রূপ অশীবু বৈষ্ণব শিংন অত্তংপ লৈতনা নীংনৈ,
মাবু নীংজবদ পোকপ-শিব লায়না লায়থুং লৈতে মী মহাক অদো ।।২৩
ব্রহ্মাগী মপুনশী লোইবদ শ্রীকৃষ্ণগী মীকুপ অমা ওই অদুগুম্বা মহাকপু
পরমাত্মা, পরব্রহ্ম, কৃষ্ণ, অস্নুম হায়ন বৈষ্ণবশিংন হায়নৈ। ২৪ কৃষি
শব্দগী অর্থদি ভক্তি হায়বনী, ণকারগী অর্থদি—মনাই হায়বনী। ভক্তি
দাস্য প্রদাতা-ভক্তি পীনবা মনাই ওইব পীনব হায়বদগী কৃষ্ণ হায়ন
কৌরিবনী ।।২৫ কৃষিশ্চ সর্ব্ববচন কৃষ্ণগী অর্থ অমন পুন্নমক হায়বনি। ন কাং
বীজবাচক ণরকারণ বীজ হায়বনী, সর্ব্ববীজং—পুন্নমকি বীজ মরু ওইব,
পরং ব্রহ্মবু কৃষ্ণ কৌরিবনি। ২৬

হে নারদ। মশীং থীডমত্রব ব্রহ্মাণ হম হম শিত্রব মতম লৌশ্রংদা
ঈশ্বর মাগী মগুন অমুক মাংখিবা লৈতে অমসুং মাগী মগুন্দী চপ মানন
অদুমক লেংদন লৈ ।।২৭ শ্রীকৃষ্ণন সংসার সেম্বগী অহানবদ সংনারশী
শেমগে হায়ন নীলক্লবদ, কৃষ্ণগী অংশদগী ওইখিব কাল কৌব লাইন
সৃষ্টিগী মতম ওইরে হায়ব উরদুনা প্রভুঃ— শ্রীকৃষ্ণদা অদুগুম্বা মতম
উদ্দীনখি ।।২৮

কস্তূরী বিন্দুভিঃ সার্দ্ধং মধচন্দন বিন্দুনা।
সমং সিন্দূর বিন্দুঞ্চ ভালমধ্যে চ বিভ্রতীম্ ॥৩৫
বঙ্কিমং কবরিভারং মালতী মাল্য ভূসিতম্।
রত্নেন্দ্র সারহারঞ্চ দধতীং কান্তকামুকীম্ ॥৩৬
কোটিচন্দ্র প্রভামুষ্ট-পুষ্টশোভা সমন্বিতম্।
গমনেন রাজহংস- গজখঞ্জ গঞ্জনীম্ ॥৩৭
দৃষ্ট মাত্রং তয়া সার্দ্ধং রাসেশো রাসমণ্ডলে।
রাসোল্লাসেষু রহসি রাসক্রীডাং চকার হ ॥৩৮
নানা প্রকার শৃঙ্গারং শৃঙ্গারো মূর্ত্তিমানিব।
চকার সুখসম্ভোগং যাবদ্বৈ ব্রহ্মনা বয়ম্ ॥৩৯
ততঃ স চ পরিশ্রান্ত স্তস্যা যোনৌ জগৎপিতা।
চকার বীর্য্যধানঞ্চ নিত্যানন্দ শুভক্ষণে ॥৪০

---

মহাক্কি লাইবক্ত কস্তূরী বিন্দু মতুগী মথাদ চন্দনগী বিন্দু মতুগী মথা ল ইবক ময়াইদ সিন্দুর বিন্দুন ফহন লৈতেংবানি ॥৩৫ বঙ্কিমং কববী—পৈরপ তৌন পুন্ন শমজী অচৌব অদুদ মালতী পরেংন য়েংতুনা লৈতেংব অমসুং সনা মণিরত্ন অথোইবগী লীক পরেংন থবাক্ত ঈঙান ডাম্ব, চান্নবগা সঙ্গ ওইনীংবিনী ॥৩৬ মতম পূন্বদ থা কোটি অমগী মঙানগুম্ন ঈঙান ডান্দুনত লৈবিনী ॥

অদুগুম্বী মহাক্ক চংপ খোঙথাংদি - রাজহংস ( কাঙলাবন ) গজরাজ ( শামু লমশা লাবন ) খঞ্জন ( খঙ্গাংচারু ) ঈকাইনব ওইবী শাক্তংনী ॥৩৭ রমেশ্বর কৃষ্ণন মাবু উবদ মহাক্ক লোয়নন গোলোক্কি রাস মণ্ডলদ, রাসদ ডাওব অথোইব হবিন অচীকপদ রসগী শানব ওইখি ॥৩৮ হে নারদ! মখন মখনগী শৃঙ্গারবু কান্ন মুর্ত্তি পানবগুম্ন মুংডাইরব সম্ভোক্ত ব্রহ্মাগী মপুনশী অম লোইব অদুপকি মথৈ লেপ্তুন শানখি ॥৩৯

অদুগী তুংদ জগৎপিতা হরিসু প্রকৃতি মহাকসু অনীমক রায়দুন অফব [illegible] নিত্যানন্দ [ মতম পূম্ব মুংঙাইদুনদ লৈব ] হরিনা মাগী গর্ভদ বীর্য্যদান তৌখি ॥৪০

গাত্রতো যোষিত স্তস্যা: সুরতান্তে চ সুব্রত।
নিঃসার শ্রমজলং শ্রান্তায়াস্তেজসা হরে: ||৪১
মহারমন ক্লিষ্টায়া নিশ্বাসশ্চ বভুব হ।
তদাধার শ্রমজলং তৎসর্ব্বং বিশ্বগোলকম্ ||৪২
স চ নিশ্বাস বায়ুশ্চ সর্ব্বাধারো বভুব হ।
নিশ্বাসবায়ু: সর্ব্বেষাং জীবিনাঞ্চ ভবেষু চ ||৪৩
বভুব মূর্ত্তিমদ্বায়ো বামাঙ্গাৎ প্রাণবল্লভা।
তৎপত্নী সা চ তৎপুত্রা: প্রাণা পঞ্চ চ জীবিনাম্ ||৪৪
প্রানোঽপান: সমানশ্চৈবো দানো ব্যান এবচ।
বভুবুরেব তৎপুত্রা অধ: প্রানাশ্চ পঞ্চম ||৪৫
ঘর্ম্ম তোয়া ধিদেবশ্চ বভুব বরুণো মহান্।
তদ্বামাঙ্গাচ্চ তৎপত্নী বরুণানী বভুব সা ||৪৬

---

হে সুব্রত নারদ। শানব লোইরবদ হরিগী হকচাংদগী ওইখিব নুপী তদুগী মশাদু হরিগী তেজন অরাব ওইদুন হুমাং মতুম মতুম সিন্থখি অদুগা স্বরম্ম ফূইন ফূইন হোনখি।।৪১ য়াম্ম কপ্ন কান ক্রিড়াদুগী য়াম্ম রামনখিদুন স্বর ফূইন হোনবদুন জীব পূম্ন-কি বায়ুদেবতা, স্বর হোম্নব পুম্নমক্কি তূংনফম ওইখি। হুমাং মতুম ময়াম অদুন তাইবং সংসার মতুম মথামগী তুংনফম ওইখি।৪২

স্বর ফূইন হোনখিবদুগী মূর্ত্তি পান্দুন বায়ুদেবতা পোখি? বায়ুগী ওইথংব হকচাংদগী নুপী অম চোংথোক্লকখি? অদুন বায়ু মাগী নুপী ওইখি? মহাক্ন মচা প্রান মঙা পোকখি অমসুং অদুন জগৎকি জীব হিংনব ওইখি ||৪৩ মখোয়দুগী মমিংদি প্রান, অপান, সমান, উদান অমসুং ব্যান কৌব মচা মঙাশী পোকখি, মখোয়ন পঞ্চপ্রাণ ওইখি।।৪৪ মখোয়দুগী মচা হকচাংগী মথা থংবা শরুক্ত লৈব প্রাণ মঙা অম পোকখি? মখোয়দুগী মমিংদি— নাগ, কূর্ম্ম, কৃকল, দেবদত্ত অমসুং ধনঞ্জয় কৌই।৪৫

হুমাংগী ঈশিংদুগী অধিদেবতা ওইব বরুণ কৌব অথোইব নীপা অম চোংথোক্লকখি? মাগী ওইথংব হকচাংদগী নুপী অথোইবী অমা চোংথোকখি? বরুণগী চায়বানি, মমিং বরুণানী কৌই। মখোয় অনিনা ঈশিংগী মপু ওইখি নারদ ||৪৬

অথ সা কৃষ্ণ শক্তিশ্চ কৃষ্ণাদ্ গর্ভং দধারহ।
শতমন্বন্তরং যাবজ্জ্বলন্তী ব্রহ্মতেজ সা ॥৪৭
কৃষ্ণ প্রাণাধিদেবী সা কৃষ্ণ প্রাণাধিক প্রিয়া।
কৃষ্ণস্য সঙ্গিনী শশ্বৎ কৃষ্ণ বক্ষঃস্থলস্থিতা ॥৪৮
শতমন্বন্তরা তীতকালে হ তীতেপিসুন্দরী।
সুষাব ডিম্বং স্বর্ণাভং বিশ্বাধারালয়ং পরম্ ॥৪৯
দৃষ্টাডিম্বঞ্চ সা দেবী হৃদয়েন বিদূয়তা।
উৎসসর্জ্জ চ কোপেন ব্রহ্মাণ্ডং গোলকে জলে ॥৫০
দৃষ্টা কৃষ্ণশ্চ তত্ত্যাগং হাহাকারং চকারহ।
শশাপ দেবীং দেবেশ স্তৎ ক্ষণঞ্চ যথোচিতম্ ॥৫১
যতোহপত্যং ত্বয়া ত্যক্তং কোপশীলে সুনিষ্ঠুরে।
ভবত্বমন পত্যাপি চাদ্য প্রভৃতি নিশ্চিতম্ ॥৫২

---

অদুগী তুংদ দেবী মহাক্ল কৃষ্ণগী শক্তিন ওইব কৃষ্ণদগী মচা অম গর্ভ পুখি; মণ্বন্তর চাম চূপ্ল অদুক্কি মথৈ কুইন ব্রহ্মতেজন ঈডান ঙাক্ল গর্ভদু পুখি ॥৪৭ শ্রীকৃষ্ণগী প্রান্দগী হেণ্বী চান্নবী কৃষ্ণ প্রানগী অধিষঠাত্রী দেবী ওইরীনি মহাক্তী কৃষ্ণগী লোয়নবী অতংপ নৈতন মতম পুম্বদ শ্রীকৃষ্ণগী থবাক্তদ লৈবীনি ॥৪৮ মণ্বন্তর চাম হৌখ্রব অমসুং কাল্লন মতমদু হেন্দোকখ্রবদ. শকহেন্নীদুন সংসার ময়াম তুংনফম অথোইব মফম ওইব সনাগী মচূগুম্ন ঙাল্লবা ডিম্ব ( মতুম ) অম পোকখি ॥৪৯ অদুগুম্বী দেবীদুন অদুগুম্ব ডিম্ব অদুবু উরগা পূক্নীংদ য়াম্ন নিন্দা তৌখি; মরমদি ঈচা মুংশিবগী প্রেমদ কোন্দুন পমগে ঈচাগ। শোক্লবগী মুংঙাইবদু যঙ্গে হায়বগীদমক অসুক কুইন গর্ভ য়ান পুরগ ডিম্ব অশীদি করি কানগনি অশী খন্দুন অদুগুম্বী দেবীন শাওরদুন ব্রহ্মাণ্ড মতুম অদুবু ঈশিংদ থাদখি ॥৫০ মাদুবু কৃষ্ণন উরগা হা হা কারং ( মাঙলে মাঙলে ) হায়ন লাওখি। লাইগী মপু হরিন থুংদক্ত তৌরিব অদুগী মতীক চাব অদুগুম্বী দেবীবু শাপ তৌখি ॥৫১ য়াম্ন ফংত্রবী শাওগম্বী নহাক্ল নচাবু ঈশিংদ থাদখিবদি—ঙসিদগী হৌরদুন লেপ্পমক নহাক নচা পোক্তব ওইরো ॥৫২

যা যাস্তু দংশরূপাশ্চ ভবিষ্যন্তি সুরস্ত্রিয়ঃ।
অনপত্যাশ্চ তাঃ সর্ব্বাস্তৎ সমা নিত্য যৌবনাঃ ॥৫৩
এতস্মিন্নন্তরে দেবী জিহ্বাগ্রাৎ সহসা ততঃ।
আবির্বভূব কন্যৈকা শুক্লবর্ণা মনোহরা ॥৫৪
পীতবস্ত্র পরীধানা বীণাপুস্তক ধারিণী।
রত্নভূষণ ভূষাঢ্যা সর্ব্ব শাস্ত্রাধি দেবতা ॥৫৫
অথ কালান্তরে সা চ দ্বিধারূপা বভূব হ।
বামার্দ্ধাঙ্গা চ কমলা দক্ষিণার্দ্ধশ্চ রাধিকা ॥৫৬
এতস্মিন্নন্তরে কৃষ্ণো দ্বিধারূপো বভূব হ।
দক্ষিণার্দ্ধশ্চ দ্বিভুজো বামার্দ্ধশ্চ চতুর্ভুজঃ ॥৫৭
উবাচ বাণীং শ্রীকৃষ্ণস্ত মস্য কামিনী ভব।
অত্রৈব মানিণী রাধা নৈব ভদ্রং ভবিষ্যতি ॥৫৮

---

অদুম অদুম্বী লাইগী মুপীশিংদো নংগী অংশদগী খাইদোকপা ওইরক্কনি। মখোয়শিংদুস্সু নঙ্গ মানন মচা পোক্তব ওইরসনু অমসুং মতম পূম্বদ মথোৎ কারকপী ওইদুন লৈরসনু ।৫৩

অশীগী তুংদ মতম অদুমক্তদ খুংথক্ত দেবীদুগী লৈয়েং মতোন্দগী, কুচু ঙৌরোক ঙৌব পূক্লীং হুন ফজবী কন্যা অম পুথোকখি ॥৫৪ ফিস্সু অঙৌব শেৎ-ইল্লি খুৎত বীনা যন্ত্রগ লাইরিক্ক পায়; মনিরত্নগী ভূষণ অলঙ্কারন লৈতেংই, বিদ্যা পূম্নমক্কি অধিদেবী ওইবী সরস্বতীনি।৫৫

অসিগী তুংদ মতম্ম ইনশিল্লক্কুন দেবীদুগী মশাদু মশক অনী থোকখি, ওইথংব হকচাংন কমলা ( লক্ষ্মী ) নী য়েৎথংব হকচাং তংখায়ন প্রকৃতি অথোই রাধিকানী ॥৫৬

মতম অদুমক্তদ শ্রীকৃষ্ণসু মশক অনী ওইখি, য়েৎ থংব হকচান পাম্বোম অনি পানব কৃষ্ণনী ওইথংবা হকচাংন পাম্বোম মরি পাম্ব নারায়ণনী ॥৫৭ শ্রীকৃষ্ণন নারায়ন্দ হায়খি, "মুপী অথোইবী সরস্বতীসী নংন লৌগদবনী" অশীগুম্বী রাধাশীবু খল্লুরবদি নঙ্গি মঙ্গল ওইরোগ। অসুম তৌন হায়রগা লক্ষ্মীবুসু নারায়ন্দ পীখি অমসুং নারায়নসু য়াম্ন পেনখি ॥৫৮

এবং লক্ষ্মীঞ্চ প্রদদৌ তুষ্টো নারায়ণায় চ।
স জগাম চ বৈকুণ্ঠং তাভ্যাং সার্দ্ধং জগৎপতি ॥৫৯
অনপত্যো চ তেদ্বে চ যতো রাধাং শসম্ভবা।
ভৃত,শ্চ নারায়ণাঙ্গাচ্চ পার্ষদাশ্চ চতুর্ভুজাঃ ॥৬০
তেজসা বয়সা রূপগুণা ভ্যাঞ্চ সমাহরে।
বভূবুঃ কমলাঙ্গাচ্চ দাসী কোটশ্চ তৎসমা ॥৬১
অথো গোলোক নাথস্য বিবরতো মুনে।
ভূতা সংখ্য গোপাশ্চ বয়সা তেজসা সমা ॥৬২
রূপেন চ গুণেনৈব বেশেন বিক্রমেন চ।
প্রাণতুল্য প্রিয়াঃ সর্ব্বে বভূবুঃ পার্ষদা বিভো ঃ ॥৬৩
রাধাঙ্গ লোম কূপেভ্যো বভূবু র্গোপকন্যকাঃ।
রাধাতুল্যাশ্চ সর্ব্বাস্তাঃ রাধাতুল্য প্রিয়ম্বদা ॥৬৪

---

জগৎকী মপু নারায়ণনা লক্ষ্মী অমসুং সরস্বতীবু পুদুন বৈকুণ্ঠদ চৎখি। রাধাগী অংসদগী ওইবী সরস্বতী, লক্ষ্মী অনীদো কৃষ্ণগী শাপুগী মচাপোকখিদে।৫৯ নারায়ণগী অঙ্গদগী মনাই পার্ষদ পাম্বোম মরি মরিপাম্ব ময়াম পুথোকখি। মঙান্দ, মগুন্দ, বয়শদ অমসুং মশকতসু নারায়ণগ মানব ঙাক্তনী।।৬০

লক্ষ্মীগী হকচাংদগী, মগাকুম্বা মতীক মগুণ, মশক মতো অমসুং বয়যসু মানবী মনাইসুপী কোটি অম পুথোকখি।।৬১

অদুগী তুংদ গোলোক নাথ শ্রীকৃষ্ণগী তুখোং খুদীংদগী গোপ ময়াম পুথোকখি; মশক মগুন্দসু বয়যসু পাঙ্গন থোনাদসু কৃষ্ণগ মানব ঙাক্তনী। মনাই পূন্নমক্তু কৃষ্ণগী প্রাণগ মানরব মুংশিরব মক্ত ওইখি।।৬২

হে মুনে নারদ। গোপশিংদুগী মতীক মঙান্দ, মগুন্দ, ফিজেৎতসু লেপ্প পাঙ্গন থোনাদসু কৃষ্ণগমানৈ শ্রীকৃষ্ণগী প্রাণগ মানন মুংশিব মনাই অথোইব ওইখি।।৬৩ রাধাগী হকচাংগী তুখোঙ খুদীংদগী গোপী ময়াম পুথোকখি। মখোয়সিংদুসু রাধাগ মানবী মশক মগুন্নী অমসুং রাহৈ রাভা মুংশিবসু রাধাগুম্বী মক্তনি।।৬৪

রত্ন ভূষণ ভূষাঢ্যা শশ্বৎ সুস্থির যৌবনাঃ।
অনপত্যাশ্চ তাঃ সর্ব্বাঃ পুংসঃ শাপেন সন্ততম্ ||৬৫
এতস্মিন্ন ন্তরে বিপ্র সহসা কৃষ্ণদেহতঃ।
আবির্ব্বভূব সা দুর্গা বিষ্ণু মায়া সনাতনী ||৬৩
দেবী নারায়নী শানী সর্ব্বশক্তি স্বরূপিণী।
বুদ্ধ্যাধিষ্ঠাতৃদেবী সা কৃষ্ণস্য পরমাত্মনঃ ||৬৭
দেবীনাং বীজ রূপা চ মূলপ্রকৃতি রীশ্বরী।
পরিপূর্ণতমা তেজঃস্বরূপা ত্রিগুণাত্মিকা ||৬৮
তপ্তকাঞ্চন বর্ণাভা সূর্য্যকোটি সমপ্রভা।
ঈষদ্ধাস্য প্রসন্নাস্যা সহস্র ভুজ সংযুতা ||৬৯
নানাশাস্ত্রার্থ নিকরং বিভ্রতী সা ত্রিলোচনা।
বহ্নিশুদ্ধাং শুকাধানা রত্নভূষণ ভূষিতা ||৭০

মণিরত্নগী অলঙ্কারণ লৈতেংবী মতম পূম্বদ লে 'দব ংথোৎ কাদুনত লৈবীনি। শ্রীকৃষ্ণগী শাপ্প মবম ওইদুনা মতম পূম্বদ মখোয় পূম্নমক্তু স্নু মচা অমত পোকখিদে ৬৫ ||

হে ব্রাহ্মণ নারদ ! মতম অদুমক্তদা খুৎথক্তা শ্রীকৃষ্ণগী হকচাংদগী, বিষ্ণুগী মায়াওইবী সনাতনী ওইবী অদুগী দুর্গান চোংথোক্লকখি। ৬৬ অদুগী দেবীদো নারায়ণী, ঈশানী অমসুং শক্তি পূম্বগী মশক ওইবীনি ; মহাক্তী পরমাত্মা কৃষ্ণগী বুদ্ধীগী অধিষ্টাত্রী দেবীনি ।।৬৭ মহাক্তী দেবী পূম্বগী বীজ (মরু) ওইবী অমসু মূলপ্রকৃতি ঈশ্বরীনি। মাদী মপূং ফারব মঙালগী মশক ওইবী, অমসুং গুণ অহুমগী মশক ওইবীনি। ৬৮ মহাক্তী কুচুদি-মৈগংদ মহৌচেল্লব সনাগী মচু মাগী মঙাম্ম ওইবী নুমীংকোটি অমগী মঙানগ মানবীনি। নোকক্কেং নোকফেং তৌবী, মায়খোং মকা ফগী. পাম্বোম লীশিং অম পানবী দেবীনি ।।৬৯

শাস্ত্র মযামগী অর্থ লোইন খঙবীনি, মীৎ থম্বাল অহুম্ম লৈতেংবীনি। মৈন শেংদোক্লব (তকথোক্লব) অথোইব ফীগে থোম্বীনি, মণিরত্নগী ভূষণ লৈতেংবীনি ।।৭০

যস্যাশ্চাংশাংশ কলয়া বভূবুঃ সর্ব্বযোষিত।
সর্ব্বেবিশ্ব স্থিতা লোকা মোহিতা মায়য়া যয়া ॥৭১
সর্ব্বৈশ্বর্য্য প্রদাত্রীচ কামিনাং গৃহবাসিনাম্।
কৃষ্ণভক্তি প্রদাত্রী চ বৈষ্ণবা নাঞ্চ বৈষ্ণবী ॥৭২
মুমুক্ষূণাং মোক্ষদাত্রী সুখিনাং সুখদায়িণী।
স্বর্গেষু স্বর্গলক্ষ্মীঃ সা গৃহলক্ষ্মী গৃহেষ্বসৌ ॥৭৩
তপস্বিষু তপস্যা চ শ্রীরূপা সা নৃপেষু চ।
যাচাগ্নৌ দাহিকা রূপা প্রভারূপা চ ভাস্করে ॥৭৪
শোভা স্বরূপা চন্দ্রে চ পদ্মেষু চ সুশোভনা।
সর্ব্বশক্তি স্বরূপা যা শ্রীকৃষ্ণে পরমাত্মনি ॥৭৫
যয়া চ শক্তিমা নাত্মা যয়া চ শক্তিমজ্জগৎ।
যয়াবিনা জগৎ সর্ব্বং জীবন্মৃত মিব স্থিতম্ ॥৭৬

---

মহাক্কি অংশ, কলা, অংশাংশন অমসুং মুপী পুম্নকপূ ওইবীনি। মাগী
মায়াম সংসার পুম্বদ লৈরিব মী পুম্নকপু সুমহৎলিবী দেবীনি ॥৭১॥
কাম পাম্ব য়ুম পাম্বশিংগী মফমদসু ঐশ্বর্য্যপুম্ব পীনবীনি। বৈষ্ণবসিংগী
মফমদসু কৃষ্ণ ভক্তি পীবিব অমসুং বৈষ্ণবীনি ॥৭২ অবান খুবম ফংনীংবসিংদ
অবান খুবম পীনবীনি, নুংঙাইব পাম্বশিংদ নুংঙাইব পীবিবনি। মহাক্না
স্বর্গদা স্বর্গলক্ষ্মী ওইবীনি, মান য়ুম পাম্ব খূদীংদ য়ুমগী লক্ষ্মী ওইবীনি ॥৭৩
মহাক্ন লাইনীংবশিংগী মফমদা লাইনীংব ওইবীনি অমসুং নিংথৌদসু লক্ষ্মীগী
মশক ওইদুনা ফজবগী মশক ওইবীনি। মহাক্নসু মৈগী অচাকপ শক্তিগী
মশক ওইবী, অমসুং নুমীৎকি মফমদ মঙানগী মশক ওইবীনি মহাক্কী ॥৭৪
থাগী মঙান্দ ফজহন্বগী মশক ওইবী অমসুং থম্বালখিবিক্তসু ফজহন্বীগী
মশক্কী। মহাক্কা পরমাত্মা শ্রীকৃষ্ণগী শক্তি পুম্নমক্কি মশক ওইবীনি ॥৭৫
মহাক্ন আত্মাগী শক্তি য়াম্ন লৈব ওইহন্বীনি অমসুং মহাক্কী কৃপান জগৎ
অসিদ শক্তি অথোইব ওই। মহাক নত্রবদি জগৎ পুম্বসী হিংন হিংন
অশিবগী মতৌগুম্ন লৈ ॥৭৬

না চ সং   বৃক্ষস্য বীজরূপা সনাতনী।
স্থিতি রূপা বুদ্ধিরূপা ফলরূপা চ নারদ।।৭৭
ক্ষুৎপিপাসা দয়া শ্রদ্ধা নিদ্রা তন্দ্রা ক্ষমা ধৃতিঃ।
শান্তি লর্জ্জা তুষ্টী পুষ্টি ভ্রান্তি কান্ত্যাদি রূপিণী।।৭৮
যা চ সংস্তু সবের্বশং তৎ পুরঃ সমুবাস হ
রত্নসিংহাসনং তস্মৈ প্রদদৌ রাধিকেশ্বর।।৭৯
এতস্মিন্নন্তরে তত্র সস্ত্রীকশ্চ চতুর্ম্মুখঃ
পদ্মনাভো নাভি পদ্মা ন্নিসসার পুমান মুনে।।৮০
কমণ্ডলু ধরঃ শ্রীমাংস্তপস্বী জ্ঞানিনাং বরঃ।
চতুর্ম্মুখস্তং তুষ্টাব প্রজ্জ্বলন ব্রহ্মতেজসা।।৮১
সুন্দরী সুন্দরী শ্রেষ্ঠা শতচন্দ্র সমপ্রভা।
বহ্নিশুদ্ধাং শুকাধানা রত্ন ভূষণ ভূষিতা।।৮২

---

হে নারদ! মহাক্ন সংসার উপানগী মরুগী মশক ওইবী অমসুং কুইরবানি। সংসার পুম্নমক্কী মশক ওইবী বুদ্ধিগী মশক ওইবী অমসুং মহৈগী মশক ওইবীনি।।৭৭ মহাক্ন ক্ষুধা, পিপাসা, দয়া, শ্রদ্ধা, নিদ্রা, তন্দ্রা অমসুং ক্ষমা, ধৃতি, শান্তি, লজ্জা, তুষ্টি, পুষ্টি, ভ্রান্তি, কান্তিন চিংবীগী মশক্কী।।৭৮ পুম্নমক্কি মপু শ্রীকৃষ্ণবু স্তুতি তৌদুনা দেবীন কৃষ্ণগী মমাঙদ নাংথিন লৈখি। রাধাগী মবুংঙোন দেবীদ সনাগী সিংহাসন পীদুনা ফমথখি।।৭৯

হে মুনে নারদ! অসীগী মতুংদ শ্রীকৃষ্ণগী খোয়দো থম্বালদগী মমায় মরি পাম্ব পদ্মনাভ ব্রহ্মান মাগী মুপী সাবিত্রীগ লোয়নননু মতমতুদা চোংথোকখি।৮০ ব্রহ্ম তেজন পুমঙান ডাম্ব মথুত্তা কমণ্ডলু পায়ব, লাইনীংব জ্ঞানীশিংবসিংদগী অথোইব, শ্রীন ভিম্ব ব্রহ্মাণ মচিন মরিন কৃষ্ণবু স্তুতি তৌখি।।৮১ ব্রহ্মাগী মুপী চুমক্কী থা চামগী মঙানগুন্দবী, ফজবী পুম্বদগী অথোইবী শকহেম্বীনী মৈদ ফজন সেংদোক তকথোক্লব ফি শেৎ ইম্বী মনিরত্নগী ভুষন্না লৈতেংবীনি।।৮২

রত্নসিংহাসনে রম্যে সংস্তূয় সর্ব্বকারণম্ ।
উবাস স্বামিনা সার্দ্ধং কৃষ্ণস্য পুরত মুদা: ॥৮৩
এতস্মিন্নন্তরে কৃষ্ণো দ্বিধারূপো বভূব সঃ ।
বামার্দ্ধাঙ্গো মহাদেবো দক্ষিণো গোপিকাপতি ॥৮৪
শুদ্ধ স্ফটিক সঙ্কাশ: শতকোটি রবি প্রভা ।
ত্রিশূল পট্টিশ ধরো ব্যাঘ্র চর্ম্ম ধরো হর: ॥৮৫
তপ্তকাঞ্চন বর্ণাভ জটা ভার ধরঃ পরঃ ।
ভস্ম ভূষন গাত্রশ্চ সস্মিত শ্চন্দ্র শেখর ।।৮৬
দিগম্বরো নীলকণ্ঠ: সর্প ভূষণ ভূষিতঃ ।।
বিভ্রদ্দক্ষিণ হস্তেন রত্ন মালাং সুসং স্কৃতাং ।৮৭
প্রজপন পঞ্চবক্ত্রেণ ব্রহ্মজ্যোতিঃ সনাতনম্ ।
সত্য স্বরূপং শ্রীকৃষ্ণং পরমাত্মান মীশ্বরম্ ॥৮৮

---

পৃথ্মমক্কী কারণ ওইব কৃষ্ণবু স্তুতি তৌদুন মপুরোয়বগ লোয়নন পূক্নীং হরাওন অমসুং ফজরব সনাগী সিংহাসন্দ ফমথখি ।।৮৩

মতম অদুমক্তদ অদুম্ব শ্রীকৃষ্ণগী মশক অনী থোকখি । ওইথংব হকচাংন মহাদেব য়েৎথংবা হকচাংন গোপীকাগী মপূ কৃষ্ণ ওইখি ॥৮৪ অশেংব স্ফটিক মণিগী মচুগুম্ব নুমীৎ কোটি চামগী মঙানগুম্বনী । ত্রিশূলগ, পট্টিশ (শাংজং) গ পায়ব, কৈগী মউন শেৎপ হরনি ।৮৫ অথোইব সনামহি চেম্ব মাম্ব জটাগী ভারন কোকথক্ত পূব হকচাংদসু উৎন লৈতেংব, মোমোন নোকপ অমসুং চন্দ্রসেখর-কোকথক্তা থা মচেৎন লৈতেংব মহেশ্বরনি ।।৮৬

মায়কৈন ফিজেৎ ওইব, খোরীদশংব, লিনগী খাওম্ন লৈতেংবনী । য়েৎ-থংব খূৎত ফজন সেম শারব সনাগী মালা পায়রি ॥৮৭ মাগী মমায় মঙাহুন ব্রহ্ম জ্যোতি ওইব, সনাতন ওইব. সত্যস্বরূপ ওইব, পরমাত্মা ঈশ্বর ওইব শ্রীকৃষ্ণগী নাম্বু অতৎপ লৈতন সোল্লী ।।৮৮

কারণং কারণা নাঞ্চ সর্ব্বমঙ্গল মঙ্গলম্।
জন্ম মৃত্যু জরাব্যাধি শোক ভীতি হরং পরম্।।৮৯
সংস্তূয় মৃত্যো মৃর্ত্যুং তং জাতো মৃত্যুঞ্জয়াভিধঃ।
রত্নসিংহাসনে রম্যে সমুবাস হরেঃ পুরঃ ||৯০
ইতি শ্রীব্রহ্ম বৈবর্ত্ত মহাপুরানে] প্রকৃতি খণ্ডে
নারায়ণ নারদ সংবাদে দেবা দেব্যুৎপত্তি
নাম দ্বীতীয়ো ২ ধায়ঃ ||২

---

সংসারপূম্বগী কারণগী] কারণ ওইব অমস্তং মঙ্গল ওইব পীনব, পোকপ
নব, লায়না, লাইথুং, অরাব অকিব মাঙহম্ব লাই অথোইবনি ||৮৯ অদুগুম্ব
রিবু স্তব তৌদুন অশিববু শিহম্ব ডম্ব মান মমিং মৃত্যুঞ্জয় কৌদুন পোক্লগা
রত্নরব সনাগী সিংহাসন্দ অমস্তং হরিগী মনাঙদ নীংখিন ফমখি ||৯০
শ্রীব্রহ্ম বৈবর্ত্ত মহাপুরাণ্ড প্রকৃতি খণ্ডদ
নারায়ণ নারদ সংবাদদা লাইনীপা
তুপী পোকপ কৌব অধ্যায়
অনীশুব লোইরে ||২

## শ্রীব্রহ্মবৈবর্ত্ত মহাপুরানে প্রকৃতি খণ্ডে

লে ডিম্বাদ্বিরাট্ জাতো নাম

তৃতীয়োঽধ্যায়ঃ।

নারায়ণ উবাচ

অথ ডিম্বো জলে তিষ্ঠন্ যাবদ্বৈ ব্রহ্মনো বয়।
ততঃ স্বকালে সহসাদ্বিধারূপো বভূব স ॥১
তন্মধ্যে শিশু রেকশ্চ শত কোটি রবি প্রভঃ
ক্ষণংরোরূয় মানশ্চ স্তনান্ধঃ পীড়িতঃ ক্ষুধা ॥২
মাতৃ পিতৃ পরিত্যক্তো জলমধ্যে নিরাশ্রয়ঃ।
ব্রহ্মাণ্ডা সংখ্য নাথো যো দদর্শোর্দ্ধ মনাথবৎ ॥৩
স্থূলাৎ স্থূলতমঃ সোঽপি নাম্ন যোহি মহাবিরাট্।
পরমানু র্যথা সূক্ষ্মাৎ পরঃ স্থূলাত্তথা পাসৌ ॥৪

---

নারায়ন হায়খি।

অসীগী মতুংদ রাধান থাদখিব মতুম অদুন ব্রহ্মাগী মপুনশী অম চুপ্প ঈশিংদ তাণ্ডুন লৈখি। অদুগী তুংদ মাগী মতম্ন ওইরক্লবদ খুৎথক্তা মাগী মশক্তু অনী থোকপ ওইখি ॥১ অনীদুগী মতুংদ অমন অণ্ডাংগী মশক ওইখি অমসুং মাগী মঙান্দী নুমীৎ কোটি চামগী মঙানগুমই। খোম থকনীংবগী অরাম খোৎলাংব মক্তুন ডাইহাক্তুং কপ্প ওইখি ॥২ মপা মমা অনী কাইনরদুন ঈশিং মমায়দ চঙজফম লৈতব ওইখি। মশীং থীঙমদ্রব ব্রহ্মাণ্ডগী মপু ওইব মহাক্ন মপু লৈত্রবগুম্ন মথকলোমদ য়েংখংখি ॥৩ অচৌব পুম্নমক্তগী মান মচাওরব মহাক্নি অদুগুম্ন মাগী মমিংদি – লেপ্প মহাবিরাট্ কৌই। অকুপ্প পুম্নদগী পরমানু (ফক্লাং অহোবদ তুংশাগী মঙাম চঙলগ মকুপ পাইব) অদুগুম্ন কুপ্প অমসুং অচৌবদগীসু মান মহেন্নব ফাহাক্নি ॥৪

তেজসাং ষোড়শাংশোঽয়ং কৃষ্ণস্য পরমাত্মনঃ।
আধারোঽসংখ্য বিশ্বানাং মহাবিষ্ণুশ্চ প্রাকৃতঃ ॥৫
প্রত্যেকং রোম কূপেষু বিশ্বানি নিখিলানি চ।
অদ্যাপি তেষাং সংখ্যাঞ্চ কৃষ্ণো বক্তুংনহিক্ষমঃ ॥৬
সংখ্য চেদ্রজসা মস্তি বিশ্বানাং ন কদাচন।
ব্রহ্ম বিষ্ণু শিবাদীনাং তথা সংখ্যা ন বিদ্যতে ॥৭
প্রতিবিশ্বেষু সন্ত্যেবং ব্রহ্মাণ্ডং পরিকীর্ত্তিতম্।
তত উর্দ্ধে চ বৈকুণ্ঠো ব্রহ্মাণ্ডা দ্বহিরেব সঃ ॥৮
স চ সত্য স্বরূপশ্চ শশ্বন্নারায়ণো যথা। ৯
তদূর্দ্ধে চৈব গোলোকঃ পঞ্চাশৎ কোটি যোজনাৎ।
নিত্যঃ সত্য স্বরূপশ্চ যথা কৃষ্ণ স্তথা প্যয়ন্ ॥১০

---

মহাক্তী পরমাত্মা শ্রীকৃষ্ণগী মতীক মঙানগুম্ন কলা ঙরাতরুন্ন মপুংফাব বিরাট পূরুষনী। মশীং থীঙমত্রব তাইবং সংসারগী তুংনফম ওইব মহা-বিষ্ণুনী অমস্তুং প্রলয় ঙম্ব মহাক্লী ॥৫ সংসার মতুম ময়াম্বু মাগী তুখোংগী অহোব খুদীংদ ব্রহ্মাণ্ড পূম্ব তাওদুন লৈরীবনী। ব্রহ্মাণ্ড ময়ামদুবু হোৎলীক কাওবদ মশীং থীবদু কৃষ্ণমরুস্তু মশীং থীঙমদে ॥৬ পৃথিবী পুম্নমকী উফুন মরীকপূ মশীং থীব ঙমলবস্তু মাগী তুখোংদ তাওরিব ব্রহ্মাণ্ডগী মশীংদি থীব ঙমগ্ররোই। অমদি ব্রহ্মা, বিষ্ণু, শিবন চিংবনস্তু ব্রহ্মাণ্ড মশীং থীবঙমদে ॥৭

ব্রহ্মাণ্ড খুদীংদ ব্রহ্মা, বিষ্ণু মহেশ্বর অহুমসীস্থ লোইনলৈ হায়ন লেপ্ল হায়নৈ। মদুদী পাতালদগী ব্রহ্মলোক ফাওবশীবু ব্রহ্মাণ্ড অমা কৈ.ই অমস্তুং অদুগী মথক্ত বৈকুণ্ঠ লৈরিবনি ॥৮ অদুম্ব বৈকুণ্ঠদুদ সত্যগী মশক ওইব নারায়ণা মতম পুম্বদ লেংদন লৈ ॥৯

হে নারদ! অদুম্ব বৈকুণ্ঠদুগী যোজন কোটি য়াঙ্খৈগী মথকলোমদা লেপ্লমক গোলোক ধাম লৈ। অরেপ্প সত্যগী মশক ওইব মফম অদুদ শ্রীকৃষ্ণমরু লেঙদন লৈবনি ॥১০

সপ্তদ্বীপমিতা পৃথ্বী সপ্ত সাগর সংবৃতা ।
ঊনপঞ্চাশদুপদ্বীপা সংখ্যা শৈল বনান্বিতা ॥১১
ঊর্দ্ধং সপ্ত স্বর্গলোকা ব্রহ্মলোক সমন্বিতাঃ ।
পাতালানি চ সপ্তাধ শ্চৈবং ব্রহ্মাণ্ড মেব চ ॥১২
ঊর্দ্ধং ধরায়া ভূর্লোকো ভুবর্লোক স্ততঃ পরঃ ।
স্বর্গলোকস্ত ততঃ পশ্চাৎ মহর্লোক স্ততো জনঃ ॥১৩
ততঃ পর স্তপো লোকঃ সত্যলোক স্ততঃ পরঃ ।
ততঃ পরো ব্রহ্মলোক স্তপ্তকাঞ্চন নির্ম্মিতঃ ॥১৪
এবং সর্ব্বং কৃত্রিমঞ্চ বাহ্যাভ্যন্তর মেব চ ।
তন্নাশে বিনাশশ্চ সর্ব্বেষামেব নারদ ॥১৫
তদ্বিনাশে বিনাশশ্চ বিশ্বসত্ত্ব মনিত্যকম্ ।
নিত্যৌ গোলোক বৈকুণ্ঠৌ সত্যৌ শশ্বদ কৃত্রিমৌ ॥১৬

অসুম্বী পৃথিবী অসিদ দ্বীপ তরেৎ অমসুং সমুদ্র ঈরম তরেৎন তিন্দুনলৈ। উপদ্বীপশু নীফুমাপন্নী, চৌংগ বনগদি মশীং থীঙমদন লৈখ্রে ॥১১ পৃথিবীগী মথকলোমদ স্বর্গলোক মরোন তরেৎ ব্রহ্মলোক কোন্নন লৈ। পৃথিবীগী মখারোমদ পাতালসু মরোম তরেৎ লৈ অমসুং তরামরি অসীন লেপ্প ব্রহ্মাণ্ড অম ওইরিবনী ॥১২ পৃথ্বীগী মথকলোমদ ভূর্লোক, অদুগী মথক্ত ভুবর্লোক, মথক্ত স্বর্লোক, অদুগী মথক্ত মহর্লোক, অদুদগী জনলোক্নী ॥১৩ অদুদগী তপোলোক, অদুদগী সত্যলোক্ন লৈ। পুম্নমকসিগী মথক্ত সনা অশেংব ডাক্তন শাব ব্রহ্মলোক্ন লৈরিবনী। ১৪

হে নারদ, অদুম পুম্নমক্তু কৃত্রিম (শেপ্পন মাঙখিগদব) নী পৃথ্বীন লৈরিব মথৈ মথৈসু লৈগনি। পৃথ্বীন হেক মাঙখিবদ মখোয় পুম্নমক্তুসু লেম্নমক মাঙখিগনি ॥১৫ পৃথ্বীন হেক মাঙখিবদ, লেপতব সংসার পুম্নমকসু লোইনমক মাঙখিনি। মকুম পুম্বদ মাঙলোইদোব অরেম্পদি গোলোক বৈকুণ্ঠ অনীদু অনন্ত লোকনী

লোমকূপে চ ব্রহ্মাণ্ডং প্রত্যেকমস্য নিশ্চিতম্।
এষাং সংখ্যাং ন জানাতি কৃষ্ণোঽন্যস্যাপি কা কথা ॥১৭
প্রত্যেকং প্রতিব্রহ্মাণ্ডে ব্রহ্ম বিষ্ণু শিবাদয়ঃ।
তিস্রঃ কোট্যঃ সুরাণাঞ্চ সংখ্যা সর্ব্বত্র পুত্রক ॥১৮
দিগীশ শ্চৈবদিক্‌পালা নক্ষত্রাণি গ্রহাদয়ঃ।
ভুবিবর্ণাশ্চ চত্বারোঽপ্যধো নাগাশ্চরা চরাঃ ॥১৯
অথ কালেন স বিরাডূর্দ্ধং দৃষ্ট্বা পুনঃ পুনঃ।
ডিম্বান্তরঞ্চ শূন্যঞ্চ ন দ্বিতীয়ং কথঞ্চন ॥২০
চিন্তামবাপ ক্ষুদ্‌যুক্তো রুরোদ চ পুনঃ পুনঃ।
জ্ঞানং প্রাপ্য তদা দধ্যৌ কৃষ্ণং পরম পুরুষম্ ॥২১
ততো দদর্শ তত্রৈব ব্রহ্মজ্যোতিঃ সনাতনম্।
নবীন নীরদ শ্যামং দ্বিভূজং পীতবাসসম্ ॥২২

---

বিরাটকি ভূখোঙ খূদীংদ লৈব ব্রহ্মাণ্ড পূম্নমক্ক মখোয় পূম্নসী লোইন লৈরিবনী। অদুম্ব ব্রহ্মাণ্ডসিংদুগী মশীংদি কৃষ্ণমরুস্থ খীঙমদে অতোপ্পনদি করম্ন ঙমগনি ॥১৭ হে পুত্র-নারদ! ব্রহ্মাণ্ড খূদীংদ লৈব ব্রহ্মা, বিষ্ণু, মহেশ্বরনচিংব লাইকোটি কুন্থ্রাগুন ব্রহ্মাণ্ড অমমমদা লৈরিবনী ॥১৮ মায়-গৈমপু, মায়গৈ ঙাকপলাই, নক্ষত্র ময়াম অমসুং গ্রহনচিংব লৈ। পৃথ্বী অদুদ ব্রাহ্মণচিংব বর্ণ মরিস্থ লৈ অমসুং মখাদ অচৎ চৎত শিল্লচিংবস্থ লৈ ॥১৯ অদুগী তুংদ মতম্ন ইনসিল্লক্তুন অদুম্ব বিরাট চহুন মথকলোমদ হম্ন হম্ন য়েংখত্তুন লৈ, ডিম্বদুগী মনুংদস্থ ঈহাঙ কাঙই অদুগ করিগুম্নদম্ন অনীগুব উদে ॥২০ মহাক অরাম খোরাংবমক্কন চিন্তা তৌখি অমসুং হম্ন হম্ন কপখি। জ্ঞান ফংলক্কন নীপা অখোইব কৃষ্ণবু ধ্যান তৌখি। ॥২১

অসীগী তুংদ মফমদুমক্কদা (সনাতন) ওইব ব্রহ্মাগী মঙানবু উখি। মন্নুমখি অনৌব নোংহোরকপ মাম্ব, কুচু মুরৈসংবানব, পাঙ্খোম অনী পাঙ্... কীগে খোম্বনী ॥-২

সস্মিতং মূরলী হস্তং ভক্তানুগ্রহ কারকম্ ।
জহাস বালক স্তষ্টো দৃষ্টা জনক মীশ্বরম্ ॥২৩
বরং তস্মৈ দদৌ তুষ্টো বরেশঃ সময়ো চিতম্
মৎসমো জ্ঞান যুক্তশ্চ ক্ষুৎপিপাসা বিবর্জ্জিতঃ ॥২৪
ব্রহ্মাণ্ডা সংখ্য নিলয়োভব বৎস লয়াবধি ।
নিষ্কামো নির্ভয়শ্চৈব সর্ব্বেষাং বরদো বরঃ ।
জরামৃত্যু রোগ শোক—পীড়াদি পরিবর্জ্জিতঃ ॥২৫
ইত্যুক্তা তদ্দক্ষকর্ণে মহামন্ত্রং ষড়ক্ষরম্ ।
ত্রিকৃত্বঃ প্রজজাপাদৌ বেদাগম বরং পরম্ ॥২৬
প্রণবাদি চতুর্থ্যন্তং কৃষ্ণ ইতাক্ষর দ্বয়ম্ ।
বহ্নিজায়ান্ত মিষ্টঞ্চ সর্ব্ববিঘ্নহরং পরম্ ॥২৭
মন্ত্রংদত্বা তদাহারং কল্পয়ামাস বৈ প্রভুঃ ।
শ্রূয়তাং তৎব্রহ্মপুত্র বিবোধ কথয়ামিতে ॥২৮

---

মোমোননোকপ, খুৎত মুরলী পায়ব, মনাই ভক্তবু চান্নীগদবগী হোৎনব; ঈশ্বর ওইব মপাবু উরদুনা অঙাং অদুন হরাওজদুন নোকখি ॥২৩ বর পীনহৈব কৃষ্ণন মতমগী মতীক চাব বরবু অঙাং অদুদা মুংশিবিদুন পীবিখি। কৃষ্ণ ঐগ মায়ব জ্ঞান তিন্ন ওইজরো অমসুং অরাম খোৌরাংসু কোকপ ওইজরো ॥২৪

হে ইচাও! প্রলয়গী মতম ফাওব, মশীং থীঙমদ্রব ব্রহ্মাণ্ড ময়াম্বু পুব ওম্ব, ওইজরো। অশিব, অনাব, অন্না মুংশি লৈতব ওইজরো ॥২৫

অসী হায়রগ অঙাংদুগী য়েৎথংব নাকোংদ ময়েক তরুক সুব মহামন্ত্রবু। অহমলক হন্না অহাম্বদ বেদ আগম হায়ব মন্ত্র অথোইবদুবু তাকপিখি ॥২৬ মন্ত্রদি—ওঁন হোব, কৃষ্ণ ময়েকপু চতুর্থী বিভক্তিন লোম্ব, মৈগী চান্নবী স্বাহান অরোইবদ হায়ব, বিঘ্ন পূম্ব মাঙহন্ব, অথোইব মন্ত্রনী ॥২৭

শ্রীহরিন মন্ত্র তাকপিরগ অঙাংগী চাননব পোৎপু তাকপিখি। তাও ব্রহ্মাগী মচা! নংগী চানব অচাপোৎতু ঐ হায়গে তারো ॥২৮

প্রতিবিম্বে যন্নৈবেদ্যং দদাতি বৈষ্ণব জনঃ
ষোড়শাংশংবিষয়িণো বিষ্ণোঃ পঞ্চদশাস্তবৈ ॥২৯
নির্গুণস্য হ্যনশ্চৈব পরিপূর্ণ তমস্য চ।
নৈবেদ্যেন চ কৃষ্ণস্য নহি কিঞ্চিৎ প্রয়োজনম্ ॥৩০
যদ্ যদ্দদাতি নৈবেদ্যম্ যস্মৈ দেবায় যোজন।
স চ খাদতি তৎসর্ব্বং লক্ষ্মী দৃষ্ট্যা পূণ র্ভবেৎ ॥৩১
তস্মৈ সর্ব্বং বরংদত্ত্বা তমুবা চ পুনর্বিভুঃ।
বর মন্যং কিমিষ্ট্যন্ত তস্মৈ ব্রুহি দদামিতে ॥৩২
কৃষ্ণস্য বচনং শ্রুত্বা তমুবা চ মহাবিরাট।
অদম্ভো বালক স্তত্র বচনং সময়োচিতম্ ॥৩৩

মহাবিবাড়ুবা চ।

বরং মে ত্বৎ পদাম্ভোজে ভক্তি র্ভবতু নিশ্চলা।
সন্ততং যাবদায়ুর্মে ক্ষণং বা সুচিরং বা ॥৩৪

---

তাইবং সংসাব খুন্দীংদ, বৈষ্ণব ওইব মীশিংন অদুগুম্ব নৈবেদ্য অদুবু কৎলগনি। কৎলিব নৈবেদ্যদু শরুক তবাতরুকী অমস্তুং তরামঙাথোকপদু বিষয় ভোগপাম্ব বিষ্ণুন লেপ্পহৌগনি ॥২৯ মায়াগী গুন লৈতব, পরিপূর্ণ চম ওইব অমস্তুং পরমাত্মা ওইব, কৃষ্ণ ঐগীদি নৈবেদ্য অদুনস্তু থঙ্জীক্ত কাওব কাম্নব অপাম্ব লৈতে ।৩০ অদুম্ব মীশিংদুন অদুম অদুম্ব নৈবেদ্যবু অদুম্ব দেবতাদ কৎলগ লাইশিংদুন চাট তৌইগুম্বস্তু লক্ষ্মীন য়েংবিরগ পোৎলম পূম্বদু হান্নগী মতৌগুম্ব ওই ॥৩১ বিরাট পুরুষদ বিভুকৃষ্ণন মস্ত্র অমস্তুং বর পুম্ব পীরগ অমুক হন্ন মঙোন্দ হায়খি, "নংন পাম্ব অতোপ্প বর করুম্ব লৈরি ঃদু হায়যু নংগীদমক ঐ পীগে" ॥৩২ কৃষ্ণগী য়াথং তারগ ময়াস্তু হৌড্রিব অঙাং ওইরিব মহাবিরাটন মতমগী মতীক চাব রাবু কৃষ্ণদ হায়জখি ॥৩৩

হে ঈশ্বর। নংগী চরন থম্বালদ লেঙদ্রব ভক্তি লৈজব বর ঐঙোন্দ পীনবিয়ু। অতৎপ লৈতন ঐগী পুনশীন ক্ষন অনন্ত ওইরবস্তু মতম য়াম্ন শাংন পুনশী লৈরবস্তু অদুপকি মথৈ চরণ কাওদব পীনবিয়ু ॥৩৪

স্বভক্তি যুক্তো যো লোকে জীবন্ মুক্তঃ স সন্ততম্।
মদ্ভক্তি হীনো মূর্খশ্চ জীবন্নপি মৃতো হি স ॥৩৫
কিং তজ্জপেন তপসা যজ্ঞেন পূজনেন চ।
ব্রতেনৈবো পবাসেন পুণ্যেন তীর্থসেবয়া ॥৩৬
কৃষ্ণ ভক্তি বিহীনস্য মূর্খস্য জীবনং বৃথা
যে নাত্মনা জীবিতঞ্চ তমেব ন হি মন্যতে ॥৩৭
যাবদাত্মা শরীরেঽস্তি তাবৎস শক্তি সংযুতঃ।
পশ্চাদ্ যাস্তি গতে তস্মিন্ন স্বতন্ত্রাশ্চ শক্তয়ঃ ॥৩৮
স চ ত্বঞ্চ মহা ভাগ সর্ব্বাত্মা প্রকৃতেঃ পরঃ।
স্বেচ্ছা ময়শ্চ সর্ব্বাদ্যো ব্রহ্মজ্যোতিঃ সনাতঃ ॥৩৯
ইত্যুক্ত্বা বালকস্তত্র বিররাম চ নারদ।
উবাচ কৃষ্ণঃ প্রত্যুক্তিং মধুরাং শ্রুতি সুন্দরীম্ ॥৪০

---

ইবুংঙো নঙোন্দ ভক্তিন তিন্নব অদুগুম্ব মী অদুদি—মতম পূম্বদ মহাক্তুন হিংন-হিংন লালবনি। নংঙোন্দ ভক্তি লৈত্রব মূর্খদুদি হিংদুনস্থ মী মহাক লেপ্ন অশিব ওইরবনি ॥৩৫ করি কানগনি মান সোম মন্ত্রন, তপতোবন, যজ্ঞ তোবন অমস্থুং পূজা তোবন, ব্রত তোবন, চয়াহেম্বন, পুন্য তেবন তীর্থসেবা তোবনস্থ লেপ্ন কামদে ॥৩৬ কৃষ্ণ ভক্তি লৈত্রব অদুম্ব মূর্খদুগীদি মান হিংলিবদু অরেম্ব ওইরবনি। অদুম্ব মাগী আত্মাদুন হিংলিব মহাক্তু মন্ন পরমাত্মাবু নীংবমরেত্রে ॥৩৭ মাগী আত্মাদুন মাগী হকচাংদ লৈরিব অদুপকি মথৈ, মহাকি শক্তি পাঙ্গলস্থ অদুকী মথৈ লৈগনি। আত্মান চৎখ্রবদ মতুং ইন্মুন শক্তি পাঙ্গলস্থ চৎখিনি অমস্থুং শক্তিদি মনীংমখা তোব ওমদে ॥৩৮

হে মহাভাগ। নহাকশীমকস্থ পূম্নমকি আত্মানী অমস্থুং প্রকৃতিদগী তোঙাম্বনী। নহাক্তি ব্রহ্মগী মঙাম্নী, পূম্নমক্তগী অহাম কুইরবনী অমস্থুং নংগী ঈচ্ছাগী মশক ওইবনী ॥৩৯

হে নারদ। মা অসি হায়রগ অঙাং অদুন মতাং অশিদ মা ঙাংব লেপখি। বেদগী ফজরবী থুম্নবী রাহৈবু শ্রীকৃষ্ণন হায়খি ॥৪০

### শ্রীকৃষ্ণ উবাচ

সুচিরং সুস্থিরং তিষ্ঠ যথাহং ত্বং তথাভব।
ব্রহ্মণোঽসংখ্য পাতে চ পাতস্তে ন ভবিষ্যতি। ৪১
অংশেন প্রতিব্রহ্মাণ্ডে ত্বঞ্চ পুত্র বিরাড্ভব।
ত্বন্নাভি পদ্মে চ বিশ্বস্রষ্টা ভবিষ্যতি ॥৪২
ললাটে ব্রহ্মন শ্চৈব রুদ্রাশ্চৈ কাদশৈ বতু।
শিবাংশেন ভবিষ্যন্তি সৃষ্টি সঙ্করনায় বৈ ॥৪৩
কালাগ্নি রুদ্রস্তে ষ্বেকো বিশ্বসংহার কারকঃ।
পাতাবিষ্ণুশ্চ বিষয়ী ক্ষুদ্রাংশেন ভবিষ্যতি ॥৪৪
মদ্ভক্তি যুক্তঃ সততং ভবিষ্যষি বরেন মে।
ধ্যানেন কমনীয়ং মাং নিত্যং দ্রক্ষসি নিশ্চিতম্ ॥৪৫
মাতরং কমনীয়াঞ্চ মম বক্ষঃ স্থল স্থিতাম্।
যামিলোকং তিষ্ট বৎসেত্যুক্ত্বা সোঽন্তর ধীয়ত ॥৪৬

### শ্রীকৃষ্ণন হায়খি।

হে অচাং! নং মতম কুইন য়াম্ন ঙৈংন লৈব ওইরো মতুদি কৃষ্ণ ঐগ মানব শক্তি পাঙল ওইজরো। ব্রহ্মাগী মপুনশী লোইদুন শিখিবদু মশীং খীওমদন নংন কুইন উব কংলক্কনি ॥৪১ নহাক্কি অংশন ব্রহ্মাণ্ড খুদীংদ অমমুং নহাক্কি নচাবিরাট পুরুষ অমমম্ লৈব ওইনি। নঙী খোয়দো থম্বালদগী সংসার সেম ব্রহ্মাসু পোক্লক্কনি ॥৪২ ব্রহ্মাদুগী লাইবক্তগী রুদ্র তরামাথোইসু লেপ্ন পোক্লক্কনি। শিবগী অংশন সংসার সেম্ন সন্দোক্লবগীদমক পেপ্ন ওইরক্কনি ॥৪৩ রুদ্র অমদি কালাগ্নিরুদ্র মমিং কৌদুন সংসার মা হনব ওইগনি। বিষ্ণুসু সংসার খুদীংদ ভাক্লনব অংশ মচা মচানসু ওইরক্কনি ৪৫

কৃষ্ণ ঐগী বরন অতৎপ লৈত্তন ঐডোন্দ ভক্তি লৈব ওইরক্কনি। নঙী ধ্যান মরম ওইদুন কজরব কৃষ্ণ ঐগী মূর্ত্তিবু নীতিগী লেপ্ন উব ওইনী ॥৪৫ চাংদমবিওাই লৈত্তন কজবী নমা রাধাদুদি ঐগী খবাক্ত লৈবি মাবুসু উব কক্লনি। হে বৎস ঐগী গোলোক ধামদ চৎলগে নং লৈহৌরো হায়রগ অন্তর্ধ্যান ওইখি ॥৪৬

গত্বা স্বর্লোকং ব্রহ্মাণং শঙ্করং স উবাচ হ।
স্রষ্টারং স্রষ্টু মীশঞ্চ সংহর্ত্তারঞ্চ তৎক্ষণাম্ ॥৪৭

শ্রীকৃষ্ণ উবাচ

সৃষ্টিং স্রষ্টুং গচ্ছ বৎস নাভিপদ্মোদ্ভবো ভব।
মহাবিরাড্ লোমকূপে ক্ষুদ্রস্য চ বিধেশৃণু ॥৪৮
গচ্ছ বৎস মহাদেব ব্রহ্ম ভালোদ্ভবো ভব।
অংশেন চ মহাভাগ স্বয়ঞ্চ সুচিরং তপ ॥৪৯
ইত্যুক্ত্বা জগতাং নাথো বিররামবিধেঃ সুতঃ।
জগাম নত্বা তং ব্রহ্মা শিবশ্চ শিবদায়ক ॥৫০
মহাবিরাড্ লোমকূপে ব্রহ্মাণ্ড গোলকে জলে।
স বভূব বিরাট্ ক্ষুদ্রো বিরাড়ংশেন সাম্প্রতম্ ॥৫১
শ্যামো যুবা পীতবাসাঃ শয়ানো জলতল্পকে।
ঈষদ্ধাস্য প্রসন্নাস্যো বিশ্বরূপী জনার্দ্দনঃ ॥৫২

---

স্বর্গলোক চৎথ্রগ সংসার সেম্ব ব্রহ্মাদ, অমসুং সংসার মাংহন্ব শঙ্করগ অনীদসু কৃষ্ণন হায়খি। ৪৭

শ্রীকৃষ্ণন হায়খি।

হে বৎস ব্রহ্মণ! তারো মহাবিরাটকি তুখোঙগী অহোব খুদীংদ সংসার মতুম মচা মচাদ সংসার সেম্ববগীদমক চৎলগ বিরাটকি খোয়দৌ থম্বালদগী পোকউরো ॥৪৮ হে বৎস! মহাদেব লাইবকফব চংলু নঙ্গী অংশন ব্রহ্মাগী লাইবক্তগী পোকউরো সংসার মাংহন্নবগীদমক অমসুং নহাক মতম কুইন তপ তৌরু ॥৪৯

হে ব্রহ্মাগী মচা! জগন্নাথ কৃষ্ণন রা অশী হায়রগ রাঙাংবা লেপখি। মঙ্গল পীনব শিবগ অমসুং ব্রহ্মাগ হরিবু খুরুমগা চংখি ॥৫০ ব্রহ্মাণ্ডগী মশক ওইব মতুম তাব ঈশিংদ তাওরিব মহাবিরাটকি তুখোংগী অহোবদ চং-শিনখি। অদুগ মহাবিরাটসু মহাক্কি অংশন বিরাট মচা মচা ওইহুনা চঙখি ॥৫১ কুচু মুরৈসংবানবা, পাখং মথোৎকাব, সনাফীগে থোম্ব, মোমোন নোকপ, মায়থোং মকাকনব, তাইবং সংসারগী মশক ওইব জনার্দ্দন ঈশিংগী শর্য়্যাদ হীপুন লৈখি ॥৫২

তন্নাভিকমলে ব্রহ্মা বভূব কমলোদ্ভবঃ।
সম্ভূয় পদ্মদণ্ডশ্চ বভ্রাম যুগলক্ষকম্ ॥৫৩

নান্তং জগাম দণ্ডস্য পদ্মনাভস্য পদ্মজঃ।
নাভিজস্য চ পদ্মস্য চিন্তা মাপ পিতামহঃ ॥৫৪

স্বস্থানং পুন রাগত্য দধ্যৌ কৃষ্ণ পদাম্বুজম্।
ততো দদর্শক্ষুদ্রং তংধ্যানেন দিব্য চক্ষুষা ॥৫৫

শয়ানং জলতল্পে চ ব্রহ্মাণ্ডগোলকাবৃতে।
যল্লোম কূপে ব্রহ্মাণ্ড তঞ্চ তৎপর মীশ্বরম্ ॥৫৬

শ্রীকৃষ্ণঞ্চাপি গোলোকং গোপ গোপী সমন্বিতম্।
তংসংস্তূয় বরংপ্রাপ্য ততঃ সৃষ্টিং চকারসঃ ॥৫৭

বভূব ব্রহ্মণঃ পুত্রা মানসাঃ সনকাদয়ঃ।
ততো রুদ্রাঃ কপালাচ্চ শিবাঃ শৈকাদশ স্মৃতাঃ ॥৫৮

বভূব পাতা বিষ্ণুশ্চ ক্ষুদ্রস্য বামপার্শ্বতঃ।
চতুর্ভুজশ্চ ভগবান্ শ্বেতদ্বীপ নিবাস কৃৎ ॥৫৯

---

বিরাটকি খোয়দৌ থম্বালদগী ব্রহ্মান পোকপ ওইখি। থম্বালদগী পোক্লগা ব্রহ্মান থম্বালতুগী মখোং হৌরকফম থিবদ যুগ লক্ষ অম চঙখি। ৫৩ অদুম্ব খোয়দৌ থম্বালগী মখোংবু কুমথনা থিবদ অরোইব মখোং থিব ফংখিদে। ব্রহ্মান খোয়দৌদগী হৌব থম্বালতুগী রাখল তৌই থন্দুনসু ফংব ঙমখিদে ॥৫৪ হাম্নগী মফম থম্বাল অদুদ লাক্লগ কৃষ্ণগী চরন থম্বালবু ধ্যান তৌখি। অদুগী তুংদ দিব্যচক্ষু ফংদুন মাগী ধ্যান্দুন ভগবানবু পীক্ল উব ফংখি। ৫৫ মহাক্ল ব্রহ্মাণ্ড অমসুং গোলোক সীম্ব থুংন লৈব ঈশিংগী শয্যাদ চেল্লিব, মগাক্কী তুখোঙ খূদীংদ ব্রহ্মাণ্ড অমমম লৈব শ্বেতদ্বীপকি মপুবু উখি ॥৫৬ অদুগী তুংদ গোপ গোপীগ লোয়নব গোলোকি মপু শ্রীকৃষ্ণবু, স্তুতি তৌদুন বর ফংলগা অদুগী তুংদ ব্রহ্মান সংসার সেম্ব ওইখি ॥৫৭ অদুগী তুংদ সনক্লচিংব ব্রহ্মাগী মচা ময়ান পূক্লৌংদগী পোকপ ওইখি। অদুদগী অমুক শিবগী অংশন ওইব রুদ্র তরানাথোইসু ব্রহ্মাগী লাইবক্তগী পোকখি ॥৫৮ বিরাট মচাসিংগি ওইথংব নাকন্দগী ডাক্লনব বিষ্ণু অমমমস্ত পোকখি। শ্বেতদ্বীপ্ত লৈব পাম্বোম মরি পাম্ব ভগবান্ মহাবিরাট পুকনন সংসারপূন্ব ঙাকলিবনি ॥৫৯

ক্ষুদ্রস্য নাভি পদ্মে চ ব্রহ্মা বিশ্বং সসর্জ্জ সঃ।
স্বর্গং মর্ত্ত্যঞ্চ পাতালং ত্রিলোকং সচরা চরম্ ॥৬০
এবং সর্ব্বং লোমকূপে বিশ্বং প্রত্যেক মেব চ।
প্রতিবিশ্বে ক্ষুদ্র বিরাড় ব্রহ্মবিষ্ণু শিবাদয়ঃ ॥৬১
ইত্যেবং কথিতং বৎস কৃষ্ণ সংকীর্ত্তণং শুভং।
সুখদং মোক্ষদং সারং কিং ভূয়ঃ শ্রোতু মিচ্ছসি ॥৬২
ইতি শ্রীব্রহ্মবৈবর্ত্তে মহাপুরাণে প্রকৃতি খণ্ডে
নারায়ন নারদ সংবাদে বিশ্বনির্ণয় বর্ণণং
নান তৃতীয়োঽধ্যায়ঃ ॥৩॥

---

ব্রহ্মান অদুগুম্বা বিরাট মচাগী খোয়দৌ থম্বালদ লৈদুন সংসার সেমখি। স্বর্গ মর্ত্ত্য অমসুং পাতাল অচৎ-চৎত মরোল অহুম পুম্নমকপু সেমখি ॥৬০ অম্সুম তৌদুনা তুংখোঙ খুদীংদ লৈবা সংসার পুম্বু লেপ্পমকসু সেমখি। অসীগুম্ব তুংখোঙদ তাওরিব সংসার খুদীংদ বিরাট মচা অমদ ব্রহ্মা বিষ্ণু শিবনচিংব অমমম লৈ ॥৬১ হে বৎস নারদ। সুংডাইব পীব, মোক্ষ পীব, মচি ওইব অসীগুম্ব শ্রীকৃষ্ণগী লিলা গুণ শকপ সোম্ব অথোইবসীবু হায়রবসীনি, অমুক হন্ন করি তানীংলিবগে হায়য়ু ॥৬২

শ্রীব্রহ্মবৈবর্ত্ত মহাপুরান্দ প্রকৃতি খণ্ডদা
নারায়ণ নারদ সংবাদদ বিশ্বনির্ণয়
কোব অধ্যায় অহুম লোইরে ॥৩

---

## শ্রীব্রহ্মবৈবর্তে মহাপুরানে প্রকৃতিখণ্ডে

### প্রকৃতি দেবীনাং চরিত পূজা স্তোত্র

### কবচ বর্ণনম্ চতুর্থোঽধ্যায়ঃ।

নারদ উবাচ।

শ্রুতং সর্ব্ব মপূর্ব্বঞ্চ ত্বৎ প্রসাদাৎ সুধোপমম্।
অধুনা প্রকৃতীনাঞ্চ ব্যাসংবর্ণয় পূজনম্॥১
কস্যাঃ পূজা কৃতা কেন কথং মর্ত্ত্যে প্রকাশিতা।
কেনবা পুজিতা কাবা কেন কাবা স্তুতা মুনে॥২
কবচং স্তোত্র মন্ত্রঞ্চ প্রভাবং চরিতং শুভম্।
কাভিঃ কেভ্যো বরো দত্তস্তন্মে ব্যাখ্যাতু মর্হসি॥৩

নারায়ন উবাচ।

গণেশ জননী দুর্গা রাধা লক্ষ্মীঃ সরস্বতী।
সাবিত্রী চ সৃষ্টিবিধৌ প্রকৃতি পঞ্চধাস্মৃতা॥৪
আসাং পূজা প্রসিদ্ধা চ প্রভাবঃ পরমাদ্ভুতঃ।
সুধোপমঞ্চ চরিতং সর্ব্বমঙ্গল কারণম্॥৫

মহামুনি। নহাক্কি থৌজান্দগী মমাংওদসু ওইখিদ্রিবা অমৃতগ মানরব অমসুং ৱারম পূম্ব তাজরে। হৌজীক্কি প্রকৃতি ময়ামগী অমসুং পূজাগী মরম য়াম্ন সন্দোক্ল লীবিয়ু॥১ কনান করম্ব দেবীগী পূজা তৌখি? কনান কনাগী করম্ন মর্ত্ত্যলোক্ত সন্দোকখি। হে মুনে! অসীগুম্ব পূম্নমকসীগী করম্ন পূজা তৌব, স্তুতিন করম তৌবগে হায়বিয়ু॥২ দেবীসিংগী কবচবু স্তোত্রবু, মন্ত্রবু, প্রভাবপু অমসুং অফব লমচৎপুম্ব হায়বিয়ূ। কনান কনা-গুম্বসিংগীদমক বর পীখিব অদু ঐঙোন্দা সন্দোক্ল হায়বিগদবা ওই॥৩

নারায়ন্ন হায়খি।

গণেশবু পোকপী দুর্গা, রাধা, সরস্বতী, সাবিত্রনচিংবী মঙা অসী, সংসারসেম্বী প্রকৃতিনী হায়ন খঙ্‌নে॥৪ মথোয় অসীবু পূজা তৌবদি প্রসিদ্ধ য়াম্ন ওই অমসুং মথোয়গী মগুন্দী য়াম্ন অঙকপনী। মথোয়সীগী লমচৎতি অমৃতগুম্বনী অমসুং মঙ্গল পূম্নমক পীনবিবগী মশক্নী॥৫

প্রকৃত্যংশাঃ কলা যাশ্চ তাসাঞ্চ চরিতং শুভম।
সর্ব্বং বক্ষ্যামিতে ব্রহ্মন্ সাবধানং নিশাময় ॥৬
কালী বসুন্ধরা গঙ্গা ষষ্ঠী মঙ্গল চণ্ডিকা।
তুলসী মনসা নিদ্রা স্বধা স্বাহা চ দক্ষিণা ॥৭
সংক্ষেপ মাসাং চরিতং পুণ্যদং শ্রুতিসুন্দরম্।
জীব কর্ম্ম বিপাকঞ্চ তচ্চ বক্ষ্যামি সুন্দরম্ ॥৮
দুর্গায়াশ্চৈব রাধায়া বিস্তীর্ণং চরিতং মহৎ।
তচ্চ পশ্চাৎ প্রবক্ষ্যামি সংক্ষেপং ক্রমতঃ শৃণু ॥৯
আদৌ সরস্বতী পূজা শ্রীকৃষ্ণেন বিনির্ম্মিতা।
যৎপ্রসাদান্মুনিশ্রেষ্ঠ মূর্খো ভবতি পণ্ডিতঃ ॥১০
আবির্ভূতা যদা দেবী বক্ত্রতঃ কৃষ্ণযোষিতঃ।
ইয়েষ কৃষ্ণং কামেন কামুকী কামরূপিনী ॥১১
স চ বিজ্ঞায় তদ্ভাবং সর্ব্বজ্ঞঃ সর্ব্ব মাতরম্।
জগাদ হিতং সত্যং পরিণাম সুখাবহম্ ॥১২

নারদন হায়রখি।

হে ব্রহ্মন্! প্রকৃতিগী অংশ কলাদগী ওইবী মখোয়দুগী লমচৎসু অফবনী। নংবোন্দ পূম্নমক্ হায়গে নবুক্নীং তপ্না নীংথিন তারো ॥৬ কালী, পৃথিবী, গঙ্গা, ষষ্ঠী মঙ্গলচণ্ডিকা। তুলসী, মনসা, নিদ্রাদেবী, স্বধা, স্বাহা, অমসুং দক্ষিনা কৌবী ॥৭ মখোয়সীগী বেদদ ইব ফজরব লমচৎ পূম্নমকপু সুপলপা হায়গে! অদুগা জীবগী কর্ম্ম বিপাক্নচিংবদুসু অথোঙ্বনী হায়গে তাও ॥৮ দুর্গাগী অমসুং রাধাগী লনচংতি য়াম্ন পাক চাওবনী, কোন্না হায়গে তৌভিক্তী সুপ্না মথং মথং তাখো ॥৯

হে মুনি অথোইব নারদ! অহান্দ সরস্বতীবু শ্রীকৃষ্ণনন্ন পূজা তৌখি। অদুগুম্বা মাগী থৌজান্দগী মূর্খসিংন পণ্ডিত ওই ॥১০ সরস্বতী দেবীন শ্রীকৃষ্ণগী চিন্দগী পোকখিবী ওইদুনা কামগী মশক ওইবী দেবীন কান্না থুদুম চন্দ্ন কাম পামদুন কৃষ্ণগী মনাক্ত চংসিনখি ॥১১ পূম্নমক খঙবা কৃষ্ণন অদুগুম্বা মাগী ভাব খঙদুন জগৎকি মমা দেবীদ নুংঙাইবগীব অফব পীব অচুম্ব য়াথংবু হায়খী ॥১২

শ্রীকৃষ্ণ উবাচ।

ভজ নারায়ণং সাধ্বি মদংশঞ্চ চতুর্ভুজম্।
যুবানং সুন্দরম্ সর্ব্বগুণ যুক্তঞ্চ মৎসমম্॥১৩
কামদং কামিনীনাঞ্চ তাসাঞ্চ কামপূরকম্।
কোটি কন্দর্প লাবণ্য-লীলালঙ্কৃতমীশ্বরম্॥১৪
কান্তে কান্তঞ্চ মাংকৃত্বা যদি স্থাতুমিহেচ্ছসি।
ত্বত্তো বলবতী রাধা ন তে ভদ্রং ভবিষ্যতি॥১৫
যো যস্মাদ্বলবান্ সোঽপি ততোহীনং রক্ষিতুং ক্ষমঃ।
কথং পরান্ সাধয়তি যদি স্বয় মনীশ্বর॥১৬
সর্ব্বেশঃ সর্ব্বশাস্তাহং রাধাং বাধিতু মক্ষমঃ।
তেজসা মৎসমা সা চ রূপেন চ গুনেন চ॥১৭

---

শ্রীকৃষ্ণন হায়খি।

হে সাধ্বী সতী! নহাক্ন কৃষ্ণ ঐগী অংশন ওইব পাম্বোম মরি পায়্ব নারায়ন্দ নপুরোয়্বব ওইন বাদূ। মহাক্কুদ পাখং মথোৎ কানকপ, য়াম্ব ফজবনী অমসুং গুন পুম্নমক ফিম্বনা ঐগম্ভু মানবনী॥১৩ মহাক্তী হূপী পুম্বগী কামপাব অমসুং মখোয়দ কাম মপূং ফাহম্বনী; মহাক্তী কামদেব কোটি অমগী মতৌগুব ফনৌ ফনৌবনী; মাদি লীলাদ য়াম্ব হৈব ঈশ্বরমক্সু ফকলিবনী॥১৪

হে চান্নবী! নংন কৃষ্ণ ঐঙোন্দ চান্নব ওইনাংদুন মফম অসীদ লৈগে হায়বদু ঐন খঙই। অদুবু নংগোন্দগীদি রাধান কৃষ্ণ ঐগী ঈনাক্তদি পাঙ্গনবানি; মরম অদুন মসীদ নহাক্তী মঙ্গল ওইব য়াব অমত লৈরোই॥১৫ মরম অদুদগী অদুগুম্বা রাধাদুদি পাঙ্গন শক্তি য়াম্ব লৈবিনি, অদুগ মহাক্কুমক্ন চঙজরকপ অতোপ্পসু কন্বাব ঙমই। তোইগুম্বসুং করম্ব মাগী মপু ওইব ঈশ্বর লৈগনি, অদু ওইরবদি মতোকবম্ব মাবু কনান শাসন তৌগনি॥১৬ কৃষ্ণ ঐন পূম্নমক্কি মপুনি. পুম্নমকপু শাসন তৌরিবমী তোইগুম্বসুং রাধাগী মফমদদি খজৌক্তকাওব শাসন তৌব ঙমদে। অদুন রাধাদি মতীক্তসু মগুনদসু মশক্তসু মরম পূম্নমক্ত কৃষ্ণ ঐগ মান্নবনি॥১৭

প্রাণাধিষ্ঠাতৃ দেবী সা প্রাণাং স্ত্যক্ত্বা ক: ক্ষম: ।
প্রাণেভ্যোঽপি প্রিয়: কুত্র কেষাং বাস্তিচ কেশ্চন ॥১৮
ত্বংভদ্রে গচ্ছ বৈকুণ্ঠং তব ভদ্রং ভবিষ্যতি ।
পতিং তমীশ্বরম্ কৃত্বা মোদস্ব সুচিরং সুখম্ ॥১৯
লোভ-মোহ-কাম-কোপ-মান-হিংসা-বিবর্জ্জিতা ।
তেজসা ত্বৎসমা লক্ষ্মী রূপেণচ গুনেন চ ॥২০
তয়াসাদ্ধং ভবপ্রীত্যা শশ্বৎ কাল: প্রযাস্যতি ।
গৌরবং মদ্বরাত্তুল্যং করিষ্যতি পতির্দ্বয়ো: ॥২১
প্রতিবিশ্বেষু তে পূজাং মহতীং দয়িতে মুদা ।
মাঘস্য শুক্ল পঞ্চম্যাং বিদ্যারম্ভেষু সুন্দরি ॥২২
মানবা মনবো দেবা মুনীন্দ্রাশ্চ মুমুক্ষব: ।
সন্তশ্চ যোগিন: সিদ্ধা নাগ গন্ধর্ব্ব-কিন্নরা: ॥২৩
মদ্বরেন করিষ্যন্তি কল্পে কল্পে লয়াবধি ।
ভক্তি যুক্তাশ্চ দত্বা চৈবো পচারাংশ্চ যে ডশ: ॥২৪

---

রাধান কৃষ্ণ ঐগী প্রানগী অধিষ্ঠাত্রি দেবীনি, কনান থরায়বু থাদোকপ ঙম্বগে ? থরায়দগী হেন্না নুংশিব কনাগুম্ব অতোপ্প অম লৈব হৌনদে ॥১৮ হে ভদ্রে ! নং চৎলো বৈকুণ্ঠদ নংসি মঙ্গল ওইগনি । নারায়ণ ঈশ্বরদ নপুংবোয়ব ওইক্ল কামগী শানবদ নুংঙাইনা মতম য়াম্ন কুইন লৈরু ॥১৯ লোভনাংব, মুনমংৎপ, অপাম্ব, অশাংব, নাপন অমসুং হীংশানচিংব য়াও-দ্রবানি । মতীক মঙান্দ নহাক্ক মানবী শক্তসু গুনদসু নংগুম্বী লক্ষ্মীনি ॥২০ মাগ লোয়নন নপুক্নীং নুংঙাইনা অতৈপ নৈতন মতম লেন্দুন লৈমিন্নো । নপুংবোয়ব নারায়ন্দু নংখোয় অনীগ মানব ওইনি অথোইব ঐগী বরদগী ।২১

হে চান্নবী ! সংসার পূম্বদ য়াকচৌংগী মঙানী পাম্বদ অমসুং বিদ্যারম্ভ তৌবদ, ফজবী নংবু হরাওন পূজা তৌরগনি ॥২২ মী পুংমক্ল, মনুসিংন, লাইয়াম্ন, মুনীন্দ্রন, অরান খুবম ফংনীংবন, সাধুন, যোগিসিংন, সিদ্ধসিংন, গন্ধর্ব্ব অমসুং নাগন, কিন্নরন পূজা তৌরগনি ॥২৩ কৃষ্ণ ঐগী বরদগী প্রলয় থাংবা কল্প কল্প খূদীংদ ভক্তিগ লোয়নন নহাকপু অমসুং পোৎলম ভরাতরক্ক পূজা তৌরগনি ॥২৪

কান্বশাখোক্ত বিধিনা ধ্যানেন স্তবনেন চ।
জিতেন্দ্রিয়াঃ সংযতাশ্চ ঘটে চ পুস্তকেঽপি চ ॥২৫
কৃত্বা সুবর্ণগুটিকাং গন্ধচন্দন চর্চ্চিতাম্।
কবচংতে গৃহীষ্যন্তি কণ্ঠেবা দক্ষিনে ভূজে ॥২৬
পঠিষ্যন্তি চ বিদ্বাংসঃ পূজাকালে চ পূজিতে।
ইত্যুক্ত্বা পূজয়ামাস তাংদেবীং সর্ব্ব পূজিতঃ ॥২৭
ততস্তৎ পূজনং চক্রু ব্রহ্মা বিষ্ণু মহেশ্বরাঃ।
অনন্তশ্চাপি ধর্ম্মশ্চ মুনীন্দ্রাঃ সনকাদয়ঃ ॥২৮
সর্ব্বে দেবাশ্চ মনবো নৃপাশ্চ মানবাদয়।
বভূব পূজিতা নিত্যা সর্ব্বলোকৈঃ সরস্বতীং ॥২৯

নারদ উবাচ।

পূজাবিধানং স্তবনং ধ্যানং কবচ মীপ্সিতম্।
পূজো পযুক্তং নৈবেদ্যং পুষ্পঞ্চ চন্দনাদিকম্ ॥৩০

---

পূক্লীং ইন্দ্রিয় লাকসিন্নসিংন ঘটদা অমসুং লাইরীক্ত কান্ব শাখন হায়বা বিধি মতুংইন্ন ধ্যান অমসুং স্তবন মরম ওইদুন নংগী পূজা তৌংঙ্কনি ॥২৫ সনান সাব মন্ত্রদা নঙ্গি কবচ হাপচিল্লগা মদুদ গন্ধ চন্দন্ন পূজা তৌরগা য়েৎথংব পাম্বোমদা অমসুং থোংদি শিগদব ওই ॥২৬ পণ্ডিতসিংন পূজাগী মতমদা অমসুং পূজা তৌবদ নংগী স্তবপু থীনদুন দেবী নবু পূন্নমক্ত পূজা তৌনগনি। অদী হায়দুন কৃষ্ণন সরস্বতিবু পূজা তৌখি ॥২৭ অদুগী মতুংদগী ব্রাহ্মান, বিষ্ণুন, শিবন দেবী মাবু পূজা তৌখি। মতুংদ অনন্তনসু, ধর্ম্মনসু, মুনীন্দ্রন, সনকচিংবন মাবু পূজা তৌখি ॥২৮ অদুদগী দাই পূন্নমক্তসু মনুসিংসু নিংথৌশিংসু মা পূন্নমক্ত লোক পূন্নমক্ত সরস্বতীবু নিতিগী পূজা তৌনখি ॥২৯

নারদন হায়খি।

হে মুনি অথোইব! মাগী পূজাগী বিধান, স্তব, ধ্যান কবচ, অপাম্ব পাস্ব। পূজাদ মতীকচাব নৈবেদ্যবু পৈ, চন্দন্নচিংববুসু হায়বিয়ু ॥৩০

বদ বেদবিদাং শ্রেষ্ঠ শ্রোতুং কৌতুহলং মম।
বৰ্দ্ধতে সাম্প্রতং শশ্বৎ কিমিদং শ্রুতিসুন্দরম্ ॥৩১

নারায়ন উবাচ।

শৃনু নারদ বক্ষ্যামি কান্ব শাখোক্ত পদ্ধতিম্।
জগন্মাতুঃ সরস্বত্যাঃ পূজাবিধি সমন্বিতম্ ॥৩২
মাঘস্য শুক্ল পঞ্চম্যাং বিদ্যারম্ভ দিনেঽপি চ।
পূর্ব্বেঽহ্নি সংযমং কৃত্বা তত্রাহ্নি সংযতঃ শুচি ॥৩৩
স্নাত্বা নিত্যক্রিয়াংকৃত্বা ঘটংসংস্থাপ্য ভক্তিতঃ।
সংপূজ্য বেদষট্ কঞ্চ নৈবেদ্যাদিভি রেব চ ॥৩৪
গণেশঞ্চ দিনেশঞ্চ বহ্নিং বিষ্ণুং শিবং শিবাম্।
সংপূজ্য সংযতোঽগ্রে চ ততোঽভীষ্টং প্রপূজয়েৎ ॥৩৫
ধ্যানেন বক্ষমানেন ধ্যাত্বা বাহ্য ঘটে বুধঃ।
ধ্যাত্বা পুনঃ ষোড়শোঃ পচারেন পূজয়েৎ ব্রতী ॥৩৬

---

বেদখণ্ডব অথোইব। মতু তারগ ঐগী হরাওব মুংঙাইব ওইগনি তাবদ ফজরব অসী হৌজীক অতৎপ লৈতন চাওখৎকদব ৱাদু হায়বিয়ু ॥৩১

নারায়ণন হায়খি

হে নারদ! জগৎমাতা ওইবী—সরস্বতীগী কান্ব শাখাদ হায়ব পদ্ধতি, পূজাগী বিধিগ লোয়নবদু নঙোন্দ হায়গে তারো ॥৩২ ৱাকচীং থাগী পানখৎলকপ মঙানি পান্বদ অমসুং বিদ্যারম্ভ তৌব মুমিৎতুগী নোংম ৱাৎলিঙৈদ পুক্নীং লাকশিন্দুন ব্রতনচিংব মুমীৎতুদ পুক্নীং সেংন তৌগনি ॥৩৩ নোংঙল্লগ চৈরুক্তথোক্তুন নিতিগী তৌব থবক লোইরগ ভক্তি তৌন ঘট লাৎকনি। বেদন হায়ব লাই তরুক অহানবদ গণেশ, বিষ্ণু, শিব, সূৰ্য্য, পার্ব্বতী অমসুং অগ্নি অসী নৈবেদ্যনচিংব পোৎলম খিবিরুসু পূজা নীংথিনা তৌনি। মতুংদ নীঙ্গদব সরস্বতীবু পূজা তৌনি ॥৩৪॥৩৫॥ পণ্ডিতসিংন হায়রককদৌরিব. ধ্যানগী মন্ত্রন ধ্যান তৌরগা ঘটদ আবাহন তৌগনি। অমুকসু ধ্যান তৌরগ ব্রতীদুন পোৎলম তরাতরুক পূজা তৌগনি ॥৩৬

পূজো পযুক্ত নৈবেদ্যং যদ্ যদ্বেদে নিরূপিতম্।
বক্ষামি সাম্প্রতং কিঞ্চিদ্ যথা নীতং যথাগমম্ ॥৩৭
নবনীতং দধি ক্ষীরম্ লাজাংশ্চ তিল লড্ডুকম্।
ইক্ষুমিক্ষুরসং শুক্লবর্ণ পক্কগুড়ং মধু ॥৩৮
স্বস্তিকং শর্করাং শুক্ল ধান্য স্যাক্ষত মক্ষতম্।
আশ্বিন শুক্ল ধান্যস্য পৃথুকং শুক্লমোদকম্ ॥৩৯
ঘৃত সৈন্ধব সংস্কারৈ হবিষ্যান্নঞ্চ ব্যঞ্জনৈঃ।
যব গোধূম চূর্ণানাং পিষ্টকং ঘৃত সংস্কৃতম্ ॥৪০
পিষ্টকং স্বস্তিকস্যাপি পক্করম্ভা ফলস্য চ।
পরমান্নঞ্চ সঘৃতং মিষ্টান্নঞ্চ সুধোপমম্ ॥৪১
নারিকেলং তত্তুদকং কেশরং মূল মার্দ্রকম্।
পক্বরম্ভা ফলং চারু শ্রীফলম্ বদরীফলম্ ॥৪২
কালদেশোদ্ভবং পক্বফলম্ শুক্লসু সংস্কৃতম।
সুগন্ধি শুক্ল পুষ্পঞ্চ সুগন্ধি শুকল চন্দনম ॥৪৩

অদুম অদুগ্ন বেদদ হায়ব পূজাগী মতীক চাব নৈবেদ্য কংকনি। বেদন হায়ব পোংলম খরদং অদু হৌটীক হায়গে ৱারো ॥৩৭ নবনীত, সংগোম অফম্ব, সঙ্গোম অনৌব, চেং অচাম্ব অমসুং থাইদিংগী লড্ডু। চূহিং, চু, অঙৌবগী চিনি, মৈদ শেংদোক্লব চিনি খোহী ॥৩৮ স্বস্তিক, চিনিঅকেংব, চেং অঙৌব, ফৌ অঙৌব, ফৌ অঙৌবগী চেং অঙৌব লাংবন থাগী ফৌ অঙৌবগী চেংপাক, কবোকখোইদুম অঙৌব ॥৩৯

ঘীন অমসুং সৈন্ধবন সেংদোক্লব হবিষান্ন অমসুং য়েনশাং খিবিক। যব অমসুং চেংগী য়াম্ন ঘীগ লোয়নন হৌরব তল ॥৪০ য়ামগ লফোই অমুনবগ অনীগী তল। চাক মনম মুংশিব অমসুং ঘীগ লোয়ননা চাক অথুম্ব অমৃতগুম্ব য়াওনি ॥৪১ য়ুবী, য়ুবী মহী, বকুল মহৈ, মূলক, আদ্রক, লফোয় অমুম্ব, ফজন মুলব হৈথাগোক মহৈ, বরয়গী মহৈ ॥৪২ মত চুগী দেশতুদ কংব উহৈ অঙৌব, ফজরবজাৎ। মনম মুংশিরব লৈ অমসুং মনম মুংশিরবা চন্দন অঙৌব ॥৪৩ ফি অঙৌব লৈ অঙৌব পরেং, লিক পরেং অঙৌব, মোইবুঙ অঙৌব, অঙৌব লৈতেং পূম্ননক বেদগী বিধি মতুংইন্ন কংকনি ॥৪৪

নবীন শুক্লা রত্নং পুষ্পাঞ্চ সুমনোহরম্।
মাল্যঞ্চ শুক্ল পুষ্পানাং শুক্ল হারঞ্চ ভূষণম্ ॥৪৪
যদ্দৃষ্টঞ্চ শ্রুতৌ ধ্যানং প্রশস্তং শ্রুতিসুন্দরম্।
সন্নিবোধ মহাভাগ ভ্রম ভঞ্জন কারনম ॥৪৫

সরস্বতী ধ্যানম।

সরস্বতীং শুক্লবর্ণাং সস্মিতাং সুমনোহরাম।
কোটিচন্দ্র প্রভামুষ্ট পুষ্ট শ্রীযুক্ত বিগ্রহম ॥৪৬
বহ্নিশুদ্ধাং শুকাধাণাং সস্মিতাং সুমনোহরাম।
রত্ন সারেন্দ্রনির্ম্মাণ বর ভূষণ ভূষিতাম ॥৪৭
সুপূজিতাং সুরগনৈ ব্রহ্ম বিষ্ণু শিবাদিভিঃ।
বন্দে ভক্ত্যা বন্দিতাং তাং মুনীন্দ্র মনু মানবৈ ॥৪৮
এবং ধ্যাত্বা চ মূলেন সর্ব্বং দত্ত্বা বিচক্ষণঃ
সংস্তুয় কবচং ধৃত্বা প্রনমেদ্দ গুবদ্ভুমি ॥৪৯

---

হে মহাভাগ নারদ! বেদদ থাগৎনবা বেদগী ফজরম, অমরুপ থঙদম কোক্লবগী কারন ওইব, সরস্বতীগী ধ্যান উগনি মাদু হায়গে নহাক্ত তারো ॥৪৫

সরস্বী নীংনব।

সরস্বতীবু কুচুডৌবী, নোকমি তৌবী অমসুং পুক্লীং ছববু। থা কোটি অমগী মঙাম ওইবী, নীংথিবন তিন্বী নোয়পেন্বী মুর্ত্তিনী ॥৪৬ মৈদ তকথোক্লবু ফি শেৎপী, মোমোন নোকপদ পুক্লীং ছবীনি। মনি রত্ন অথোইবনা সেমশারব অথোইব ভূযন্ন লৈতেংবীনি ॥৪৭ ব্রহ্মা, বিষ্ণু শিবনচিংব লাইশিংন নীংথিনপূজা তৌবিনি। মুনি অথোইবসিংন, মনুসিংন, মী পুন্নমক্ত মহাকপু অতৎপ লৈতন ভক্তি তৌন স্তব তৌদুন খুরুমজে ॥৪৮ পণ্ডিতসিংন অসুম্ন ধ্যান তৌদুন মুলমন্ত্রন পোৎলম পুন্ন কৎকদব ওই। নীংথিন স্তুতি তৌদুন কবচ ধারন তৌরগ লৈপাক্ত দণ্ডবৎ তৌন খুরুমগনি ॥৪৯

যেষাঞ্চেয় মিষ্টদেবী তেষাং নিত্য ক্রিয়া মুনে।
বিদ্যারম্ভে চ সর্ব্বেষাং বর্ষান্তে পঞ্চমীদিনে ॥৫০
সর্ব্বোপযুক্তো মূলশ্চ বৈদিকাষ্টাক্ষরঃ পরঃ।
যেষাং যেনোপদেশো বা তেষাং মূলঃ স এব চ ॥৫১
সরস্বতী চতুর্থ্যন্তো বহ্নিজায়ান্ত এব চ।
লক্ষ্মী মায়া দিকশ্চৈবং মন্ত্রোঽয়ং কল্প পাদপঃ ॥৫২
পুরা নারায়ণশ্চেমং বাল্মীকায় কৃপানিধিঃ।
প্রদদৌ জাহ্নবীতীরে পুণ্যক্ষেত্রে চ ভারতে ॥৫৩
ভৃগুর্দদৌ চ শুক্রায় পুষ্করে সূর্য্যপর্ব্বণি।
চন্দ্র পর্ব্বনি মারীচো দদৌ বাক্‌ পতয়েমুদা ॥৫৪
ভৃগবে চ দদৌ তুষ্টৌ ব্রহ্মা বদরিকা শ্রমে।
আস্তীকায় জরৎকারু র্দদৌ ক্ষীরোদ সন্নিধৌ ॥
বিভাণ্ডকো দদৌ মেরৌ ঋষ্য শৃঙ্গায় ধীমতে ॥৫৫॥

---

হে মুনে নারদ! মহাক্কি নিত্য ক্রিয়া লোইরগ সরস্বতীবু মহাক্কি ইষ্টদেবী ওইন পূজা তৌনি। বিদ্যারম্ভ তৌবদ অমসুং মী পুম্নমক চহী লোইরকপগী রাকচীংগী মঙানিপাম্ব শ্রীপঞ্চমী দিন্দ পূজা তৌনি ॥৫০ পুম্নমক্কী মতীকচাব বেদদ হায়রব অমসুং ময়েক নীপানগুব মূল মন্ত্র অথোইবনি। গুরুন মহাক্কিদমক শকপিরব অহুগুম্বী সরস্বতীগী অমসুং মূল মন্ত্রনী ॥৫১ সরস্বতী হায়রব শব্দ অসী চতুর্থী বিভক্তিন লোয় অমসুং অগ্নিগী মুপীগী মমিংনা লোইগনি। লক্ষ্মীগা মায়াগ অনীগী বিজনা মকোকত লৈব অমসুং অদুম্ব মন্ত্রদুবু কল্প বৃক্ষগ মানৈ। ৫২ মমাংদা খোজাম্ন সমুদ্র ওইরব নারায়ণনা ভারতকি পুন্যক্ষেত্র ওইব জাহ্নবী তীর্থগী মপান্দা অসীগুম্ব মন্ত্র অসীবুসু বাল্মীকিগী-দমক পীবিখি ।৫৩ ভৃগুন পুষ্কর তীর্থদ অমাবস্যা সুমীৎত শুক্রগীদমক পীবিখি। মারিচন পূর্ণিমা সুমিৎত পুক্নীং মুংঙাইন বৃহস্পতিগীদমক পিখি ॥৫৪ ব্রহ্মান বদরিকাশ্রমদা হরাওনা অমসুং ভৃগুদ পিখি। ক্ষীরোদ মপান্দ জরৎকারুন আস্তিকীদমক পীখি। বিভাণ্ডকন সনচীংদ অথোইব ঋষি-শৃঙ্গীদমক মন্ত্র অসী পীরিবখি ॥৫৫

শিবঃ কণাদ মুনয়ে গৌতমায় দদৌ মুনে।
সূর্য্যশ্চ যাজ্ঞবল্ক্যায় তথা কাত্যায়নায় চ ॥৫৬
শেষঃ পাণিনয়ে চৈব ভরদ্বাজায় ধীমতে।
দদৌ শাকটায়নায় সুতলে বলিসংসদি ॥৫৭
চতুর্লক্ষ জপেনৈব মন্ত্রঃ সিদ্ধো ভবেন্নৃণাম।
যদি স্যাৎ সিদ্ধ মন্ত্রো হি বৃহস্পতি সমো ভবেৎ ॥৫৮
কবচং শৃণু বিপ্রেন্দ্র যদ্দত্তং বিধিনা পুরা।
বিশ্বশ্রেষ্ঠং বিশ্বজয়ং ভৃগবে গন্ধমাদনে ॥৫৯

ভৃগু রুবাচ।

ব্রহ্মন্ ব্রহ্মবিদাং শ্রেষ্ঠ ব্রহ্ম জ্ঞান বিশারদ।
সর্ব্বজ্ঞ সর্ব্বজনক সর্ব্বেশ সর্ব্ব পুজিত। ৬০
সরস্বত্যাশ্চ কবচং ব্রূহি বিশ্বজয়ং প্রভো।
অযাত যাম মন্ত্রানাং সমূহসংযুতং পরম ॥৬১

---

হে মুনে নারদ। শিবন কণাদ অমসুং গৌতম মুনিগীদমক পীবিখি। সূর্য্যনসু যাজ্ঞ বল্ক্যগীদমক অমদি কাত্যায়নগীদমকসু পীবিখি ॥৫৬ অনন্তন পাণিনীগীদমক অমসুং বুদ্ধি ফব গৌতম মুনিগীদমক পীখি। পাতালদ বলিগী সভাদ শাকটায়নগীদমকসু পীবিখি ॥৫৭ মীওইবর্সংনা লক্ষ মরিরক সোলবদি লেপ্প মন্ত্র অসী সিদ্ধ ওইনি। মতম অদুদ মন্ত্র অসী সিদ্ধ ওইরবদি লেপ্প সগোলসেন গুরুগ মানগনি ॥৫৮

হে ব্রাহ্মন অথোইব নারদ! ব্রহ্মান মমাংদুদ পীখিব কবচ অদু হায়গে তারো। সংসার অসিদ পুম্নমক্তগী অথোইব অমসুং সংসার বিজয় তৌব অসুম্ব কবচসী গন্ধমাদন চিংথকত ভৃগু মুনিদ পীবিখি ॥৫৯

ভৃগুন হায়রখি।

ব্রহ্মজ্ঞানদ হৈসিংলব, ব্রহ্ম খঙব অথোইব হে ব্রহ্মন্! পুম্নমক খঙব, পুম্নমক্কি মপা ওইব, পুম্নমক্কি মপু অমসুং পুম্নমক্ন পূজা তৌনবও ॥৬০ হে প্রভো। সংসারবু বিজয় তৌব ওন্ব সরস্বতী কবচবুসু হায়রিবু। মন্ত্রগী মপৈগ লোয়নব সরস্বতী কবচ অথোইবদুবু হায়রিবু ॥৬১

ব্রহ্মোবাচ।

শৃণু বৎস প্রবক্ষ্যামি কবচং সর্ব্বকামদম্।
শ্রুতিসারং শ্রুতিসুখং শ্রুত্যুক্তং শ্রুতি পূজিতম্ ॥৬২
উক্তং কৃষ্ণেন গোলোকে মহ্যং বৃন্দাবনে বনে।
রাসেশ্বরেণ বিভুণা রাসেন রাসমণ্ডলে ॥৬৩
অতীব গোপনীয়ঞ্চ কল্পবৃক্ষ সমং পরম্।
অশ্রু তাদ্ভুত মন্ত্রানাং সমূহৈশ্চ সমন্বিতম্ ॥৬৪
যদ্ধৃত্বা পঠনাদ্ ব্রহ্মন্ বুদ্ধি মাংশ্চ বৃহস্পতিঃ।
যদ্ধৃত্বা ভগবান্ শুক্রঃ সর্ব্বদৈত্যেষু পূজিতঃ ॥৬৫
পঠনাদ্ধারনাদ্বাগ্মী কবীন্দ্রো বাল্মীকো মুনিঃ
স্বায়ম্ভুবো মনুশ্চৈব যদ্ধৃত্বা সর্ব্বপূজিতঃ ॥৬৬
কণাদো গৌতমঃ কণ্বঃ পাণীনিঃ শাকটায়নঃ।
গ্রন্থংচকার যদ্ধৃত্বা দক্ষঃ কাত্যায়নঃ স্বয়ম্ ॥৬৭

---

ব্রহ্মান হায়খি।

হে বৎস ভৃগো! হেক তাবদ মচি ওইরব, অপান্বপুম্ব পীনরবা, তাবদ নাকোঙ্গি মুংঙাইব ওইরবা, বেদন হায়বা অমসুং বেদন পূজা তৌবা সরস্বতীগী কবচ হায়রগে তারো ॥৬২ গোলোক ধামদ লৈঙ, বৃন্দাবনগী বন মনুদে, রাসমণ্ডলদ, রাসগী মবুংঙো শ্রীকৃষ্ণনা অসীগুম্ব কবচ অসী ঐগীদমক তাকপিখি ॥৬৩ অসীগুম্ব কবচ অসীদি য়াম্ন থুপ্পনি, কল্পবৃক্ষগা মানবনি, অমুকুম্ব তাথিদ্রিবা অমসুং অঙকপ মন্ত্র গয়াম্ন তিল্লবনি ॥৬৪

হে ব্রহ্মণ্! কবচ অসীবু পাঠ তৌব, ধারণ তৌবদগী বৃহস্পতিনা বুদ্ধি য়াম্ন ফব ওইখি। ভগহান্ শুক্রনা মসীবু ধারন তৌবদগী হিংচাব পূম্নমক্কা পূজা তৌনখি ॥৬৫ বাল্মীকি মুনিন মসাবু পাঠ তৌব ধারন তৌবদগী ওাঙব শকপ হৈব কবি অথোইব ওইখি স্বায়ম্ভুব মনুস্ন মসীবু ধারন তৌবদগী পূম্নমক্কা মাবু পূজা তৌনখি ॥৬৬ কণাদ, গৌতম্, কণ্ব, পাণীনি, শাকটায়াণ, দক্ষপ্রজাপতি অমসুং কাত্যায়ন মুনিন চিংব হায়রিব মুনিসিং অসীনা মসিবু ধারন তৌব পাঠ তৌবদগী লাইরীক লোবদ অপথ লৈতন ভমগ্রিবসি অসিগুম্বী সরস্বতীগী পোজান্দগীনি ॥৬৭

সূপকারা ভবিষ্যন্তি ধাবকা বৃষবাহকাঃ।
সত্যহীনা জনাঃ সর্ব্বে শস্যহীনা চ মেদিনী ॥২৫
ফলহীনাশ্চ তরবোঽপত্যহীনাশ্চ যোষিতঃ।
ক্ষীর হীনা স্তথা গাবঃ ক্ষীরং সর্পির্বিবর্জ্জিতম্ ॥২৬
দম্পতী প্রীতিহীনৌ চ গৃহিণা সুখঃ বর্জ্জিতাঃ।
প্রতাপহীনা ভূপাশ্চ প্রজাশ্চ করপীড়িতা ॥২৭
জলহীনা নদাঃ নদ্যো দীর্ঘিকাঃ কন্দরাদয়ঃ।
ধর্ম্মহীনাঃ পুণ্যহীনা বর্ণাশ্চত্বার এব চ ॥২৮
লক্ষেষু পুণ্যবান্ কোঽপি ন তিষ্ঠতি ততঃ পরম্।
কুৎসিতা বিকৃতা কারা নরা নার্য্যশ্চ বালকাঃ ॥২৯
কুবার্ত্তাং কুৎসিতাঃ শব্দাঃ ভবিষ্যন্তি ততঃ পরম্।
কেচিদ্গ্রামাশ্চ নগরাজনশূন্যা ভয়ানকাঃ ॥৩০
কেচিৎ স্বল্পকুটীবেণ নরেন চ সমন্বিতাঃ।
অরণ্যানি ভবিষ্যন্তি গ্রামেষু নগরেষু চ ॥৩১

পুম্নমক সত্য লৈররোই পৃথিবীদগী মহৈ ররোং পালরোই ॥২৫॥ উপিংশী মহৈস্থ মালরোই মুপীশিংস্থ মচা পোক্লরোই। যবীশিংস্থ মখোম্ থোক্লরোই অহুগ সঙোমস্থ ঘী মাওররোই ॥২৬॥ মুপী নীপা মতে মনাও মুংশিনররোই অমস্থং মুম পাবগী নুংঙাইব লৈররোই। নিংথৌগী মতীক, মগুণ, শক্তি লৈররোই, প্রজা পুম্নমকস্থ মখুৎ কাজিন্দুন ওৎলৈররগনি ॥২৭॥ তুরেনশিংস্থ পাক শাংব লৈররোই থোংনুংস্থ ঈশিং লৈররোই। ব্রাহ্মণচিংব বর্ণ মরিমক্ত ধর্ম্ম লৈররোই, লেপ্প পুণ্যনী থবক অমত্ত তৌনররোই ॥২৮॥

অশীগী তুংদ মী লক্ষ অমগী মহুংদ কনাগুম পুণ্য মাম তৌব মী অমত্তাকব লৈররোই। নীপা, মুপী, অমস্থং অঙাংনচিংব তুকচব স্বভাব, মওং মতৌ মীবু মুত্তি ওইরগনি ॥২৯॥ অহুগী তুংদ মী পুম্নমক্তি কত্তব মাহৈ ওাজনি হজোইব থোক্লোমু ওইরকনি। কনা কনাগুম্বগী খুঙ্গং লৈকাইদ অমত্ত লৈররোই অকিবগী মগাক ওই-রগনি ॥৩০॥ কনা কনাগুম্বগী খুঙ্গদ মী খর খরদি লৈগনি অমস্থং মুমগা মায়ন খমস্থ লৈগনি। খুঙ্গং লৈকাই পুম্নমক্ত লমহাও অমস্থং বন ওইরগনি ॥৩১॥

অরণ্য বাসিনঃ সর্ব্বে জরাশ্চ করপীড়িতাঃ।
শস্যানি চ ভবিষ্যন্তি তড়াগেষু নদীষু চ ॥৩২
প্রকৃষ্টানি চ ক্ষেত্রাণি শস্যহীনানি তৎপরম্।
হীনা প্রকৃষ্টা ধনিনো বলদর্প সমন্বিতাঃ ॥৩৩
প্রকৃষ্ট বংশজা হীনা ভবিষ্যন্তি কলৌযুগে।
অলীক বাদিনো ধূর্ত্তাঃ শঠ শ্চ সত্যবাদিনঃ ৩৪
পাপিনঃ পুণ্যবন্তশ্চাপ শিষ্টঃ শিষ্টমেব চ।
জিতেন্দ্রিয়ং লম্পটাশ্চ পুংশ্চল্যশ্চ পতিব্রতাম্ ॥৩৫
তপস্বিনঃ পাতকিনো বিষ্ণুভক্ত মবৈষ্ণবাঃ।
অহিংসকং দয়াযুক্তং চৌরাশ্চ নরঘাতিনঃ ॥৩৬
ভিক্ষুবেশধরা ধূর্ত্তা নিন্দন্ত্যপ হসন্তি চ।
ভূতাদি সেবানিপুণা জনানাং মন্দকারিণঃ ॥৩৭

---

বন্দ লমজাওদ লৈব মী পূম্নমক্ না ওইমি অমসুং মথুৎন থবক তৌবওমদগী ওইদুনা অরাব ওইনি। তুরেলগী মপান্দ, পুখ্রীগী মপান খিবক্ক মহৈ মরোং পাররগনি ॥৩২॥ অফগীতুংদ লৌকম পূম্নমক মহৈ মরোং অমত্ত পানদ্রবরোই। মরল লৈদ, ইমাক ভুম্বন, নাপন তৌরদুনা মপাঙ্গন লৈবদুস্ত মরন লৈথ্ররোই ॥৩৩॥ কলিযুগতদি অথোইব বংশদ পোকপ মীদুনা অতোপ্প ওইরকনি। অচুম্ব সত্যবাদি ওইব মীশিংদুনা মীনব রা ভাংব, পৌনমতৌব কমসুং চুরাপ্প ওইরগনি ॥৩৪॥

পাপীশিংন পুণ্য য়াম্নতৌব মীশিংদুবু নোক্নগনি অমসুং নিন্দা তৌগনি। ইন্দ্রিয় পুদুম চম্ব মীশিংবু, লমচেম্ব ওক্কবস্ত ওইরবযৌম নোকলগনি অমসুং মপুরোইবু লাই ওইন মীংবী মুপীবু বেশ্যা ওক্কবীস্ত ওইরবসিংন নোক্নগনি ॥৩৫॥ লাইমীংব মীশিংবু, বিষ্ণু ভক্ত ওইবশিংবু পাপীশিংন নোক্নগনি। থৌজাল হৈব মীশিংবু চুরাপশিংন অমসুং জীবহিংসা তৌদবশিংবু মীহাৎপ মীশিংন নোক্নগনি নিন্দা তৌরগনি ॥৩৬॥

চুরাপ ভাকুশিংন চাকনিবগী ফিজেৎ শেৎদুনা পূম্নমক্কস্ত নোক্নগনি, অমসুং নিন্দা তৌগনি। মথোরশিংদুনা ভূত প্রেতশিংবু পূজা সেবা তৌদুনা মী পূম্নমক্কী অমঙল তৌদুনা চৎলগনি ॥৩৭॥ অচুম্ব চুরাপ জ্ঞান লৈত্রবশিংদুবু অপগনা

পূর্ত্তিতান্তে ভবিষ্যন্তি বঞ্চকা জ্ঞানদুর্ব্বলাঃ।
বামনা ব্যাধিযুক্তাশ্চ নরা মার্দ্ধ্যশ্চ সর্ব্বতঃ ॥৩৮
অল্লায়ুষো জরাযুক্তা যৌবনেষু কলৌযুগে।
পলিতাঃ ষোড়শে বর্ষে মহান্ বৃদ্ধস্তুবিংশতৌ ॥৩৯
অষ্টবর্ষ চ যুবতী রজো যুক্তা চ গর্ভিণী।
বৎসরান্তে প্রসূতা স্ত্রী ষোড়শেন জরান্বিতা ॥৪০
এতাঃ কাশ্চিৎ সহস্রেষু সর্ব্বা বন্ধ্যাঃ কলৌযুগে।
কন্যাবিক্রয়িণঃ সর্ব্বে বর্ণাশ্চত্বার এব চ ॥৪১
মাতৃজায়া বধূণাঞ্চ জারো পার্জ্জন ভক্ষকাঃ।
কন্যাণাং ভগিণীনাঞ্চ জারোপার্জ্জন জীবিনঃ ॥৪২
হরের্নাম বিক্রয়িণো ভবিষ্যন্তি কলৌ যুগে।
স্বয়মুৎসৃজ্য দানঞ্চ কীর্ত্তি বর্দ্ধন হেতবে ॥৪৩

পূজা তৌহনা লুমা তৌরগনি। মুপী নীপা পুম্নমকম্ন লায়থুংন ভিলগনি অমস্নুং মথীক নেমগনি ॥৩৮॥

অশীগুম্ব কলিযুগ অশিদা কলিগী প্রভাবনা মথোৎকারকপদা মম্নায়থুংন ভিন-গনি অমস্নুং মপুনশীম্ন তেনগনি। চহী তরাতকক গুরকপদা মরামথুংন শোম্নরক্কুম্ন চহী কুন গুরকপদ মাম্ন হনুবা ওইরক্লনি ॥৩৯॥ মুপীনা চহী নীপান গুরকপদা রজস্বলা ওইহুন অমস্নুং মচা মবুক কঙনি। চহী অমগী মতুংদা মচা পোকনি মুপী অহু চহী তরাতরুক গুমদা হনুবী ওইগনি ॥৪০॥

অহুম্ভম্ন কলি যুগতা মুপী লীশীং অম লোইন মচা পোক্তবী অথুংবী ওইনি কনাগুম্বী অমতংগা মচা পোকনি। ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রি, বৈশ্য, শূদ্র বর্ণ মম্নিমকম্ন লেপ্পমক মচামুপী কন্যা য়োন্দুম চারগনি ॥৪১॥ মী পূম্নমকী মমা, মভু, মমৌ, মচন, মচে, মচামুপীনচিংব মথোয় পূমক্ক ওক্তবী লমচৎ চৎতুন সেন তাল্লগা মম্নুনা চাহুন জীবহিঙনি ॥৪২॥

কলিযুক্ত হরিনাম সঙ্কীর্ত্তন তৌহুন লমতান্নুন অমস্নুং হরিনাম য়োন্দুম চারগনি। মশাগী মিংচৎ চাওথংনবগী দমক লন থুম য়াম্ন দান তৌরগনি ॥৪৩॥ অহুমী মতুংদা মশা মথক্ত রাখন তৌহুন মশাহুমক অতোপ্প ধর্ম্মদ চংলগনি। লাইগী মরম,

তং পশ্চা স্বমসালোচ্য স্বয়মুল্লঙ্ঘয়িষ্যতি।
দেব বৃত্তং ব্রহ্ম বৃত্তিং বৃত্তিং গুরুকুলস্য চ ॥৪৪
স্বদত্তাং পরদত্তাং বা সর্ব্বমুল্লঙ্ঘয়িষ্যতি।
কন্যকা গামিনঃ কেচিৎ কেচিচ্চ শ্বশ্রূ গামিনঃ ॥৪৫
কেচিদ্বধূ গামিনশ্চ কেচিচ্চ সর্ব্বগামিনঃ।
ভগিণী গামিনঃ কেচিৎ সপত্নী মাতৃ গামিনঃ ॥৪৬
ভ্রাতৃজায়া গামিনশ্চ ভবিষ্যন্তি কলৌ যুগে।
অগম্যা গমনঞ্চৈব করিষ্যন্তি গৃহে গৃহে ॥৪৭
মাতৃযোনিং পরিত্যজ্য বিহরিষ্যন্তি সর্ব্বতঃ।
পত্নীনাংনির্ণয়ো নাস্তি ভ্রাতৃণাঞ্চ কলৌ যুগে ॥৪৮
প্রজানাঞ্চৈব গ্রামাণাং বস্তুনাঞ্চ বিশেষতঃ।
অলীক বাদিনঃ সর্ব্বে সর্ব্বে চৌরাশ্চ লম্পটাঃ ॥৪৯

ব্রাহ্মণগী মহুন, অমসুং গুরুগী শাগৈগী মরন লৌথোক্লগনি ॥৪৪॥

মশাবকৎপদান, অতোপ্প অমনকৎপদান অহু পূম্নমকপুস্ :লোইন লৌদ্নো মাঙ-হল্লগনি। কনান মচানুপীগ তিম্নরগনি, কনা অমন মতুগী মমা মনেমবোক তিম্নরগনি ॥৪৫॥ কনা অমন মচানীপাগী মতু মমৌনুপীগ তিম্নরগনি অমসুং কনা কনা অমন হায়রিব পূম্নমকশী লোইন তিনব য়াওগনি। কনান মচন মচেম তিম্নগনি, কনান মাবু পোক্তবী মমাগ তিম্নরগনি ॥৪৬॥

কলিযুক্ত মচীন মনাওগী মতুগস্ তিম্নব ওইরকনি। য়ুম য়ুম খূদীংদ চঙহৈদব মকংদ লেপ্নমক চঙব ওইরকনি ॥৪৭॥ কলি যুক্তি প্রভাবনা মরম ওইহ্না মমাগী যোনিদবু থাদোক্লগ পূম্নমক্তী লোইন কামদ শানরগনি। মতুমচাশিঙ্গি হৌনৈ হৌনদে হায়বগী রাথন লৈবরোই অমসুং মপুরোইবনী হায়বগীস্ লৈবরোই ॥৪৮॥ প্রজা শিঙ্গিস্ থুঙ্গং লৈকাইশিংদসু পোৎচৈ পূম্নমক মশীনা ঐগীনি, মশীনা মাগীনি, হায়বগী থোইদোকপ লৈরবোই। অচুব ভাঙব মী পূম্নমক্ক লমহেব্ব ঙ্ঘাব দাকু ওইরগনি ॥৪৯॥

ব্রাহ্মণ, ক্ষত্রিয় অমসুং বৈশ্যশিংগী বংশদ পোকপ মী পূম্নক অমসুং পাপি ওইহ্নন হিংসাত্তোব হেনগৎকনি। মখোয়হুন মা হাংপনচি ব অফিবপোকপ থবক

পরস্পরং হিংসকাশ্চ সর্ব্বে চ নরঘাতিনঃ।
ব্রহ্ম ক্ষত্রবিশাং বংশা ভবিষ্যন্তি চ পাপিনঃ ॥৫০
লাক্ষালৌহ রসানাঞ্চ ব্যাপারং লবণস্য চ।
বৃষবাহা বিপ্রবংশা শূদ্রাণাং শবদাহিনঃ ॥৫১
শূদ্রান্নভোজিনঃ সর্ব্বে সর্ব্বে চ বৃষলীরতাঃ।
পঞ্চ পর্ব্ব পরিত্যক্তাঃ কুহুরাত্রৌ চ ভোজিনঃ ॥৫২
যজ্ঞসূত্রবিহীনা চ সন্ধ্যাশৌচ বিহীনকাঃ।
পুংশ্চলী বার্দ্ধুষাবীর কুট্টণী চ রজস্বলা ॥৫৩
বিপ্রাণাং রন্ধনাগারে ভবিষ্যন্তি চ পাচিকাঃ।
অন্নানাং নির্ণয়ো নস্তি নারীনাঞ্চ বিশেষতঃ॥৫৪
আশ্রমাণাং জনানাঞ্চ সর্ব্বে ম্লেচ্ছাঃ কলৌযুগে ॥৫৫
এবং কলৌ সম্প্রবৃত্তে সর্ব্বে ম্লেচ্ছ ময়ে ভবে।
হস্তপ্রমাণে বৃক্ষ চাঙ্গুষ্ঠমানে চ মানবে ॥৫৬

তৌহন মহাপাপি ওইনি ॥৫০॥ চা, থুম, য়োৎ, লাহীদাক্কচিংব রসায়ণবুস্থ য়োল্লগনি। মন লাব তোংব, ব্রাহ্মণগী শাগেদ পোক্কপ শূদ্রগী অশিব মশা পোংলোইব য়াওরগনি ॥৫১॥ ব্রাহ্মণ পূম্নমক্ক শূদ্রন থোংব চাক চারনি অমস্তুং ওক্কবী ময়ীদ পূক্নীং চঙলগনি। মখোয়শিংস্থ পর্ব্ব মত্তাবু তাক্তন অমাবস্যানচিংবগী অহিংদস্থ চাক চারগনি ॥৫২॥

অহুগুম্বা মখোয়হুন যজ্ঞসূত্র (নগুণ) থাংলরোই) অমস্তুং সন্ধ্যা অহুমদ হকচাংশেংদোক্নুন হরিউপাসনা তৌররোই। বেশ্যা-ওক্কবীশিংন, থা মাংইবী ময়ীশিংন, হংবী ময়ীশিংন অমস্তুং দূতি ওইবী ময়ীশিংন ॥৫৩॥ ব্রাহ্মণগী চাক-থোংশংদ অমস্তুং চাকথোংহল্ব ওইরগনি। চাক অশীন থোাব চাব য়াই য়াদে হায়বগী খন্নব লৈররোই অমস্তুং ময়ীগী অফব ফত্তব খন্নবরোই। আশ্রমশিংগী অমস্তুং মী পূম্নমক্কি কলিযুক্ত মীপুম্ব ম্লেচ্ছ লোইন ওইরগনি ॥৫৫॥ মতৌ অমুম্ন কলিযুক্তুন চঙসল্লক্লবদ মী পূম্নমক্ক ম্লেচ্ছ জাতিগী মতৌ লোইন ওইনি। উ পূম্নমক খূদূপ অমরোমদ য়াংলরগনি অমস্তুং মী পূম্নমকক্ক খূপী মুক্ত য়াংলগনি ॥৫৬॥

অহুগুম্ব মত্তমহু ওইরক্লবদ পাঙ্গন কষশিংদগী অথোইব ভগবান নারায়ণী

বিপ্রস্য বিষ্ণুযশসঃ পুত্রঃ কল্কী ভবিষ্যতি।
নারায়ণ কলাংশশ্চ ভগবান্ বলিনাং বলী ॥৫৭
দীর্ঘেণ করবালেন দীর্ঘঘোটক বাহনঃ।
ম্লেচ্ছ শূন্যাঞ্চ পৃথিবীং ত্রিরাত্রেণ করিষ্যতি ॥৫৮
নির্ম্লেচ্ছাং বসুধাং কৃত্বা চান্তর্দ্ধানং করিষ্যতি।
অরাজকা চ বসুধা দস্যুগ্রস্তা ভবিষ্যতি ॥৫৯
স্থূলপ্রমাণং ষড়্রাত্রং বর্ষধারা প্লুতা মহী।
লোকশূন্যা বৃক্ষশূন্যা গৃহশূন্যা ভবিষ্যতি ॥৬০
ততশ্চ দ্বাদশাদিত্যাঃ করিষ্যন্ত্যোদয়ং মুনে।
প্রাপ্নোতি শুষ্কতাং পৃথ্বী সমা তেষাঞ্চ তেজসা ॥৬১
কলেস্তে চ দুর্দ্ধর্ষে সম্প্রবৃত্তে কৃতে যুগে।
তপঃ সত্য সমাযুক্তো ধর্ম্মঃ পূর্ণো ভবিষ্যতি ॥৬২
তপস্বিনশ্চ ধর্ম্মিষ্ঠা বেদজ্ঞা ব্রাহ্মণা ভুবি।
পতি ব্রতাশ্চ ধর্ম্মিষ্ঠা যোষিতশ্চ গৃহে গৃহে ॥৬৩

---

অমস্তুং কলাংশমক্, বিষ্ণু যশসা কৌব ব্রাহ্মণগী মচা ওইদুনা কল্কী ভগবান্ কৌদুনা অবতার তৌরকনি ॥৫৭॥ অচৌব অরাংব সগোল অমত্তোংদুনা শাংগ্রব থাংশাং অম পায়গনি। অহিং অহুমদা পৃথিবী পুম্বদ ম্লেচ্ছ জাতি পুম্নমকপুস্থ লোইন হাংতোক্লুনা লৈহন্দব ওইরগনি ॥৫৮॥ পৃথিবীদা ম্লেচ্ছ লৈত্রব মতুংদ কল্কী ভগবানস্তু মাঙখিব ওইগনি॥ মতুংদ নিংথৌ পাত্রব পৃথিবী ওইনি অমস্তুং চৎমাম্ব দাকুন খুদুম চনগনি ॥৫৯॥ অদুগী মতুংদ পৃথিবীদ অহিং তরেৎ চুপ্প নোংলীনা মোংস্তুক মরূম চাওন নোংতাহন্দুন পৃথিবীপুম্বনু থুমহললগনি ॥৬০॥

হে নারদ মুনি! অদুগী তুংদস্ত নুমীৎ তরানীথোই থোক্লগনি। নুমীৎ তরানিথোইদুগী অকন্বম মঙাল্ল তপমানব য়াম্ন শাব মৈচাক্ল চাকথেক্লুনা পৃথিবীন প্রক প্রক কংলগনি ॥৬১॥ লাকচম কাঙমত্রব কলিযুগন লোইশ্রব মতুংদ সত্যযুগ অহৌব চঙলকনি। তপতৌব, অচুম্ব মা ভাঙবন তিন্দুন ধর্ম্মন মপুং ফাবা ওইরগনি ॥৬২॥ লাইনীংব তপতৌব অমনুং ধর্ম্মগী থবক্ত পুক্লীং চংব পৃথিবীদ ব্রাহ্মন সিংন বেদ হৈব ওইরগনি। য়ুম য়ুম খুদোংদ নুপী পুম্নমকস্তু মপুরোয়ব নীংবী অমস্তুং ধর্ম্ম লৈবী, সতী ভাক্ত ওইরগনি ॥৬৩॥

রাজানঃ ক্ষত্রিয়াঃ সর্ব্বে বিপ্রভক্তা মহামুনে।
প্রতাপবন্তো ধর্ম্মিষ্ঠাঃ পুণ্য কর্ম্ম রতাঃ সদা ॥৬৪
বৈশ্যা বাণিজ্যনিরতা বিপ্র ভক্তাশ্চ ধর্ম্মিকাঃ।
শূদ্রাশ্চ পুণ্যশীলাশ্চ ধর্ম্মিষ্ঠা বিপ্রসেবিনঃ ॥৬৫
বিপ্র ক্ষত্র বিশাং বংশা বিষ্ণু যজ্ঞ পরায়ণাঃ।
বিষ্ণুমন্ত্র রতাঃ সর্ব্বে বিষ্ণু ভক্তাশ্চ বৈষ্ণবা ॥৬৬
শ্রুতি স্মৃতি পুরাণজ্ঞা ধর্ম্মজ্ঞা ঋতু গামিণঃ।
লেশো নাস্তি হ্যধর্ম্মাণাং ধর্ম্মপূর্ণে কৃত যুগে ॥৬৭
ধর্ম্মস্ত্রীপাচ্চ ত্রেতায়াং দ্বিপাচ্চ দ্বাপুরে স্মৃতঃ।
কলৌবৃষে চৈকপাচ্চ সর্ব্বলুপ্তস্ততঃ পরম্ ॥৬৮
বারা সপ্ত যথা বিপ্র তিথয়ো ষোড়শ স্মৃতাঃ।
যথাদ্বাদশ মাসাশ্চ ঋতবশ্চ ষড়েব চ ॥৬৯

মহা মুনি! নিংথৌমচা ক্ষত্রিশিং পুম্নমক ব্রহ্মনশিংদ ভক্তি লৈরগনি। নিংথৌশিংশুদি ধর্ম্ম লৈগনি, পুণ্যগী কর্ম্মদ মতম পুম্বন পুক্নীং চঙনি, প্রতাপ চাওব ওইগনি ॥৬৪॥ বৈশ্যশিংন ললোন্নদ পুক্নীং চঙানি ধর্ম্ম লৈগনি অমসুং ব্রাহ্মনদ ভক্তি লৈরগনি। শূদ্রশিংসু পুণ্য য়াম্ন লৈগনি অমসুং ধর্ম্ম লৈগনি ব্রাহ্মনগী সেবা তৌরগনি ॥৬৫॥ ব্রাহ্মন ক্ষত্রিয় বৈশ্যশিংগী বংশদ পোকপশিংন বিষ্ণু যজ্ঞদ মমায় ওনসিনগনি। বিষ্ণু মন্ত্রদ পুক্নী চঙনি মীপুম্ব বিষ্ণু ভক্তি লৈব অমসুং বৈষ্ণব ওাক্ত ওইগনি ॥৬৬॥

বেদ পুরাণ স্মৃতি খঙব ধর্ম্ম খঙব ওইনি ঋতুমতি ওইবী নুপীগী ঋতুস্নান মতমদদ শোক্লগনি। অধর্ম্মনলেপ্পমক খজীক্ত কাওব লৈরোই সত্যযুক্ত ধর্ম্মন মপূং ফাবগনি ॥৬৭॥ ত্রেতাযুক্ত ধর্ম্মগী মখোঙ অহুমদ মতাইরগনি। দ্বাপর যুক্তম ধর্ম্মগী মখোং অনীদ ভায়রগনি কলি যুক্তদি ধর্ম্মগী মখোং অমথক্ত ভায়রদুন অমসুং অথোইব ধর্ম্ম পুম্ব মাঙখিনি ॥৬৮॥

হে ব্রাহ্মণ। নারদ! নুমীৎ তরেৎনিন চয়োন অমনী অমদি তিথী থাবান মনিং তরাতরুক ওইনি। অহুগ থা তরানীথোইনসু লেপ্ন ঋতু তরুক ওইনি ॥৬৯॥ পানখৎলকপ অমসুং শিখরকপ পক্ষ অনীন থা অম ওইনি অমসুং প্রহর মরি হায়বদি

দ্বৌপক্ষৌ চায়নে দ্বে চ চতুর্ভিঃ প্রহরৈর্দিনম্ ।
চতুর্ভিঃ প্রহরৈ রাত্রির্মাসস্ত্রিংশদ্দিনৈস্তথা ॥৭০
বর্ষঃ পঞ্চবিধো জ্ঞেয়ঃ কালসংখ্যাবিদি ক্রমেণ ।
যথা চা যান্তি চান্দ্রেব তথা যুগ চতুষ্টয়ম্ ॥৭১
বর্ষে পূর্ণে নরাণাঞ্চ দেবানাঞ্চ দিবানিশম্ ।
শতত্রয়ে ষষ্ট্যধিকে নরাণাঞ্চ যুগে গতে ॥
দেবানাঞ্চ যুগো জ্ঞেয়ঃ কালসংখ্যাবিদাং মতম্ ॥৭২
মন্বন্তরন্তু দিব্যানাং যুগানামেক সপ্ততিঃ ।
মন্বন্তর সমংজ্ঞেয় যথেন্দ্রায়ুঃ পরিকীর্ত্তিতঃ ॥৭৩
অষ্টাবিংশতিমে চেন্দ্রে গতে ব্রহ্মদিবা নিশম্ ।
অষ্টোত্তরে বর্ষশতে গতে পাতশ্চ ব্রহ্মণঃ ॥৭৪
প্রলয়ঃ প্রাকৃতো জ্ঞেয়স্তত্রা দৃষ্টা বসুন্ধরা ।
জলপ্লুতানি বিশ্বানি ব্রহ্ম বিষ্ণু শিবাদয়ঃ ॥৭৫

---

( প্রহর অমদ দণ্ড নিপ ম্না) দণ্ড কুষ্ণ্যানিথোইব চুংবিন অমনী। প্রহরচু মরি অমনস্ল অহিং চূপ্পনী অমস্থং অহুগুম্ন শাবা স্নমীৎ কুষ্ণ্যানিন থা অমনী ॥৭০॥ কাল সংখ্যাগী মতুং ইম্ন মথং মথং বর্ষমথন মতানী হায়ন থঙনৈ॥ অস্নুম তৌহন লাকইব চহী অশীনস্নু লেপ্পমক যুগ মরি অস্নুম ওইরিবনি ॥৭১॥

হে নারদ! মীওইবশিঙ্গি চহি অম মপূং কাবদ অমস্নুং লাইশিঙ্গির অহিং সুংখিল ওই। মতৌ অস্নুম মীওইবশিঙ্গি অমস্নুং যুগ চহুম হুমফু হেল্লুন হৌউ-রবদ, লাইশিঙ্গিদি যুগ অমনী থঙনৈ অমস্নুং কালসংখ্যা খঙব পণ্ডিতশিঙ্গি মতনী ॥৭২॥ লাইশিঙ্গি যুগ কুনগমাথোইদ মন্বন্তর অমওই, অস্নুম মন্বন্তর মতম অশীমন ইন্দ্র অমগী মপুন্সী ওই, হায়নৈ ॥৭৩॥ মতৌ অস্নুম ইন্দ্র তরানীপান শিগ্রব মতমদ অহুক কুইগ্রব মতমচুবু ব্রহ্মাগীদি অহি অম সুংখিল অমওই। অস্নুম তৌন শাব চহি চামনীপান্ন তরব তুন্দ অমস্নুং ব্রহ্মাগী মপুন্সী লোই-হন শিখিনি ॥৭৪॥

অহুগুম প্রাকৃত প্রলয়গী মতম অহুদ পৃথিবীগী মশক উত্রে হায়ন থঙনৈ। জগৎ সংসার পূম্নমক ঈশিংন লোইন থুমখিনী ॥৭৫॥ ব্রহ্মা, বিষ্ণু, শিবনচিংব

ঋষয়ো জীবিনঃ সর্ব্বে লীনাঃ কৃষ্ণে পরাৎ পরে।
তত্রৈব প্রকৃতির্লীনা তেন প্রাকৃতিকো লয়ঃ ॥৭৬
লয়ে প্রাকৃতিকেঽতীতে পাতে চ ব্রহ্মণো মুনে।
নিমেষ মাত্রং কালশ্চ কৃষ্ণস্য পরমাত্মনঃ ॥৭৭
এবং নশ্যন্তি সর্ব্বাণি ব্রহ্মাণ্ডান্যখিলানি চ।
স্থিতোগোলোক বৈকুণ্ঠৌ শ্রীকৃষ্ণশ্চ সপার্ষদঃ ॥৭৮
নিমেষ মাত্রং প্রলয়ং যত্র বিশ্বং জলপ্লুতম্।
নিমেষা নন্তরে কালে পুনঃ সৃষ্টি ক্রমেন চ ॥৭৯
এবং কতিবিধা সৃষ্টিলয়ঃ কতিবিধোঽপি বা।
কতি কৃত্বো গতায়াতং সংখ্যাং জানাতিকঃ পুমান ॥৮০
সৃষ্টীনাঞ্চ লয়ানাঞ্চ ব্রহ্মাণ্ডানাঞ্চ নারদ।
ব্রহ্মাদীনাঞ্চ ব্রহ্মাণ্ডে সংখ্যাং জানাতি কঃ পুমান্ ॥৮১

লাইপুম ঋষি মুনি জীব পুম্নমক থ'ম্নদগী অথোইব শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গদ থুপ্তু্ন লৈখিগনি। প্রলয়তোম্নিব প্রকৃতি মহাক্ন ফমদ লেপ্নমক থুপখিগনি অদুগুম্ব প্রলয়দুগী মমিংন প্রাকৃত প্রলয় কৌই ॥৭৬॥

হে মুনি নারদ! মতৌ অসুম্ন প্রাকৃতি প্রলয়ন লোইশ্নবদ অমমুং ব্রহ্মাণ শিথিগনি। অদুক শাংগ্নব ব্রহ্মাগী মপুঙ্গী অদুবু পরমাত্মা শ্রীকৃষ্ণগী মীৎকুপ অমত্তগীম্ন মতম ওই ॥৭৭॥ অসুম তৌন ব্রহ্মাণ্ড অমমুং সংসার পুম্নমক লোইন মাঙখিগনি। অদুদ লৈহৌগদবদি শ্রীকৃষ্ণগ মনাই পার্ষদগ অমসুং গোলোক বৈকুণ্ঠ অনীগ লৈহৌগনি ॥৭৮॥ জগৎসংসার পুম ঈশিংন থুমগ্নব অদুগুম্ব প্রলয়দুবু শ্রীকৃষ্ণগীদি মীৎকুপ অমত্তনী। অদুগুম্ব মীৎকুপ্তুগী মতম অদুগা লৈম্নবদুগী মতুংদ অমুকহন্ন অমসুং সংসার মথং মথং সেমই ॥৭৯॥

অসুম্ন মশীং কয়ারক সংসারসেমই অমসুং কয়ারক প্রলয়সু তৌই। অসুম্ন কয়ারক অঙং হল্লা তৌবসীবু কনাগুম্ব মী অমন মশীংবু থীবত্তম নত্তে ॥৮০॥ হে নারদ! সৃষ্টিশিংসু, লয়াশিংসু, ব্রহ্মাণ্ডশিংসু, ব্রহ্মানচিংবশিংসু ব্রহ্মাণ্ডশিংগীসু মশীংবু কনান খঙব ঙমগনি ॥৮১॥ অম.ম ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমকপীসু লেপ্ন অমত্ত

ব্রহ্মাণ্ডাংশাশ্চ সর্ব্বেষামী শ্বরশ্চৈক এব সঃ ।
সর্ব্বেষাং পরমাত্মা চ শ্রীকৃষ্ণঃ প্রকৃতেঃ পরঃ ॥৮২
ব্রহ্মাদয়শ্চ তস্যাংশাস্তস্যাংশশ্চ মহান্ বিরাট্ ।
তস্যাংশশ্চ বিরাট্ ক্ষুদ্রস্তস্যাংশঃ প্রকৃতি স্মৃতা ॥৮৩
স চ কৃষ্ণো দ্বিধাভূতো দ্বিভুজশ্চ চতুর্ভুজঃ ।
চতুর্ভুজশ্চ বৈকুণ্ঠে গোলোকে দ্বিভুজঃ স্বয়ম্ ॥৮৪
ব্রহ্মাদি তৃণপর্য্যন্তং সর্ব্বং প্রাকৃতিকং ভবে ।
যদ্যৎ প্রাকৃতিকং সৃষ্টং সর্ব্বং নশ্বর মেব চ ॥৮৫
এবংবিদ্ধি সৃষ্টিহেতুং সত্যং নিত্যং সনাতনম্ ।
স্বেচ্ছাময়ং পরংব্রহ্ম নির্লিপ্তং নির্গুণং পরম্ ॥৮৬
নিরুপাধি নিরাকারং ভক্তানুগ্রহ বিগ্রহম্ ।
অতীব কমনীয়ঞ্চ নবীন নীরদ প্রভম্ ॥৮৭

---

ভায়র ঈশ্বর মথন্তনি। পুরুষকি অ ত্মা ওইব প্রকৃতিদগীসু তোঙাম্ব শ্রীকৃষ্ণ মথন্তনী ॥৮২॥

ব্রহ্মা চিংবসু মাগী অংশনী, মহাবিরাটসু মাগী অংশনী। ক্ষুদ্র বিরাট (বিরাট মচা) সু মাগী অংশনি প্রকৃতিসু ঈশ্বর মাগী অংশন ওইবনী থভনৈ ॥৮৩॥ অদুগুম্ব কৃষ্ণহুন অনীথোক্ন থাইদোকহুন পাম্বোম অনী পাম্ব অমা অমসুং পাম্বোম মরিপাম্ব অমওই। পাম্বোম মরি পাম্বন বৈকুণ্ঠদ লৈ অমসুং অরেপ্প পাম্বোম অনী পাম্ব শ্রীকৃষ্ণন গোলোকদ লৈ ॥৮৪॥ ব্রহ্মা চিংবদগীন নাপী কাওব জগৎ-পুম্বশী সেমহুন ওইবনী। অদুম অদুম্ব প্রকৃতিগী থৎসেম পুম্নমকসু লেপ্প মাঙথিগদব ভাক্তনী ॥৮৫॥

অদুমতৌহুন সত্যগী মশক ওইব, অরেপ্প, সনাতন ওইব, মাগী ঈশাগী মশক ওইব, মায়াগী গুণ শকত্রব, অমগ লোক্নম লৈত্রব, অথোইব পরংব্রহ্মণ সংসারসেম্বগী হেতুনী ॥৮৬। মশক মওং নাইদবগী মপূ ওইব, মনাই ভক্তবু চাম্বী-গদবগী মশক নাইবনি। থোইদোক্ন পুক্নীংহুব ওইরব অমসুং অনৌব নেংহোরকপ মাম্ব হুহুনী ॥৮৭॥ পাম্বোম অনী পাম্ব, থৎত মুরলী পায়ব, গোপগী কিজেং

দ্বিভুজং মুরলীহস্তং গোপবেশং কিশোরকম্ ।
সর্ব্বজ্ঞং সর্ব্বসেব্যঞ্চ পরমাত্মানমীশ্বরম্ ॥৮৮
করোতি ব্রহ্মা ব্রহ্মাণ্ডং জ্ঞানাত্মা কমলোদ্ভবম্ ।
শিবো মৃত্যুঞ্জয় শ্চৈব সংহর্ত্তা সর্ব্বতত্ত্ববিৎ ॥৮৯
যজ্জ্ঞানাদ্ যত্তপসা সর্ব্বেশস্তৎ সমো মহান্ ।
মহাবিভূতি যুক্তশ্চ সর্ব্বজ্ঞঃ সর্ব্বদা স্বয়ম্ ॥৯০
সর্ব্বব্যাপী সর্ব্বপাতা প্রদাতা সর্ব্বসম্পদাম্ ।
বিষ্ণু সর্ব্বেশ্বরঃ শ্রীমান্ যস্য জ্ঞানাজ্জগৎ পতিঃ ॥৯১
মহামায়া চ প্রকৃতিঃ সর্ব্বশক্তি মতী শ্বরী ।
যজ্জ্ঞানাদ্ যস্য তপসা যদ্ভক্ত্যা যস্য সেবয়া ॥৯২
সাবিত্রী বেদমাতা চ বেদাধিষ্ঠাতৃ দেবতা ।
পূজ্যা দ্বিজানাং বেদজ্ঞ যজ্জ্ঞানাদ্ যস্য সেবয়া ॥৯৩

সেংপনি, চংগী তয়াতকনি বয়ণনী। পুম্নমক খঙব, পুম্নমক্না সেবা তৌব অদুমক পরমাত্মা ঈশ্বরনী ॥৮৮॥

অদোম্বু জ্ঞান মরম ওইদুনা তপকি পাঙ্গল হৌবদগী পোকপ ব্রহ্মান ব্রহ্মাণ্ডবু শেম্ব ঙমই। শিবসু তপকি পাঙ্গল তঙ্গপুম্ব লোইবা থংব জ্ঞান ওইদুনা মৃত্যুঞ্জয় কৌদুনা অমসুং সংসারবু লেপ্ন মাঙহল্লী ॥৮৯॥ ঈশ্বরবু তপ তৌবগী খোঙ্গালগী মহাজ্ঞান ফংবদগী পুম্নমক্তি মপু ঈশ্বগ মানব অদোম্বু ওই। পুম্নক খঙব, মতম পুম্নদ লেপ্নবক মহা ঐশ্বর্য্যান ভিন্নসু ওইখি ॥৯০॥ জগৎকি মপু কৃষ্ণবু তপ তৌবদগী পেন্নীদুনা মগী জ্ঞানগী বিষ্ণুন লক্ষ্মীনতিন্ব, পুম্নমক্কি ঈশ্বর ওইব, পুম্নক শীব থুংন পুম্নমকপু ঙাকপ, সম্পত্তি পুম্নমক পীব ওম্ব ওইখি ॥৯১॥ মহা মায়া প্রকৃতিন ঈশ্বরু তপ তৌজবদগী, মাবু সেবা তৌজবু, ভক্তি তৌবদগী শক্তী পুম্নমকতিম্বী ঈশ্বরী ওইখি ॥৯২॥ বেদগী মমা ওইবী সাবিত্রীন ঈশ্বরবু সেবা তৌজবদগী মাগী জ্ঞানদগী বেদ খঙবী মাবু ব্রাহ্মণশিংনে পূজা তপ তৌনৈ, অমসুং বেদাধিষ্ঠাতৃ দেবতা ওইখি ॥৯৩॥ ঈশ্বর মাবু সেবা, পূজা, তৌজবদগী মাগী জ্ঞানদগী সরস্বতীন, বিদ্যা পুম্বগী অধি দেবী ওইদুনা অদোম্বু পণ্ডিতসিংনা অমসুং

সর্ব্ববিদ্যাধিদেবী সা পূজ্যা চ বিদুষাং পরা।
যৎসেবয়া যত্তপসা যস্য জ্ঞানাৎ সরস্বতী ॥৯৪
যৎসেবয়া যত্তপসা প্রদাত্রী সর্ব্বসম্পদাম্।
ধনধান্যাদি দেবী যা মহালক্ষ্মী সনাতনী ॥৯৫
যৎসেবয়া যত্তপসা সর্ব্ববিশ্বেষু পূজিতা।
সর্ব্বগ্রামাধি দেবী সা সর্ব্বসম্পৎ প্রদায়িনী ॥৯৬
সর্ব্বেশ্বরী সর্ব্ববন্দ্যা সর্ব্ব প্রাপ পতিং সতী।
সর্ব্ব স্তুতা চ সর্ব্বজ্ঞা দুর্গা দুর্গতি নাশিনী ॥৯৭
কৃষ্ণবামাংশ সম্ভূতা কৃষ্ণ প্রাণা ধিদেবতা।
কৃষ্ণপ্রাণাধিক প্রেম্না রাধিকা কৃষ্ণসেবয়া ॥৯৮
সর্ব্বাধিকঞ্চ রূপঞ্চ সৌভাগ্য মানগৌরবম্।
কৃষ্ণবক্ষস্থল স্থানং পত্নীত্বং প্রাপ সেবয়া ॥৯৯

মাবু পুজা তৌনৈ ॥৯৪॥

ঈশ্বর মাবু সেবা, তপস্যা তৌজবদগী সম্পতি পুন্নবা পীবওবী, লনথুম ফৌ-চেংগী মবেম ওইদুনা মহালক্ষ্মী সনাতনী মহাল নী কৌবিবনি ॥৯৫॥ দুর্গান ঈবুংগো মাবু সেব পূজা তৌজব তপ তৌজবদগী লৈকাইহ খুদীং খুদং পুম্নগী লাই-রেম্বী ওইদুনা, সম্পতি পুম্ন পীনবী ওইদুনা, সংসার পুম্নন মাবু পূজা তৌনখি ॥৯৬॥ পুম্নমক্কি ঈশ্বরী ওইবী, পুম্নমক্ন খুরুম্নবী, অপাম্ব পুম্ন কহবা সতীন মপুরোয়ব মহাদেবু ফংখি। পুম্নমক্ন স্তুতি তৌনবী, পুম্নমক খঙবী অসুং খুদোঙথীব পুম্ন মাঙহন্বী দুর্গানী ॥৯৭॥

শ্রীকৃষ্ণগী ওইথংব হকচাংদগী ওইখিবী, কৃষ্ণগী প্রাণগী অধিদেবতা ওইবী, কৃষ্ণগী থরায়দগী হেন্বী রাধিকান প্রেমগ লোয়নন কৃষ্ণবু সেবা তৌবীনি ॥৯৮॥ মশক মতৌ ফজবদ, ময়ায়বক ফবদ, মান্মর্য্যাদাদসু পুম্নমক্কগী হেন্বীনি ॥ কৃষ্ণগী থবাক্ত মাগী লৈফম ওইবী রাধান সেবা তৌদুনা মপুরোয়ব ওইব ফংজখি ॥৯৯॥ অচুগুম্বা সতী রাধান মমাইগুদ শতশৃঙ্গ কৌব চীংদ অমসুং লাইগী চহিদ যুগ লীশী ( অম চুপ্প করি অমত্ত চাদন ময়াং কশিন্নুনা কৃষ্ণবু

তপশ্চকার সা পূর্ব্বং শতশৃঙ্গেচ পর্ব্বতে।
দিব্যং যুগ সহস্রঞ্চ নিরাহারা কৃশা সতী ॥১০০
কৃশাংনিশ্বাস রহিতাং দৃষ্টা চন্দ্র কলো পমাম্।
কৃষ্ণো বক্ষঃ স্থলে কৃত্বা রুরোদ কৃপয়া বিভুঃ ॥১০১
বরং তস্যৈ দদৌ সারং সর্ব্বেষামপি দুর্ল্লভম্।
মম বক্ষঃ স্থলে তিষ্ঠ ময়িতে ভক্তিরস্ত্বিতি ॥১০২
সৌভাগ্যেন চ মানেন প্রেম্ণা চ গৌরবেণ চ।
ত্বংমে শ্রেষ্ঠা চ জ্যেষ্ঠা চ সর্ব্বযোষিতাম্ ॥১০৩
বরিষ্ঠা চ গরিষ্ঠা চ সংস্তুতা পূজিতা ময়া।
সন্ততং তব সাধ্যোঽয়ং বাধ্যশ্চ প্রাণবল্লভে ॥১০৪
ইত্যুক্ত্বা জগতাং নাথশ্চকার চেতনাং ততঃ।
সপত্নীরহিতাং তাঞ্চ চকার প্রাণবল্লভাম্ ॥১০৫
অন্যা যা যাশ্চ দেব্যশ্চ পূজিতা তস্য সেবয়া।
তপস্যা যাদৃশী যাসাং তাসাং তাদৃক্ ফলংমুনে ॥১০৬

তপ তৌখি ॥১০০॥

ময়াও য়াম্ন কাংলবী, স্বর হোম্ব ত্তমজ্রহুন লেপত্রবী, শীথরক্লব থাগুম্ন মগুান য়ামত্রবী রাধাবু উরগা শ্রীকৃষ্ণন থবাক্ত কোনসীল্লগা হুংশিবীরন বিভূন কপখি ॥১০১॥ জীব পূম্নাক্নস্থ ফংগুমত্রব অথোইব বরমু রাধাদ পীবিখি। কৃষ্ণ ঐগী থবাক্ত লৈজরো নহাক্ল ঐত্তোন্দ ভক্তি লৈব ওইরগনি ॥১০২॥ নরায়বক ফবদস্থ, মাম্মর্য্যাদাদস্থ, প্রেমদস্থ, সম্মান্দস্থ, হে রাধে! নহাক অশীমক্ল মুপী পূম্নমক্কগী অমস্থং অহেম্বী চাম্নথোইবীস্থ ওইরগনি ॥১০৩॥

হে প্রাণবল্লভে! থবায়গী চাম্নথোইবীও! রাধা নত্তন কৃষ্ণ ঐবু মর্য্যাদা তৌবী, স্তুতি পূজাদস্থ অথোইবী ওইনি। অতংপ লৈতগ কৃষ্ণ ঐস্থ নঙ্গি থুম্নমদ লৈহুন নংদবু নীঙ্গনি ॥১০৪॥ অশীগী তুংদ জগন্নাথ শ্রীগোবিন্দন য়াম্থহুন লৈরম্ব রাধাবু জ্ঞান হাপ্পিহু হিঙ্গংহনখি। মপী লৈতব হরিন রাধাবুস্থ থম্নায়গী চান্নবী ওইখি ॥১০৫॥ হে মুনে! অতোপ্পী অহুম অহুম্বী লাইহুপীশিংনস্থ রাধাবু সেবা তৌজব, পূজা তৌজব তপ তৌজবদগী দেবী শিংহুন রাধাগ মানব মহৈ ফংখি ॥১০৬॥

দিব্যং বর্ষসহস্রঞ্চ তপস্তপ্ত্বা হিমালয়ে।
দুর্গা চ তৎপদং ধ্যাত্বা সর্ব্বপূজ্যা বভূব হ ॥১০৭
সরস্বতী তপস্তপ্ত্বা পর্ব্বতে গন্ধমাদনে।
লক্ষবর্ষঞ্চ দিব্যঞ্চ সর্ব্ববন্দ্যা বভূব সা ॥১০৮
লক্ষ্মী র্যুগশতং দিব্যং তপস্তপ্ত্বা চ পুষ্করে।
সর্ব্ব সম্পৎ প্রদাত্রী চ বভূব তস্য সেবয়া ॥১০৯
সাবিত্রী মলয়ে তপ্ত্বা দ্বিজপূজ্যা বভূবসা।
ষষ্টীং বর্ষ সহস্রঞ্চ দিব্যংধ্যাত্বা চ তৎপদম্ ॥১১০
শতমন্বন্তরং তপ্তং শঙ্করেণ পুরা বিভো।
শতমন্বন্তরঞ্চৈব ব্রহ্মণা তস্য ভক্তিতঃ ॥
শতমন্বন্তরং বিষ্ণুস্তপ্ত্বা পাতা বভূব হ ॥১১১
শতমন্বন্তরং ধর্ম্মস্তপ্ত্বা পূজ্যো বভূব হ।
মন্বন্তরং তপংস্তেপে শেষো ভক্ত্যা চ নারদ ॥১১২

---

দুর্গাদেবীস্নু হিমালয়দা লাইগী চহিদ চহি লীশিং অম চুপ্পা ঈশ্বরগী চরন্দুবু মীংত্থনা অমস্তং য়ায়্ন রানা তপ তৌবদগী দেবী মহাকপু মী লাই পুম্নমক্না পুজা তৌনখিবনি ॥১০৭॥ সরস্বতীনা গন্ধমাদন কৌব চীংদ লাইগী চহিদ লক্ষ অম চুপ্পা হরিবু য়ায়্ন রান তপ তৌখিবগী অমস্তং মহাকপু মী লাই পুম্নন খুরুম্নখ্রিবনি ॥১০৮॥ লক্ষ্মীন লাইগী চহিদ যুগ চাম চুপ্পা অমস্তং পুষ্করতী থদা হরিবু তপ তৌবদগী। ঈশ্বর সেবাগী পাঙ্গন্না অমস্তং মী লাই পুম্নমক্ক সম্পত্তি পীব ওম্ব ওইখি ॥১০৯॥ সাবিত্রীন লাইগী চহিদ চহি লীশীং হুমপু চুপ্পা ঈশ্বর চবনবু মীংত্থনা মলয় পর্ব্বত্ত তপ তৌবদগী। সাবিত্রী মহাকপু ব্রাহ্মণ শিংনা পুজা তৌনম ওইখি ॥১১০

মমাঙৌদ শ্রীকৃষ্ণনা য়াথং পীখিবদগী শঙ্করন মন্বন্তর চাম চুপ্পা হরিবু তপ তৌখি॥ ব্রহ্মাণ হরিবু ভক্তি তৌন অমস্তং মন্বন্তর চাম চুপ্পা তপ তৌখি॥ শ্রীবিষ্ণুন মন্বন্তর চাম চুপ্পা শ্রীহরিবু তপ তৌবদগী সংসারবু ঙাকপ ওমখি ॥১১১॥ হে নারদ! ধর্ম্মন মন্বন্তর চাম চুপ্পা হরিবু তপ তৌবদগী মাবু জগৎন পুজা তৌনব ওইখি। অনন্তনা ভক্তি তৌনা মন্বন্তর চাম চুপ্পা হরিবু তপ তৌখি ॥১১২॥

মন্বন্তরঞ্চ সূর্য্যশ্চ শক্রশ্চন্দ্র স্তথৈব চ।
দিব্যং শত যুগঞ্চৈব বায়ুস্তপ্ত্বা চ ভক্তিতঃ॥
সর্ব্বপ্রাণ সর্ব্ব পূজ্যঃ সর্ব্বাধারো বভূব সঃ॥১১৩
এবং কৃষ্ণস্য তপসা সর্ব্বে দেবাশ্চ পূজিতাঃ।
মুনয়ো মানবা ভূপা ব্রাহ্মণাশ্চৈব পূজিতাঃ॥১১৪
এবং তে কথিতং সর্ব্বং পুরাণঞ্চ তথাগমম্।
গুরুবক্ত্রাদ্ যথা জ্ঞাতংকিং ভূয়ঃ শ্রোতুমিচ্ছসি॥১১৫

ইতি শ্রীব্রহ্মবৈবর্ত্তে মহাপুরাণে প্রকৃতিখণ্ডে
কাল কলীশ্বরগুণ নিরূপণং নাম
সপ্তমো ঽধ্যায়ঃ॥৭॥

মন্তো অসুরা সূর্য্যাসু চন্দ্রসু অমদি ইন্দ্রসু হরিবু নীংখি। দিগ্য যুগ চাম চুপ্না বায়ুদেবসু লেপ্পমক ভক্তি তৌন হরিবু তপ তৌখি। জীব পুম্বগী প্রাণ ওইহনা বায়ুদেবন পুম্নমকি তুংনকম্ অমসুং পুম্নমক্ক পুজা তৌরব ওইখি॥১১৩॥

শ্রীকৃষ্ণবু অসুম তৌন তপ তৌনহনা লাই পুম্নমকসু পুজা তৌনখি। মুনিশিংনে মীশিংনা নিংথৌশিংনা অমসুং ব্রাহ্মণশিংন লেপ্পা পূজা তৌনখি॥১১৪॥

পুরাণসু অসীগুম্ব আগমদসু হায়ব পুম্নমক নংঙোন্দ হায়রবসানি। গুরুগী মচৌন্দগী ঐন খঙব তাব অহুমখে হায়রবনি, নং কবি অমুক তানীংলিবগে হায়ু॥১১৫॥

শ্রীব্রহ্মবৈবর্ত্ত মহাপুরাণ্ড প্রকৃতি খণ্ডদ
কাল কলি, ঈশ্বর গুণ নিরূপন কৌব
অধ্যায় তরেংগুব লোইরে॥৭

## শ্রীব্রহ্ম বৈবর্ত্তপুরানে প্রকৃত খণ্ডে

### অষ্টমোঽ ধ্যায়।

### শ্রীব্রহ্মবৈবর্ত্ত পুরাণগী প্রকৃতি খণ্ডদ পৃথিবী পোক্লকপগী বারী মতাং।

নারদ উবাচ।

হরের্নিমেষ মাত্রেণ ব্রহ্মণঃ পাত এবচ।
তস্য পাতে প্রাকৃতিকঃ প্রলয়ঃ পরিকীর্ত্তিতঃ ॥১
প্রলয়ে প্রাকৃতে চোক্তং তত্রাদৃষ্টা বসুন্ধরা।
জলপ্লুতানি বিশ্বানি সর্ব্বে লীনা হরাবিতি ॥২
বসুন্ধরা তিরোভূতা কুত্রবা তত্র তিষ্ঠতি।
সৃষ্টোবিধান সময়ে সাবির্ভূতা কথংপুনঃ ॥৩
কথংবভূব সা ধন্যা মান্যা সর্ব্বাশ্রয়া জয়া।
তস্যাশ্চ জন্মকথনং বদ মঙ্গল কারনম্ ॥ ৪

নারায়ণ উবাচ।

সর্ব্বাদি সৃষ্টৌ সর্ব্বেষাং জন্ম কৃষ্ণাদিতি শ্রুতিঃ।
আবির্ভাব স্তিরোভাবঃ সর্গেষু প্রলয়েষু চ ॥ ৫

---

নারদন হায়খি।

হে নারায়ন! হরিগী মীংকুপ অমগী মতম অমসুং ব্রহ্মাগী লেপ্প মপুন্সী লোইব ওই। অদুগা ব্রহ্মাগী মপুন্সী লোইরবদ প্রাকৃতিক প্রলয় ওইগ্রব মতম অদুদ পৃথিবীসু মশক উদে হায়রিবি। তাইবং সংসার পুম্ব ঈশিংন লোইন থুমখি অমসুং পুম্নমক হরিদ "লীন" চঙ্খ্রুনা থুপখি হায়রিব্রে ॥২॥ মতম অদুদ পৃথিবীন মফম কদাইদ থুপখিব অমসুং লৈখিব মফমদু হায়রীয়ু। মতৌ কমদৌন সংসারসেম্বগী মতমদ মহাক্ক অমুক কমদৌন পোকলকই ॥৩॥ পুম্নমক্কি তুংনফম ওইবী, মঙ্গলগী মশক ওইবী, অথোইবী, মানুমর্য্যাদা তৌনবী মান কমদৌন ওইরক-খিবগে। মঙ্গলগী কারণ ওইবী পৃথ্বী মহাক্কি অমসুং পোক্লকপবু হায়রিবু ॥৪॥

শ্রূয়তাং বসুধা জন্ম সর্ব্বমঙ্গল মঙ্গলম্।
বিঘ্ননিঘ্নকরং পাপনাশনং পুণ্যবর্দ্ধনম্ ॥ ৬
অহোকেচিদ্বদন্তীতি মধুকৈটভমেদসা।
বভূব বসুধার্ধন্যা তদ্বিরুদ্ধমতং শৃণু ॥ ৭
ঊচতুস্তৌ পুরা বিষ্ণুং তুষ্টৌ যুদ্ধেন তেজসা।
আবাং জহি ন যত্রোর্ব্বী পয়সা সংবৃতেতি চ ॥ ৮
তয়োরুর্ব্বী বধকালে প্রত্যক্ষা সাভবৎ স্ফুটম্।
ততো বভূব মেদশ্চ মরণানন্তরং তয়োঃ ॥ ৯
মেদিনীতি চ বিখ্যাতেত্যুক্তং বৈস্তন্মতং শৃণু।
জলধৌতা কৃতা পূর্ব্বং বর্দ্ধিতা মেদসা যতঃ ॥ ১০

নারায়ণন হায়খি।

তাবো নারদ! সৃষ্টিগী অহান্বদ পুন্নমকসীগী পোক্লকপদি কৃষ্ণ-মগীনি অসুম বেদন হায়। অমুক পোকপ অমুক শিখিব পুন্নমকশীসু প্রলয়খিবিক্ত ওইরিবনী ॥৫॥ মঙ্গলগী থবক পুন্বদ মঙ্গল পীনব, য়েথায় খিঙ্গায় পূম্ব মাওহন্ব, পাপ পূম্ব মাওহন্ব, পুন্য চাওখংপ ওইব পৃথিবীগী পোক্লকপগী রারম তাবো ॥৬॥ ওস্তোকপনী কনান হায়বৈ মধুকৈটভ কৌব হিংচবগী মশাগী শাদোংন ওইখিবনি। অদুগুম্বী পুন্যঃচন্বী পৃথিবীন পোকখিবশী তৌইগুম্বসু মথোয়গী মত অশীদ থোইদোকপ অপন্ব থরৈল মত্থ হায়গে তাবো ॥৮॥ মমাংদৈদ মধুকৈট কৌব হিংচাব অনিগ খুিংগ সোয়নবা সানথেংনবদ মথোয়গী মপাঙ্গন্দূ পেল্লহুন, ভগবান্দ হায়খি ঈশিং নৈতব মফমদ ঐখোয়বু হাৎলু ॥৮॥

মধুকৈটভ অনি হাৎপগী মমাঙদ হায়ন পৃথিবীদি কোংদোক্ল উহুন লৈব ওইখি। অদুগী মতুংদ মথোয় অনিসি শিরব মতুংদ অমসুং মথোয়গী তোংশান ওইখি হায়রি ॥৯॥ পৃথিবী অশীন হায়ন লৈরবনী হায়ব অমসুং মহাক্তী অদুগুম্ব মতম অহুবু তাবো। মমাংদৈদ ঈশিংন

কথয়ামি চ তজ্জন্ম সার্থকং সর্ব্বসম্মতম্ ।
পুরাশ্রুতং যৎশ্রুত্যুক্তং ধর্ম্মবক্ত্রাচ্চ পুষ্করে ॥ ১১
মহাবিরাট্ শরীরস্থ জলস্থস্থ চিরং স্ফুটম্ ।
মলোদ্ভবকালেন সর্ব্বাঙ্গ ব্যাপকোঞ্ভবম্ ॥ ১২
সচ প্রবিষ্টঃ সর্ব্বেষাং তল্লোম্নাং বিবরেষুচ ।
কালেন মহতা তস্মাদ্বভূব বসুধা মুনে ॥ ১৩
প্রত্যেকং প্রতিলোম্নাঞ্চ কূপেষু সা স্থিরাস্থিতা ।
আবির্ভূতা তিরোভূতা সজলা চ পুনঃ পুনঃ ॥ ১৪
আবির্ভূতা সৃষ্টিকালে তজ্জলাৎ পর্য্যুপস্থিতা ।
প্রলয়েচ তিরোভূতা জলাভ্যন্তর সংস্থিতা ॥ ১৫
প্রতিবিশ্বেষু বসুধা শৈলকানন সংযুক্তা ।
সপ্তসাগর সংযুক্তা সপ্তদ্বীপ মিতা সতী ॥ ১৬

---

থুমখিহুন ময়াং কংলবী পৃথীদো মধুকৈটভগী তোংশাগ তিম্নখিদবগী চাও-খংলি মশাদো অহুদগী মধুকৈটভগী মেদ (তোংশাগ) তিম্নখিবদগী মেদিনী কৌথ্রিবনী ॥১০॥ অহুশুম্বী পৃথিবীগী পোকপগী মরম, অমস্তুং পুন্নমক মানগ্রব খংবদ কাম্নরব রাবু হায়রিবসীনি। মমাংঙৈদ পুষ্কর তীর্থদ ধর্ম্মগী মচীন্দগী তাখি অমস্তুং মতুমক্তি বেদদ হায়বনি ॥২১॥

মমাংঙৈদ মহাবিরাটকি হকচাংন ঈশিংদ মতম কুইন ঙান্দুন লৈবদগী, হকচাং পুন্নমক্ত মমোংপ (মুরা) ন শীম্ব থুংন লেপ্ন মতম্ন লৈব ওইখি ॥১২॥ অহুগুম্ব অমোৎপশিংহুম্ব মাগী তুংথাঙ্গি অহোব পুন্নমক্তস্থ চঙশিনখিহুন, মতম্ন ঈনসল্লক্তুন অচৌব হকচাংদগী হে মুনি! পৃথিবীন পোকপ ওইখি ॥১৩॥ তুংখোঙ খুদীংদ মপুমতিংদ পৃথ্বীগী মশক খিবিকতুস্থ লেঙদন লৈখি। মহাক্ত অমুক পোকপ অমুক মাঙ-খিব তৌদুন অমস্তুং ঈশিংন থুমখিব হম্ন হম্ন ওই ॥১৪॥

সংসার সেম্ব মতমদ অহুগুম্ব ঈশিং মস্তুং অহুদগী পুখৎলকতুন ফোংদোকখি। প্রলয়গী মতমদস্থ ঈশিঙ্গি মনুংদ লুপ্তুন লৈখি ॥১৫॥ মহাবিরাটকি তুখোঙ খুদীংদ লৈব সংসার মতুম খিবিক্ত পৃথ্বীন চাং

হিমাদ্রিমেরু সংযুক্ত গ্রহ চন্দ্রার্ক সংযুক্তা।
ব্রহ্মবিষ্ণু শিবাদ্যৈশ্চ সুরলোকৈঃ কৃতালয়া॥ ১৭
পুণ্যতীর্থসমাযুক্তা পুণ্য ভারত সংযুতা।
কাঞ্চনী ভূমি সংযুক্তা সর্ব্বদুর্গসমন্বিতা॥ ১৮
পাতালসপ্ত তদধস্তদূর্দ্ধে ব্রহ্মলোকতঃ।
ধ্রুবলোকশ্চ তত্রৈব সর্ব্ববিশ্বঞ্চ তত্রবৈ॥ ১৯
এবং সর্ব্বানি বিশ্বানি পৃথিব্যাং নির্ম্মিতানিবৈ।
উর্দ্ধো গোলোক বৈকুণ্ঠৌ নিত্যৌ বিশ্বপরৌ চ তৌ॥ ২০
নশ্বরাণি চ বিশ্বানি সর্ব্বানি কৃত্রিমাণি চ।
প্রলয়ে প্রাকৃতে ব্রহ্মণ্ ব্রহ্মনশ্চ নিপাতনে॥২১॥
মহাবিরাড়াদি সৃষ্টৌ সৃষ্টঃ কৃষ্ণেন চাত্মনা।
নিত্যোস্থিতঃ স প্রলয়ে কাষ্ঠা কাশেশ্বরৈঃ সহ॥২২॥

---

বন তুরেন কোয়ন লৈ। সমুদ্র ঈরম তরেৎ দ্বীপ তরেৎকসু কোয়ন পৃথ্বীন লৈ॥১৬॥ সনচীংনচিংব চীং ময়াম্ন তিন্দূন, সুমৈৎ, থা, গ্রহ ময়াম্নসু তিল্লী। ব্রহ্মা বিষ্ণু শিবনচিংব অমসুং লাইগী লৈবাকসু লোইনন লৈ॥১৭॥

পুণ্য তীর্থন তিন্দূন, পুণ্য ভূমি ভারত্ত তিল্লী। সনাগী মতৌগুম্বী লৈপাক্লসু তিল্লী অতুগ খুদোঙথীব মফম কয়ানসু তিন্দূন লৈ॥১৮॥ অতুগী মথক্ত ব্রহ্মলোক্লচিংব লৈরি অতুগী মখ.দসু পাতাল মরোন তরেৎসু লৈনি। সংসার মতূম পুম্বদসু লেপ্ন ধ্রুবলোকসু লৈ॥১৯॥ অসুম অয়াম্ব সংসার পুম্বদা লেপ্ন পৃথিবী সেমতুন লৈ। মথক্ত গোলোক বৈকুণ্ঠ অনি লৈ, অনিহুদি সংস.রদগীসু তোংডাম্ব অরেপ্পনী॥২০॥

তাইবং সংসার পুম্নমকপী অমসুং ওইদব, লেপ্তুব শাশিম্নবনী অমসুং মাঙখিগদব ডাক্তনি। হে ব্রহ্মন। প্রাকৃতিক প্রলয়গী মতমদ ব্রহ্মামকসু শিগ্রিবনি॥২১॥ ভগবান্ কৃষ্ণ মশামকসু সৃষ্টিগী অহাম্বমক্তদ মহাবিরাটপু সেমই। মহাপ্রলয়গী মতুংদ লৈহৌবদি মায়গৈগ আকাশগ জীবাত্মাশিঙ লোয়নন শ্রীকৃষ্ণ মথন্দ অরেপ্প ওইন লৈহৌগনি॥২২॥

ক্ষিত্যধিষ্ঠাতৃদেবী সা বারাহে পূজিতা সুরৈঃ
মনুভির্মুনিভির্বিপ্রৈ র্গন্ধর্ব্বাদিভি রেব চ ॥২৩
বিষ্ণোর্বরাহ রূপস্য পত্নী শ্রুতি সম্মতা।
তৎপুত্রো মঙ্গলো জ্ঞেয়ো ঘণ্টেশো মঙ্গলাত্মজঃ ॥২৪

নারদ উবাচ

পূজিতা কেন রূপেণ বারাহে চ সুরৈর্মহী।
বরাহেণ চ বারাহী সর্ব্বৈঃ সর্ব্বাশ্রয়া সতী ॥২৫
তস্যাঃ পূজা বিধানঞ্চাপ্যধশ্চোদ্ধরণ ক্রমম্।
মঙ্গলং মঙ্গলস্যাপি জন্ম ব্যাসং বদ প্রভো ॥২৬

নারায়ণ উবাচ

বারাহে চ বরাহশ্চ ব্রহ্মণা সংস্তুতঃ পুরা।
উদ্দধার মহীং হত্বা হিরণ্যাক্ষং রসাতলাৎ ॥২৭
জলেতাং স্থাপয়ামাস পদ্মপত্রং যথার্ণবে।

বারাহকল্পদ লৈপাকলৈমগী মবেম্ম ওইবা পৃথিবী দেবীবু লাইয়ামশিং, মনুশিংন, মুনিখিবীরু, ব্রাহ্মণশিংন অমহিকমুং গন্ধর্ব্ব পুম্নমক্না লেপ্না পূজা তৌরগনি ॥২৩॥ বেদদ হায়রি পৃথিবী দেবীবু বরাহগী মশক লৌখা বিষ্ণুগী লোয়নবী ভার্য্যানী। মাগী মচান মঙ্গলগ্রহনী খঙবে, মঙ্গলগী মচান ঘণ্টেশ্বর কৌই ॥২৪॥

নারদন হায়রে।

বারাহকলপদ করম মওংনা পৃথিবীবু অমসুং লাইশিংন পূজা তৌখিবগে। বরাহদেবন বারাহী (লৈপাকলৈম) গ ভিন্নহুন পূম্নক্কি তুংনক্ম ওইবী সতীবু মন্নাম্না পূজাতৌখিবগে ॥২৫॥ হে প্রভো! নারায়ন! পৃথিবী মাগী বিধানবু অমসু ঈশিং মনুংদগী; পুথৎলকপন-চিংবা মথং মনাও নাইনা অমসুং মঙ্গলগী মঙ্গল পোকহবী মাগী পোকপবু সন্দোক্ন হায়বিয়ু ॥২৬॥

নারায়নন হায়খি।

মমাংঙৈদ বারাহকল্পদ ব্রহ্মান অমসুং বরাহদেববু স্তুতিতৌখি। অদুদ ভগবান রসাতলদগী হিরণ্যাক্ষবু হাৎলগা পৃথিবীবু থাজংখি ॥২৭॥

তত্রৈব নির্ম্মমে ব্রহ্মা সর্ব্ববিশ্বং মনোহরম্ ।।২৮
দৃষ্ট্বা তদধিদেবীঞ্চ সকামাং কামুকো হরিঃ ।
বারাহরূপী ভগবান্ কোটিসূর্য্য সমপ্রভঃ ।। ৯
কৃত্বা রতিকরীং শয্যাং মূর্ত্তিঞ্চ সুমনোহরাম্ ।
ক্রীড়াং চকার রহসি দিব্যবর্ষ মহর্নিশম্ ।।৩০
সুখসম্ভোগ সংস্পর্শান্মূর্চ্ছাং সম্প্রাপ সুন্দরী ।
বিদগ্ধায়া বিদগ্ধেন সঙ্গমোঽহতি সুখপ্রদঃ ।।৩১।।
বিষ্ণুস্তদঙ্গ সংশ্লেষাদ্বুবুধে ন দিবানিশম্ ।
বর্ষান্তে চেতনাং প্রাপ্য কামী তত্যাজ কামুকীম্ ।।৩২।।
পূর্ব্বরূপঞ্চ বারাহং দধার চাবলীলয়া ।
পূজাংচকার ভক্ত্যা চ ধ্যাত্বা চ ধরণীং সতীম্ ।।৩৩।।
ধূপৈর্দীপৈশ্চ নৈবেদ্যৈঃ সিন্দূরৈরনুলেপনৈঃ ।
বস্ত্রৈঃ পুষ্পৈশ্চ বলিভিঃ সম্পূজ্যোবাচ তাং হরি ।।৩৪

---

পৃথিবীবু সমুদ্রগী ঈশিং মথক্তা থঙ্খাল মনান ঈশিংদ তাওবগুম্ন থমখি। অদুগুম্বা পৃথিবীদুদ ব্রহ্মাণ পূর্ক্কিংছরব সংসারবুস্থ সেমখি ।।২৮।। সুমিং কোটি অমগী মঙানগুম্না বরাহনা মশক লোবা ভগবান্ন পৃথিবীগী দেবতা ওইবী কামপাম্বী সতীবু উরগ কম্না অরাব ওইখি হরিন ।।২৯।। শ্রীহরিন পূর্ক্কিংছরব মুর্ত্তিবু ওইদুন কামগী শাননবগীদমক শয্যাসেমদুন মীতৈতব অচাকপ মফমদা লাইগী চহীদ চহী অমা। অহিং নুমিৎ চুম্নরতিক্রীড়া শানখি ।।৩০।।

শকহেন্বী পৃথিবীন নুংঙাইরব সম্ভোগকি শোক্ননীংবদগী সুমহৎপ কংখি। কাম পাম্বা কাম পাম্বী অনীনা ভিম্নবদ স্নাম্না নুংঙাইব পীখি ।।৩১ বিষ্ণুন পৃথ্বীগী হকচাংগ শোরবদগী আহং নুংথিল অনীমক্তা নীংশিংব লৈখিদে। চহী অমগী মতুংদ জ্ঞান ফংলক্লুন কামপাম্বীহবু কামগী শাননবু থাদোকখি ।।৩২।। ইমাগ লাম্বন বিষ্ণুন হান্নগী বরাহ ভগবানগী মশকপুম্ব অমুক ওইখি। সতী ওইবী পৃথিবীবু ভক্তিতোহন বিষ্ণুন পুজাতোখি ।।৩৩।। ধুপ, থাওমৈ, লৈ, চন্দন, সিন্দূরন মথাদ তৈবিদুন

(মহাবরাহ উবাচ)

সর্ব্বাধারা ভব শুভে সর্ব্বৈঃ সম্পূজিতা সুখম্।
মুনিভির্ম্মনুভির্দ্দেবৈঃ সিদ্ধৈশ্চ মানবাদিভিঃ ॥৩৫॥
অম্বুবাচীত্যাগদিনে গৃহারম্ভ প্রবেশনে।
বাপীতরাগারম্ভে চ গৃহে চ কৃষিকর্ম্মণি ॥৩৬॥
তবপূজাংকরিষ্যন্তি মদ্বরেণ সুরাদয়।
মূঢ়া যে ন করিষ্যন্তি যাস্যন্তি নরকঞ্চ তে ॥৩৭॥

(বসুধোবাচ)

বহামি সর্ব্বং বারাহ রূপেণাহং তবাজ্ঞয়া।
লীলামাত্রেণ ভগবন্ বিশ্বঞ্চ সচরা চরম্ ॥৩৮॥
মুক্তা শুক্তিং হরের্চ্চাং শিবলিঙ্গং শিলাংতথা।
শঙ্খং প্রদীপং রত্নঞ্চ মাণিক্যং হীরকং মণিম্ ॥৩৯॥

---

অমসুং নৈবেদ্যবংলী। হরিন পৃথীবু কি, লৈপরেংনচিংব বলিগী পোৎ-লমথিবিরু অমসুং পুজাতৌরগ পৃথিবীদ হায়খি ॥৩৪॥

(মহাবরাহন হায়খি)

হে লীংথিবী! নহাক্না পুম্নকমক্তি তুংনকম ওইযু পুম্নমক্না নংবু লীংথিনুংডাইন পুজাতৌনরগনি। মুনিশিংনা, মনুশিংন, লাইপুম্না সিদ্ধশিংন অমসুং মীনচিংবপুম্নন পুজাতৌরগনি ॥৩৫॥ অম্বুবাচী নত্তুবদিন্দ যুময ত্রাংগুব, যুমশংকাব, পুখ্রী তৌবা, শুহা তৌবা হৌবদ অমসুং যুমপায় সিংনসু লৌউব থবক্তি লৌতাব মুমিংত নংবু পুজাতৌনরগনি ॥৩৬॥ ঐগী বরদগী মীলাই পুম্নন নংবু পুজা তৌনরগনি। অপণ্ডব জায় লৈতবসিংন নংবু পুজাতৌরবদি অমমুং মখোয়সু নরক তাব কঙ্গনি ॥৩৭

(পৃথিবীন হায়জখি)

বর হগী মশবলৌবিরিব হে ভগবন! নঙ্গি যাথং মতুংইন্না সংসার অচংচংত পুম্নমক ঐন ইরাবলাম্বনা পুজগনি ॥৩৮ হে ভগবন! ঐগী ঈথক্ত মুক্তা, শুক্তি, খম্ব হরি পুজাতৌব মুংগী শিবলিঙ্গ। শঙ্খ, থাওমৈ, রত্ন, মানিক্য, হীরক অমসুং মণিবু থমহনবীগনু ॥৩৯॥ নগুণসু

যজ্ঞসূত্রঞ্চ পুষ্পঞ্চ পুস্তকং তুলসীদলম্।
জপমালাং পুষ্পমালাং কর্পূরঞ্চ সুবর্ণকম্ ॥৪০॥
গোরোচনাং চন্দনঞ্চ শালগ্রাম জলং তথা।
এতানবোঢ়ু মশক্তাহং ক্লিষ্টা চ ভগবন্ শৃনু ॥৪১

শ্রীভগবানুবাচ

দ্রব্যাণ্যেতানি যে মূঢ়া অর্পয়িষ্যন্তি সুন্দরী।
তে যাস্যন্তি কালসূত্রং দিব্যং বর্ষশতং ত্বয়ি ॥৪২
ইত্যেবমুক্ত্বা ভগবান্ বিররাম চ নরাদ।
বভূবস্তেন গর্ভেণ তেজস্বী মঙ্গল গ্রহঃ ॥৪৩
পূজাংচক্রুঃ পৃথিব্যাশ্চ তে সর্ব্বেচাজ্ঞয়া হরেঃ।
কাণ্ব শাখোক্ত ধ্যানেন তুষ্টুবুঃ স্তবনেন চ ॥৪৪
দত্ত্বা মুলেন মন্ত্রেণ নৈবেদ্যাদিক মেব চ।
সংস্তুতা ত্রিষুলোকেষু পূজিতা সা বভূব হ ॥৭৫

---

লৈস্ত লাইরীক অমসুং ভূলসী মনা, জপমালা লৈপরেং কর্পূরস্থ সনাস্থ থমহন্বীগস্থ ॥৭০॥

গোরোচনা চিংবচন্দন অমসুং শালগ্রাগ চাইথবগী চরনা মৃতস্থ হে ভগবন! তাবিয়ু হায়রিব মখোয়শিংশী অমসুং ঐগী ঈথক্ত কর্রি-গুম্বা পাত্র অমত য়াওদন থম্নবদি ঐ পুবঙমজরোই ॥৪১ ॥

(শ্রীভগবাম্ন হায়খি)

হে সুন্দরী! সকহেন্বী! নংন হায়খ্রিব পোৎলমশিংছ্বু অহুম্ব অপংব মীশিংছ্ন নথক্ত থম্নবদি। মখোয়শিংদো লাইগী চহীদ চবীচাম কালসূত্র কৌব নরক্ত চৎকনি ॥৪২ ॥ হে নারদ! য়া অশী হায়রগ ভগবান্ন অমসুং য়াঙাংব লেপথি। পৃথিবীগী গর্ভ ছ্ন মতীক মঙান চাওরব মঙ্গল গ্রহ পোকখি ॥৪৩॥ হরিগী য়াথংন মী লাই পুম্বন অমসুং পৃথিবীবু পূজ তৌনখি। কাম্ব শাখাদ হায়ব ধ্যানা অমস্থ স্তেত্রন লৈশী লৈ-থোনখি ॥৪৪॥ মুলমন্ত্রন নৈবেদ্যনচিংব পোৎলম পূম্ববুস্থ লেপ্ন কংথি পৃথিবী মহাকপু মরোন অহুম্মক্ত স্তুতি তৌনব ওইখি ॥৪৫॥

নারদ উবাচ

কিং ধ্যানং স্তবনং কিংবা তস্য মূলঞ্চ কিং বদ।
গূঢ়ং সর্ব্বপুরাণেষু শ্রোতুং কৌতুহলং মম ॥৪৬

নারায়ণ উবাচ

আদৌ চ পৃথিবী দেবী বরাহেণ চ পূজিতা।
ততোহি ব্রহ্মণা পশ্চাৎ ততশ্চ পৃথুনা পুরা ॥৪৭
ততঃ সর্ব্বৈর্মুনিশ্রেষ্ঠৈশ্চ মনুভির্নারদাদিভিঃ।
ধ্যানঞ্চ স্তবনং মন্ত্রং শৃণু বক্ষামি নারদ ॥৪৮
ওঁ হ্রীং শ্রীং বাং বসুধায়ৈ স্বাহে ত্যনেন পূজিতা।
শ্বেতচম্পক বর্ণাভাং শতচন্দ্র সমপ্রভাম্ ॥৪৯
চন্দনো ক্ষিত সর্ব্বাঙ্গীং সর্ব্বভূষণ ভূষিতাম্ ॥৫০
রত্নাধারাং রত্নগর্ভাং রত্নাকর সমন্বিতম্।
বহ্নিশুদ্ধাং শুকাধানাং সস্মিতাং বদনং ভজে ॥৫১

---

নারদন হায়রম্বি! হে মহামুনি। ধ্যাম করিনো স্তোত্রন কম-দোই অমসুং মহাক্কি মূলমন্ত্রন করম তৌবনো মতুম হায়রিবয়্। পুরান পুম্নমক্ত অথুপ্প পৃথিবী মগুণবু তারগ ঐগী পুক্নিং হরাওজগনি ॥৪৬

নারায়নন হায়খি

হে নারদ পৃথ্বীবু অহানবদ বরাহ দেবন অমসুং মমাংদা পূজা তৌখি। মতুংদ ব্রহ্মান পূজা তৌখি অমসুং অদুগী মতুংদ পৃথুরাজন পূজা কৎখি ॥৪৭ অদুগী তুংদ মুনীন্দ্র পুম্নম অমসুং মনুশিংন নারদন চিংবন পূজাকৎখি। হে নারদ ধ্যান, স্তব অমসুং মন্ত্রবু হায়রগে তাবো ॥৪৮॥ ওঁ হ্রীং শ্রীংবাং বসুধাইবয়ৈ স্বাহা হায়রব মন্ত্র অসীন পূজা তৌবৈ। অতৌব লৈহাও লৈরেনগী মচু মাম্বী, থা চামথোকপগী মতালগ মানবী হকচাং পুম্নদ চন্দনরৈ তেংবী ॥৪৯ অমাম্বা ফিজেং লৈতেংনবীংথীব থোম্বী-নী ॥৫০॥

মনিরত্নগী তুংনফম ওইবী রত্নগী গর্ভওইবী, রত্নপুম্নগী থোককম তিম্বীনি। মৈদ সেংন ফজন তকথোক্লব ফি "সেং" ইবী মোমোন নোকপী মায়থোং ওইবী নহাকপু নীংজৈ ॥৫১॥ অসীগুম্বা ধ্যান অসিনা পৃথিবীবু

ধ্যানেনানেন সা দেবী সর্ব্বৈশ্চ পূজিতা ভবে।
স্তবনং শৃনু বিপ্রেন্দ্র কান্ব শাখোক্ত মেবচ ॥৫২

বিষ্ণুরুবাচ

জয়ে জয় জয়াধারে জয়শীলে জয়প্রদে।
যজ্ঞ শূকর জায়ে চ জয়ং দেহি জয়াবহে ॥৫৩
মঙ্গলে মঙ্গলাধারে মঙ্গলে মঙ্গল প্রদে।
মঙ্গলার্থে মঙ্গলাংশে মঙ্গলংদেহি মে ভবে ॥৫৪
সর্ব্বাধারে সর্ব্ববীজে সর্ব্বশক্তি সমন্বিতে।
সর্ব্বকাম প্রদে দেবী সর্ব্বেষ্টং দেহি মে ভবে ॥৫৫
পুণ্য স্বরূপে জীবানাং পুণ্যরূপে সনাতনি।
পুণ্যাশ্রয়ে পুণ্যবতা মালয়ে পুণ্যদে ভবে ॥৫৬
রত্নাধারে রত্নগর্ভে রত্নাকর সমন্বিতে।
স্ত্রীরত্নরূপে রত্নাঢ্যে রত্নসার প্রদে ভবে ॥৫৭

---

নীংলগা পুম্নমক্ক অমস্তুং পুজা ভোগনি। হে ব্রহ্মণ অখোইব নারদ! কার্ব শাখাদ হায়ব অমস্থং স্তব অত্নবু হায়গে তরো ॥৫২॥

শ্রীবিষ্ণুন হায়খি।

জয় ওইনবগী মরমদ জয় ওইহন্বীব জয়গী তুংনফম ওইবী, জয়গী লৈফম ওইবী, জয় পীনবীনি। যজ্ঞবরাহ ভগবানগী চান্নবী ওইবী, জয়ওইনবা ইনসন্বী নহাক্লা জয় ওইব পীনবিয়ু ॥৫৩॥ মঙ্গলগী মরমদ মঙ্গলগী তুংনফমওইবা, মঙ্গলগী মরমদ মঙ্গলপীনবীনি। মঙ্গলগী কান্নব ওইহবী, মঙ্গলগী অংশ ওইবী, নহাক্লা ঐভোঙ্গ মঙ্গল পীনবীয়ু ॥৫৪॥ পুম্নমক্কি তুংনফম ওইবী, পুম্নমক্কি বীজ (মরু ওইবী, শক্তিপুম্নমক্লা তিবী নহাক্নী। অপাম্ব পুম্বপীনবী হে দেবী! নহাক্লা ঐঙ্গী অপাম্ব পুম্ব পীনশিয়ু ॥৫৫॥ পুণ্য চেবী নহাক্লা ঐভোঙ্গ পুণ্য পীবগদবা ওই ॥৫৬॥ রত্নগী তুংনফম ওইবী রত্নগী গর্ভ ওইবী, রত্নলৈফম তিন্বানি। মুপীলক্লগী রত্নগী মশক ওইবী, রত্নগী কোনফু ওইবী নহাক্ল ঐভোঙ্গ রত্ন অখোইব পীনবীয়ু ॥৫৭॥

সর্ব্বশস্যালয়ে সর্ব্বশস্যাঢ্যে সর্ব্বশস্যদে।
সর্ব্বশস্যহরে কালে সর্ব্বশস্যাত্মিকে ভবে ॥৫৮
ভূমে ভূমিপ সর্ব্বস্বে ভূমিপাল পরায়ণে।
ভূমিপাহঙ্কার রূপে ভূমিং দেহি চ ভূমিদে ॥৫৯
ইদংস্তোত্রং মহাপুণ্যং তাং সংপূজ্য চ যঃ পঠেৎ।
কোটি কোটি জন্ম জন্ম স ভবেদ্ভূমিপেশ্বরঃ ॥৬০
ভূমিদান কৃতং পুণ্যং লভতে পঠনাজ্জনঃ।
ভূমিদান হারাৎ পাপাৎ মুচ্যতে নাত্র সংশয়ঃ ॥৬১
অম্বুবাচী ভূখনন পাপাৎ স মুচ্যতে ধ্রুবম্।
অন্যকূপে কূপদজাৎ পাপাৎ স মুচ্যতে ধ্রুবম।
পরভূশ্রাদ্ধজাৎ পাপান্মুচ্যতে নাত্র সংশয়ঃ ॥৬২

---

মহৈ মরোং, মরূ মরাং পুম্নমক্কি লৈফম ওইবী মহৈ মরোং পুম্বী কোনফু ওইবী মরোং মহৈ মরু-মরাং পীনবীনি। মতমগী মতুংইন্না মহৈ-মরোংপুম্ব খাওজবী নহাক্কু মহৈমরোংপুম্ববু ঐহাক্না পীনবিয়ু ॥৫৮ হে লৈবাকলৈম! লৈবাক ঙাকপশিঙ্গি নাপন তৌজনবগী মশক ওইবী অমসুং লৈবাক পীনবী নহাক্কু ঐহাক্না লৈবাক পীনবীয় ॥৫৯॥ অসি গুম্বা স্তোত্রশীদি মহাপুণ্যগী মশক্নী মহাকপু মীতুন পূজাতৌরগ অমসুং স্তোত্রসী শীগদব ওই। মহাক্কু মপোক কোটি কোটিদ লৈবাক্কি মপু লেপ্প ওইগনি ॥৬০॥

হে নারদ! মী মহাক্কুন স্তোত্র অসীবু শীজবদগী ভূমিদান লৈবাক লম কৎপগী মহৈবু ফাই। লৈবাক-লম কৎলগা অমুক লৌসিন্নগী পাপ্তগী, স্তোত্রশী শীজবদ চিংনব লৈতন কোকই ॥৬১॥ অম্বুবাচী নুমীৎকি মমুংদা লৈব ক তৌথার খোগায়রুবী পাপ্তগী মী মহাক্কুন লেপ্প কোকপ ঙমই। অতোপ্প মী অমগী পুখ্রী গুহাদ মাগী শাংনা কৎলুবদগী পোকপ পাপ্তগী মীহুন স্তোত্রশী শীজবদ লেপ্পনক কোকই॥ অতোপ্প মীগী লমদ শ্রাদ্ধ শোলুবদগী পোকপ পাপ্তগী স্তোত্রসী শীজবদগী চিংনব লৈতন কোকই ॥৬২

ভূমৌ বীর্য্যত্যাগা পাপাত্তমো বীপাদি স্থাপনাৎ।
পাপাৎ প্রমুচ্যতে প্রাজ্ঞস্তোত্রস্য পঠনান্মুনে॥
অশ্বমেধশতং পুণ্যং লভতে নাত্রসংশয়ঃ ॥৬৩

ইতি শ্রীব্রহ্মবৈবর্ত্তে মহাপুরাণে প্রকৃতিখণ্ডে
নরায়ণ নারদ সংবাদে পৃথিব্যু পাখ্যানে
পৃথিবীস্তোত্রংনামাষ্টমোইধ্যায় ॥৮

---

হে মহামুনি নারদ! লৈবাক্ত কাম-বীর্য্য তাহল্লুব পাপ্তগী, অহুগ লৈবাক্ত ধুপ থাওাইম থমহুন কৎলুবা পাপ্তগী, অধণ্ডব মীন স্তোত্রশী পাঠ তৌজবদগী পাপ পুম্ব কোক্‌ই॥

স্তোত্রশী থীজবদ অশ্বমেধ যজ্ঞ চামরক ভৌবগী পুণ্যবু চিংনব লৈতব মীহুন ফংই ॥৬৩

শ্রীব্রহ্মবৈবর্ত্ত মহাপুরাণ্ড প্রকৃতি খণ্ডদ
নারায়ণ নারদ সংবাদদ পৃথিবী উপা-
খ্যানদ পৃথিবী স্তোত্র কৌব
অধ্যায় নীপানশুব
লোইরে ॥৮

# শ্রীব্রহ্মবৈবর্ত্ত মহাপুরানে প্রকৃতিখণ্ডে

## নবমোঽধ্যায়ঃ।

পৃথিবীদ থমহৈদর পোৎ থম্ব-তাহরবগী করি পাপ কংবগে হংব মতাং
অধ্যায় মাপনশুব হৌরবা।

নারদ উবাচ

ভূমিদান কৃতং পুণ্যং পাপং তদ্ধরনেন যৎ।
পরভূমৌ শ্রাদ্ধ রূপং কূপে কূপদজং তথা॥১

অম্বুবাচী ভূখনন-বীর্য্যত্যাগজমেব চ।
দীপাদি স্থাপনাৎ পাপং যৎ শ্রোতুমিচ্ছামি যত্নতঃ॥২

অন্যদা পৃথিবীজন্তং পাপং যৎ প্রশ্নতঃ পরম্।
যদস্তি তৎ প্রতীকারং বদ বেদবিদাং বর॥৩

নারায়ণ উবাচ

বিতস্তিমাত্রং ভূমিঞ্চ যো দদাতি চ ভারতে।
সন্ধ্যা পূতায় বিপ্রায় স যাতি বিষ্ণু মন্দিরম্॥৪

---

নারদন হায়জখি

হে ব্রহ্মন! নারায়ন! লৈবাক দানতৌবগী পুন্যবু অমুক লৌসব অমস্তং হূরাম্বগী পাপ্পু। মীগী লমহৈংথোন্দ শ্রাদ্ধ শোম্বগী পাপ অমদি মীগী পুখ্রী, শুহ'বু ঐগী শ:ঃন কংলুবগী পাপ হায়বিয়ু॥ ১॥ অম্বুবাচী মমুংদ লৈবাক তৌব-হোগায়ব অমহৈকস্তংবীর্য্য (কাম) বু লৈবাক্ত তাহল্ল,বগী পাপ, থাওমৈ ধুপ্লচিংব লৈবাক্ত থম্বদগী পোকপ অহুগী পাপ অহু নীংখিন তানীংহৈ হায়বিয়ু॥ ২॥ ঐন হংবদগী তোভাম অতোপ্প অতৈস্ত্র পৃথীদগী পোকপ প:পতুবু হায়বিয়ু। পাপলৈরব অহুগী প্রতিকারবু বেদ খঙব অখোইব মহাক্ত হায়বিয়ু॥ ৩॥

নারায়ণন হায়খি।

তাও নারদ! ভারত্ত লৈব সন্ধ্যা উপাসনা তৌব ব্রাহ্মণগী মকমদ থুংপী মরুম চাওব লৈবাকপু অমগুং মী অহুন কংলবদি মহাক বিষ্ণুগী মন্দিরবু কাংই॥ ৪॥ মহৈ মরোংন থমহৌরব পৃথিবীবু মী অহুন

ভূমিঞ্চ সর্ব্বশস্যাঢ্যাং ব্রাহ্মণায় দদাতি যঃ।
ভূমিরেণু প্রমাণঞ্চ বর্ষং বিষ্ণুপদে স্থিতিঃ ॥৫
গ্রামং ভূমিঞ্চ ধান্যঞ্চ যো দদাত্যা দদাতি যঃ।
সর্ব্বপাপা বিনির্ম্মুক্তৌ চোভৌ বৈকুণ্ঠ বাসিনৌ ॥৬
ভূমিং দাতুঞ্চ যৎ কালে যঃ সাধুশ্চানুমোদতে।
স প্রয়াতি চ বৈকুণ্ঠং মিত্রগোত্র সমন্বিতঃ ॥৭
স্বদত্তাং পরদত্তাং বা ব্রহ্ম বৃত্তিং হরেত্তু যঃ।
স তিষ্ঠতি কালসূত্রং যাবচ্চন্দ্র দিবাকরৌ ॥৮
তৎপুত্রপৌত্র প্রভৃতি ভূমিহীনং শ্রিয়া হতঃ।
পুত্রহীনো দারিদ্রশ্চ অন্তে যাতি চ রৌরবম্ ॥৯
গবাং মার্গং বিনিষ্কৃষ্য যশ্চ শস্যং দদাতি চ।
দিব্যং বর্ষং শতঞ্চৈব কুম্ভীপাকে স তিষ্ঠতি ॥১০

---

ব্রাহ্মণদ কৎলবদি। লৈবাক্কুগী উফুন মরীক মানব চহী মশীংত্থু বিষ্ণুগী চরণ নাক্ত লৈগনি ॥৫॥ লৈবাক খুঙ্গং অমস্তুং ফৌ কৎপদ অকৎপ মীগ অমস্তুং দাম লৌব ব্রাহ্মণ অত্থুগ পাপ পূম্নমক্তগী কেক্তুন অমস্তুং মখোয় অনীমক বৈকুণ্ঠদ লৈমিন্নে ॥ ৬ ॥

ভূমিদান (লৈবাক কৎপ) মী অদুন শিরব মতমদ অমস্তুং অত্থুগুম্ব শাধুত্থুন্ন বৈকুণ্ঠবু ফংই। মহাক্কি মরূপ মপাং অমস্তুং মাগী শাগৈ গোত্র পুম্বগ লোয়ননা বৈকুণ্ঠদ লৈমিন্নে ॥ ৭॥ মান কৎপ অমস্তুং মীনকৎপ ব্রাহ্মণগী মংগ হুদুনা লৌরব মীদা, কালসূত্র কৌব নরক্ত মুমীং থান পাল্লিনমখৈ মা লৈগনি ॥ ৮॥ মাগী মচা মশুন চিংব পূম্নমক লৈবাক লম লৈফম ফংদহুন লক্ষ্মী লৈরোই। মচা লৈরোই অমস্তুং লায়রব ওইনি, শিরগ রৌরব কৌব নরকতন্তু ভাগনি ॥ ৯ ॥

ষণ মরীম চৎনব ষণলম্বাবু থিংদুন মী অত্থুন অমস্তুং ফৌনচিংববুম্ব হুজিন্নবদি, লাইগী চহীদ চহী চাম চুপ্প কুম্ভী পাক কৌব নরক্ত মহাক লেপ্প ভাগনি ॥১০॥ যণ শংবু, পূম্নবু, লম্বাবু, থিংহুন ফুঙ্গন্দুন

গোষ্ঠং তড়াগং নিকৃষ্য মার্গং শস্য দদাতি যঃ।
স চ তিষ্ঠত্য সীপত্রে যাবদিন্দ্রা শ্চতুর্দশ ॥১১
পরকীয় তড়াগে চ পঙ্কমুদ্ধৃত্য চোৎসৃজেৎ।
রেণু প্রমাণ বর্ষঞ্চ ব্রহ্মলোকে বসেন্নরঃ ॥১২
পিণ্ডং পিত্রে ভূমি ভর্ত্তর্ন প্রদায় চ মানবঃ।
শ্রাদ্ধং করোতি যো মূঢ়ো নরকং যাতি নিশ্চিতম্ ॥১৩
ভূমৌ প্রদীপং যোঽর্পয়তি স চান্ধ সপ্তজন্মস্ব।
ভূমৌ শঙ্খঞ্চ সংস্থাপ্য কুষ্ঠং জন্মান্তরে লভেৎ ॥১৪
মুক্তা মাণিক্য হীরঞ্চ সুবর্ণঞ্চ মণিং তথা।
যশ্চ সংস্থাপয়েদ্ভূমৌ দরিদ্রঃ সপ্ত জন্মসু ॥১৫
শিবলিঙ্গং শিলামর্চ্চ্যাং যশ্চার্পয়তি ভূতলে।
শতমন্বন্তরং যাবৎ কৃমিভক্ষে স তিষ্ঠতি ॥১৬
সূক্তং মন্ত্রং শিলাতোয়ং পুষ্পঞ্চ তুলসীদলম।
যশ্চার্পয়তি ভূমৌ চ স তিষ্ঠেন্নরকং যুগং ॥১৭

---

ফৌরচিংব হুনজল্লব মীহুদি। মহাক্তু অসীপত্র কোব নরক্ত অমসুং ইন্দ্র তরামরিগী মপুন্সি লোইবফাওব তাগনি ॥১১॥ অতোপ্প মীগী পুখ্রী-দগীসু লৈখোম পেকখৎলগ অমসুং হুনগংলুরবদি, মান হুনগৎলুরিব লৈপাক্তুগী উফুনগ মানব চহীদু অমসুং ব্রহ্মলোক্ত মীহুন লৈগনি ॥১২॥ পিতৃশ্রাদ্ধদ ভূস্বামী (মীগী লম মপুগী) পিণ্ড পীদব মী অহুন, শ্রাদ্ধ সোল্লব অহুগুম্ব অপংব মী মহাক্তো নরক্ত লেপ্প তাই ॥১৩॥ লৈবাক্ত থাওমৈ থালব মী মহাক্তু মপোক তরেৎ মক্তুমমীৎ তাঙ্গনি। লৈবাক্ত মোইবুং থম্লব মী মহাক্তু হয়েংমুক্তি মপোক্ত কুষ্টী থুঙ্গনি ॥১৪॥

মুক্তা, মানিক্য, হীরা, সনা অমসুং মণিবু লৈবাক্ত থম্লবদি মী মহাক্তুসু মপোক তরেৎলক লায়রগনি ॥১৫॥ শিব লিঙ্গবু শালগ্রাম চক্রবু লৈবাক্ত থম্লগা পূজা তৌরবমী মহাক্তো। মন্বন্তর চাম চুপ্প কৃমি-কুণ্ডদ তীন্নচাক্তুন লৈগনি ॥১৬॥ সূক্ত মন্ত্রবু, শালিগ্রামগী চরনামৃতবু, অমসুং তুলসী মনাবু, লৈবাক্ত থম্লব মী মহাক্তো নরক্ত যুগ অম লৈগনি ॥১৭॥

জপমালাং পুষ্পমালাং কর্পূরং রোচনাং তথা।
যো মূঢ়শ্চার্পয়েদ্ভূমৌ স যাতি নরকং ধ্রুবম্ ॥১৮
মুনে চন্দনকাষ্ঠঞ্চ রুদ্রাক্ষং কুশমূলকম্।
সংস্থাপ্য ভূমৌ নরকে বসেন্মন্বন্তরাবধি ॥১৯
পুস্তকং যজ্ঞসূত্রঞ্চ ভূমৌ সংস্থাপয়েত্তু যঃ।
ন ভবেদ্বিপ্রযোনৌ চ তস্য জন্মান্তরে জনিঃ ॥২০
ব্রহ্মহত্যা সমং পাপমিহৈব লভতে ধ্রুবম্।
গ্রন্থিযুক্তং যজ্ঞসূত্রং পূজ্যঞ্চ সর্ব্ববর্ণকৈঃ ॥২১
যজ্ঞং কৃত্বা তু যো ভূমিং ক্ষীরেণ নহি সিঞ্চতি।
স যাতি তপ্তভূমিঞ্চ সন্তপ্তঃ সর্ব্বজন্মসু ॥২২
ভূকম্পে গ্রহণে যোহি করোতি খননং ভুবঃ।
জন্মান্তরে মহাপাপী সোহঙ্গহীনো ভবেৎ ধ্রুবম্ ॥২৩

---

মন্ত্র সোন্নব মালাবু, লৈ পরেংবু, কর্পূরবু অমদি গোরোচনাবু, অহুগুম্ব অপংব মীহুন লৈবাক্ত থম্নবদি অমস্নং মহাক্তু লেপ্ন নরকতাব ফংই ॥১৮॥ হে নারদ মুনি! জাবচম্ফন্নচিংব চন্দন শিংবু, রুদ্রাক্ষ (চুগ্রীক) পরেংবু অমস্নং কুশমরুগী মালাবু লৈবাক্ত থম্নবদি মী মহাক্তু মন্বন্তর অম চুপ্ন নরক্ত লৈগনি ॥১৯॥ লাইরীকপু যজ্ঞসূত্র (লগুণ) বুস্ন লৈবাক্ত থম্নব মী মাহক্তুদি। ব্রাহ্মণ অহুনা শিন্নব মতুংদস্মু ব্রাহ্মণগী গর্ভদ চণ্ডহুন পোকপ ফংদ্রে ॥২০॥

হে নারদ! হন্দক্কি মপোক্ত ব্রাহ্মণ হাৎপগা মানব পাপ্পু লেপ্ন ফংই। গ্রন্থি (গায়ত্রা কিশিন) পুন্নব লগুণবু বর্ণ পুম্নমক্নস্ন পূজা তৌগনি ॥২১॥ যজ্ঞতৌরগ মী অহুন লৈপাক অশাব অহুবু সঙ্গোম ঊহুন ঈংহন্দ্রবদি। মী মহাক্তু মপোক খুদিংদ অচাকপ অশাবদ ওইনি, অমস্নং অশাব নরক্কী কুণ্ডদ তাগনি ॥২২॥ মুহারারিবৈঙদ গ্রহন তৌরিবৈঙদ লৈপাক তোংোকউরব মাহুদি। লেপ্ন মহাপাপী ওইনি, হয়েং মুক্কী মপোক্ত লেপ্ন মশা অতেক অকায় ওইন পোকনি ॥২৩॥

ভবনং যত্র সর্ব্বেষাং ভূমিস্তেন প্রকীর্ত্তিতা।
বসু রত্নং যো দদাতি বসুধা চ বসুন্ধরা ॥ ২৪
হরেরূরৌ চ যা জাতা সা চোর্ব্বি পরিকীর্ত্তিতা।
ধরা ধরিত্রী ধরণী সর্ব্বেষাং ধরণাচ্চ সা ॥ ২৫
ইজ্যা চ যাগাধারাচ্চ ক্ষৌণী ক্ষীণা লয়ে চ সা।
মহালয়ে ক্ষয়ংযাতি ক্ষিতিস্তেন প্রকীর্ত্তিতা ॥ ২৬
কাশ্যপী কশ্যপস্যেয় মচলা স্থিতিরূপতঃ।
বিশ্বম্ভরা ভরণাচ্চানন্তানন্তরূপতঃ ॥২৭
পৃথিবী পৃথুকন্যা সাবিস্তৃত ত্বান্মহা মুনে ॥ ২৮

পুম্নমকি মতোন্দ "ভবনং" (লৈকম ওই) হায়বগী লৈবাকপু ভূমি কৌরিবনি। বসু ধনরত্ন (সনা রূপা মনিরত্ন) বু মান পীবে হায়বদগী লৈবাক্কী মমিং বসুধা অমসুং বসুন্ধরা কৌনৈ ॥২৪॥ হরেঃউরৌ হরিগী কৈবোম অনীদগী মান পোকই হায়বদগীসু মাবু উর্ব্বি কৌরিবনি। পৃথিবী মহাক্ন পুম্নমকপু ধরনা-মথক্ত পুই হায়বদগী ধরা, ধরিত্রী, অমসুং ধরনী কৌই ॥ ২৫ ॥ ধরা মাগীমথক্ত যাগ যজ্ঞনচিংব থরক্কি তুংনক্ষমী হায়বুন মাগী মমিং ইজ্যাসু কৌই। খণ্ডপ্রলয়দ ক্ষীনা মথেং তাবুন লৈ হায়বন মাগী মমিং ক্ষৌনী সু কৌই। মহা-প্রলয়গী মতমদ মাংথি হায়বদগী মাগী মমিং ক্ষিতি হায়নসু কৌনৈ ॥ ২৬ ॥

পৃথিবীন কশ্যপকি মচা ওইবন কাশ্যপী কৌই, লেপ্তনা লৈবা মওংদগী অচলাসু কৌই। মান তাইবং সংসার পুম্বু পুই হায়বুন মাগী মমিং বিশ্বম্ভরা কৌই, মশীং থীভতদব শকলোন পুবন অনন্তা হায়নসু কৌই ॥ ২৭॥ হে মহামুনে। পৃথুগী মচানুপীনি কোংলোক-পদগী মাগী মমিংবু পৃথিবী কৌরিবনী ॥২৮॥

ইতি শ্রীব্রহ্মবৈবর্ত্তে মহাপুরাণে প্রকৃতি খণ্ডে
নারায়ণ নারদ সংবাদে পৃথিব্যু পাখ্যানং
নাম নবমো২ ধ্যায়ঃ ॥৯॥

শ্রীব্রহ্মবৈবর্ত্ত মহাপুরাণ প্রকৃতিখণ্ডদ
নারায়ণ নারদ সংবাদদ পৃথিবী
উপাখ্যান কৌব অধ্যায়
মাপনগুব লোইরে ॥৯

---

## শ্রীব্রহ্মবৈবর্ত্তে মহাপুরানে প্রকৃতিখণ্ডে

### দশমো২ধ্যায়ঃ।

নারদগী মকমদ নারায়ন্ন গঙ্গা মহাত্ম্যদ সগরগী বংশ লৌথবমতাং।

নারদ উবাচ

শ্রুতং পৃথিব্যু পাখ্যান মতীব সুমনোহরম্।
গঙ্গোপাখ্যান মধুনা বদ বেদবিদাং বর।১
ভারতং ভারতী শাপা দাজগাম সুরেশ্বরী।
বিষ্ণুস্বরূপা পরমা স্বয়ং বিষ্ণুপদি সতী।।২
কথং কুত্র যুগে কেন প্রার্থিতা প্রেরিতা পুরা।
তৎক্রমং শ্রোতু মিচ্ছামি পাপঘ্নং পুণ্যদং শুভম্।।৩

---

নারদনা হায়খি।

হে বেদ খণ্ডব অখোইব। পৃথিবীগী ৱারীবু তাবদা থোইদোক্ল পুক্লীং হুনবগী মশক্লী। হোত্রিক অমুক গঙ্গাগী ৱারী লাথবিরো॥ ॥ সুরেশ্বরী ওইবী গঙ্গান ভারতীগী শাক্তগী ভারতা লাকখি শ্রীবিষ্ণুগী মশক ওইবী, অথোইবী, স্বপ্নমক বিষ্ণুগী চৰন্দগী পোকখিবা সতীনি॥ ২॥ মমাংগৈগী করম্ব যুগত করমন হায়জত্নন, করান ইনসন্দুন ভারতা লাকখিবনো। অফব পুন্য পীনবীব, পাপকোকহনীব, গঙ্গাগী মথং মথংবু ঐ তাজনীংই ॥৩॥

নরায়ন উবাচ।

রাজ রাজেশ্বরঃ শ্রীমান্ সগরং সূর্য্যবংশজঃ।
তস্য ভার্য্যাচ বৈদর্ভী শৈব্যা চ দ্বে মনোহরে ॥৪
সত্য স্বরূপঃ সত্যবাক সত্য ভাবনঃ।
সত্যবর্গবিচারজ্ঞঃ পরংসত্য যুগোদ্ভবঃ ॥৫
একস্যা মেকপুত্রশ্চ বভূব সুমনোহরঃ।
অসমঞ্জা ইতি খ্যাতঃ শৈব্যায়াং কুলবর্দ্ধনঃ ৬
অন্যা চারাধয়ামাস শঙ্করং পুত্রকামুকী।
বভূব গর্ভস্তস্যাশ্চ শিবস্যাচ বরেন চ ॥৭
গতে শতাব্দে পূর্ণেচ মাংসপিণ্ডং সুষাব সা।
তদ্দৃষ্টা চ শিবং ধ্যাত্বা রুরোদোচ্চৈঃ পুনঃপুনঃ ॥৮
শম্ভুর্ব্রাহ্মণ রূপেন তৎসমীপং জগাম হ।
চকার সংবিভজ্যৈতৎ পিণ্ডং ষষ্ঠী সহস্রধা ॥৯

---

নারায়ন হায়খি।

তাও নারদ! সূর্য্যবংশদ পোকপ, রাজ রাজেশ্বর ওঈব শ্রীলক্ষ্মীন তীম্ব সগর কৌব নিংথৌ অম লৈরমই। মাগী মহারাণী অনী পূক্লাং হুন ফজবী মঅসুং বৈদর্ভী কৌবী অমঙ শৈব্যা কৌবী অনীথক লৈরমই ॥৪॥ সত্যগী মশক ওইব, সত্যবু নীংব, সত্যনী রা ভাংবা সত্যদবু খন্নবী। সত্য-অচুম্ব নরমদ বিচার খঙব, অথোইব সত্য যুক্ত পোকপনী ॥৫॥ মুপী অমগী য়ায় পুক্নী হুপ্রব মচানীপা অমথক পোকখি। মমিংন অসমঞ্জা কৌই শৈব্যা মহারাণীগী শাগৈ চাওখৎ-নব ওইন অস্নম্ন ফাওখি ॥ ৬ ॥

অতোপ্পী মুপী অমগী মমিং বৈদর্ভীগীদ মচা পামহুন শঙ্কর নীংখি। শিবগী বরণ চরম ওইহুন মাগী গর্ভ লৈব ওইখি ॥ ৭ ॥ চহী চাম মপুং ফারব তুংদ অনম্নুং মহাক শাহুন অম ওইন পোকখি। মহুবু উরগ শিববু নীংশিহুন খোঙ্গুন ব্রাংন হন্ন হন্ন কপখি ॥ ৮ ॥ শম্ভু মহাদেবন ব্রহ্মণগী মওক লৌহুন মহারাণীগী মনাক্ত লাকখি। অদুগুম মাংসপিণ্ডদু শরুক লীশাং হুমপু থোক্লগু খায়দোকখি ॥ ৯

সর্ব্বে বভূবুঃ পুত্রাশ্চ মহাবল পরাক্রমাঃ
গ্রীষ্ম মধ্যাহ্ন মার্ত্তণ্ড প্রভামুষ্ট করা বরাঃ ॥ ১০ ॥
কপিলস্য কোপদৃষ্ট্যা বভূবুর্ভস্মসাচ্চ তে।
রাজা রুরোদ তচ্ছ্রুত্বা জগাম মরণং শুচা ॥১১॥
তপ শ্চকারা সমঞ্জা গঙ্গা নয়ন কারনম্।
তপঃ কৃত্বা লক্ষবর্ষং মমার কালযোগতঃ ॥১২
অংশুমানস্তস্য পুত্রশ্চ গঙ্গানয়ন কারনম্।
তপঃ কৃত্বা লক্ষবর্ষং মমার কাল যোগতঃ ॥১৩
দিলীপস্তস্য তনয়ো গঙ্গানয়ন কারনম্।
তপঃ কৃত্বা লক্ষবর্ষং যযৌ লোকান্তরং নৃপঃ ॥ ১৪
ভগীরথস্তস্য পুত্রো মহাভাগবতঃ সুধীঃ।
বৈষ্ণবো বিষ্ণু ভক্তশ্চ গুনবান অজরামরাঃ ॥ ১৫
তপঃ কৃত্বা লক্ষবর্ষং গঙ্গানয়ন কারণম্।
দদর্শ কৃষ্ণং ভগবন্তং সূর্য্য কোটি সমপ্রভম্ ॥ ১৬

---

মচাপুম্নমক্ত্ মপাঙ্গল য়াম্নকম্ব অমস্থং মথৌনা য়াম্ন লৈব ওইখি। কালেনগী নুমীৎয়ুংব মতমগী অথোইব মভান গুম্ব মচা অমময় ওইখি ॥ ১০ ॥ কপিলমুনিগী অশাওবগী মীৎয়েংন মৈ ওইন চাকথেকতুন অমস্তং মথোয়শিংত্ত উং ওইন তুমখি। মহ্ তারগ মপানিংথৌব য়াম্ন কপ্পমক্তন অরাব ওইহুন অশিবগী খয়াৎত সগরন চাখি ॥ ১১ ॥ শৈব্যা মহারাণিগী মচা অসমঞ্জান মচীন মনাও মন্নাম লায়নবগীদমক গঙ্গা-পুথরক্লবগীদমক। চহী লক্ষ অমা তপ তৌহুন কালন ইন্সল্লক্ত্ন শিখি ॥১২॥

অসমঞ্জাগী মচা অংশুমানস্থ গঙ্গা পুথরক্লবগীদমক চহী লক্ষ অম তপ তৌহুন মপুন্সী লোইরকতুন শিখি ॥ ১৩ ॥ অংশুমানগী মচা দিলীপস্থ গঙ্গা পুথরক্লবগীদমক। চহী লক্ষ অম তপ তৌবদগী নিংথৌহুন মপুন্সী লোইরহুন চৎখি ॥ ১৪ ॥ দিলীপকি মচা ভগীরথ কৌব মহাভাবত ধর্ম্মদ মপুকমেংবনী। মগুন, য়াম্নৈব অশিব অনায়েক লৈত্রব অমস্থং বিষ্ণু ভক্ত ওইব বৈষ্ণবনী ॥ ১৫ ॥ মাস্থ গঙ্গা পুথরক্লবগীদমক চহী লক্ষ অম তপ তৌহুন। নীংবদ সুমীৎকোটি অমগী মঙানগ মানব মায়থোং মকা ফনব কৃষ্ণবু উখি ॥ ১৬ ॥

দ্বিভুজং মুরলীহস্তং কিশোরং গোপ বেশকম্।
পরমাত্মানমীশঞ্চ ভক্তানুগ্রহ বিগ্রহম্॥ ১৭
স্বেচ্ছাময়ং পরংব্রহ্ম পরিপূর্ণতমং বিভুম্।
ব্রহ্মবিষ্ণু শিবাদ্যৈশ্চ স্তুতং মুনিগণৈ র্যুতম্॥১৮
নির্লিপ্তং সাক্ষি, রূপঞ্চ নির্গুণং প্রকৃতেঃ পরম্।
ঈষদ্ধাস্য প্রসন্নাস্যং ভক্তানুগ্রহ কারকম্॥
বহ্নি শুদ্ধাং শুকা ধানং রত্ন ভূষণ ভূষিতম্॥ ১৯
তুষ্টাব দৃষ্টা নৃপতিঃ প্রনম্য চ পুনঃ পুনঃ॥
লীলয়া চ বরং প্রাপ্য বাঞ্ছিতং বংশতারনম্॥ ২০
তত্রা জগাম গঙ্গা সা স্মরণাৎ পরমাত্মনঃ।
তংপ্রনম্য প্রতস্থৌচ তং পুরঃ সম্পুটাঞ্জলিঃ ২১
উবাচ ভগবাং স্তত্র তাং দৃষ্টা সুমনোহরাম।
কুর্ব্বতীং স্তবনংদিব্যং পুলকাঞ্চিত বিগ্রহাম্॥ ২২

---

পাখোম্ অনীপাম্ব, খুত্তা মুরলী পায়ব, চহী তম্মাতরাক্ত বয়স ওইব, গোপগী ফিজেৎ সেৎপ, ভক্তবু চান্নীবগী মশক ওইব, অমসুং পরমাত্মা ওইব ঈশ্বরনী॥ ১৭॥ মরম পুন্নমক্ত মপুংফারব তোব ওহ, গী ঈচ্ছাগী মশক ওইব অথোইব ব্রহ্মনী। ব্রহ্মা, বিষ্ণু, শিবন-চিংবন অমসুং মুনি পুন্নমক্ক তিন্দুন স্তুতি তৌখি॥ ৮॥ প্রকৃতিদগী তাণ্ডাম্ব, মায়াগী গুন পক্তব, অমসুং পুন্নমক্কি সাক্ষিগী মশক্নী। মৈথ কজন তকথোক্তব সনা ফীগে থোম্ব মনিমক্ত্রগী ভূষন অলঙ্কারন হকচাংগী মকম চান চান লৈতেংবনী॥ ১৯॥ ভগীরথ নিংথৌরেম্ন হমিবু উয়ুহুনা লৈগী লৈথোন্দুন অমসুং হন্ন হন্ন খুরুমখি॥ শাগৈকমন্দব পুন্নীংব পাম্ববরবু কৃষ্ণন পীহুন ঈরায় লায়ন বর ফংখি॥ ২০॥

মতম অহুদ পরমাত্মা শ্রীকৃষ্ণগী পুন্নীংননীংবদগী অহুগুবা গঙ্গান লাকখি। শ্রীকৃষ্ণবু খুরুমলগা অমসুং কৃষ্ণগী মমাঙমক্তদ লেপ্তুনা লৈখি॥ ২১॥ মশাপুম্ব মতুচুংলহুন, অথোইব কৃষ্ণগী স্তব তৌই,। অহুদ ভগবান মাগী পুন্নীং হুন্নব মশকপু উহল্লগ হায়খি॥ ২২॥

### শ্রীকৃষ্ণ উবাচ।

ভবতং ভারতী শাপাদাচ্ছ শীঘ্রং সুরেশ্বরী।
সগরস্য সুতান্ সর্ব্বান্ পূতংকুরু মমাজ্ঞয়া ॥ ২৩
ত্বংস্পর্শবায়ুনা পূতা যাস্যন্তি মম মন্দিরম্।
বিভ্রতোদিব্যমূর্ত্তিং তে দিব্যস্যন্দন গামিন।॥ ২৪
মৎপার্ষদা ভবিষ্যন্তি সর্ব্বকাল নিরা ময়ঃ।
সমুচ্ছিদ্য কর্ম্ম ভোগংকৃতং জন্মনি জন্মনি।॥ ২৫
কোটিজন্মার্জ্জিতং পাপং ভারতে যৎকৃতং নৃনাম্
গঙ্গায়াং স্পর্শবাতেন ভস্মশ্যতি শ্রুতৌশ্রুতম ॥২৬
স্পর্শ্যাদ্দর্শনাদ্দেব্যাঃ পুণ্যং দশগুনং ততঃ।
মৌষল স্নান মাত্রেন সামান্য দিবসে নৃনাম ॥২৭

---

### শ্রীকৃষ্ণন হায়খি।

হে সুরেশ্বরি। মহাক্ক ভারতীগী শাপ্তগী ভারস্তা থুন চৎলো। ঐগী য়াথং মতুংইন্না সগরগী মচা ময়ামবু সেংদোকপিরু॥ ২৩ ॥ নঙ্গসোক্লবদ হায়বদি ঈশিঙ্গি ময়াকপু দুংশীংন হুমদুন সোক্লবদ মথোয় পুন্নমকতু শেংহুন ঐগী মন্দিরদ চৎকান। মথোয়শিংদো লাই অথোইবগী মূর্ত্তি পুহন অথোইব দোলাই তোংহুন ঐগী থামদ চৎকনি ॥ ২৪ ॥ মতম পুম্বদ অনা ওবেক লৈতন, মপোক মপোক খুদোংদ তৌখিন্দ কর্ম্মগী মহৈ পুম্ববু ককথৎতুন, ঐগী ইনাই পাংথদ ওইরক্কনি ॥২৫॥

মপোক কোটি অমদ তৌখিব ভারত্ত লৈব মীশিংন তৌখিব অহুগুব পাপ্প। গঙ্গাগ সোক্লব নুংশীংন শোকপদগী অহুম্ব পাপ্ত মাঙহল্লী হায়ন বেদদ হায়রি ॥ ২৬ ॥ গঙ্গাদেবীবু শোক্লজকবদগী অহুগুম্ব পুন্যগী গুণ তরাকেনগৎলি। ঈচম চম্ব মমিৎত মীশিং অতুন মোং মুক চাবগুম হেক লুপ্পদ পাপ পুম্ব কোকই ॥২ ॥ অহুম অহুম ওইব

শতকোটি জন্মপাপং নশ্যতীতি শ্রুতৌ শ্রুতম্।
যানি কানি চ পাপানি ব্রহ্মহত্যাদিকানি চ ॥২৮

জন্মসংখ্যার্জ্জিতান্যেবে কামতোঽপি কৃতানি চ।
তানি সর্ব্বানি নশ্যন্তি মৌষল স্নানতো নৃনাম্ ॥২৯

পুণ্যাহ স্নানজং পুণ্যং বেদা নৈব বদন্তি চ।
কেচি বদন্তি তে দেবি ফলমেব যথাগমম্ ॥৩০

ব্রহ্মবিষ্ণু শিবাদ্যাশ্চ সর্ব্বং নৈব বদন্তি চ।
সামান্য দিবস স্নানে সঙ্কল্পং শৃনু সুন্দরী ॥৩১

পুণ্যং দশগুণঞ্চৈব মৌষল স্নানতঃ পরম্।
ততস্ত্রিং শৎগুণং পুণ্যং রবি সংক্রমণে দিনে ॥৩২

অমায়াঞ্চাপি তত্তুল্যং দ্বিগুণং দক্ষিণায়নে।
ততোদশগুণং পুণ্যং নরানামুত্তরায়নে ॥৩৩

---

পাপখিবিকপু অমস্তুং ব্রাহ্মন হাৎপগী পাপ্পু। মপোক কোটি চামদ তৌখিব পাপ্পু মাণ্ডই হায়ন বেদদ হায়রি ॥২৮॥

অপান্থ খবক কয়া তৌহ্নন অমস্তুং মশাং থীওমদ্রব মপোক কয়াদ তৌগ্রব পাপস্থ। গঙ্গাদ মী অত্নন হেক লুপ্পদ অত্নুগুম্ব অয়াম্ব পাপ পুম্ব মাংহল্লি ॥২৯॥ পূন্যদিন থোকপ নুমীৎ ত ঈরুজবী পুণ্য বু বেদমকুম্ব লেপ্প হাম্বব ওমদে। হে দেবী কনাগুম্বসিংন হায়নৈ নংওোন্দা স্নান তৌবগী মহৈবু লেপ্প বেদদ অত্নুম্ন হায়রি ॥৩০॥ ব্রহ্মা, বিষ্ণু, শিবনচিংবন অনস্তুং মীপূম্বন লেপ্পমক হায়ব ওমদে হে শকঘেন্বী। ইচম চম্ব নুমীৎত স্নান তোবদ সঙ্কল্প তৌব হায়গে তারে ॥৩১

ম্নোৎস্নুক চাবগুম্না স্নানতৌবদ অথোইবা অমস্তুং পুন্যহ্নবু লেপ্প গুণ তরা হেল্লী। অত্নুগী তুদ রবিসংক্রান্ত নুমিৎ ত স্নান তৌবগী পুন্যদি গুণ কুন্থা হেল্লী ॥৩২॥ অমাবস্যা নুমিৎ ত স্নান তৌবগী পুন্যদি রবি সংক্রান্তিগ মান্নৈ দখিনায়নগী সংক্রান্তিদ স্নান তৌরগা গুণ অনী হেল্লী। অত্নুদগী মী পুম্বন উত্তরায়নগী সংক্রান্তিদ স্নান তোরগ পুণ্যদু গুণ তরা হেল্লী ॥৩৩॥ চতুর্মাস্য ব্রনতৌরগ পূর্ণিমা নুমিত্ত স্নান তৌরবদি

চাতুর্ম্মাস্যাং পৌর্ণমাস্যাং অনন্তং পুণ্যমেব চ।
অক্ষয়ায়াঞ্চ তত্তুল্যং নৈতদ্বেদে নিরূপিতম্ ॥৩৪
অসংখ্য পুণ্য ফলদমেতেষু স্নান দানকম্।
সামান্যদিবস স্নানাদ্দানাচ্ছতগুণং ফলম্ ॥৩৫
মন্বন্তরায়াং দেবেশি যুগাদ্যায়াং তথৈব চ।
মাঘস্য সিত সপ্তম্যাং ভীষ্মাষ্টম্যাং তথৈব চ।
তথাপ্যশোকাষ্টম্যাঞ্চ নবম্যাঞ্চ তথা হরে ॥৩৬
ততোঽপি দ্বিগুণং পুণ্যং নন্দায়াং তৎ দুর্লভে।
দশহরা দশম্যাঞ্চ যুগাদ্যাদি সমং ফলম্ ॥৩৭
নন্দা সমঞ্চ বারুণ্যাং মহৎ পূর্ব্বে চতুর্গুণম্।
ততশ্চতুর্গুণং পুণ্যং দ্বিমহৎ পূর্ব্বকে সতী ॥৩৮

থেমক মপাম্মাইস্রব পুন্য ফংই। অক্ষয় তৃতীয়াদ স্নান তৌরবদি মাপ মানব পুন্য অম নৈত্রে হায়না বেদদ হায়রি ॥৩৪॥ হায়রিব্রিব মুমীৎ সিংসিদ স্নান দান তৌবদি পুণ্যগী মশিং থীভমদব ফল ফংই। ইচম চম্ব নুমিৎত স্নানদান তৌবদি গুণ চামগী মহৈ ফংই ॥৩৫॥ হেদেবেশি! মন্বন্তর নুমিত্ত যুগাদ্যা নুমীত্ত মাঘসপ্তমীদ, ভীষ্মাসপ্তমীদ অশোকাষ্টমীদ অমসুং রাম নবমী নুমিৎত স্নান দান তৌবদি মথক মাম্নব ফল লেপ্প ফংই ॥৩৬॥

হে ফংঙমঞ্জরী! মংতোন্দ নন্দা তিথিদ স্নান দান তৌব অচুদস পুণ্য শরুক অনা হেল্লী। দশহরাগী দশমীদ স্নান দান তৌবস্ত মথক্কি যুগাদ্যান চিংবগী মহৈগ মামন ফংই ॥৩৭॥
বারুনীদ স্নান দান তৌবস্ত নন্দা তিথিগ মহৈ মানৈ, মহা বরুনীদ স্নান তৌবন মথক্কগী গুণ মরিগী মহৈ হেল্লী; হে সতী! মহা মহা বারুনীদ স্নান দান তৌবগ মথক্কি গুন্দগী শরুক মরি হেল্লা ॥৩৮॥

পুণ্যং কোটি গুণঞ্চৈব সামান্য স্নান তোহি যৎ।
চন্দ্রো পরাগ সময়ে সূর্য্যে দশগুণং ততঃ ॥৩৯
পুণ্যেঽহ প্যর্দ্ধোদয়ে কালে ততঃ শতগুণং ফলম্।
সর্ব্বেষামেব সঙ্কল্পো বৈষ্ণবানাং বিপর্য্যয় ॥৪০
ফল সন্ধান রহিতা জীবন্মুক্তশ্চ বৈষ্ণবাঃ
মৎ প্রীতি ভক্তি কামস্তে সর্ব্বদা সর্ব্ব কর্ম্মসু ॥৪১
গুরুবক্ত্রাদ্বিষ্ণুমন্ত্রো যস্য কর্ণে প্রবিশ্যতি।
জীবন্মুক্তং বৈষ্ণবং তৎ বেদাং সর্ব্বে বদন্তি চ ॥৪২
পুরুষাণাং শতং পূর্ব্বং পিতৃকঞ্চ পরং শতম্।
মাতা মহস্য চ শতং মাতরং মাতৃ মাতরম্ ॥৪৩
ভগিনীং ভ্রাতরঞ্চৈব ভাগিনেয়ঞ্চ মাতুলম্।
শ্বশ্রুঞ্চ শ্বশুরঞ্চৈব গুরুপত্নীং গুরোঃ সুতম ॥৪৪

---

অচৎ দিন্দ স্নান তোবদি অদুগুম্ব মহে মতীক চাব অহুৎ ফংই, চন্দ্র গ্রহন্দ স্নান তোবগী পুণ্যবু কোটি গুণ ফাই। অদুদগী সূর্য্যগ্রহন মতমদ স্নান দান তোবদসু মথক্কিদগী গুণ তরা হেল্লী ॥৩৯

অর্দ্ধোদয় মতমদ স্নান দান তোবদি মথক্কি পুণ্যদগীসু গুণ চামগী মহৈ হেনগৎলি। গঙ্গা স্নানগী মতমদ মী পুম্বন লেপ্প সঙ্কল্প তৌনৈ অমসুং বৈষ্ণবশিঙ্গিদি ওন্ন তৈনব ওই ॥৪০॥ বৈষ্ণবশিঙ্গিদি মহৈপাম্ব অমত্ত লৈতে, জীবন্মুক্ত (অরান খুবম) ফংবসু পামদে। বৈষ্ণবশিংদি কর্ম্ম পুম্বদসু মতম পুম্বদা কৃষ্ণ ঐগী পেম্মনব ভক্তিদমক পামই ॥৪১

গুরুগী মচীন্দগী বিষ্ণুগী মন্ত্র মাগী নাকোংদ হেক চংখিবদ। অদুগুম্ব বৈষ্ণব অদুবু জাবন মুক্ত ওইরে হায়না অমসুং বেদ পুম্নমক্ক হায়নরিবনি ॥৪২॥

মমাইগুদ লৌগুপ্রব মথোইব পিতৃচাম, অমসুং পুরুষশিংসু চাম, ইমা পোকপা ইবুধোশিংসু চাম অমসুং ঈমা ঈবেমশিংসু চাম লানব ফংই ॥৪৩॥ মচন, মাচন, মচীন মনাও, মচনগী মচ, মাম, মামগী ঈনে, ঈনেম্বোক, গুরুগী মুপী, গুরুগী মচাশিংসু লোইন অরাম্ব ফংই ॥৪৪

গুরুঞ্চ জ্ঞানদাতারং মিত্রঞ্চ সহচারিণম্।
ভৃত্যং শিষ্যং তথা চেটীং প্রজাঃ স্বাশ্রম সন্নিধৌ ॥৪৫
উদ্ধরেদাত্মনা সার্দ্ধং মন্ত্রগ্রহণ মাত্রতঃ
মন্ত্রগ্রহণ মাত্রেণ জীবন্মুক্তো ভবেন্নরঃ ॥৪৬
তস্য সংস্পর্শনাৎ পূতং তীর্থঞ্চ ভূমি ভারতম্।
তস্যৈব পাদরজসা সদ্যঃ পূতা বসুন্ধরা।
পাদোদক পূতস্থানং তীর্থমেব ভবেদ্ ধ্রুবম্ ॥৪৭
অন্নং বিষ্ঠা জলং মূত্রং যদ্বিষ্ণোরনিবেদিতম্।
বৈষ্ণবাশ্চ ন খাদন্তি নৈবেদ্য ভোজিনঃ সদা ॥৪৮
বিষ্ণোর্নিবেদিতান্নাঞ্চ নিত্যং যে ভুঞ্জতে নরাঃ।
পূতানি সর্ব্বতীর্থানি তেষাঞ্চ স্পর্শমাত্রতো ॥৪৯

---

জ্ঞানপীনব গুরু অমসুং গুরুগী মরূপ, অমদি গুরুগী লোয়নব শিষ্য, মনাই, আশ্রম মনাক্তা লৈব প্রজা পুম্ব লোইনা অরাম্ব ফংই ॥৪৫॥ বিষ্ণু মন্ত্র হেক লৌবদ মহাক্ত লোয়নন মথক্তা কাংখ্রিবগুগ নালমিন্নৈ। বিষ্ণু মন্ত্র হেক লৌব মক্তদ মী মহাক্তু জীবন্মুক্ত ওই ॥৪৬॥ অদুগুম্ব বৈষ্ণব অদুগ হেক সোক্লবদগী ভারত ভূমিদ লৈব তীর্থ পুম্নমকপুম্ব সেংবিগনি। অদুগুম্ব বৈষ্ণবতুগী খুয়া উফুম্ন তাবদ পৃথিবীন খুংথক্ত সেংই। অদুম্ব বৈষ্ণবতুগী খোঙসেংদোকপগী ঈশিং তাব মফমদু লেপ্প তীর্থ মওইরে ॥৪৭॥

কনাগুম্ব মীতুন বিষ্ণুদ কংতব চাক চাবদি মাংথোকপ চাবগা মাৈন অমসুং ঈশিংসু ঈশিং চংথোকপ থকপগ মাৈন। বৈষ্ণব শিংগীদি বিষ্ণুদ কংতন থক চাদে মতম পুম্বদ নৈবেদ্যনা চাবে বিষ্ণুদ কংলগ চায় ॥৪৮॥ বিষ্ণুদ কংলগ নিতিগী চারিব অমসুং অদুগুম্ব মীশিংদো। ওম্বোপনি মখোয়শিং অদুন শোকপদগী অদমুং তীর্থ পুম্নমকপু সেংহল্ল ॥৪৯॥ বিষ্ণুগী পাদগী চরণামৃতবু নিত্যগী থকইব অদুগুম্ব মীতুগী

বিষ্ণোঃপাদোদকং পুণ্যং নিত্যং যে ভুঞ্জতে নরাঃ।
তেভ্যঃ পাপাঃ পলায়ন্তে বৈনতেয়াদি বোরগাঃ ॥৫০
তেষাং দর্শন মাত্রেণ পূতঞ্চ ভুবন ত্রয়ম।
বিষ্ণোঃ সুদর্শনং চক্রং সততং তাশ্চ রক্ষতি ॥৫১
মদ গুণ শ্রবনাদ যে চ পুলকাঞ্চিতবিগ্রহাঃ।
গদগদাঃ সাশ্রু নেত্রাস্তে নরাশ্চ বৈষ্ণবোত্তমাঃ ॥৫২
পুত্রাদপি পরঃ স্নেহে ময়ি যেষাং নিরন্তরম।
গৃহাস্তাশ্চ মন্নিষ্ঠাস্তে নরাঃ বৈষ্ণবোত্তমঃ ॥৫৩
আব্রহ্ম স্তম্ভ পর্য্যন্তং মত্তঃ সর্ব্বং চরাচরম্।
সর্ব্বেষা মহমাত্মেশ ইতিজ্ঞা বৈষ্ণবোত্তমাঃ ॥৫৪

পুন্থদি। মখোয়শিংদুগী পাপশিংদুদি লাপ্প চেনখি, মদুদি গরুড়বু উরগ লিনশিংন চেনখিবগুমই ॥৫০॥ মখোয়শিংদুগ শোক্নব মক্তনস্থু মরোন অহুম্বু শেংহল্লি॥ মখোয়দুবু বিষ্ণুনা সুদর্শন চক্রন মতম পুম্বদ ঙাক্কুন লৈ ॥৫১॥

মখোয়শিংদুদি কৃষ্ণ ঐগী গুণ তাবদা মশাপুম্ব মতুচ্ংই। বা মচেৎ মচেং ঙাংদুনা ঐগী নাম শোন্দ্বদ মমীৎতগী মপি শিন্থব অহু-গুম্ব মী অদুবু বৈষ্ণব অখোইবনী ॥৫২॥ মখোয়দুদি মচাদগী হেন্ন অন্তংপ লৈতন কৃষ্ণ ঐঙোন মুংশিজে। অহুগুম্ব মীশিংদুদি মযুম্ন চিংব মরন সম্পত্তি পুম্ব ঐঙোন্দ লোইন কংখোকই মহাক্তু বৈষ্ণব অখোইবনী ॥৫৩॥

বৈষ্ণব অখোইবসিংন ব্রহ্মাদগীন যুম্বান লোম্ব কাওব অচৎপ চৎতব সংসার পুম্নমকপু। আত্মাগী মপু ওইব ঐদোন্দগী পুম্নমকশী ওইখিবনী হায়বসী মখোয়ন খঙ্ ॥৫৪॥ মশীং থীডমত্রব কোটি ব্রহ্মাণ্ডগ্র ব্রহ্মা,

অসংখ্য কোটি ব্রহ্মাণ্ডং ব্রহ্ম বিষ্ণু শিবাদয়ঃ।
প্রলয়ে যস্মি লীয়ন্তে চেত্তিজ্জ্ঞা বৈষ্ণবোত্তমা ৫৫
তেজঃ স্বরূপং পরমং ভক্তানুগ্রহবিগ্রহম্।
স্বেচ্ছাময়ং নির্গুণঞ্চ নিরীহং প্রকৃতেঃ পরম ॥৫৬
সর্ব্বে প্রাকৃতিকা যত্র আবির্ভূতা স্তিরো হিতাঃ।
ইতি জানন্তি যে দেবি তে নরা বৈষ্ণবোত্তমঃ ॥৫৭
ইত্যেব মুক্ত্বা দেবেশো বিররাম তয়োপুরঃ।
উবাচ তং ত্রিপথগা ভক্তি নম্রাত্ম কন্ধরা ॥৫৮

গঙ্গোবাচ।

যাস্যি চেত্তারতং নাথ ভারতী শাপতঃ পুরাঃ।
তবাজ্ঞয়া চ রাজেন্দ্র তপস্থ চৈব শামপ্রতম ॥৫৯

---

বিষ্ণু শিবন চিংব ময়াম লৈ। প্রলয়গী মতমদ কৃষ্ণ ঐত্তোন্দ লীন ওইহনস্থ ঐত্তোন্দ লৈ অস্থুয় খণ্ডই অহুগুম মভোয়দু বৈষ্ণব অখোইবনী ॥৫৫॥ মনাই ভক্তবু চাম্বীগদবগী মশক ওইব, অখোইব মণ্ডায়তিয় মশক্লী। মাগী ঈচ্ছাগী মশক ওইব, মায়াগী গুণ পক্ত্রব, নিরীহং (অমবু নীংউব লৈত্রব) অমস্থং প্রকৃতিদগী তোঙাম্বনী ॥৫৬॥ অয়াম্ব প্রাকৃতিক পুম্ব ঐত্তোন্দগী ওইখিবনী অমুকস্থ ঐত্তোন্দ চিংশিন্বনী! হে দেবী! অস্থুয় খংব অহুগুম্ব গী মখোয়দো বৈষ্ণব অথোইবনী ॥৫৭॥ অস্থুম হায়হ্লন লাই অথোইব শ্রীকৃষ্ণন গঙ্গ ভগীরথ অগীগী মমাঙদ বাঙাঙব লেপাখ। শ্রীকৃষ্ণগী মাথং তারব অহুগুম্বী গঙ্গান ভক্তিগ লোয়নন নোল্লুকহুন হায়জখি ॥৫৮॥

গঙ্গান হায়খৈ।

হে নাথ ঈবু ভো। মশ্নাইভেদ ভারতীগী শাপুগী চৌজীক ভারত্ত ঐ চৎচরগে। লেপ্লক পৌক্তিকমক লঙ্গী থাখ মহুংইন অমস্থং ভগীরথ নিংথৌগী তপস্থু মরম ওইদুনা চংচগে ॥৫৯॥ হে প্রভো।

দাস্যন্তি পাপিনো মহ্যং পাপানি যানি কানি চ।
তানি মে কেন নশ্যন্তি তদুপায়ং বদ প্রভো। ॥৬০

কতিকালং পরিমিতং স্থিতির্মে তত্র ভারতে।
কদা যাস্যামি সর্ব্বেশ তদ্বিষ্ণোঃ পরমং পদম্ ॥৬১

মমান্যদ্বাঞ্ছিতং যদ্‌ যৎ সর্ব্বং জানাসি সর্ব্ববিৎ।
সর্ব্বান্তরাত্মা সর্ব্বজ্ঞ তদুপায়ং বদ প্রভো ॥৬২

শ্রীকৃষ্ণ উবাচ।

জানামি বাঞ্ছিতং গঙ্গে তব সর্ব্বং সুরেশ্বরি।
পতিস্তে রুদ্ররূপোঽয়ং লবণোদো ভবিষ্যতি ॥৬৩

মমাংশঃ সঃ সমুদ্রশ্চ ত্বঞ্চ লক্ষ্মী স্বরূপিণী।
বিদগ্ধায়া বিদগ্ধেন সঙ্গমো গুণবান্ ভুবি ॥৬৪

পাপীসিংন ঐঙোন্দা অতুম অতুম ওইরব পাপশিংবিরকপা শীরগনি। অদুগুম্ব পাপসিংদু ঐন করম্ না মাংহনরগনি মদুগী উপায়দু হায়রিবিয়ু ॥৬০॥ অদুগুম্ব ভারত ভূমিদ চহী মতম করম্ না কুইন লৈগদগে। পুম্নমক্কি মপু ওইরব বিষ্ণু মহাক্কি অথোইবা চরণ থম্বালবু কদোম্তৌ অমুক ফংলকনি ॥৬১॥ হে সর্ব্ববিৎ! নংদি পুম্নমক খঙবনি ঐগী অপাম্ব বিষয় অদুগুম্বসিংদু, হে প্রভো? পুম্নমক্কি আত্মা ওইরব, পুম্নমক খঙবও মাদুগী উপায়বু হায়রিবিয়ু ॥ ৬২ ॥

শ্রীকৃষ্ণন হায়রকই।

হে সুরেশ্বরী গঙ্গে! নঙ্গী অপাম্বা পুম্ব ঐন খঙই। রুদ্রগী মশক ওইরব শিবদ অম্বুম্ব লবন সমুদ্রদ নঙ্গি নপুরোইরব ওইগনি ॥৬৩॥ সমুদ্র-সুম্ব ঐগী অংশন ওইরবনি নংসু লক্ষ্মীগী মশক ওইরবনি। কাম পাম্বগ কাম পাম্বীগ অনী তিম্নবদি পৃথিবীদ গুণ যাম্ন লৈব ওই ॥ ৬৪ ॥

যাবত্যঃ সন্তি নদ্যশ্চ ভারত্যাং যাশ্চ ভারতে।
সৌভাগ্যস্ত্বঞ্চ তাসেব লবনোদস্য সৌরতে ॥৬৫
অদ্যপ্রভৃতি দেবেশি কলেঃ পঞ্চ সহস্রকম্।
বর্ষং স্থিতিস্তে ভারত্যাঃ শাপেন ভারতে ভুবি ॥৬৬
নিত্যং বারিধিনা সার্দ্ধং করিষ্যসি রহো রতিম্।
ত্বমেব রসিকা দেবী রসিকেন্দ্রেণ সংযুতা ॥৬৭
ত্বাং স্তোষ্যন্তি চ স্তোত্রেন ভগীরথ কৃতেন চ।
ভারতস্থা জনাঃ সর্ব্বে পূজয়িষ্যন্তি ভক্তিতঃ ॥৬৮
কৌথুমোক্তেন ধ্যানেন ধ্যাত্বা ত্বাং পূজয়িষ্যতি।
যঃ স্তৌতি প্রণমেন্নিত্যং সোঽশ্বমেধ ফলং লভেৎ ॥৬৯
গঙ্গা গঙ্গেতি যো ব্রুয়াদ যোজনানাং শতৈরপি।
মুচ্যতে সর্ব্বপাপেভ্যো বিষ্ণুলোকং স গচ্ছতি ॥৭০

---

হে গঙ্গে। ভারত্ত সরস্বতীন চিংবী তুরেল পুম্নমক লৈ অমস্তং মখোয় পুম্নমক নংগ লোয়নন তিন্নবদ লবণ সমুদ্রগী য়াম্ন অপেম্ব ওইগনি ॥ ৬৫ ॥ হে দেবেশি। সরস্বতীগী শাপ্তগী ভশিদগী কৌন কলিন চহিলীশীং মঙা শুব কাওব ভারত ভুমিদ লহাক্ক লৈব ওইগনি ॥৬৬॥

দেবী। রস খঙবী নংগ রস খঙব অথোইব সমুদ্রগ লোয়নন লেপ্প নিতীগী অচিকপদ রতি শ'ম্নরগনি ॥ ৭॥ ভারত্ত লৈব মী পুম্বন ভক্তি তৌন পূজা তৌরগনি। ভগীরথন তৌব স্তোত্রন অমস্তং নঙ্গি অপাম্বস্থ ওইগনি ॥৬৮॥ কৌথুম শাখাদ হাঙ্কব ধ্যান্ন ধ্যানতৌদুন নংবু পূজা তৌরগনি। মী অদুম স্তোত্র তৌদুন নিতিগী খুরুমজরবদি মহাক্কু অশ্বমেধগী মহৈ ফংই ॥৬৯॥

কনাগুম্ব মী অমন যোজন চামলাপ্পদগীস্থ গঙ্গা, গঙ্গা হান্নব মিং অসী শোঞ্জব মক্তদ। পাপ পুম্নমক কোক্তুন মী মহাক্কু বিষ্ণু লোক চৎকনি ॥৭০॥ পাপি লীশাং লীশীংন স্নান তৌবদ নংগী গর্ভদ

সহস্র পাপিনাং স্নানাৎ যৎ পাপংতে ভবিষ্যতি।
মদ্ভক্তৈক দর্শনেন তদেব হি বিনশ্যতি॥৭১
পাপিনান্তু সহস্রানাং শবস্পর্শেন যৎ তব।
মন্ত্রো পাসক স্নানাৎ তদঘঞ্চ বিনশ্যতি॥৭২
যত্র তত্র ভবেদ্গঙ্গে মন্নাম গুণ কীর্ত্তনম্।
তত্রৈব অমধিষ্ঠানং করিষ্য শ্রবণোচনাৎ॥৭৩
সার্দ্ধং সরিদ্ভি শ্রেষ্ঠাভিঃ সরস্বত্যাদিভিঃ শুভে।
তত্তু তীর্থং ভবেৎসদ্যো যত্র মদ্গুন কীর্ত্তনম্॥৭৪
তদ্রেনু স্পর্শ মাত্রেন পুতো ভবতি পাতকী।
রেনুপ্রমানং বর্ষঞ্চ স বৈকুণ্ঠো ভবেদ ধ্রবম্॥ ৭৫
জ্ঞানেন ত্বয়ি যে ভক্ত্যা মন্নাম স্মৃতি পূর্ব্বকম্।
সমুৎ সৃজন্তি প্রানাংশ্চতে গচ্ছন্তি হরে পদম্॥৭৬

---

পাপ পুম্ব লৈহৌগনি। অদুগুম্ব পাপ পুম্বন্ ঐগী ভক্ত অমতং হেক উদন পাপ্তু লেপ্পমক মাঙনি॥৭১॥ পাপি লীশিংগী অশিব মশাগ শোরুরুবদগী নংঙোন্দ পাপ্তু লৈহৌগনি। ঐগী মন্ত্রশোম্ব ভক্তশিংন স্নান তৌবদগী অদুগুম্ব পাপ পুম্বদুস্থ লেপ্প মাঙখিনি॥৭২॥

হে গঙ্গে। অদুম অদুম্ব মফম খুদীংদ ঐগী নাম, গুণ শকপ শোম্ব মফমদ। নহাক্ন চংদুন তাও অদুদ অদুম্ব পাপ্তু লেপ্প কোক্তনি॥৭৩॥ হে নীংথিবী! ঐগী গুণ শকপ শোম্ব মফমদু খুৎদক্ত মদু তীর্থ ওই। সরস্বতীনচিংবী অথোইবী তীর্থশিঙ লোয়নন চংদুন লৈগনি॥৭৪॥ অদুগুম্ব হরিসঙ্কীর্ত্তন তৌব মফমদুগী উফুন্দুবু হেক শোকচদুন কোক্ত হাপ্পদগী পাপ পুম্ব শেংবী॥ অদুগুম্ব মান পায়রুব উফুন্দুগ মানব চহী মশীঙ মানন মহাকতুস্থ বৈকুণ্ঠদ লেপ্প লৈগনি॥৭৫॥ মীশিংদুন জ্ঞানতান কৃষ্ণ ঐগী নাম্বু নীংশিংজদুন ভক্তিতোন নংঙোন্দ। চোংথদুন মথরায় থাজত্রবদি অমম্থং মহাক্তু হরিগী চরণ কংই॥৭৬॥

পার্ষদ প্রবরাস্তেচ ভবিষ্যন্তি হরেশ্চিরম্।
লয়ংপ্রাকৃতিকং তেচ ব্রক্ষ্যন্তি চাপ্য সংখ্যকম ॥৭৭
মৃতস্ত বহুপুণ্যেন তচ্ছবং ভূমি বিন্যসেৎ।
প্রয়াতি স চ বৈকুণ্ঠং যাবদস্থাং স্থিতির্ভুবি ॥ ৭৮
কায়ব্যূহং ততঃ কৃত্বা ভোজয়িত্বা স্ব কর্ম্মকম্।
তস্মৈদদামি শারূপ্যং করোমি তঞ্চ পার্ষদম্ ॥৭৯
অজ্ঞান ত্বাজ্জল স্পর্শাদ যদি প্রায়ান সমুত্সুজেৎ।
তস্মৈদদামি সারূপ্যং করোমি তঞ্চ পার্ষদম্ ॥৮০
অন্যত্রবা ত্যজেৎ প্রানাং তন্নাম স্মৃতি পূর্ব্বকম।
তস্মৈদদামি সারূপ্য মসংখ্য প্রলয়ং লয়ম্ ॥৮১
অন্যত্রাত্যজেৎ প্রাণাং মন্নাম স্মৃতি পূর্ব্বকম্।
তস্মৈদদামি সালোক্যং যাবদ্বৈ ব্রহ্মনো বয়ঃ ॥ ২

---

অদুগুম্ব মহাক্ত, মতম কুহৈন হরিগী চরণ নাক্ত পার্ষদ অথোইব ওইরক্কনি। প্রাকৃতিক প্রলয় ওইবনু অমসুং মশীং থীঙমদন মথোয়-ছুনসু উবফজনি ॥৭৭॥ অয়াম্ব পুন্যহুগী পাঙম মাগী অশিব হকচাং অছুন নঙ্গি ঈশিং মসুংদ লৈরিব মথৈ, অছুদগী মাগী শরূমম্নামছন নঙ্গি গর্ভদ লৈরিবমথৈ অমসুং মহাক্ত, বৈকুণ্ঠদ লৈগনি ॥৭৮॥ অছুগী ফুংদ ঐন কায় ব্যূহ (হকচাং পায় ময়াম) ওই হন্দুন মা মান তৌব কর্ম্মগী মহৈ চাহন্দুন, সারূপ্য (ঐগ মানব) শকরূম মাগীদমক পীছন ঐগী পার্ষদ ওইহল্লি ॥ ৭৯ ॥ নংবু থওদব জীবন নঙ্গি ঈশিংগ সোক্ত-বদগী মথয়ায় থাগ্রব'দ। মঙোন্দ সারূপ্য পীছন অমসুং মাবু ঐগী পার্ষদ (ইনাই) ওই ॥৮০॥

অতৈ অতোপ্প মফমদ নংগী নাম্ব, নীংশি ছুন অমসুং মথয়ায় থাগ্রবদি। মঙোন্দ সারূপ্য পীছন অমসুং ঐগী ইনাই ভক্তওইনি ॥৮১॥ অতৈ এতোপ্প মফম অমদ কৃষ্ণ ঐগী নাম্ব, নীংশিংবন মাঙওইনছন, সোগ্রবদি, মাঙোন্দ সারূপ্য পীছন অমসুং ঐগী ইনাই ওইহল্লি ॥৮২॥

তীর্থেঽপ্য তীর্থে মরণে বিশেষো নাস্তি কশ্চন
মন্ত্রো পাপকা নাঞ্চ নিত্যং নৈবেদ্য ভোজিনাম ॥৮৩
পূতং কর্ত্তুংস শক্তো হি লীলয়া ভুবন ত্রয়ম।
রত্নেন্দ্র সারযানেন গোলোকংস প্রয়াতিচ ॥৮৪
মত্তক্ত বান্ধবা যেযে তেতে পুণ্যবিয়ঃ শুভে।
তে যান্তি রত্ন যানেন গোলোকঞ্চ সুদুর্লভম ॥৮৫
যত্র তত্র মৃতা যেচ জ্ঞানা জ্ঞানেন বা সতি।
জীবন্মুক্তাশ্চ তে পূতা মত্তক্ত সন্নি ধানতঃ ॥৮৬
ইত্যুক্ত্বা শ্রীহরিস্তাঞ্চ তমুবাচ ভগীরথম।
স্তুহি গঙ্গামিমাং ভক্ত্যা পূজাং কুর্ব্বিতি সাম্প্রতম ॥৮৭
ভগীরথস্তাং তুষ্টাব পূজয়ামাস ভক্তিতঃ।
কৌথুমোক্তেন ধ্যানেন স্তোত্রেন চ পুনঃ পুনঃ ৮৮॥

---

নিত্তিগী নৈবেদ্য কৎতুন প্রসাদ ফংব কনাগুম্বসিংন ঐগী মন্ত্রবু লোঞ্জবসিংন অমসুং তীর্থদ ওইরবসু তীর্থ নত্তবদ ওইরবসু শিথিবদি মশিন হেল্লি হায়নিঙঙাই নৈতে চপমাদে ॥৮৩॥ মখোয়দুগী শক্তিদি লেপ্প মরোন অদুবু ইরায় লায়ন লেংহুন, অখোইব সনা মণি রত্নন শারব বিমান্দ তোংহুন অমসুং গোলোক্ত মান চৎলী ॥৮৪॥

হেশুভে। অদুগুম্ব কৃষ্ণ ঐগী ইনাই ভক্তগী শাগৈ নাতৈ মরি মতা অদুম অদুম মখোয়দুসু পুণ্য য়াম্ন তোরবনি। অদুগুম্ব বন্ধুসিংদুসু কাংডমত্রব অমসুং গোলোক্ত সনাগী বিমান তোংহুন চৎখি ॥৮৫॥ ঐগী ইনাইগী মনাক্ত মফম মফম শুদাঁদ ভক্তনী হায়রব খঙ্গদুনবু ওইরবসু মীদুন শিজপ্রবদি হে সতী। মখোয়দু অপেংব পাপ লৈতব ওইদুন লোকপগী অরান খুবম ফংই ॥৮৬॥

মসাদ রাঅশী হায়গ শ্রীহরিন ভগীরথদসু হায়খি। অসীগুম্বা গঙ্গাসিদ স্তুবতো অমসুং হৌজিক ভক্তি তৌন পূজাতোরে ॥৮৭॥ ভগীরথন গঙ্গাবু স্তুবতোরে ভক্তিতৌন পূজাসু তোরে। কৌথুম শাখাদ হায়ব ধ্যান অমসুং স্তোত্রনবুসু হয় হয় তৌখি ॥৮৮॥

প্রণনাম চ শ্রীকৃষ্ণং পরমা ত্মান মীশ্বরম্
ভগীরথশ্চ গঙ্গাচ সোহন্তর্দ্ধানং চকারহ ॥৮৯

নারদ উবচ

কেন ধ্যানেন স্তোত্রেন কেন পূজাক্রমেন চ।
পূজাং চকার নৃপতির্বদ বেদ বিদাং বর।৯০

নারায়ণ উবাচ।

স্নাত্বা নিত্যক্রিয়াং কৃত্বা ধৃত্বা ধৌতে চ বাসসী।
সমপূজ্যদেবষট সংযতো ভক্তি পূর্ব্বকম্ ॥৯১
গণেশঞ্চ দিনেশঞ্চ বহ্নিং বিষ্ণুং শিবং শিবাম্।
সম্পূজ্যেবষট্ কৃষ্ণ সোহধিকারী চ পূজয়েৎ ॥৯২
গনেশং বিঘ্ন নাশায় নিষ্পাপায় দিবাকরম্।
বহ্নিমাত্মশুদ্ধয়ে বিষ্ণুং মুক্তয়ে পূজয়েন্নরঃ ॥৯৩

---

অসীপী তুংদ ভগীরথসু অমসুং গঙ্গাসু পরমাত্মা ওইব শ্রীকৃষ্ণবু খুরুমজরদ অমসুং ঈশ্বর হরিন অন্তরর্দ্ধান ওইখি ॥৮৯॥

নারদন হায়জে।

হে বেদ খঙব অখোইব। রাজা ভগীরথন করম্ ধ্যান, স্তবন, অমসুং পূজাগী বিধি মতুংইন মান তৌব মওংদু অমসুং সন্দোক্ন হায়বিয়ু ॥৯০॥

নারায়নন হায়খি।

মীওইবসিংন স্নান তৌরগ নিত্তিগী তৌব থবক লোয়রগ অহূপী তুংদ অশেংব কি শেৎ ইন্দুন পুক্নীং ইস্রি ন.কসিন্দুন ভক্তিন মাংওই-মচুন গনেশনচিংব লাই তরুকপুসু পূজা তৌগনি ॥৯১॥ গনেশবু, সূর্য্যবু, নৈবু, বিষ্ণুবু, শিববু অমসুং দুর্গাবু লাইতরুক পূজা তৌরগ অমসুং মান তৌগদৌরিব লাইবুসু পূজা তৌগনি ॥৯২॥ গনেশবু পূজা তৌবন নৈথায়ব অকায়ব মাঙহল্লি, সূর্য্য পূজা তৌবন পাপ কোক্লবনী। নৈ পূজান মাগী মথা শেংনবনী, বিষ্ণুন লায়বগীনি, ॥৯৩॥ জ্ঞানগী মপু

শিবং জ্ঞানায় জ্ঞানেশং শিবাঞ্চ বুদ্ধি বৃদ্ধয়ে।
সম্পূজ্য ভজতে প্রাজ্ঞো বিপরীত মতোঽন্যথা ॥১৪
দধ্যাবনেন তদ্ধ্যানং শৃণু নারদ তত্ত্বতঃ।
ধ্যানঞ্চ কৌথুমোক্তঞ্চ সর্ব্বপাপ প্রণাশনম্ ॥১৫
শ্বেতচম্পক বর্ণাভাং গঙ্গাং পাপ প্রণাশিনীম্।
কৃষ্ণবিগ্রহ সম্ভূতাং কৃষ্ণতুল্যাং পরাং সতীম্ ॥১৬
বহ্নিশুদ্ধাং শুকাধানাং রত্ন ভূষণ ভূষিতাম্।
শরৎ পূর্ণেন্দুশতকং প্রভামুষ্ট করাং বরাম্ ॥১৭
ঈষদ্ধাস্য প্রসন্নাস্যাং শশ্বৎসুস্থির যৌবনাম্।
নারায়ণ প্রিয়াং শান্তাং সৎ সৌভাগ্য সমন্বিতাম্ ॥ ১৮
বিভ্রতীং কবরীভারং মালতী মাল্য সংযুতাম্।
সিন্দুর বিন্দু ললিতাং সার্দ্ধং চন্দন বিন্দুভিঃ ॥১৯

শিব পূজান জ্ঞান ফংনবনি অমসুং শিবা দুর্গাবুন বুদ্ধি চাওখৎনবনি॥ অথওব পণ্ডিতশিং পূজা তৌরগ হারপ্রিব মহৈশী ফংই অণাবু তৌরবদি মহে মাঙই ওয়ব ওই ॥১৪॥

হে নারদ! কৌথুম শাখাদ হায়ব পাপ পুম্ব মাঙনব ওইব, অদুগুম্ব ধ্যান অদুবু হায়রগে তারে' ॥১৫॥ অঙৌব লৈহাও লৈয়েন মচুগুম্ব ওাম্বী পাপপুম্ব মাঙহম্বী গঙ্গাবু, কৃষ্ণগী হকচাংদগী পোকপী কৃষ্ণগ মানবী অথোইবী সতীনি ॥১৬॥ মৈদ সেংদোক্লব ফি সেৎইবী সনা মণিরত্নগী ভূষন্ন লৈতেংবী সরৎকী পূর্ণিমা চামগী মঙানগুম্ব ওাম্বী অথোইবীনি ॥১৭॥ মায়থোং মকা ফম্বী, মোমোন নোকপী, মতম পুম্বদ মথোৎকাবিনী। অয়োংবী অথোইব লাইবক ফবন তৌম্বী নারায়নগী চান্নবীনি ॥১৮॥ শমজী শমবুনগী অকোয়বদ মালতী পরেংন লৈতেংবী, সিন্দুরগী বিন্দুন অমসুং চন্দনগী বিন্দুগ লোয়নন লাইবক্ত ওাংওান ওনৌবীনি ॥১৯॥

কস্তুরী পত্রকং গণ্ডে বা বাচিত্র সমন্বিতম্ ।
পক্কবিম্ববিনিন্দৈক চারোষ্ঠ পুট যুতম্ ॥১০০
মুক্তা পঙক্তি প্রভামুষ্ট দন্ত পঙক্তি মনোহরাম্ ।
সুচারু বক্রনয়নাং স কটাক্ষং মনোহরাম্ ॥১০১
কঠিন শ্রীফলাকারম্ স্তনযুগ্মং সপত্রকম্ ।
বৃহৎশ্রোণীং সুকঠিনাং রম্ভাস্তম্ভ বিনিন্দিতাম্ ॥১০২
স্থলপদ্মপ্রভামুষ্ট পাদপদ্ম যুগং বরম্ ।
রত্নপাশক সংযুক্তং কুঙ্কুমাক্তং সযাবকম্ ॥১০৩
দেবেন্দ্র মৌলিমন্দার মকরন্দ কণারুণম্ ।
সুরসিদ্ধ মুণীন্দ্রৈশ্চ দত্তার্ঘ্যসং যুতং মুদা ॥১০৪
তপস্বিমৌলিনিকর ভ্রমর শ্রেণি সংযুতম ।
মুক্তিপ্রদং মুমুক্ষূণাং কর্ম্মিণাং স্বর্গভোগদম্ ॥১০৫

মথল মথলগী য়েক্লব কস্তুরী চন্দন খজাইদ উনাগী মওং মায় য়েকপন নীংথিজে। মহাক্কি চিন্বান মথক মথা অনীচু অমুখ তরাম ইকাইনব ওইবী অথোইবীনি ॥১০০॥ মাগী পরেংন মুক্তা পরেংগী মঙান-গুম পুক্লীং হুবীনি। মহাক্কি ফজরব মমীৎ অনীন খোই খোয়তোব মীৎচিন য়েংবদ পুক্লীং হুবীনি ॥১০১॥ কল্লব থা অনিচুন হৈথাগোক মহৈগুম্বী অহুগী মথক্ত. পত্রাবলি য়েকই। মায় কল্লব অচোব নীংচু কৈবোমচু লফুপেত্রান ঈকায়নবগী মওংনো ॥১০২॥

থুম্না থম্বাল অনীচু স্থলকমন কোবী লৈগী মঙানগুম অঙাংবী অথোইবীনি। মণিরত্নগী আভরণ খোঙদ লৈতেংবী কুঙ্কুমগ লোয়নন খুয়াদ যাবক থাবীনি ॥১০৩॥ ইন্দ্রগী কোকথক্ত উপ্প লুহুপ্ত মন্দার পুষ্পগী লৈরীককি মকুপ মকুপ ঙাংঙানবদ খোইমুন ইবগুম চরন্দ লাই অথোইবন, মুনি শথোইবশিংন হয়াওন অর্ঘ্যগ লোয়নন মাগী মখোঙদ কৎনৈ ॥১০৪॥ লাইনী বশিঙ্গি মকোক্কী মশক ওইব খোইমুগী মপৈন তিম্বীনি। গঙ্গাদেবীগী খোঙ থম্বান অনিচুদি অরাম্ব কংনীংবশিংদ মুক্তি পীথৈ অমসুং কাম পাম্বাসিং স্বর্গভোগ কংব পী ॥১০৫॥ বর নিজবশিংদ

বরাংবরেণ্যাং বরদাং ভক্তানুগ্রহ কাতরাম।
শ্রীবিষ্ণোঃ পদদাত্রীঞ্চ ভজেবিষ্ণু পদীং সতীম ॥১০৬
ইত্যনেন চ ধ্যানেন ধ্যাত্বা ত্রিপথগাং শুভাম।
দত্ত্বা সম্পূজয়েদ ব্রহ্মন্ন পচারাণি ষোড়শ ॥১০৭
আসনং পাদ্যমর্ঘ্যঞ্চ স্নানীয়ঞ্চা নুলেপনম্।
ধূপংদীপঞ্চনৈবেদ্যং তাম্বুলং শীতলং জলম্ ॥১০৮
বসনং ভূষণং মাল্যং গন্ধ আচমনীয়কম্।
মণোহরং সুতল্পঞ্চ দেয়ান্যেতানি ষোড়শ ॥১০৯
দত্ত্বা ভক্ত্যা চ প্রণমেৎ সংস্তূয় সম্পুটাঞ্জলিঃ।
সম্পূজ্যৈব প্রকারেণ সোঽশ্বমেধ ফলং লভেৎ ॥১১০
স্তোত্রঞ্চকৌথুমোক্তঞ্চ সংবাদং বিষ্ণু ব্রহ্মনোঃ।
শৃণু নারদ বক্ষ্যামি পাপঘ্নঞ্চ সুপুণ্যদম্ ॥১১১

মন পীনবী ভক্তবু চাম্বীগদবগীদমক ব্রাবিব অথোইবীনি। শ্রীবিষ্ণুগী চরণ কংহবী অমসুং বিষ্ণুগী চরন্দগী পোকপী সতীবু ঐন নীংজৈ ॥১০৬॥

হে ব্রহ্মণ নারদ! অসুম্ব ধ্যান অসিন ধ্যান তৌদুন ঈরোং অহুম কাংন চেন্বী অথোইবীবু নীংগনি। পোৎলম ভরাতরুক কৎতুন নীথিন পূজা তৌগনি ॥১০৭॥ আসন, পাদ্য, অর্ঘ্য, স্নান অমসু অনু-লেপন। ধূপ, দ্বীপ, নৈবেদ্য, তাম্বুল অমসুং শীতলজল ॥১০৮॥ বসন, ভূষণ, মাল্য, গন্ধ, আচমন। পুক্রীং হুরব শর্য্যাসু পোৎলম তরা-তরুকনি ॥১০৯॥

ভক্তি তৌন কংলপ অমসুং নীংথিন খুৎলোয়দুন স্তুতি তৌরগ খুরুমগনি। মওং অসুম্ব পূজা তৌরবদি মী মহাক্তু অশ্বমেধ যজ্ঞগী মহৈ ফংই ॥১১০॥ হে নারদ! পাপ পুম্ব মাংহম্ব অথোইব পুন্য পীবব, বিষ্ণুগ ব্রহ্মাগ অনীন ভাওনখিব অমসুং কৌথুম শাখাদ হারব স্তোত্র বুম্ব হায়গে তারো ॥১১১॥

শ্রীব্রহ্মোবাচ।

স্তোতুমিচ্ছামিদেবেশ লক্ষ্মীকান্ত জগৎপ্রভো।
বিষ্ণোবিষ্ণুপদীস্তোত্রং পাপঘ্নং পুণ্যকারণম্॥১১২

শ্রীনারায়ণ উবাচ

শিব সংগীত সংমুগ্ধ শ্রীকৃষ্ণাঙ্গদ্রবোদ্ভবাম্।
রাধাঙ্গদ্রবসংসক্তাং তাংগঙ্গাং প্রণমাম্যহম্॥১১৩
যজ্জন্ম সৃষ্টেরাদৌ চ গোলোকে রাসমণ্ডলে।
সন্নিধানে শঙ্করস্য তাং গঙ্গাং প্রণমাম্যহম্॥১১৪
গোপৈর্গোপীভি রাকীর্ণেশুভে রাধা মহোৎসবে।
কার্ত্তিকী পূর্ণিমা জাতাং তাং গঙ্গাং প্রণমাম্যহম্॥১১৫
কোটিযোজন বিস্তীর্ণাদৈর্ঘ্যে লক্ষগুণা ততঃ।
সমাবৃতা যা গোলোকং তাং গঙ্গাং প্রণমাম্যহম্॥১১৬

---

শ্রীব্রহ্মান হায়রে।

হে জগৎপ্রভো! লক্ষ্মীকান্ত! পাপ পুম্ব মাঙনবওইব, পুন্যগী কারণ ওইব, বিষ্ণুগী চরণদগী ওইখিবী গঙ্গাগী স্তোত্রবু লাই অথোইব হে বিষ্ণো! ঐ তাজনীংই হায়রিয়ু॥১১২॥

শ্রীনারায়নন হায়রকই।

শিবগী ঈশৈ তাবদ সুমহৎতুন শ্রীকৃষ্ণগী হকচাং মহী ওইন চেম্বদগী পোকখিবীনি। অদুগ রাধাগী হকচাংগ মতম অদুদ মহী চেম্নুন তিন্নখিবি অদুগুম্বী গঙ্গাবু ঐন খুরুমজৈ॥১১৩॥ সংসার সেম্বগী অহাম্বাগী মমাঙদ, গোলোকি রাসমণ্ডলদ, অমসুং শিবগী মমাঙমক্তদ মান পোকখিবী, অদুগুম্বী গঙ্গাবু ঐন খুরুমজৈ॥১১৪॥

গোপ গোপী পুম্নমক্ত তিম্ব মতমদ নীংখিজরবী রাধাগী মহোৎসব সুমীৎনি। অদুমক্তি কার্ত্তিকী পূর্ণিমা নুমিৎত পোকখিবী অদুগুম্বী গঙ্গাবু ঐন খুরুমজৈ॥১১৫॥ যোজন কোটি অম পাকপী অদুদগী লক্ষ অম হেন শাংবীবি। গোলোক থাবু মান শীম্ব থংনে চেম্বী অদুম্বী

ষষ্টি লক্ষ যোজনা যা ততোদৈর্ঘ্যে চতুর্গুণা।
সমাবৃতা যা বৈকুণ্ঠং তাং গঙ্গাং প্রণমাম্যহম্ ॥১১৭
বিংশল্লক্ষযোজনা যা ততো দৈর্ঘ্যে চতুর্গুণা।
আবৃতাব্রহ্মলোকং যা তাং গঙ্গাং প্রণমাম্যহম্ ॥ ১১৮
ত্রিংশল্লক্ষ যোজনা যা দৈর্ঘ্যে পঞ্চগুণা ততঃ।
আবৃতা শিবলোকং যা তাং গঙ্গাং প্রণমাম্যহম্ ॥১১৯
ষড় যোজনাবিস্তীর্ণা দৈর্ঘ্যে দশগুণা ততঃ।
মন্দাকিনী যেন্দ্রলোকে তাং গঙ্গাং প্রণমাম্যহম্ ॥১২০
লক্ষযোজনাবিস্তীর্ণা দৈর্ঘ্যে সপ্তগুণা ততঃ।
আবৃতা ধ্রুবলোকং যা তাং গঙ্গাং প্রণমাম্যহম্ ॥১২১
লক্ষযোজনবিস্তীর্ণা দৈর্ঘে দশগুণা ততঃ।
আবৃতা চন্দ্রলোকং যা তাং গঙ্গাং প্রণমাম্যহম্ ॥১২২

---

গঙ্গাবু ঐন খুরুমজৈ ॥১১৬॥ যোজন লক্ষ হুমপু পাকপী অদুদগী মান শাংবনগুন মরি হেন্বীনি। বৈকুণ্ঠবু মান কোয়না থুংনা চেন্বী অদুগুম্বী গঙ্গাবু ঐন খুরুমজৈ ॥১১৭॥ মরাক্ত যোজন লক্ষকুন পাকপা অদুদগী মান শাংবন শরূক মরি হেন্বীনি। অদুগুম্বী মহাক্ন ব্রহ্মলোকপু সীষ থুংনা চেন্বী অদুম্বী গঙ্গাবু খুরুমজৈ।

মরাক্ত যোজন লক্ষ কুন্থ্রা পাকপী মান অদুদগী শাংবদ শরূক মঙা হেন্বীনি। অদুগুম্বী গঙ্গান শিবলোকপু কোয়শিন্দুনা চেন্বী গঙ্গা মহাকপু ঐন খুরুমজৈ ॥ ১৯॥ মরাক্ত যোজন লক্ষ তরূক পাকপী অদুদগী শরূক তরা ময়ুংদ শাংবী, ঈন্দ্রলোক থুংনা চেন্বী মমিংন মন্দাকিনী কৌবী অদুগুম্বী গঙ্গাবু ঐন খুরুমজৈ ॥ ১২০ ॥ মরাক্ত যোজন লক্ষ অম পাকপী অদুদগী ময়ুংদ শরূক তরেং হেন্বী, ধ্রুব লোকপু থুংনা চেন্বী অদুম্বী গঙ্গা মাবু ঐন খুরুমজৈ ॥১২১॥ মরাক্ত যোজন লক্ষ অম পাকপা অদুদগী শাংবন শরূক তরা হেন্বীনি। মহাক্ন চন্দ্রলোকপু শীষ থুংনা চেন্বী গঙ্গাবু ঐন খুরুমজৈ ॥১২২॥

ষষ্টিসহস্র যোজনা যা দৈর্ঘ্যে দশগুণা ততঃ।
আবৃতা সূর্য্যলোকং যা তাং গঙ্গাং প্রণমাম্যহম্ ॥১২৩
লক্ষযোজন বিস্তীর্ণা দৈর্ঘ্যে চ ষড়্গুণা ততঃ।
আবৃতা সত্যকোকং যা তাং গঙ্গাং প্রণমাম্যহম্ ॥১২৪
দশলক্ষযোজনা যা দৈর্ঘ্যে পঞ্চগুণা ততঃ।
আবৃতা যা তপোলোকং তাং গঙ্গাং প্রণমাম্যহম্ ॥১২৫
সহস্র যোজনা যা চ দৈর্ঘ্যে সপ্তগুণা ততঃ।
আবৃতা জনলোকং যা তাং গঙ্গাং প্রণমাম্যহম্ ॥১২৬
সহস্রযোজনা যা সা দৈর্ঘ্যে সপ্তগুণা ততঃ।
আবৃতা যা চ কৈলাসং তাং গঙ্গাং প্রণমাম্যহম্ ॥১২৭
পাতালে যা ভোগবতী বিস্তীর্ণা দশ যোজনা।
ততো দশগুণা দৈর্ঘ্যে তাং গঙ্গাং প্রণমাম্যহম্ ॥১২৮
ক্রোশৈকমাত্রবিস্তীর্ণা ততঃ ক্ষীণা ন কুত্রচিৎ।
ক্ষিতৌ চালকনন্দা যা তাং গঙ্গাং প্রণমাম্যহম ॥১২৯

---

মরাক্ত য়োজন লীশিং হমপু পাকপী অতুদগী ময়ুংন শরাক তরা হেম্বী, অতুগুম্বী মান সূর্য্যলোকপু শীম থ ুংন চেম্বী অতুগুম্বী গঙ্গাদেবীবু ঐন থুরুমজৈ ॥১২৩॥ মরাক্ত যোজন লক্ষ অম পাকপী অমসুং ময়ুংদ শরাক তরাক হেম্বী, অতুগুম্বী গঙ্গান সত্যলোক্ত থ ুংন চেম্বী মাবু ঐন থুরুমজৈ ॥১২৪॥ মরাক্ত যোজন লক্ষ তরা পাকপী অতুদগী শাংবদ শরাক মত্তাহেম্বী মহাক্র তপোলোকপু শীম থ ুংন চেম্বী গঙ্গাবু ঐন থুরুমজৈ ॥১২৫॥ মরাক্ত যোজন চাম পাকপী অতুদগী শাংবদ শরাক তরেৎ হেম্বী মহাক্র জনলোক থ ুংন চেম্বী গঙ্গাদেবীবু ঐন থুরুমজৈ ॥১২৬॥

মাগী পাকপদ যোজন লীশিং অম পাকপী অতুদগী ময়ুংদন শরাক তরেৎ হেম্বী, অতুগুম্বী মান কৈলাস পর্ব্বতপু শাম্বথ ুংন কোয়ন চেম্বী গঙ্গাবু ঐন থুরুমজৈ ॥১২৭॥ মহাক্র পাতান্দ মমিং ভোগবতী কৌতুন কাওই অতুগ মরাক্ত যোজন তরাপাকই অতুদগী ময়ুংদ শরাক তরা হেম্বী অতুম্বী গঙ্গাবু ঐন থুরুমজৈ ॥১২৮॥ মং'ক্লী মরাক্ত ক্রোশ অম পাকপী অতুদী করিগুম্ব মক্ষমদ ময়েং তাদে। অতুগুম্বী মহাক্র পৃথিবীদসু চেনব অলকনন্দা কৌবী গঙ্গা মহাকপু ঐন থুরুমজৈ ॥১২৯॥

সত্যে যা ক্ষীরবর্ণাচ ত্রেতায়ামিন্দু সন্নিভা।
দ্বাপরে চন্দনাভা চ তাংগঙ্গাং প্রনমাম্যহম্ ॥১৩০
জলপ্রভা কলৌ যাচ নাম্যত্র পৃথিবীতলে।
স্বর্গে চ নিত্যং ক্ষীরাভা তাংগঙ্গাং প্রনমাম্যহম্ ॥১৩১
যস্যাঃ প্রভাব মতুল্যং পুরানে চ শ্রুতৌ শ্রুতম্।
যা পুণ্যদা পাপহর্ত্রী তাংগঙ্গাং প্রনমাম্যহম্ ॥১৩২
যত্তোয় কণিকা স্পর্শঃ পাপীনাঞ্চ পিতামহ।
ব্রহ্মহত্যাদিকং পাপং কোটিজন্মার্জ্জিতং দহেৎ ॥১৩৩
ইত্যেবং কথিতং ব্রহ্মণ গঙ্গাপদ্যৈক বিংশতিঃ।
স্তোত্ররূপঞ্চ পরমং পাপঘ্নং পুণ্যবীজকম্ ॥১৩৪
নিত্যংযোহি পঠেদ্ভক্ত্যা সংপুজ্য চ সুরেশ্বরীম্।
অশ্বমেধ ফলংনিত্যং লভতে নাত্র সংশয়ং ॥১৩৫

---

সত্য যুক্ত গঙ্গা দেবীগী ঈশিং মচুদি সাঙ্গোম অনৌব মচুগুমই অমসুং ত্রেতাদ থাগী মত্তানগ মাম্নে। দ্বাপরদদ চন্দনগী মচুগুম্বী অহুগুম্বী গঙ্গাদেবীবু ঐন খুরুমজে ॥১৩॥ কলি যুগতদি ঈশিং ঈচম ওইবী মান অমসুং পৃথিবীদ চেল্লা অতৈদদা ওইদে! স্বর্গতদ অমেপ্প ওইন সঙ্গোম মচু মাম্বী অহুগুম্বী গঙ্গাবু ঐন খুরুমজে ॥১৩১॥ পুরান্দ বেদদসু মাগী মওং মতো চাদন লাউই লৈতবীনি! মহাক্ক পুণ্য পীনবী, পাপ মাংখ্বী অহুগুম্বী গঙ্গাবু ঐন খুরুমজে ॥১৩২॥ মাগী ঈশিঙু কণিকা (বিন্দু) অমতং শোকউবদ অমসুং পাপীশিঙ্গ, হে পিতামাহ। ব্রাহ্মণ হাৎপনচিব মখোঙ্গ কোটি অমদ তৌখিব পাপ পুম্ববু চাক্কথেকই ॥১৩৩॥ হে ব্রাহ্মণ নারদ! গঙ্গাগী স্তোত্র পাদ কুন মাথোইসুব অপীবু হায়রবপীন পাপ মাংহন্ব পুণ্যগী বীজ ওইব অমসুং অথোইব স্তেত্রগী মখক্কী ॥১৩৪॥

লাংগী মবেম গঙ্গাবু মী অহুন ভক্তি তোন পুজা তৌজহুন অমসুং নিত্তিগী লেপ্প স্তোত্রসীবু পাঠ তোজরবদি। নিতিগী অশ্বমেধ

অপুত্রো লভতে পুত্রং ভার্য্যাহীনো লভেৎ প্রিয়াম্।
রোগাৎ মুচ্যতে রোগী চ বদ্ধো মুচ্যতে বন্ধনাৎ॥১৩৬
অস্পষ্ট কীর্ত্তিঃ সুযশা মূর্খো ভবতি পণ্ডিতঃ।
যঃ পঠেৎ প্রাতরুত্থায় গঙ্গাস্তোত্রমিদং শুভম্॥১৩৭
শুভং ভবেত্তু দুঃস্বপ্নং গঙ্গাস্নান ফলং লভেৎ।
ইতি শ্রীব্রহ্মবৈবর্ত্তে মহাপুরাণে গঙ্গাস্তোত্রম্॥১৩৮

নারায়ণ উবাচ

ভগীরথোঽনয়া স্তুত্যা স্তুত্বা গঙ্গাঞ্চ নারদ।
জগামতাং গৃহীত্বা চ যত্র নষ্টাশ্চ সাগরাঃ॥১৩৯
বৈকুণ্ঠং তে যযুস্তূর্ণং গঙ্গায়াঃ স্পর্শ বায়ুনা।
ভগীরথেন সা নীতা তেন ভাগীরথী স্মৃতা॥১৪০

---

যজ্ঞগী মহৈবু চিংনব লৈভন ফংই॥১৩৫॥ স্তোত্রসী পাঠ তৌজবদ মচা পোক্তবন মচা ফংই, মুপী লৈভবন চান্নবী ফংই। অনাব মীন অনাব কোকই, অকা অপুন রাজদণ্ডিদগী থাদোকপ ফংই॥১৩৬॥ মিংচৎ থীব মীন অফব মিংচৎ ফংই, মুর্খশিংন পণ্ডিত ওইনি। মী মহাক্তুন অয়ুক্ত হৌগৎলগ নীংথিজবী গঙ্গা স্তোত্রসীবু থীজগদব ওই॥১৩৭॥ অদুম্ন থীজরবদি গঙ্গা স্নানগী মহৈ ফংই, অদুগ মঙ ফত্তব মঙলগ অফব মঙ ওই। অসীগুম্ব শ্রীব্রহ্মবৈবর্ত্ত মহাপুরান্ন য়াওব গঙ্গাগী স্তোত্র লোইরে॥১৩৮॥

শ্রীনারায়নন হায়রকই।

হে নারদ। ভগীরথগী স্তুতিন মরম ওইদুন গঙ্গা দেবীবু স্তুতি তৌদুন, কপিল মুনিগী শাপ্ন মৈ ওইদুন তুমগ্রব সগরগী মচাশিংবে লৈবদ গঙ্গাবু পুদুন লাকখি॥১৩৯॥ অদুগুম্ব সগরগী মচা মরামদু গঙ্গাগ দুংশাংক হেক শোক্রবদ মখোয়শিং অদো থুন বৈকুণ্ঠদ কাখি। ভগীরথন গঙ্গাবু পুরকই হায়ব মরমদুন ভাগীরথী কৌনৈ॥১৪০।

ইত্যেবং কথিতং সর্ব্বং গঙ্গোপাখ্যান মুত্তমম্।
সুখদং মোক্ষদং সারং কিং ভূয়ঃ শ্রোতু মিচ্ছসি ॥ ১৪১

নারদ উবাচ।

শিবসঙ্গীত সমুগ্ধে শ্রীকৃষ্ণে দ্রবতাং গতে।
দ্রবতাঞ্চ গতায়াঞ্চ রাধায়াং কিং বভূবহ ॥১৪২
তত্রস্থাশ্চ জনা যে যে তেচ কিং চক্রু রুত্তমম্।
এতৎ সর্ব্বং সুবিস্তীর্ণং কৃত্বা বক্ত মিহার্হসি ॥১৪৩

নারায়ণ উবাচ।

কার্ত্তিকী পূর্ণিমায়াঞ্চ রাধায়াঃ সুমহোৎসবে।
কৃষ্ণঃ সংপূজ্য তাং রাধা মুবাস রাস মণ্ডলে ॥১১৪
কৃষ্ণেন পূজিতাং তাংতু সংপূজ্য হৃষ্টমানসাঃ।
ঊচুর্ব্রহ্মাদয়ঃ সর্ব্বে ঋষয় সনকাদয় ॥১৪৫

---

অসীগুম্বী গঙ্গাগী মতীক মগুণ অথোইবী পুন্নমকপু হায়রবসীনি। পুণ্য পীব মোক্ষ পীব মচি ওইববু হাপ্রবনি, অমুক হন্ন নং করি তানীংই হায়্ন ॥১৪১॥

নারদন হায়কৈ।

শিবগী ঈশৈ তাবদ সুক্ষংতুন শ্রীকৃষ্ণন মহী চেনপ্রবদ। অদুগী রাধাগন্থ লোয়নদুন মহী ওইন চেনপ্রবদ অমসুং করি ওইখিবগে ॥১৪ ॥ মফম অদুদ লৈরিব মীস্থ লাইশিংস্থ অথোইবশিংদুন করি তৌখি। মখোয়ন তৌখিব মরম পুন্নমক শন্দোক্ল হায়বীগদব ওই ॥১৪৩॥

নারায়ণন হায়রকই।

হে নারদ! কার্ত্তিকী পূর্ণিমা মুমীত্ত অমসুং রাধাগী মহোৎসব (য়াম্ন সুংঙাইব মুমীত্ত) শ্রীকৃষ্ণন, নীংথিন রাধাবু পূজা তৌদুন, অদুগুম্বী রাধান গোলোকী রাস মণ্ডল লৈখি ॥১৪৪॥

অহানবদা শ্রীকৃষ্ণন পূজা তৌপ্রব রাধাবু ব্রহ্মানচিংব লাইশিংন অমাব সনকচিংব ঋষিশিংন পুক্নীং হরাওন অমুক পূজা তৌনবব হায়-

এতস্মিন্নন্তরে কৃষ্ণসংগীতঞ্চ সরস্বতী।
জগৌ সুন্দর তানেন বীণয়া চ মনোহরম্ ॥১৪৬
তুষ্টো ব্রহ্মাদদৌ তস্যৈ রত্নেন্দ্রসার হারকম্।
শিবো মণিন্দ্র সারঞ্চ সর্ব্বব্রহ্মাণ্ড দুর্লভম্ ॥১৪৭
কৃষ্ণঃ কৌস্তুভ রত্নঞ্চ সর্ব্বরত্নাৎ পরংবরম্।
অমূল্য রত্ননির্ম্মাণ হারসারঞ্চ রাধিকা ১৪৮
নারায়ণশ্চ ভগবান্ বনমালাং মনোহরাম্।
অমূল্য রত্ননির্ম্মাণাং লক্ষ্মীর্মকর কুণ্ডলম্ ॥১৪৯
বিষ্ণুমায়া ভগবতী মূলপ্রকৃতিরীশ্বরী।
দুর্গানারায়ণীশানী বিষ্ণু ভক্তিং সুদুর্লভম্ ॥১৫০
ধর্ম্মবুদ্ধিঞ্চ ধর্ম্মশ্চ যশশ্চ বিপুলং ভবেৎ।
বহ্নিশুদ্ধাংশুকং বহ্নির্বায়ুশ্চ মণিনূপুরম্ ॥১৫১

খি ॥১৪৫॥ মতম অদুমক্তদ সরস্বতীন শ্রীকৃষ্ণগী গুণবুসু শকখি।
পুক্নীং ছন মখোন সুংশিরবী বীণা যন্ত্রগ লোয়নন অমসুং ফজরব
তালগ লোয়নন শকখি ॥১৪৬॥ ব্রহ্মান পেল্লছুন মণিরত্নগী লীক পরেংবু
সরস্বতীদ পীখি। মণিরত্ন অথোইবন শাব অমসুং ব্রহ্মাণ্ড পুম্বদ
ফংগমদ্রব লীক পরেং মহাদেবন পীখি ॥১৪৭॥

রত্ন পুম্নমক্কগী অথোইব মচ ওইব কৌস্তুভ মণিবু কৃষ্ণন
পীখি। মমল নাইদ্রব সনা মণি রত্নন শা'ব লীক পরেং অথোইববুসু
রাধিকান পীখি ॥১৪৮॥ ভগবান্ ওইব 'নারায়ণনসু পুক্নীং ছরব বন-
মালা পরেং পীখি। মমল নাইদ্রব সনা মণি রত্নন সাব মকর কুণ্ডলবু
লক্ষ্মীন পীখি ॥১৪৯॥ বিষ্ণুমায়া, ভগবতী, মূলপ্রকৃতি, ইশ্বরী, ঈশাণী
অশীগুম্বী মিং ময়াম লৈতেংবী দুর্গান যীন ফংগমদ্রব বিষ্ণু ভক্তিবু
পীখি ॥১৫০॥ ধর্ম্ম কৌব লাইনসু ধর্ম্মদ থিংচৎ অথোইব ওইববুসু
পীখি। অগ্নিদেবন মৈন শেংদোক্লব ফি অকব পীখি, বায়ু দেবসু মণি
রত্নগী নূপুর পীখি ॥১৫১॥

এতস্মিন্নন্তরে শম্ভুব্রহ্মণা প্রেরিতো মুহুঃ।
জগৌ শ্রীকৃষ্ণ সঙ্গীতং রাসোল্লাস সমন্বিতম্ ॥১৫২
মূর্চ্ছাং প্রাপুঃ সুরাঃ সর্ব্বে চিত্র পুত্তলিকা যথা।
ক্ষণেন চেতনাং প্রাপ্য দদৃশু রাস মণ্ডলম্ ॥১৫৩
স্থলং সর্ব্বং জলাকীর্ণং রাধা কৃষ্ণ বিহীনকম্।
অত্যুচ্চৈ রুরুদুঃ সর্ব্বে গোপ গোপ্যঃ সুরাঃ দ্বিজা ॥১৫৪
ধ্যানেন ব্রহ্মা বুবুধে সর্ব্বমেব মভীপ্সিতম্।
গতশ্চ রাধয়া সার্দ্ধং শ্রীকৃষ্ণো দ্রবতামিতি ॥১৫৫
ততো ব্রহ্মাদয়ঃ সর্ব্বে তুষ্টুবু পরমেশ্বরম্।
স্ব মূর্ত্তিং দর্শয় বিভো বাঞ্ছিতং বরমেব নঃ ॥১৫৬
এতস্মিন্নন্তরে তত্র বাগ ভূবা শরীরিণী।
তামেব শুশ্রুবুঃ সর্ব্বে সব্যক্তাং মধুরান্বি তাম্ ॥১৫৭

---

মতম অদুমক্তদ ব্রহ্মান মহাদেবদ ইনসন্দুনা অমুক হন্না, রাসদ হুংঙাইজবন তীষ্ব শ্রীকৃষ্ণগী গুণ লীলাবু শিবন ঈশৈ ওইনা শকখি ॥১৫২॥ লাই পুম্নমক রাস্থব ফংখি অদুদি চেদ য়েকপগুল লাইফদীবীগুমখি। ক্ষণ অমগী মতুংদ জ্ঞান ফংলক্লুনা রাসমণ্ডলদা উখি ॥১৫৩॥ লৈকং ওইরম্ব পুম্নমক্ত ঈশিংন শীষ্ব থুংগ্রে শ্রীরাধাকৃষ্ণদি লৈব উখিদ্রে। অয়াম্ব গোপ গোপী পুম্ব লাইগাম পুম্ব ব্রাহ্মণশিংন্ন খোঞ্জেন য়াম্ন রাংন কপ্লখি ॥১৫৪॥ ব্রাহ্মন ধ্যান তৌদুনা য়েংবদ থণ্ডনীংব মরম পুম্নমক লেপ্ন খণ্ডখি। মতুদি শ্রীকৃষ্ণন রাধাগ লোয়নন অমস্থং ঈশিং মহীগুম্ন চেনখি ॥ ৫৫॥

অদুগী তুংদ ব্রহ্মানচিংব পুম্নমক্ন পরমেশ্বরবু স্তুতি তৌখি। হে বিভো! ননাই ঐখোয়ন পামজব বরদি লেপ্ন নহাক্কি মূর্ত্তিবু উহনবীয়্ন ॥১৫৬॥

মতম অদুমক্তদ মফম অদুদ মশক্তি উদবী বারম খর আকাশ বানী লাওখরকখি। অদুগুম্ব থুম্লব কোংদোকপ য়াথংদুবু মখোয় পুম্নমক্ন লেপ্নমক তাখি ॥১৫৭॥ হে লাইরামশা। কৃষ্ণ ঐদি পুম্নমক্কি

সর্বাদ্যাহমিদং শক্তির্ভক্তানুগ্রহ বিগ্রহা।
মন্নাশ্য তাশ্চ হে দেবা দেহেন চ কিমাকর ॥ ১৫৮
মনবো মানবাঃ সর্ব্বে মুনয়শ্চৈব বৈষ্ণবাঃ।
মন্মন্ত্র পূতা মাং দ্রষ্টু মাগমিষ্যন্তি মৎপদম্॥১৫৯
মূর্ত্তিং দ্রষ্টুঞ্চ দুষ্প্রাপ্যা যূয়ং যদি সুরেশ্বরা।
করোতু শম্ভুস্তত্রৈব মদীয়ং বাক্য পালনম্ ॥১৬০
স্বয়ং বিধাতা ত্বং ব্রহ্মন্মত্তাং কুরু জগংগুরুম্।
কর্ত্তুং শাস্ত্রবিশেষঞ্চ বেদাঙ্গং সুমনোহরম্ ॥১৬১
অপূর্ব্ব মন্ত্রনিকরৈঃ সর্ব্বাভীষ্ট ফলপ্রদৈঃ।
স্তোত্রৈশ্চ কবচৈর্ধ্যানৈর্যুতং পূজাবিধি ক্রমৈ ॥১৬২
মন্মন্ত্র কবচ স্তোত্রং কৃত্বা যত্নেন গোপয়।
ভবন্তি বিমুখা যেন জনানাং তৎকরিষ্যতি। ৬৩

---

অম্মাগী মশক্তী; ভক্তবু চাম্বীবগী মশক ওইবী রাধিকান শক্তি মায়াগী মশক্তী। মখম অহুন ঐখোয় অনীন হকচাং মূর্ত্তি পাম্বগী অমসুং কয়ি কানগনি ॥১৫৮॥ মনুশিংন মীশিংন মুনি পুম্নমক অমসুং বৈষ্ণবশিংন। ঐগী মন্ত্র শোম্বদ শেংলহুন কৃষ্ণ ঐগী রূপ্প উনবগীদমক ঐগী গোলোক ধামদ লাকপ ওইগনি ॥ ৫৯॥

হে লাই অখোইবশা। নখোয়ন ঐগী মূর্ত্তি উব ফংনবগীদমক য়াম্ব খোয়াংন লৈয়ু। অদু ওইরবদি—মহাদেব নংন ঐন হায়ব য়া ভাকউ ॥১৬০॥ হে ব্রহ্মণ! নংন অয়েপ্প বিধাতানী মরম অহুন জগৎ কি গুরু ওইব নংসু ঐগী য়াথং ভাকউ। শস্ত্র পুম্বদগী অখোইব অমসুং য়াম্ন পুক্নীং হুরব বেদগী অঙ্গবু লেঙ্গে হায়ন য়ারো ॥১৬১॥ ঐগী ফংওমত্রব মন্ত্র ময়াম তিন্নব, পূজাগী ক্রমখিবাক, স্তোত্র, কবচ, ধ্যান পুম্নমক তিল্লব অহুন অনীংব পুম্নমক্কী মহৈ পীগনি ॥১৬২॥ কৃষ্ণ ঐগী মন্ত্র, স্তোত্র, কবচবু লেংহুনা শেম্নগা যতন তৌন থুপ্প থম্মগনি। অহুওম্ব ইনাইশিংদি মমাব ওঙ্খোকলোই, ইনাই ভক্ত অহুদন ঐগী স্তোত্র, কবচ, মন্ত্রবু শোনগনি ॥১৬৩॥ অহুদি মী চাম অমদি

সহস্রেষু শতে যেকো মন্মন্ত্রো পালকো ভবেৎ।
তে তে জনা মন্ত্রপূতাশ্চা গমিষ্যন্তি মৎ পদম ॥১৬৪
অন্যথা চ ভবিষ্যন্তি সর্ব্বে গোলোক বাসিনঃ।
নিষ্ফলং ভবিতা সর্ব্বং ব্রহ্মাণ্ডঞ্চৈব ব্রহ্মণঃ ॥১৬৫
জনাঃ পঞ্চ প্রকারাশ্চ যুক্তাঃ সৃষ্টু ভবে ভবে।
পৃথিবী বাসিনঃ কেচিৎ কেচিৎ স্বর্গনিবা সিনঃ॥১৬৬
অধোনিবাসিনঃ কেচিদ্ ব্রহ্মলোক নিবাসিনঃ।
কেচিদ্বা বৈষ্ণবাঃ কেচিন্মম লোক নিবাসিনঃ॥১৬৭
ইদং কর্ত্তুং মহাদেবঃ করোতু দেব সংসদি।
প্রতিজ্ঞাং সুদৃঢ়ং সন্তস্ততো মুক্তিঞ্চ প্রক্ষতি।১৬৮
ইত্যেব মুক্ত্বা গগনে বিররাম সনাতনঃ।
তচ্ছ্রুত্বা চ জগন্নাথ স্তমুবাচ শিবং মুদা ॥১৬৯

---

লৌশীংগী মম্মুংদ মী অমত্তন ঐগী মন্ত্র শোম্ব অহুম অহুম্ব মী অহুতন কৃষ্ণ ঐগী লৈকম গোলোক ধামদ চৎপ ফঙনি ॥১৬৪॥

অহু-নত্তহুন মী পূম্নমক্ক ঐগী গোলোক্কবু অমম্তুং লোইনা মরৈ ৱবদি। ব্রহ্মান সেম ব্রহ্মাণ্ড পূম্নমকপু সংসার শেম্বগী কাম্নদব ওই-গনি মরমদি পোকপ শিব লৈরবোই ॥১৬৫॥ ব্রহ্মান সেম্বদ মী পূম্ন-মকপু অমম্তুং লৈকম মঙা সেমই। মহুদি-কনান পৃথিবীদ কনান স্বর্গদা লৈনব সেমই॥১৬৬॥ কনান পাতালদ লৈ, কনাগুম্বশিংন ব্রহ্ম-লোক্ক লৈগনি। কনাগুম্ব বৈষ্ণবন অমম্তুং ঐগী মন্ত্রশোম্বশিংন ঐগী লোক্ক লৈগনি ॥১৬৭॥ হে মহাদেব! লাই নখোয় পূম্নমক্ক ঐন হায়রিবসী তৌগে হায়রন, য়াম্ন কম্ন ৱাশকউ হৌজিক খুৎথক্ক অহু ওইরবদি ঐগী মুর্ত্তিবুস্থ উগনি ॥১৬৮॥

সনাতন ওইব হরিন আকাশ বানী ওইন অসীগুম্ব ৱা অসী হায়রগ ৱা ঙাংব লেপখি। জগন্নাথ ওইব ব্রহ্মান হরিগী য়াথংবু তারগ অমম্তুং শিবগী মফমদ পুক্নীং হরাওন হায়খি ॥১৬৯॥ জ্ঞান লৈবশিং-

ব্রহ্মণো বচনং শ্রুত্বা জ্ঞানেশো জ্ঞানিনাং বরঃ।
গঙ্গাতোয়ং করে ধৃত্বা স্বীকারঞ্চ চকার সঃ॥১
সংযুক্তং বিষ্ণু মায়াদ্যৈঃ মন্ত্রাদ্যৈঃ শাস্ত্র মুত্তমম্।
বেদ সারং করিষ্যামি কৃষ্ণাজ্ঞা পালনায় চ॥১৭১
গঙ্গাতোয় মুপস্পৃশ্য মিথ্যা যদি বদেজ্জনঃ।
স যাতি কাল সূত্রঞ্চ যাবদ্বৈ ব্রহ্মণো বয়॥১৭২
ইত্যুক্তে শঙ্করে ব্রহ্মন গোলোকে সুরসংসদি।
আবির্ব্বভুব শ্রীকৃষ্ণো রাধয়া সহ তৎপরম্॥১৭৩
তেতং দৃষ্টা চ সংহৃষ্টাঃ সংস্তূয় পুরুষোত্তমম্।
পরমানন্দ পূর্ণাশ্চ চক্রুশ্চ পুনরুৎ সবম॥১৭৪
কালেন শম্ভু ভগবান শাস্ত্রদীপং চকার সঃ।
ইত্যেবং কথিতং সর্ব্বং সুগোপ্যঞ্চ সুদুর্লভম্॥১৭৫

---

দগী অথোইব জ্ঞানগী মপু শিবন ব্রহ্মাগী য়াথং তারগ, গঙ্গাগী ঈশিংবু খুৎত পায়রগ অমস্থং শিবন য়াশকখি॥১৭০॥ শিব এৈন শ্রীকৃষ্ণগী য়াথং ও'রুবগীদমক বিষ্ণু মায়াগী মন্ত্র খিবীরু তীন্দুন, শাস্ত্র অথোইব অমস্থং বেদগী মচি ওইববু লেঙ্গনি॥১৭১॥

মী অহুব গঙ্গাগী ঈশিংবু মখুৎনা পাযহুন মত্তম অহুদ মীনম্ব রা হায়রবদি মহাক্ কালসূত্র কৌব নরক্ত অমস্থং ব্রহ্মাগী মপুন্সা অম লোইব কাওব লেপ্প লৈগনি॥১৭২॥ হে ব্রহ্মান্! ন'রদ! গোলোক্ত লাই-য়ামগ লোয়নন শঙ্করন অস্থুম য়াশক্লবদ। অত্তুগী তুংদ শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনী লোযনন মূর্ত্তি ফোংদোকখি॥১৭৩॥ লাইয়াম পুম্নমক অহুগুম্ব শ্রীমূর্ত্তি উরহন পুরুষোত্তম হরিবুস্ত নী'থিন স্তুতি তৌখি। থোইদোক্ল মুংঙাইবন মপূং ফারবদগী অনম্থং অমুক হন্ন মুংঙাইব ওইখি॥১৭৪ মতমন ও'রবদ ভগবান শম্ভুন অহুগুম্ব মঙানগ লোয়নব শাস্ত্রবু লেংখি। অসিগুম্ব য়াম্নম্থ থুপ্প য়াম্নম্থ ফংঙমত্রব পুম্নমকপু হায়রব-সীনি॥১৭৫॥

সা এব দ্রবরূপা যা গঙ্গা গোলোক সম্ভবা।
রাধা কৃষ্ণাঙ্গ সম্ভূতা ভুক্তি মুক্তি ফলপ্রদা ॥১৭৬
স্থানে স্থানে স্থাপিতা সা কৃষ্ণেন পরমাত্মনা।
কৃষ্ণস্বরূপা পরমা সর্ব্বব্রহ্মাণ্ড পূজিতা ॥১৭৭

ইতি শ্রীব্রহ্মবৈবর্ত্তে মহাপুরাণে প্রকৃতি খণ্ডে
নারায়ণ নারদ সংবাদে গঙ্গাউপাখ্যানং
নাম দশমোঽধ্যায় ॥১০

---

অদুগুম্বী মহৌশী মশক ওইবী গঙ্গা কৌবীদো গোলোক্ত পোক-পোকথিবীবি। রাধা কৃষ্ণগী হকচাংবগী পোকথিবী গঙ্গাম মুক্তি ফংবগী মহৈ পীনবীনি ॥১৭৬॥ পরমাত্মা ওইব শ্রীকৃষ্ণন মফম মফম থুদীংদ লৈহন্দুন, অথোইবী কৃষ্ণগী মশক ওইবী মাবু ব্রহ্মাণ্ড পুম্নমক্ পূজা তৌনখি ॥১৭৭

ইতি শ্রীব্রহ্মবৈবর্ত্ত মহাপুরাণ প্রকৃত খণ্ডদ
নারায়ণ নারদ সংবাদদ গঙ্গা উপাখ্যান
কৌব অধ্যায় তরাগুব লোইরে ॥১০॥

## শ্রীব্রহ্মবৈবর্ত্তপুরাণদ প্রকৃতি খণ্ডদ
## গঙ্গান নারায়ণগী চায়বী ওইখিব
## মতাং অধ্যায় তরামাথোই।

নারদ উবাচ।

কলেঃ পঞ্চ সহস্রাব্দে সমতীতে সুরেশ্বরী।
ক্বগতা সা মহাভাগা তন্মে ব্যাখ্যাতুমর্হসি ॥১

নারায়ণ উবাচ।

ভারতং ভারতী শাপাৎ সমাগম্যেশ্বরেচ্ছয়া।
জগাম তত্র বৈকুণ্ঠং শাপান্তে পুনরেব সা ॥২
ভারতী ভারতংত্যক্ত্বা জগা মতং হরেঃ পদম্।
পদ্মাবতী চ শাপান্তে গঙ্গায়াশ্চৈব নারদ ॥৩
গঙ্গা সরস্বতী লক্ষ্মীশ্চৈতাস্তিস্রঃ প্রিয়া হরেঃ।
তুলসী সহিতা ব্রহ্মন্নতস্রঃ কীর্ত্তিতাঃ শ্রুতৌ ॥৪

---

নারদন হায়খি

সুরেশ্বরী ওইবী গঙ্গান কলিগী চহী লীশাং মঙাগুপ্রব মতুংদ। মরাময়বক য়াম্ব ক্ববী গঙ্গান কদাইদ চৎখিবগে মহু ঐঙোন সন্দোক্ন হায়বিগদব ওই ॥১॥

নারায়ণ হায়খি।

তাও নারদ! ঈশ্বরগী ঈচ্ছাদগী ভারতীগী শাপ্তগী গঙ্গান ভারত্ত লাক্লমলগ। শাপকি মতম লোইরবদ মহাক্ন অমুক হন্ন অমস্তুং বৈকুণ্ঠদ লাকখি ॥২॥ মতম অহুদ সরস্বতীসু ভারত থাদোক্লুন নারায়ণগী অতু-গুব চরন্দ চৎখি। হে নারদ! গঙ্গান লাকপ মতম অহুদ লক্ষ্মীসু লেপ্ন শাপ লোইরহুন লাকখি ॥৩॥ হরিওইব নারায়ণগী গঙ্গা, সরস্বতী অমস্তুং লক্ষ্মী অহুমশীনি। হে ব্রাহ্মন নারদ! তুলসীগ লোয়নরগ মরিনী হায়ন বেদন হায়রি ॥৪॥

নারদ উবাচ

বভূব সা মুনিশ্রেষ্ঠ গঙ্গা নারায়ণ প্রিয়া।
অহো কেন প্রকারেণ তন্মে ব্যাখ্যাতুমর্হসি ॥৫

নারায়ণ উবাচ

পুরা বভূব গোলোকে সা গঙ্গা দ্রবরূপিণী।
রাধাকৃষ্ণাঙ্গসম্ভূতা তদংশা তৎস্বরূপিণী ॥৬
দ্রবাধিষ্ঠাতৃরূপা যা রূপেণা প্রতিমা ভুবি।
নব যৌবন সম্পন্না রত্নাভরণ ভূষিতা ॥৭
শরন্মধ্যাহ্ন পদ্মাস্য সস্মিতা সুমনোহরা।
তপ্তকাঞ্চন বর্ণাভা শরচ্চন্দ্র সমপ্রভা ॥৮
স্নিগ্ধা প্রভাতি সুস্নিগ্ধা শুদ্ধ সত্ত্ব স্বরূপিণী।
সুপীন কঠিন শ্রোণী সুনিতম্বযুগং বরম্ ॥৯

---

নারদন হায়রৈ।

হে মুনি অথোইবও! অচুপ্পবী গঙ্গান নারায়ণগী চান্নবি ওইখিবদো। অদুকপনি মহু ঐঙোন্দ সন্দোক্ন হায়বিয়ু ॥৫॥

নারায়ণন হায়রকই।

তাও নারদ! রাধা কৃষ্ণগী হকচাংদগী ওইখিবী অনীগী অংশ ওইবী অমীহুগী মশক ওইবীনি। মমাংডদ অচুপ্পবী গঙ্গাদো গোলোক্ত ঈশিঙ্গি মশক ওইখি ॥৬॥ মহী ঈশিংহুগী অধিষ্ঠাতৃ দেবতা ওইবী গঙ্গাদো মাগী মশক মূর্ত্তিহু পৃথিবীদ লৈতে। অনৌব মথোৎ কারক-পীনতিন্বী মনিরত্নগী ভুষন্ন লৈতেংবীনি ॥৭॥

শরৎকি সুমিৎ মুংব মতমদ শাৎপ থম্বালগী মায়থোং মখী, মোমোন নোকপদ পুক্নীং মান্ন হুবীনি। মৈহুংদ মহি চেন্নব সনাগী মচুগুম ঙাম্বী, শরৎ পূর্ণিমাগী মঙানগুম্ব ঙাম্বী গঙ্গানি ॥৮॥ অমাংব মঙাম্বা থোইন হেন্ন ঊংবী, অশেংব সত্ত্বগুণগী মশক ওইবীনি। থাংন চেংত্রিক চেংবী; তুংমান নীংথু অনীন নোম্ব চাওন তোঙবী অমোই-বীনি ॥৯॥ কোইরক্ন তুম্নব থা অনীন মান্ন কম্বী তোঙবীনি। মান্ন

পীনোন্নতং সুকঠিনং স্তনযুগ্মং সুবর্ত্তুলম্ ।
সুচারু নেত্রযুগলং স কটাক্ষং সুবঙ্কিমম্ ॥১০
বঙ্কিমং কবরী ভারং মালতী মাল্য সংযুতম্ ।
সিন্দূর বিন্দু ললিতং সার্দ্ধং চন্দন বিন্দুভিঃ ॥১১
কস্তুরী পত্রিকা যুক্তং গণ্ডযুগ্মং মনোহরম্ ।
বন্ধুক কুসুমা কার মধরোষ্ঠঞ্চ সুন্দরম্ ॥১২
পক্কদাড়িম্ব বীজাভ দন্তপঙ্ক্তি সমুজ্জ্বলম্ ।
বাসসী বহ্নিশুদ্ধে চ নীবী যুক্তে চ বিভ্রতী ॥১৩
সা সকামা কৃষ্ণ পার্শ্বে সমুবাস সলজ্জিতা ।
বাসসা মুখমাচ্ছাদ্য লোচনাভ্যাং বিভোর্ম্মুখম্ ॥১৪
নিমেষ রহিতাভ্যাঞ্চ পিবন্তী সততং মুদা ।
প্রফুল্লবদনা হর্ষাম্বর সঙ্গম লালসা ॥১৫
মূর্চ্ছিতা প্রভুরূপেন পুলকাঙ্কিত বিগ্রহা ।

ককয়ব মীৎ থম্বাল অমীন খোইখোম্বব মীৎচিন য়েংই ॥১০॥ খোই খোয় তৌব শমগী শমজী অচৌবদ মালতী পরেংন কজন য়েংলী । লাইবক্ত সিন্দুর বিন্দু নম্বন তনৌবী লাইবক ময়ায়দ চন্দনগী বিন্দু থিবিক্ল নীংথিজৈ ॥১১॥

থজাই অনিদ কস্তুরী চন্দনগ পত্রাবলী য়েকপন পূক্লীং ছুনফজৈ । ককয়ব চীবান মথক মখা অসীতুস্থ বন্ধুক কৌব লৈ অঙাঙবগুমই ॥১২॥ ককোয় অমুম মরূগুর য়াগী পরেংন য়াম্ব লংই। মৈন তকথোক্লব কিশিংন শেং ইল্লি মচুদ থুংভগোয়নসু লৈতেংই ॥১৩॥ অচুগুম্বী মহাক্ল কাম পামজুন কৃষ্ণগী নাক্ত য়াম্ব ইকাইন লৈথি। ফিন মচীন খুম্লগা মমীৎ অনীন কৃষ্ণগী মায়থোং থম্বানবু য়েংথি ॥১৪॥ মমীৎ অনীচু কুপ্পলৈতন অমস্থং অতংপ লৈতন মায়থোংগী থম্বানগী অমৃতবু থকপ-গুম য়েংলি। মায়থোং মকা ফম্বী গঙ্গান অনৌব সঙ্গগী য়াথন্দ য়াম্ব হায়াওজৈ ॥১৫॥ মবুংভোগী শ্রীমূত্তিদু য়েংজবদ স্মুমহৎলী মশাপুম্ব মতু

এতস্মিন্নন্তরে তত্র বিদ্যমানা চ রাধিকা ॥১৬
গোপীত্রিংশৎ কোটিযুক্তা কোটিচন্দ্র সমপ্রভা।
কোপেন রক্তপদ্মাস্যা রক্তপঙ্কজ লোচনা ॥১৭
শ্বেতচম্পক বর্ণাভা গজেন্দ্র মন্দ গামিনী।
অমূল্য রত্ন নির্ম্মাণ নানাভরণ ভূষিতা ॥১৮
অমূল্য রত্নখচিত মমূল্যং বহ্নিশৌচকম্।
পীতাভ বস্ত্রযুগলং নীবীযুক্তঞ্চ বিভ্রতীম্ ॥১৯
স্থলপদ্ম প্রভামুষ্টং কোমলঞ্চ সুরঞ্জিতম্।
কৃষ্ণদত্তার্ঘ্য সংযুক্তং বিন্যস্যন্তী পদাম্বুজম্ ॥২০
রত্নেন্দ্র সার নির্ম্মাণ-বিমানা দবরুহ্য চ।
সখীভিঃ সেব্য মানা চ শ্বেত চামর বায়ুনা ॥২১
কস্তূরী বিন্দুভি র্যুক্তং চন্দনেন্দু সমন্বিতম্।
দীপ্ত দীপ প্রভাকারং সিন্দূর বিন্দু সুন্দরম্ ॥২২

---

চুংই। মতম অদু মতুদ মফম অদুদা অমস্নুং রাধিকান লাকখি ॥১৬॥ থাকোটি অমগী মঙানগ মান্নবী, অঙাঙব থম্বাল মনাগুম্বা মীৎভাগুম্বী; অশাওবন অঙাঙব থম্বানগুম্ব মাঙখোং ঙাঙলবী, গোপী কোটি কুম্থাপ লোয়নবী রাধান লাকখি ॥১৭॥

অঙৌব লৈহাওলৈরেন মচুগুম্ব ঙাম্বী, শামুলমশান ভম্বচৎপগুম্বী। মমল নাইদ্রব মণিরত্নন শাব মথন মথনগী আভরন থোম্বীবি ॥১৮॥ মমল নাইদ্রব মণিরত্নন হৎলব মৈদ তকথোক্লব সনাফীগে অনি সেৎ ইন্দুন অমস্নুং খাঙগোয়নন লৈত্তেংই ॥১৯॥ মেঙলব স্থল কমলগুম্ব অঙাংব শঙনব কৃষ্ণগী চরণ থম্বালদ কৎনব পোংলম পুরক্নুন কৎপী রাধানী ॥২০॥

সনা মণিরত্ন অথোইবন শারব বিমান্দগী অমস্নুং কুমথরক্লগা, সখী মরায় সেবা তৌদুনা অমস্নুং চামর অঙৌবন হুমদুন থৌগল্লী ॥২১॥ কস্তূরীগী বিন্দুন লৈত্তেংব, থাগুম চন্দনস্থ লৈত্তেংই। ঙাল্লব থাওমৈগী মঙানগুম্ব লাইবক্ত নম্ব সিন্দুরন থোইন ফজৈ ॥২২॥ লাইবক মরায়দ

দধতী তান মধ্যে চ সীমন্তাধ ষথোজ্জ্বলে।
পারিজাত প্রসূতানাং মাল্য যুক্তং সুবঙ্কিমম্ ॥২৩
সুচারু কবরী ভারং কম্পয়ন্তী চ কম্পিতা।
সুচারু নাসা সংযুক্ত মোষ্ঠং কম্পয়তী রুষা ॥২৪
গত্বোবাস কৃষ্ণ পার্শ্বে রত্নসিংহাসনে বরে।
সখী রাজ সমূহৈশ্চ পরিপূর্ণা বিভোঃ সভা ॥২৫
তাঞ্চ দৃষ্ট্বা সমুত্তস্থৌ কৃষ্ণঃ সাদর পূর্ব্বকম্।
সম্ভাষ্য মধুরা ভাবৈঃ সস্মিতশ্চ সসম্ভ্রমঃ ॥২৬
প্রণেমুরতি সন্ত্রস্তা গোপা নম্রাত্ম কন্ধরাঃ।
তুষ্টুবুশ্চ চ ভক্ত্যা চ তুষ্টাব পরমেশ্বরঃ ॥২৭
উত্থায় গঙ্গা সহসা সম্ভাষাঞ্চ চকার সা।
কুশলং পরি পপ্রচ্ছ ভীতাতি বিনয়েন চ ॥২৮

অমসুং সিন্দেংগী মথাদ ঈত্তান ভাম্ন সিন্দুরন নীংথিজে। পারিজাৎ মচিংব লৈ থিবিকি পরেংন লৈতেংবন খোইরপ তৌন লৈতেংই ॥২৩ মাম্ন ফজরব শমজিগী অরাংবন ভনিক স্তাতিক অমসুং শশাওবদগী হেম্ন মীকথি। ফজরব নাতোনগ লেংম্নবব চীঙ্গালবু শাওডুন থক থক নীকথি ॥২৪॥ অথোইব সনাগী সিংহাসনদ কৃষ্ণগী ওরথংব নাকন্দ চওডুন ফমথি। সখী ময়ামগী মপৈ অহুনস্থ কৃষ্ণগী সভা অদুদ মপুং ফাথি ॥২৫॥ মথোম্ন ময়াময়বু উরডুন কৃষ্ণন থাম্ন সম্মান তৌবন মাও ওইমডুন নীংথিন আসন্দগী হৌগংথি থওরোদন মহা লাকপ উবদ ঈওক ওক্কুন থুম্নব বাহৈন মোমোন নোক্কুন অমসুং নীংথিন কৌসিল্লী ॥২৬॥ গোপ ময়ামস্থ থাম্ন মিপাইডুন রাধাবু নোমুক্ক ভক্তি তৌন থুক্কমথি॥ গোপসিংন লৈমী লৈলেংনথি অমসুং কৃষ্ণন ভক্তি তৌন স্তুতি তৌখি ॥২৭॥ গঙ্গাম্ন হোৎগংতুন থুংখক্ত রাধাবু নীংথিন কৌসিনখি। মাম্ন কিন ভক্তি তৌন অমসুং মঙ্গল ওইবিরিদনকো হায়ন হংখি ॥২৮॥

সত্রতাবস্থিতা ত্রস্তা শুষ্ক কণ্ঠোষ্ঠ তালুকা।
ধ্যানেন শরণাপন্না শ্রীকৃষ্ণচরণাম্বুজে ॥২৯
তদ্ধৃৎপদ্মে স্থিতঃ কৃষ্ণো ভীতায়ৈবাভয়ং দদৌ।
বভূব স্থিরচিত্তা সা সর্বেশ্বর বরেণচ ॥৩০
ঊর্দ্ধসিংহাসনস্থাঞ্চ রাধাং গঙ্গা দদর্শ সা।
সুস্নিগ্ধাং সুখ দৃশ্যাঞ্চ জ্বলন্তীং ব্রহ্ম তেজ সা ॥৩১
অসংখ্য ব্রহ্মণা মাত্রাঞ্চাদি সৃষ্টেঃ সনাতনীম্।
যথা দ্বাদশ বার্ষীয়াং কন্যাঞ্চ নব যৌবনাম্ ॥৩২
বিশ্ববৃন্দে নিরূপমাং রূপেন চ গুনেন চ।
শান্তাং কান্তা মনন্তাং তামাদ্যন্তর হিতাং সতীম্ ॥৩৩
শুভাং সুভদ্রাং সুভগাং স্বামিসৌ ভাগ্য সংযুতাম্।
সৌন্দর্য্য সুন্দরী শ্রেষ্ঠাং সর্বাসু সুন্দরী সু চ ॥৩৪

গঙ্গাদো মিপাইরক্তুন চিন্বাল, খোরী, লৈয়েং কংলহুন মরু লুকথহুন লৈরগ, শ্রীকৃষ্ণগী চরণ খম্বালদ ধ্যান তৌহুন চওজখি ॥২৯॥ গঙ্গাগী হৃদি পদ্মদ লৈব শ্রীকৃষ্ণন কিরব মহাকপুস্ন লেপ্ন কিদব পীবিখ। কৃষ্ণগী বরনা মরম ওইহুনা অমসুং গঙ্গানা মপুক তপথব ওইখি ॥ ৩০ ॥ সিংহাসন মথক্ত ফমইবী রাধাবু অহুন্বী গঙ্গান উখি। মাম ঈংবী য়েংবদ পুক্লীং মুংঙাইবী অমসুং ব্রহ্মতেজন ভাম্বীনি ॥৩১॥ সৃষ্টিগী অহাম্বদ পোকপী কুইরবীনি অমসুং মশীং থিঙমদ্রব ব্রহ্মাণ শিখিবহুন্দ অহান্বীনি ॥ অহুদি মতম পুম্বদ চহী তরানীথোইশুবী অমসুং অনৌব মথোং কাম্বকপী কন্যানি ॥৩২॥ রাধাদি সংসার পুম্বদ চাংদমনীঙাই লৈতবী অমসুং মশক্তস্থ মগুন্দ স্থনী। মাদি অহৌব অরোইব লৈতবী মপুরোম বগী চাওথংপদ মপাম্নাইদবী অমীংবী সতীনি ॥৩৩॥ অফবী, মঙ্গল পীনবী, থাইফবী মবুংগোগী মরাম্নবক ফংবন ভীম্বীনি। অনাম্ব ফজব খিবিকপীস্থ ফজবী অথোইবী, অমসুং শবহেম্বীনি ॥৩৪॥ শ্রীকৃষ্ণগী হৃকচাং

কৃষ্ণার্দ্ধাঙ্গাং কৃষ্ণসমাং তেজসা বয়সা ত্বিষা।
পূজিতাঞ্চ মহালক্ষ্মীং মহালক্ষ্মীশ্বরেণ চ ॥৩৫

প্রচ্ছাদ্যমানাং প্রভয়া সভামীশস্য সুপ্রভাম্।
সখীদত্তং ভুক্তবতীং তাম্বূলং সুদুর্লভম্ ॥৩৬

অজন্যাং সর্ব্বজননীং ধন্যাং মান্যাঞ্চ মানিনীম্।
কৃষ্ণ প্রাণাধিদেবীঞ্চ প্রাণপ্রিয়তমাং রমাম্ ॥৩৭

দৃষ্ট্বা রাসেশ্বরীং তৃপ্তিং ন জগাম সুরেশ্বরী।
নিমেষরহিতা ত্যাঞ্চ লোচনাভ্যাং পপৌ চ তাম্ ॥৩৮

এতস্মিন্নন্তরে রাধা জগদীশং মুবাচ সা।
বাচা মধুরয়া শান্তা বিনীতা সস্মিতা মুনে ॥৩৯

রাধিকোবাচ।

কেয়ং প্রাণেশ কল্যাণী সস্মিতা ত্বন্মুখাম্বুজম্।
পশ্যন্তী সততং পার্শ্বে সকামারক্ত লোচনা ॥৪০

---

ঙংথায়ন ওইখিবী, মতীক মঙান্দ বয়সদসু কৃষ্ণগ চপ মান্নবীনি। মহালক্ষ্মীগী মপু ওইব ঈশ্বরনস্থ মহালক্ষ্মী ওইবী রাধাবু পূজা তৌবীনি ॥৩৫॥ মহাক্কী মতীক মঙান চাওবীনি, মরম অদুন মাগী মঙাল্ল ভগবানগী সভা মকমস্থু ঙানহল্লিবনি সখীন পীব মী অমন কংঙমস্রব অথোইবক পান খুদপ্পু চায়িবীনি ॥৩৬॥ গর্ভদগী পোক্কবী, পুম্নমক্কি মমাওইবী, অতাওবী, মানমর্য্যাদা তৌনবী, অমস্থং ওইন চাওব্রীনি। কৃষ্ণগী প্রাণগী অথোইবী দেবতা ওইবী অমস্থং থন্নায়দগী হেন্ন থুংলিবী লক্ষ্মীনী ॥৩৭॥

সুরেশ্বরী গঙ্গান অসীগুম্বী রাসেশ্বরী রাধাবু উন্নগ য়েংবগী অপেম্ব নৈত্রবী ওইদুন, মাগী মমীৎ অনীদু কুপ্তন য়েংবদ চৎথোকপ ঙমখিদে ॥৩৮॥ মতম অদুমক্তদ অদুগুম্বী রাধান অমস্থং জগৎকি মপু কৃষ্ণদ হায়খি। হে মুনে নারদ! অথোইবী রাধান নোককেং তৌরগ নীংথিব থুম্নব বাইদুন তপ্ন হায়রকই ॥৩৯॥

রাধিকান হায়খি! হে প্রাণেশ! ইবুঙো নহাক্কি মানথোং থম্বালবু অকংপ নৈতন য়েংলিবী, কাম থুদুম চল্লবী ওইদুন মমীৎ ঙাওলবী ইবুংঙোগী নাক্তদ নৈলিবী মাইকবী অদুবু কনানো ॥৪০॥ ইবুংঙো

কোটি যোজন বিস্তীর্ণা ততো দৈর্ঘ্যে চতুর্গুণা।
অদ্যাপি বিদ্যমানা সা তব সংকীর্ত্তিরূপিণী ॥৩৭
গৃহং যযি গতায়াঞ্চ পূর্ণগঙ্গা তদন্তিকম্।
উচ্চৈ রুরোদ সা বিরজে বিরজেতি চ সংস্মরন ॥৩৮
তদা তোয়াৎ সমুত্থায় সা যোগাৎ সিদ্ধ যোগিনী।
সালঙ্কারা মূর্ত্তিমতী দদৌ তুভ্যঞ্চ দর্শনম্ ॥৩৯
ততস্তাঞ্চ সমাশ্লিষ্য বীর্য্যাধানং কৃতং ত্বয়া।
ততো বভূবু স্তস্যাঞ্চ সমুদ্রা সপ্ত এব চ ॥৪০
দৃষ্ট্বা চ শোভয়া গোপ্যা যুক্তশ্চম্পককাননে।
সদ্যো মন্ত্র মাত্রেণ তিরোধানং কৃতং ত্বয়া ॥৪১
শোভা দেহং পরিত্যজ্য জগাম চন্দ্র মণ্ডলম্।
ততস্তস্যাঃ শরীরঞ্চ স্নিগ্ধং তেজো বভূব হ ॥৪২

অমসু, অদুদগী শাংবদ শরক মরি হেন্দৌনি হৌজিক ফাওবদ মহাক্ন মদি থিংচংবি মপক ওইবা ওইনা লৈরিবসুনি ॥৪৭॥ বিরজান তুরেন ওইরব ঐন য়ুমদ চংরব তুংদ নহাকসু বিরজা তুরেন মপান্দ অমুক চংলুন, মাবু নীংশিংলুন খোল্লেন বাংনা বিরজা বিরজা হায়দুন কপখি ॥৪৮॥

মতম অদুদ মহাক্ন যোগদগী সিদ্ধ ওইদুনা যোগিনী (লাইনীংবী) মানা মফি মরোল সেং ইদুনা মূর্ত্তি পাল্লুনা ঐশিংদগী কাথোকলক্লগ অমসুং নহাকপু উহনখি ॥৪৯॥ অদুদগী মহাকপু নহাক্ন কোল্লুনা বীর্য্যদান তৌখিবনি। অদুগী তুংদ মহাক্তুনা অমসুং মচাওইনা সমুদ্র ঈরম তরেৎপু লেপ্পমক পোকখিবনি ॥৫০॥

মতুংদ অমুক ঐন উথি, চম্পক বন্দ নহাক্ন শোভো কৌবা গোপীকাগ লোয়নন তান্নখিবনী। ঐন লাকপ শব্দ তাবদগী খুৎথক্ত মহাক্না লোৎখিবনি ॥৫১॥ শোভাসু মাগী হকচাং থাদোক্তুনা থাগী মকোয়দ চংখিবনি। অদুদগী মাগী মশাদুসু অরোইব মঙাল ওইখিবনি ॥৫২॥

সবিতস্য যথা সত্বং যদয়েন বিহ্বলা।
রম্যায় কিঞ্চিৎ বর্ণায় কিঞ্চিন্মণিরত্নায় চ ॥৫৩
কিঞ্চিৎ স্ত্রীণাং মুখাবৃজেভ্যঃ কিঞ্চিদ্রাজ্যৈ চ কিঞ্চন।
কিঞ্চিৎ প্রকৃষ্ট বস্ত্রেভ্যো যৌপ্যে ভ্যশ্চাপিকিঞ্চণ ॥৫৪
কিঞ্চিচ্চন্দন পঙ্কেভ্য স্তোয়েভ্য শ্চাপি কিঞ্চন।
কিঞ্চিৎ কিসলয়েভ্যশ্চ পুষ্পেভ্যশ্চাপি কিঞ্চন। ৫৫
কিঞ্চিৎ ফলেভ্যঃ শস্তেভ্যঃ নৃপকেভ্যশ্চ কিঞ্চন।
নৃপদেব গৃহে ভ্যশ্চ সংস্কৃতে ভাশ্চ কিঞ্চন। ৬
দৃষ্টৈবং প্রভয়া গোপ্যা যুক্তো বৃন্দাবনে বনে।
সদ্যো মঙ্গল মাত্রেণ তিরোধানং কৃতং ত্বয়া ॥৫৭
প্রভা দেহং পরিত্যজ্য জগাম সূর্য্যমণ্ডলম্।
ততস্তস্যাঃ শরীরঞ্চ তীক্ষ্ণং তেজো বভূবহ ॥৫৮

---

মতম অদুদ নংস্থ নপুক্সী যাম্ম মুংঙাইত্তহন ইথুংবো নংগি নঙাঙ্গুবু থাইদোক্ত ন থর থর পীথোকখিবনী। মণিরত্নদ থর সনাদ থর অমসুং অথোইব মনিদ থর পীখি ॥৫৩॥ নুপীশিংগী মায়থোং থম্বালদ থর, যীদ থর পীখি। ফি অথোইবসিংদ থর পীখি, শর অমন লুপাদ পিখি ॥৫৪॥ থরন চন্দন অতকপদ, থরমসুং ঈশিং মরামদ পিখি। উনাসিংদ থর পীথি, থরমনস্থ লৈথিবীক্ত পীথোকখিবনি ॥৬৫॥ থরম উহৈ ফজবসিংদ, থরমনস্থ কৌ হরাইনচিংব মরু মরাং হৈজৌংকারবশিংদ। থরন নিংথৌগী ময়ুমদ, থরমন শেংলব লাইগী মন্দিরদ পীখি ॥৫৬॥

ঐন নহাকপু উখি-বৃন্দাবনগী বন্দ প্রভাকৌবা গোপীগ লোয়নন লৈমিন্নরিভেদ। খুৎথক অহুদ ঐন লাকপ শব্দ কেক তাবদ নহাক্ন হেক্ত লোংখি ॥৫৭॥ প্রভ: গোপীন মাগী হকচাং থাদোক্ত ন সূর্য্যদেবগী মকে য় মরামদ চৎখিবনি! অহুগী তুংদগী সূর্য্যগী মশাহুস্থ অকম্ব মঙান ওইখি ॥৫৮॥ মতম অহুদ নহাক্ন মকম অহুদ চৎতুন মাগী

